ইবেহায়রবী, দিনেশ্বরী অমদি দিনেশ্বরনা বোবী পব্লিকেশন্স, শীংজমৈ লৈশাংখেম লৈকাই ইম্ফালগীদমক্তা অহানবা ওইনা মে, ১৯৯৬ তা সুচেত্তা প্রিন্টিং বার্কসতা কোপী মশীং ৫০০ দং নমহনা পুথোকপা মমল লুপা য়াংখৈমগাদং

( Manipuri Amadi Manipuri **Wakhal Matek Matek** ; **A collection of essays by Elangbam Dinamani ;** )

## হৌন ৱাহৈ

লমদম অসিগী মীওই, নাং অমদি সাহিত্যগী মতাংদা ৱাখল থল্লবা লোয়ননা করিগুবা মত্তাংদা ফোঙদোক্লনবগী তাঞ্জা ফংখি। মথল্লতা লাকচ-খিবস্থু য়াওই অত্তুগা অতৈনা পীবিবস্থু কোঙ্গ'যনি। থরদি মতম মতমগী ওইনা লাচনবস্থু তাখি। কুইনা শঙ্জিবুগী লৈচে্ংগুম লৈরুরে। হৌজিক্তা তকশিনজরগা অয়াবা মওংদা মন্তোকচত্তনা পুখোকচবনি। লৌশিনবা য়াবা য়াওত্রা ময়েংবিসি।

১৯৭০ দগী ১৯৯৫ ফাওবগী মনুংদা খোংচিনজহৌবা ৱাখল মতেক মত্তেক থম্লনি। লোম্না থনবস্থু য়াওরি; ফোংনা থনবস্থু। মওং মওং হায়বত্তুনি। বাখলগী পৈঞ্চে লৈতে; লৈবা তারবস্থু অমনা লোইবা নত্তে; মথং মথং মরী-মরী অত্তুম লৈবা তাবনি। লৈখিনি। মতাং তাক্কক অমগী মপুম ওইরবা মতেক্লি হায়না থাজবা ৱাখলগী মশক্লি খঙহ্নুনা অপাবা সমাজদা শিন্নজরি।

ইম্ফাল

মে ১৫,১৯৯৬ এলাংবম দীনমনি

য়াওরবা রারেং

# পুন্সি অমদি সাহিত্যদা ফাগীগী মফম

ফাগী ওাইহাক লোক্লবা পোত্থানবা অয়াংবা মচল ওইবত্তা নত্তে অচুম্বা অমদি অশেংবা ফোঙদোক্লবা হক্লবা থুংলাই অমম্নুনি। ফাগী তাবা, তাথোকপা, ফাগী-ফাবাং, ফাগী-জুগাই অসিদি ফাগী মথল ওইরবস্থু মথোয় অসিদি অয়াংবনি নত্রগা মথোয়সিগী ফল অসি য়াম্না হেন্না কান্নরবা নুম-নুম শাউরবা হায়বস্থু ওইদে। অতুনা সাহিত্যদা মথোয়গী মফমস্থু পঙচাউ চাউদে। অতুগা অশেংবা, অরাংবা থাক্কী সাহিত্যদা থুংলাই ওইনা শীজিন্নবা করেম্নবা অমদি লক্লবা ঈরোয়নরবা ফাগীদি চাউরবা অথন্নরবা পাম্বৈ, হায়বদি শৈলী অমনি; অচম্বা নত্তে ময়াক লৈথ্রবা শৈলীনি।

পুন্সিদদি মথল শুম্নমক্কী ফাগী লোইনা চঙই—অয়াংবস্থু নুম-নুম শাউবস্থু। কান্নবা অতুম লৈ; কান্নহনবস্থ অতুম য়াই। মফমবু চারবা অতুগা শীজিন্নবনবু হৈরবদি কান্নদবা পোৎলম অনম্তা লৈতে। মতা চাত্রগনা অমুত্তস্থ হু অতুম মওল্লি। মওং মওংনা পুরে।

পুন্নপকী ওইনা ফাগীনা পাক-শন্না কান্নরিবসি পুক্নিং মকা লাম্না পোত্থাবসিনি। নুম্নবা পুন্সিগী থৌগায় কয়া পুবদা রারবা তুকথরবা কান্দা ফাগীনা ওাইহাক্কুংদা ওইরবস্থু তীংলী-য়াংলীহল্লি; খ্বর হোন্দোক-হল্লি। পরাউ অমদা লেপ্তুনা পোত্থাদবা য়াদবা পুন্সি থোঙচৎনি নত্রগদি মথাগী থোঙথাং থাংথনবা থৌনা অমদি অপাম্বা নৌহৌননা অমুক হাপকংলকপা য়ারোই। মতম মাঙই; চিন্নবা মতমদা কান্নরোই

হায়হুনা তুমদবা য়াবা নত্তে। চাদীং তৌথিবা শক্তি অমুক পোকহন্দবা য়াদে। শ্রীযুতশিংনা লোয়নবিরম্বা ওইনাম বিজান্দোশিং মোনাক্শিংনা থম্বিরম্বা জেস্টরশিং ভারতকী কম্বাক লীলাশিংদা হাপ্পরম্বা বিহুযকশিং মুব-মুক্রাম অমদি সৌরাশিংনা লেঙত্রবা প্রমান ওইগনি। হায়রিবসি পীকখ্রবা রাষ্ট্রপতি অমদগী চাউখ্রবা লৌমী-শীনমী অমা কাওবদা চঙদবা য়াদবনি; মন্ত্রীমণ্ডলগী য়াদি তরাইথোক্লি মহাকাব্যগী মচাক ওইগদৌবা সংসদ ফাওবদা শুন্যগী পুঙকমকা নত্রবনু পুঙথম অমদা হেক্তা থত্তিক নত্রগা হৌনা নোকপগী ইপোম নাইবা ঈহৌ থেংনদবা নত্তে।

১৯৮৫ দা ভারতকীদি খ্বায়দগী চাউরবা, অহানবা নাগরিক ওইরিবা রাষ্ট্রপতি অমগা উম্নহুনা ফম্মিন্নবগী খুদোংচাবা অমা নমহুনা ফংজখি। উম্নবা তারে হায়ব পাউ হেক ফংবদগী নিকথিবা কম্নাক অসি, চৎপদা তুংলোমদ। থেক-থেক কোল্লবোই নীংখিবনি। মুপী অচাং মমাঙদদি হায়দোকখিবা নত্তে; ইন্দ্রংকী য়াফম্নি। লৌবা লাকপনি হায়দনা থাকী শেংপা চোরফোন মচু নোংমৈঙাক্ত। পায়বা গাড়ী মপোং অনাগা লাকপহুদদি লম্বাহগী শম অসি তুথবা অমত্তা য়াওখিদরে। কাসিগী সগাই তান্না পুরবা লোম্থোক্কবা মী অমগুম তরেক-তরেক অতুম চঙখি। তাহগাক কুইনা য়ারী শাবহু ভাব মেন তাখিদে, মাঙজোং চোংলিবা মিত্তল মমথরিবৈদা পতি-মুংতিগী য়া চঙখিবা পোং নত্তে। য়ারা শারিবৈ মনুংহুদা অহানবা নাগরিকনা নাত্তোনমুমাওগী কোই খুং ওইগী খুবাগা খুদোম্বীগন। অমুনারক নাম্লগা তপ্পপা লাউখিখি —"মহারাজ, ওসি অংকী নাস্তা অসিবু তারিথ কয়াদনো পীজদৌরিসিবো?"

মহারাজ (বুজারী) অহুনা করি কম্বিনো খুম্নকখি; তাহৌদয়ে। অতুবু কান্নহৌবদি ঐনি; নিংদোন চোংবা ফখি; (কম্নাকী য়াদি কম্বনিনা ভাব তাদ্রে) কিবা ফরকখি। মীওইবগা মীম্নী থাক্তা ফম্মিন্নরগা য়ারী শাবদৌনা মে-না তাবা ওমখি। থবক নীংখিনা পাঙবা ওমখি।

অমুক্তা মীরৈবাক্তনি; ওজ্জা অমগী মনাক্তা ক্ষমতনা রাগী-রাতাই শাখি। ওজাদু শাউগনরদা মমিং ওথাক লৈবনি; ছাত্রশিং অমদি মমামবা ওজাশিংনা পরমসিং কৌনৈ ( মশাগী মমাওদদি নত্তে ) নুমীত ওজা ইবুংঙো য়াম্না শাউনা লৈবিরম্মী। চওশিল্লুরবগী তৌবনি ঐখোয় হন্দোক-নৌংলবনি। মুংশাসু হায়নবী য়ৌনা য়ক লাউবা মতম্মি। মপান্দগী চাক্লিবা নুপা অমনা য়াক্লা লাউরকখি—বাবু,মাই বাপ করিগুম্বা থিত্তং নিজরিয়ে। ওজা ইবুংঙোনা লাউখি—মুংশানা মুংশা শাবনে চংলু, য়ুমুরেম্বী য়ুমদা লেত্তে। চাক্লিবা মীয়াই অত্তুনা তপ্পব হায়রকখি - বাবু বাবুগী য়ুমুরেম্বীদু নিবা নচ্চসে, তল মচেংকুম্বা করিগুম্বা হায়জবনি। ওজা ইবুংঙোদু মুংঙাইক্লরমাল্লে নোকলক্লে। মসিদা লোইদ্রি ওজানা শকক্ষম হজিল্লগা হায়খি—য়ুমুরেম্বীসু তপসু অমত্তা লৈত্তে; কৈমত্তা লৈত্তে; ভগবান ইবুংঙো, লেওখ্রো। মপানগী অমতুনা চংনা চংনা করি তায়রম্মগে হায়ববু—থুমদা করিমত্তা তাদ্রগা কৈদোনা ক্ষম' লৈথোক্লি; ঐগা চংমিন্নগৌরসি লাকওদনা'। মমুংদা ফম্বিবা ঐখোয় মত্তামক হায়নরুবা তৌদে, মোকখি। ওজা ইবুংঙোনা লুপা অমীচম্মি অঙনবা অমা শং লোথোরক্লুনা ঐত্তোন্দা পীরুচো হায়! ঐনা থোক-খিবদা মা লৈরমদরে গলীগী থুনীংথেক অমদা লৈশিনখরে। অত্তুম পীরুদরে। ওজা ইবুংঙো শাউবা হম্বরকখি; থবক অত্তুম মওং তানা পাওলকখি। অরোইবা নাগরিক ওইরিবা মহাকসু পৈশা ফংখিবগুম্বনি। মুংশাদুনবি, তাম্নতুনা পীরবসু মম্লাবনি।

অপানবা চৈবা-শরুবদি মীওইবসি শাউই! করেম্নবদি অমুক্তা হেক্লা চাক্লা শাউনৈ। অদুবু ক্ষাগী ওইনা তৌরবদি লোযননা থরুম তৌদনা পুকচেল শেংনা ফোঙনা তৌরবদি মীওইবা শাউদে। হায়বা হৌনদবা রা কাওবা হায়দুনা নাকোয়ননা অপাম্বা থবক পাওবসু ওম্মী। নুপী-নুপা পুম্না অম্মীরবা ক্লাস অমদা নীংথমথাগী মতমদা ছাত্রীশিংনা মচী-মচীম্না কমতুনা মোজা লোনবা কম্না চংনবা মতম অমা

লৈরম্মী, য়েংবদা মীৎ নারবা ওজা অনী মরীনা খাম্মবা, চৈরবা ফাওবদা নোংনীনি খক্তিক লংলপ তৌরম্মবন্থ অহুম মরোল্লকই। ওজা পাখঙ, ফাগী পামজবা অমনা ক্লাসতা য়াম্না লায়না হায়কই—"হয়েংদগীদি লম্পাক্তনি খঙদে, মাঙোন্দনি খঙদে ক্লাস মমুংদা ওজানা পারা ভাকলিৌদা ফাওবা নহোয়না ওসি লোল্লিবা সুমায়না লোনবা পূময়া য়ারবনি – মীয়োল্লবী মখৈদি। মথংগী মুমীতুদগী মোজা লোল্লখিদ্রে। মখোয়স্থ অহুম মনোকখি। শাউনখিদে।

খবরদা করিদা অশেং-অশেংবা ইহুনা, লক্লহুনা চৈহুনা রারক্লবা লাক্লবদা অতৈ অমদি অইবা মশানা পেল্লবস্থ মী মশাহুদি নত্রগা দায়িত্ব লৈবা কাঙবু অহুদি শাউই। সরকারবু মন্ত্রীবু নিংথৌবু চৈক্লরবা কৈসুম-শঙ নত্রবস্থ মহুগা মান্নবা মনা ফংবা অঙকপা ওইরোই। অহুবু জি, সি, তোংব্রানা কাঙবু কাঙবু পুল্লপ পুল্লপ লক্লরিবা চৈরিবা করেম্নরিবা অসিদা পূম্নমক থমোয় শেংনা নোকই। নোকপদা নত্তে অপাননা দায়িত্ব লৈবা কাঙবু ফাওবা নোকপা লোইরকপদা অচুম্বা অশেংবা করিনো হায়বা উরক খঙলকপা যাই। ফাগীদি অচুম্বদা তৌরগা মযাক হেনবগী রা লৈ। বিহুযকশিংনা মথক থোংবা নিংথৌশিংবু চৈ, করেম্নৈ, রারকই লোয়ননা অচুম্বা খঙহল্লি পূম্নমক মুংঙাইনৈ।

ফাগী অসি হীরমদা তৌবস্থ য়াই লোন্দাদা নত্রগা পাউদমদা তম্বস্থ য়াই অহুগা অনীমক্তা পুন্না তৌরবদি তৌরিবা, ইরিবা মহাকস্থ ভারিবা পারিবা মাগু ময়ামস্থ ইপেন-পেল্লি; শাউনদে শাউরবস্থ নোকপা ওম্মী অনীংবা কয়া ইফোং-ফোংনা ফোঙদোকপস্থ য়াই। ওমহুনা থম্বা মৈসি শাথীগল্লি। অশাউবা, হৈনদবা, পামদবা কয়া ফাগীনা, করেম্নবগী মতেংনা মী মপুক্লিং নাহন্দনা ইত্তিং ত্তিংনা ফোঙদোকপা য়াই; ফোঙদোকপস্থ ভাবনি নত্রগদি, ঈথৈ পীহৌত্রগদি মৌথংলকপা য়াই, মৌথৎপা ঈশিংনা কায়রক্লবদি শেম্মিবা শারিবা দাম

কয়া নমথায়রকপা য়াই; লালমক নত্রবস্থ নাইতোম অনী মুন্নরকপা য়াই। অশাউবস্থ কোক্লগে, অচুম্বা অশেংবস্থ হায়দোক্কে, অপাম-পামদস্থ তমগে, চৈগে ব্বারক্কে অদুগা লোয়নননা মীগী তীংস্থ শোকহল্লোই হায়বা তারবদি ফাগীনা থ্বায়দগী ফরবা পাম্বৈনি।

অদুনা অমরোমদা ফাগী হায়বসি লনাই মীওইবু অমদি সমাজবু শেমদোকপদা চাউরবা পাম্বৈ অমা ওইনা লৌবস্থ য়াই। মায়দা তৈবা হামুকপু উৎলিবনি তাকইবনি হায়দুনা অপা অপাননা হায়রুবদা ইকায়-খিবস্থ য়াই, শাউখিবস্থ য়াই অদুগা অমুকস্থ মচীং-মশোন নাইবা পূওফম থোক্লুরবদি শীংনরকপা ফাওবা য়াই। নগুনা হায়রবদি তৌদুম তৌগে মতাগুম চথখিবা ফাওবস্থ য়ারিবনি; গুক্কা লাক্কবা জীব নত্তে মীওইবা। অশিবা কৈ-নোংশা মরক্তা কুইনা লৈর্বদি কৈস্থ তৌদে অদুগা থরাই যাওত্রবা মীগী মনাক্কদি ফনমফ মুংশিদুনস্থ পাক্ল ওন্নত্রিবা মওংনি। ফাগীনা ঈংনা তপ্পা শেংনা তাকপা য়াই।

ফাগীগী দমক্তা তৌবা ফাগী অসি পুন্সিদা শোয়দনা চঙলবস্থ সাহিত্যদদি মসিমক্তি থরা য়াংনা থোকই; পুমশেং হেক শেংলবা সনাসি থোৎমনবনা লৈতেং পোৎ শাবা যাদবগুম অয়াংবা ফাগীগীদমক্তা শীজিন্নবা ফাগীস্থ সাহিত্যদা থোৎমল্লি। এলোই ওইনা শেম্বা তাই। কান্নবা অচুম্বা থরা ফৃমদুনা হাপ্পা তাই। কবি সমরেন্দ্রগী শৈরেংশিং জি, সি, তোংব্রাগী লীলাশিং মনিপুরী সাহিত্যগী ফজরবা লৈতেং ওাক্কনি।

থৌদোক-ব্বাথোক অমবু ফাগীগী মীৎয়েংনা য়েংবা য়াই। ফাগী ফজরবা মীৎযেং মখল অমনি। লুরে লুনা লায়রে লায়না চীংলেম্নবা ফাগীনা য়েংবা অদুম যাই। মার্ক ত্বেরনগী শৈলী বর্নাড শোগী মীৎয়েং, বেঢব বনারসীদাসকী মফোওদোক চীং লেম্নবা ফাগী ওাক্কি। ফজবা লম্বেল ওাক্কনি। মনিপুরগী জি সি, তোংব্রাদি নোক ব্বা হায়না কৌবা ধর্ম অমা ফাওবা হৌদোকপা পাম্মি। পুন্সিবু ফাগী ওইনা য়াংনা

লৌসি হায়রা রা নত্তে; প্যাক্লা চাউনা লুথনা লৈরবা তাইবঙ পুন্সিবু মশক মুত্না খঙলবা মতুংদা নোক্লা নোক্লা লৈমিন্নসি হায়বনি। হঙা হায়না কপ্পুনা হৌখিবা পুন্সিনি অয়ো নাহেগী মতমদদি নোক্ল-নোক্লা চৎখিসি হায়বগী পোত্নম অমা য়াংপনি। হিন্দু ধর্ম্ম, মুসলিম, ইসাঈ অসিগুম্বা নোক-রা ধর্ম অমা থমসি হায়বগী রাহৌদোক্লি। মসিমক্তি মতমসিগী মওংদদি খরা চাউমন্না থোকই। অতুবু খেন্নবগী খেন্নবা মৈতৈরং, হাওবম মরক, ময়াংখাং, পাওলতাবী, চৌংলমনম, তমলম অমদি লাইকলমগী মান্নদবা মরক অসিদা মীরমচৎ হায়বা মান্নবা অমদি ফাগীগী শৈলীদা য়াওরি। মসি শীজিন্নতুনা অপূনবগী কান্নবা তানবা কৈ।

ইম্ফাল/১৯৯১

# লোয়শঙদা মণিপুরী শীজিন্নবা

মণিপুরী লোন চাওখৎহনগে হায়রবদি লোন অসি হেক শীজিন্নবমখৈ লৈজবী থাঙনা শীজিন্নবা তাবনি। মালেমগী লোন ওইবা য়াম্লিবা ইংলিশ অমদি ভারতকী লৈবাক্কী লোন (রাষ্ট্রভাষা) ওইরিবা হিন্দী অনী অসিগা লোয়ননা মনিপুরীসু হীরম খুদিংমক্তা শীজিন্নবা তাবনি। হেক শীজিন্নরিবমখৈ চাউখৎপা অমদি চাওখৎলো হায়রবসু ওইগনি। হেক শীজিন্নদবদা অহিংবা লোন ওইজরবসু সুংজিন্দুনা লৈগনি চাউজনসু থিগনি, লোয়ননা অতৈনা চাহৎখিবনা তাংজেংলরকনি। মমৈদা তোঙাং ওইনা হিংলকপসু য়াই।

লৌখৎচরিবসি মণিপুরদা লৈরিবা মখল খুদিংগী সরকারগী অমদি লনাইগী লোয়শঙাশিংগী রাক্ষমনি। লোয়শঙ অসিসু লোনবু চাউখৎহনবা য়াবা, অহোয়নহুম চাওখৎহল্লিবা লমদাং অমনি। মণিপুরদা, য়ামদ্রবদা মণিপুরগী তমগী জিলাশিংদা, অহোবগী ওইনা মণিপুরী লোয়দনমক শীজিন্নফম থোক্লবনি। কান্নবা কয়াদি পঞ্জয়রোই।

মণিপুরদা মণিপুরী অসি থায়নদগী হৌনা লোয়শঙ লোন (ওফিসিয়েল লেংগেজ) ওইনা অফুমক শীজিন্নরকই। অইবা পথাপ ওইনা চেদা তাহ্নুনা লৈবা লৈত্তবগীনা মরৈ অমগী য়াকল্লি, লমদমসিগী মীওইনা লৈভাকচবা তাঙ্কক পুন্নমক্তা লমদমসিগী লোন মৈতৈরোনঃ নত্রগা মণিপুরীনা পুন্নমকী লোন ওইনা লৈ হায়বসিদি ময়েক্লি। ওইরগী ওইসু অফুমক ওইদ্রি। তাঙাগী খোঙথাং অমদগী অতৈ লোন্দি

কায়নথওদা কোনশিল্লুবনি। মরম কয়ামুক্তা য়ুমফম ওইহনা লৌশিল্লুবনি। হিংলিবা পুল্সিগী হৌনবনি; কোল্লগীদি খওদে মতমতুগীদি অচুমবা নত্রগমু চুমহল্লবা খোঙথাংনি। কায়বা নত্তে। কায়রিবদি লমদমসিগী লোল্লা মরোমদোম লেপচনবগী খুদোং চাবা অপাননা হকথেংনরবা চক অসিদমু মৈতৈরোনবু লোয়শওদা তরাম্না তৌনদ্রিবসিনি। ভারত সংবিধানগী নিপানশুবা সিতুলদা চনৌঙদগী মণিপুরীগী থাক রাংখৎলে। তৌবগীদি চপ্রিনৌঙদমু লোয়শওলোনগী অমদি অতোপ্পা মীৎয়েং খরদদি হাল্লগী থাক নেমলম্বা নত্তে। নিপানশুবা সিতুলনা মঙাল অমা হাপ্লতনি মসিদা লুরিবদি য়ারবা, কনানস্ কবিসু হায়গদবা লৈত্রবা মফম পুন্নমক্তা তরাম্না অতুম্মক তৌনরগদবা, পান্বসু পাম্নরবা খুদোংচাবা নাক-য়েং অমনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা লৈরবা মতাং অসিদা লোয়শঙগী চেদা য়োস´ ফেথফুল্লি. সৈরামে' অর্জেন্ট,, টোপ 'কনফিদেন্সিয়েল দমক ইনরি, বার্তোন খরদা খবরগী থিকাগী নত্রগা এদভর্তাইজমেন্টকী রাফোঙ খরদা নত্রগা শেংদোকপগী রাফম খরদা মৈতৈরোন থেংনদবদি নত্তে। অতুবু মসিদা পেন্থোকপদি পেনগনবমক ওইরবসু পেনমল্লা থোকনি। অসি হায হায়তুনসু পাক চাউরবা খঙবদা কান্নরবা, হৈতবা য়াদে হায়বা য়ারবা লোনশিং তাথীসি, য়েমৌনবগুম লৌরসি হায়বা নত্তে; লমদম অসিদদি লম অসিগী লোন অসি শীজিন্নবদা মুংঙাইজসি হায়বগী রাকননি। মরোন থুংশিজদবা মী লৈবা হৌনদে। থবক্লসু অয়াবা মতাংদা উৎপা চুম্মী হায়না নীংশিংজবতনি।

কৈ, চুম্মী, গদবনি, য়াহ হায়বা খঙনা খঙনা নত্রগা খল্লা-খল্লা লোয়শঙলোয়শঙশিংনা মনিপুরী শীজিন্নত্রি। মসিগী মরম কয়ামুক লৈবা য়াই; লৈকম থোকই। খঞ্জবা খরদি ( ওল্লরগদি শেমদোকচগনি ) ( ক ) থুংলোইদবা, ( খ ) অতৈ লোনগী মীনা খঙঙোই খনবা, ( গ ) মীনা কবি হায়নগদগে চিংনবা; ( ঘ ) অচৌবা লোন ইংলিস, হিন্দি, বেঙ্গোলী

হৈক্তবোই খনখিগত্রা চিংনবা; (ঙ) মথক থোংবা অঙম্বনা য়ারক্লোইত্রা খনবা (চ) হৈনখ্রবসিদা অহুম চথবদা কায়দে খনবা; (ছ) তাইপ-নচিংবগী খুদোংচাবা রাংপা; (জ) ময়ামগী ওইনা য়ানরবা চৎনরবা রাহৈ (তার্ম), মঙং (কোমে'ং) নচিংবা চপ হেক চাবা লৈত্রিবা। অতৈ মম্লাম অমম্ম লৈরম্বা য়ারি।

অপনবা পীরিবা মরমশিং অসি চুম্মবা ঙাক্তনি। হঙৎচনীংবদি মরম খরা অসিনা নত্রগা ময়াম্না পুল্লপ ওইনা পুল্লবা ফাওবদা লোন অসিবু লোয়শঙদা শীজিন্নবোইদবগী অখিংবা পল ওইবদি য়ারোই। মরমদি চাউবোই বাংবোই নীংলিবা মরম খরা অসিদি চীং ওইনা লৈবা নত্তে; লৈপন নম্বগা পল্লি ফাওবা ওইবা নত্তে চুম্নগী অনেম্বা লৌরী ওইনা লৈবতনি। লোয়শঙলোয় অমনা পুক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপ্লগা পামজনা ফাইলদা কলম হেক থারকপদা অপনবনি হায়দনা লৈরিবশিং অসি মথন্তা অহুমক মাঙজখ্রগনি।

চুম্মী, মরম খরসিগী মন্নুংদা খ্বাইদগী অচৌবা অমা ওইরিবসি চৎনবা রাহৈ অমদি ইবা খোৎপগী মঙং চপ হেক চাবা লৈতবা অসিনি হায়না পনবা য়াই। তুদি সেক্রেটরী থ্রু দি দাইরেক্তর য়োস ফেথযুলি অমদি লনাইগী ওইবা সিল্সর্লিবু করি হায়গনি? এপ্রুভ্ড, দিসকস, পুত অপ...অসিনচিংবসি কারি করি হায়বা তাবা ইরুরগা অরিং অরাং তাদৌ শরুক হান্নগী হৈনখ্রবা, কোক অমদি থুৎত্তা চুহুনা লৈখ্রবা সীন, ভেরিফাইদ, লাস্ট, দেত, সবমিৎ, তি, এ, বিল, রিসিপ অসি কোক-কোক হেক্তা ইবনি। ইবদম্মু ময়েকৌ ওইনা মরী-মরী শম্নবনিনা কুইদে। মতম মাঙনদে। অসিনি চৎথনরিবসি।

রাকম অসি চাদা খরদি চুমদবদি নত্তে। তৌবতবু হৌদোক-চনীংবদি অহৌবগী মতাংগী ওইনদি মতা চানগদবা ময়াম্না লায়না খঙনগদবা রাহৈ অমদি মঙং লোয়শঙলোয় অমনা হেক্তা হৌবা তাই।

চংনবা য়াবা থিবদ। পওরা রারোই অতুগা অমুকস্তু মশীং য়াম্না হেন্না থেংনবস্তু তৌরোই । অচাবা রা'হ নত্রগা মওং অসি হাইরপ অতুম মাংনরক্কনি থিবদ। খনবদা অনী অতুম মঙাই মাঙদা লৈগ্নবদা। হায়জবদি 'তু দি দাইরেক্তর' হায়বসিদা খনগে হায়না: খল্লবদা মফমদা, ডাইরেক্তর নত্রগা ডাইরেক্তরগী মফমদা নত্রগা দাইরেক্তরদা হায়বা অনী অতুমসি মঙাই। অস্তুম্না য়োর্স ফেথফুল্লি' অসিগী অদোমগী পুকচেল শেংনা, নঙগী পুকচেল জিংনা অদোমগী থাজনা, অস্তুম্না মরী মঙা মঙাহ। অহানবদদি তোঙান-তোঙান ইনরবস্তু হৈনবদগী থুংলোয়রকপদগী মাম্নবা অমা শোয়দনা অতুম চংনরক্কনি। য়াদ য়াথিদ্রগনা ঙাংনা শান্নবদা ময়ামগী ওহনা চংনরিবহু অহুম থম্বদা চোপনীংঙাই করিস্তু লৈতে হায়বদি এপ্রুভ তৌরবা, কস্তু তৌখ্রো, চেনেস চুম্না লানথংলকউ - অস্তুম্না। অরাংপনা অরৈবদগী পূনবা ঙাক্লি লৌনবা ঙাক্লি। লৌশিনবা কনবসিস্তু লোন পাকযোংনবগী পাম্বে অমনি। অসিগীস্তু মথক্তা লোন হায়বাসিমক্তবু হকচাংগী কাযাংতৌনা পোকপদগী লোয়নরকপা মচল নত্তে মী ঐথোয়না শেমজবনি। পাক-চাউরবা লোনশিংদা লৈরিবা ইবগী মওং দরখাস্ত থাবগী মতৌ, চিঠি থাবগী নিয়ম পূম্নমক অসি হান্না লৈরম্ব নত্তে, অমা নত্রগা থরনা হৌন্দোক্লগা চংনখিবা ঙাক্তনি। শেমহুনা, হন্দোক্তুনা নত্রগা মপা লাক্লা। হৌদাক্লবা য়াই। অতুগা তৌবদি হৌদাক্লবা মওং মশক রাহৈনচিংবশিং অতুদগী থ্বায়দগী চূনবা অমদি নত্রগা ময়াম্না তোয়না শীজিন্নরকপা অমদি থোকলক্কনি। মতাংসিদা ঐনা হোদোকখিল্লা অসিনা মচুম্মে নফরে নত্রগা ঐগীদি ঐগীতা ওইবা অমা শীজিন্নগনি হায়বা মচিং অসিনদি থমদবা কৈ। লোন মীয়ামগী মরলনি।

তৌবগীবুদ্দি হেক হৌবদগী চপ চাবীদা চংনহৌবা হায়বসিনা চাদা চামা অতুম ফরবনি। মসিমক ওইহনসি হায়বদি সরকারদা অনেম্বা অরাংবা ময়ায় ওইবা কমিতি কয়া শেম্মগা তর্মোলোজী দেক্সনরী, গ্রোসরী, কয়া মথং মথং শেমহন ইহম্নগা নিয়ম কয়া পথাপ কয়া শেমহুনা থ্বায়দগী

শক্তি লৈবা লৈঙাক থৌরমগী মীকমনা লেপ্পবা তাবগী রাকম শোয়দনা লাক্লনি। মদোমদা হেক চথক্লবদা মরম খরদগী নত্রগা কয়ামুক্লগী পী কোকঙাওখিছনা হন্দক্কী চহীচা অসি লাল্লগা মথংগী ফনা শাংনা হাইজিল্লবা মতাংদা লাইথায় তারকপস্ক য়াই; লাইথায় তারবা ফাওবদা হুৎ-ফেৎ অমদগী তারিবা পথাপ অহ্ ইন্নরক্লবা য়াই। নিংথৌ· লৈঙাক লৈখিদ্রবা মীযাম লৈঙাক (দিমোক্রেসী) কী চকনিনা নম-হাবগী পথাপকী মিংদা শীংনরকপা য়াওরক্লনি। ওইদব-ফাওবা য়াই নত্রগা য়াম্না থীস্তবদি শে য়ত্রে। মনিপুরী বমানগী সমস্যা হৌজিক ফাওবা তগৎ-তগৎ তেক্লি।

হাযজনীংবদি পূম্নমক সরকারদতা শিন্নবস্ক মনবা ওইনা থোক্লনি। লমদাং কযা অমদি মীযামগী শুৎতা লৈক্কম থোকই। মৈহৌ লাংপোকমক নত্তবনিনা, শাগ-লানগী লমদাংমক নত্তবনিনা অপূনবগী য়াইফনবা মীয়ামনা থাংলকপা থোঙথাং মীহুৎনা শেম্বা সরকারনা য়ারোইদবগী রাকম লৈতে। মীয়ামগী লোযশঙদা মীযামগী লোন শীজিন্নবদি মীয়ামগী সরকারনা থম্বায় হকচাং য়াওনা পামক্কন থোকই।

মথক্তা পঞ্জখিবা ওইবা য়াবা অপনবগী মরমশিং অসিগী কৈন-য়ায়েনগী ওইবা লায়েংপাম্বস্ক লৈগনি। ফাদোকখরগা শন্দোকখিগদবা পূম্নমকসি চপ· শিল্লক্লবা মতমদা কথোকচরগা ইরোই লোইবদ হায়জনীংবদি, হৌজিকমক হেক হায়বদি হায়মন্নে য়ারগদি হয়েংদগী লোযশঙ লোয়শঙ কাবিবদা অহানবা ফাকতোকপা ফাইল অহু মণিপুরীদা থজিক্লংদা ওইরবস্ক শুবা হৌবিবা য়াত্রা য়েংবিযু। হয়েংমক্লদগী তোগদবা থবক স্নগদবা ফাইল লোইনমক লোন অসিদতা স্নবিয়ু হায়জবা নংচদে। থোঙথাং অমতং হৌন-য়েনশাং ওইনা হৌবিযু। য়াদ্রগস্ক লংথোক্লনি। য়ারোইদবগী রাকমদি মান্দে। অহুগা হৌবদি চুম্মে থঙ্গে। থোঙচৎ থুদিংমক অহানবা থোঙথাংনা হৌই হায়বসিমদি লৈবাক্তা থুতুমনি।

ইম্ফাল/১৯৮৯

# লাইনীং লাইশোন

## ( ধর্ম )

ধর্ম লনাইগী পোৎ নত্তে, ময়ামগী থমোয়নি। ধর্ম অমদা লৌশিংদি মচঙই অতৃগা চপ হেক চানা লুপ্লিবদি থমোয়নি। থমোয়দা নাক য়েংকী মরৈ পঙচঙ চঙবা য়ারোই। থাজবনা লান্নবা তাইবঙনি। তাইবঙগী থাজনবী নোংমদা হকচাংগী কায়াৎ মচা অমদা হেক্তা শাগৎ-থিবা নত্তে; মতম কয়া চঙনা ঈদা তোংদা শিংলী নাওরী পূম্বদা তোংহুনা ফুক্কংলকখিবনি।

মণিপুরদা থমোয়গী ওইবা থাজনবী অসি থায়নদগী লৈরকই। মতম চঙই হায়বগী রাদনি, অওনবা কয়া অমসু তাইবঙ লীচৎকী হীরম খুদিংদা অতুমক লাকপা তাবনি। লাক্তবা য়ারোই। মমাঙতৈদা করি মমিং থোনবা ধর্ম অমা মণিপুরদা লৈরম্বগে? থিবদা রারগদবা রাফম্নি। থায়নগী রাফম থৈরপ থম্মগা হৌজিক হৌজিকী ফীভম শম্পৎনা শাংথাজরি

তম্পাকী লমদা পাক শন্না চৎনরিবা ধর্মদি বিষ্ণু অমদি বিষ্ণুগী শাইওনশিংবু থাজবা কাঙবুগী বৈষ্ণব ধর্ম হায়বসিনি। চীংগী লম অয়াম্বা অমদি চীংমী তাবা তমলমদমদা ঈশাই (খৃষ্টান) ধর্ম চৎনৈ। শহরশিংদা ভারতকী অতৈ লমদগী লাকুনা খুন্দা লৈতারবা মীওইশিংগী ধর্ম—সিখ জৈননচিংবা থরম্ন ময়েক শেংনা লৈরি। পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা পাক শন্না শন্দোকুনা লৈরবা ইস্লাম ধর্ম মনিপুরদসু পাক শন্না চৎনরি। তমদদি ব্রজ সংস্কৃতিগী য়ুমফমদা শাগৎপা গৌড়ীয় সম্প্রদাইগী বৈষ্ণব ধর্ম অসিগী মথংদা ইস্লাম অসিনা চেল্লি হায়বা য়াই।

বৌদ্ধ ধর্মবু লুনা চাম্না থাজনা তৌবা মী কাণ্ডলুপ খরনু মণিপুরদা শোয়দনা লৈরি। গিরজাগী শরীক মখোলগা মন্দিরগী মঙ্গলার্থীগী খোনজেলগা পূজা তারি। ইদ অমদি বুদ্ধ জয়ন্তী চান্ন চিন্নবা পালন তৌরি। কাং চিংলি গুরু গ্রন্থ থীরি মণিপুরদা পুন্না। মপাম্বোংগী খেন্নবা খরা-খরা লৈজরবসু ধর্ম পুন্নমক মাগী মাগী মকমদা নীংজন্না মকা লান্না লৈজরি। কল্লকপা য়াবা ফীভম্নি।

মরক অসিদা তম্পাক্কী মকম মকমদা শিদবা মপুবু ঈরাৎচবা, লাই-নিংথৌ সনামহীবু থাজনবা কাণ্ডলুপ কাণ্ডলুপ থোক্লকই। কাণ্ডলুপশিং অসি লীচৎ অমদি লাইনীং লাইশোনগী মতাং খরা খরদা খেন্নবা তৈনবা খরা-খরা লৈরবসু কাণ্ডলুপশিং অসিবু পুন্না 'মৈতৈ মরুপ' হায়না ময়ান্না খঙনৈ। মনিপুরগী ধর্ম ময়ামগী মন্নুংদা অমনি। তরান্না ওকক্ম অমদি তৌকম থোকই। পীকপা চাউবা জীবা নৌবগী রা লৈতে। ধর্ম পুন্নমক্কী লমথুং চপ মান্নে। ধর্ম থুদিংমক্কা মীবু মী ওইহনবা পাম্বনি।

মীওইবগী লাইবক থীবা হায়বহুনি অতোপ্পা ধর্ম চৎপা মীওইববু লমলানবা ওইনা য়েংবগী হৈনবী অসি মথায় পায়নদগী চৎনরক্লি। ধর্ম অমবু পাক শন্না শন্দোক্লবা লাক্লবদা ধর্মশিংবু নমথনবা হোংনবা চৎনরক্লি। অতোপ্পগী ধর্মদা অরানবা কয়া পুথোক্লনা ভাণ্ডবা চৈবা লক্লবা করেম্নবা অমদি য়ৈন-সুনবগী মতাং তোয়না থেংনরক্লি। লাঞ্জাও-শিংনা তাহনখিবা ঈথেঙ অতুমক ধর্মশিংনসু তাহনখি। ইতিহাসকী লামায়শিংদা ঈথেঙ অসি ঙসি ফাওবদা মনিল ফুং ফুং কাহনা লৈরি। ধর্ম চৎলিবা মীওইবগী শারমচৎ ফুদোকপনি হায়না লৌবা তাবনি।

ঈথেঙ অমদি ইমুনাইমুগী ফীভম অসি মনিপুরদদি অতুক হাক্লা লৈখিদে হায়না থাজবা য়াই। অতুবু মুক্লবা, চিংনবা, নম-হাবা, দত্তী অমদি মনাগী কীভমদি লোয়া অমদি কোংনা অতুমক লৈরক্লি। চহী

খরগী মমাঙদা, কুইবদি অত্রি, হিন্দুগী লাইশঙদগী ইরাৎচরিব। মুস্তি কয়া পুথোক্লুনা খুঙ্গোঙ্গনরম্বগী বাকন শর। শন্না তানখি। অকরুবা ধর্ম অমদা মফম চাউনা পীরিবা ব্রাহ্মণশিংবু চৈবগী ফিভম অসি মরক মরক্তা হৌজিকসু তানরি। করম্বা ধর্ম চৎপা কাঙবুনা চৎলিবা লৌচৎনো হায়রদি তাংদাংবা খঙনদে। অঙাওবা নত্রগা ডাওশিন্নবা মীনা তৌবা ওইরম্বসু য়ারি। অমনবু তৌরবসু অমনবু চৎলবসু লৌচৎ অসিদি শুমথিবা মী নত্তবা মীগী শাজৎনি হায়বসিদি শোয়ব্রবা বাকন্নি। তাইবঙ মীগী অশোনবা অমদি অশোয়বা হায়বতুনি। হৌজিক্তি পনবদা তু চুংনীং-ঙাইনি; বৈষ্ণব ধর্ম চৎপা খরনা মুস্লিম ধর্ম চৎপশিংবু অমাং অশেংগী মীৎয়েংদা য়েংলম্মী। তমজনফমগা মীৎয়েং নত্তে। মতম অমদি মতাংনা য়ারকুত্তুনা সড়ক মপান্দা থাপ্লম্না থাজব্রবা মবুংঙোবু হকচাংগী শাথেক কয়ামুক্কী সাধন তৌতুনা খুরুমজবা মুসলমান অহলশিংবু নহারোলশিংনা লক্লতুনা করেম্নবা মতম অমা লৈরম্মী। লাইবক থীবা মতম হায়বতুনি। ফত্তবা মতাংনি।

পুন্নমক অসি মতম্না পুতুনা চৎখ্রে। হৌজিকী মণিপুরনা ধর্ম খেন্নবগী পামদবা থৌদ্বোক বাথোকশিংতু হকথেংনদরে। ইতিহাসনা হেক হেক হল্লকপা তারবসু ধর্ম খেন্নবগী য়থার্থ অতুদি হল্লক্রবা ওইসনু।

পন্থুং মান্নরবসু ধর্মশিংগী লৌচৎ, লম্বেল অমগা অমগা অতুম্মক খেন্নে। ধর্মশিংগী মাগী মাগী ওমথৈ কয়ামুক লৈজে। য়াবা য়াদবা, তৌগদবা তৌরোইদবা চপ চপ চানা লৈজরি। ধর্মশিংদা মতম মতাংগা চানরক্তবা, মফম অমদি মতমগা চুননবা শেমদোক-শেমজীন তৌগদবা খর-খরসু শোয়দনা লৈরি। অতোপ্পগী ধর্মগা নত্তে মশা মশাগীদসু অরাং-অপা অশোয়-অঙাম অতুম্মক পুথোকপা য়াগনি। অদুবু ওক্লোকপা তাইবঙ লৌচৎ অমনা ইচা মখক থী কনাসু হায়রনীংদে।

ইচাবু ইশানা ফুহনা রারকপদা মুংঙাইনা পেঙ্গরবসু অতোপ্পা কনাসু নত্তবা অমনা ফুরক্লবদি শিংলি পাপন হৌনা শাউনীংই; শোল্লবসু য়াপঙনদা ওইরবসু চীকহৌগে মতাগুম চোংথোক্লীংই। ধর্মগী মতাংদসু চোং-থোক্লে। অহুনা য়াইফগদবদি ধর্মশিংদা পুক্চেল চাউনা মীংয়েং পাক্লা য়েংবা অসিনি। মুর্তি লাংপগী থৌরমশিংদা মুর্তিদা থাজদবশিংনা নোক্লমা য়েংবা চুম্মোই। মুর্তি থাজবশিংনা থাজদবশিংদা করিগী শাউক্লম থোকই। ধর্ম মপানগী ওইবদগী থবুংগী ওইবনা হেল্লি। সড়কী চিদাই অমদা পুঙ করতাল য়ৈ খীংহুনা মুংঙাইনা চোংহুনা পেঙ্গরম্বদা করিগী-দমক অরেম্বদা খোয়শাউনকগদগে। চোংজসনু। পাম্মগনা চঙশিন্দুনা য়াওরুবদা কনানসু ভং হায়রক্লদবা লৈতে। পামজদবা অমনা রাম, কৃষ্ণ, শোন্দবা অহুম যাই। অপাম্বনা অল্লাহ অহুম শোঞ্জবা য়াই। পামজবা ঐগী ধর্মবু ঐনা থাজ্জনা থাগৎচবা য়াই। কৈ চুম্মী খনজবদা কনানসু করিসু হায়কম লৈতে। অহুগা অতোপ্পগী ধর্মবু হুনবা, চৈবা নত্রগা তাথী তাওইনা তৌবদি লনাইগী অমদি অপুনবগী ওইনা মাঙ-তাক্লাংঙাইহনি। মকম মতম চানা ইশ্বাগী পোৎকী মগুণ পনবা শীংথাবদি মীওইবগী লীচৎনি। অহুগা অতোপ্পগী মপোৎপু ঐনা য়াম্রবনি হায়হুনা শীংথনবা লাক্লবা তারগদি লৌশিং শোইরোম্বগী লীচৎ ওইগনি। ঐনা ঐগী ধর্মবু লুনা তৌজবগুম মানসু মাগীহুবু চপ চানা লুনা তৌজরিবনি। পূম্নমক্লা খঙনরবা রাফম্লি।

ময়াম লৈমিন্নরবা হায়বসিদি ঐগীদা ঙাক্লা য়েংবা য়াম্রি। মণিপুরদা ধর্ম পূম্নমক্কী মীওই লৈমিন্নরি। পামদবা কয়া হৈনদবা কোজায় থেংনবা তারবসু খাঙবা তাবনি। থরা অহুমক থৈদোকপা তাবনি। অমগী মক্মদা অমনা খাঙঙমদবা লীচৎ চৎপা ধর্মনা য়াগদবা লৈতে। ধর্মদা নম-হাবগী মওং চঙবা চুমদে। সমাজ অমত্তদা নত্তে, য়ুম অমত্তদা ইমুং অমত্তদা ধর্ম অমদগী হেন্না

লৈবা য়াই; অকায়বা করিস্নু লৈতে। তৌবতবু ধর্ম অমনা অমবু চপ চানা ইকায়খুম্নবা ঙাই।

মণিপুরদা মীয়ায় অমদি নহারোলশিংগী মকমদা ধর্ম অসি মমল হন্থরকপদৌনা তৌরি। ধর্ম পুম্নমক্কা য়ারোইদবা নেশা অসিনা চাং হায়বা থমদনা পাক্তক্লনা শীজিন্নরে। ধর্ম পুম্নমক্কা শেন্নবা লীকলমশিংদগী থৈরপ থৈরপ চংনরকপগুম তৌরে। মতমগী মুংশিংনা ওইরিব্রা ধর্ম পুম্নমক্কা পামজবা 'অচুম্বা' হায়বসিমা মমী ইশাম শামলক্লে। ঈশ্বরগী থাজবা অসিনা মপাম্মোংদা কুম্মৈ-ফিয়োং থোকপদা উৎনরবসু মমুংদদি ইথা থাজনরক্লবগী মওং অমা উরক্লি। মুংদগী ওইবা ঈশ্বরদগী মপানগী থংমাঙ থংমাঙ মাঙখিগদবা পোৎলমশিংবুনা হেন্না লুনা চান্না থাজনা তৌনরকপগুন তৌরি। ঈশ্বরবু ইকিমক কিরক্লবা চুম্নগী থাজনবীগী য়ুমফমদা শেমগৎখিবা য়াথলগী মচল ওইনা ইয়াং য়াংনা লৌনরকপগী মওং অমা কলা অয়াম্বদা উরকপগুম তৌরি।

হায়নবা লৈ ধর্ম অমদি ঈশ্বরদা লৈশিল্লকপসি চহী য়ামশিল্লক্লবা অমা, অমনা করিগুম্বা মওং অমদা চঙজকম লৈরক্রুবা নীংবা কায়রবা অমা অসিনি। অদুনদি ধর্ময়োমদগী থকতোরপ তৌবিবা মণিপুরগী নহারোল অমদি মীয়াম অসি চহী য়ামদবগী মথক্তু। নীং থুংদবা পেন্দবা করিস্নু লৈত্রব্রা? চঙজকমগী চঙজকম ঙাক্তা অকোয়বদা লৈরব্রা? লাক্কদবা ইতিহাসতগী পাউথুম ঙাইবা হায়বহুনি।

ধর্ম অশিবগী অমদি শিরমদাইগী পোৎ নত্তে; হিংলিবগী অহিংবা লম্বেলনি। লম্বেল অসি মপানগী নত্তে মতুংগীনি। চুম্নগী উৎপা উথোকপতনা মরু ওইবা লম্বেলসু নত্তে! ময়েক্কীবুদি মুংগী অশেংবগা পানগী উৎপগা মান্নৌ হায়বনি। মুং অমসুং পানগী পথাপ ঙাকউ হায়বনি। অদুবু মতমগী পুঙলোন মতুং ইন্না মপানগী উৎথোকপদা অরাং-অপা লৈরবসু মুংগী লম্বেলনবু শেংলবদি ধর্ম মরায় চায়থরোই।

লু কোকথোক্তুনা লৈঙাও শেংত্রবস্থু বৈষ্ণব ওইবা য়াই; মৌলবী ওইতুনা কোরান থীত্রবস্থু অশেংবা মুসলমান ওইবা য়াই; খৃষ্টান অমনা চর্চ শোয়দনা চংকদবনি হায়বগী বা থমদবা য়াই। তমগী মৈতৈ অয়াম্বা হিন্দু ধর্ম চংলি, গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী লীকলমদা চংনবা ওাক্লি। হিন্দু মৈতৈগী য়ুমদা লৈমরেন লাংলি. সনামহী সিধা থিল্লি। মৈতৈ বৈষ্ণবশিংনা উমং লাই হবাওরি, লাই চাকলোং কংলি। পোকপগী ইপান নুমীত্তা নচা লৌগেরা য়াংকোক লৌগেরা হংনরি লোয়ননা লুগুণ থাংলি লাইমীংস্থু লৌরি। অহুনা ধর্মদা মতম অমদি মফমগী ফল্সু তাদবা হৌনদে। ধর্ম অমা মফম পুন্নমক্তা মতম পুন্নমক্তা চপ মান্নবা চাং অমত্তদা লৈতবা শুপম্না য়াদে হায়বা লৈতে। খরা খরা থৈনবা তৈনবা য়াই। মুংগী শক্তমবু শেংলবদি পান্দা মালহুম্রবস্থু কায়দে।

অতুবু লুরিবা মওংনা মনিপুরদা হৌজিক হৌজিকমক উরিবসি মপানথোংগী উংনবা লাক্লবা শক্তম অসি য়াম্না মরাণ্ড কায়না হকথেংনবা ফংলিবা অসিনি। নহারোল কয়া লাইশঙদা জস্তনা চংলি; ওফিসার কয়া চন্দোল লংনা থিন্দুনা ওফিস কারি; লৈঙাকলোনগী মীওই কয়া মসজিদ অমদি গিরজা নিংম নাইনা চংলি; ওঝা কয়া অমা একাদশী চরা হেন্দুনা ক্লাস লৌবি, ইঞ্জিনিয়ার কোঙ্গায়না লাইশঙ কংলি লাইশঙমক ঙমদ্রবস্থু বালহৌশঙ তপথরি; ঠিকাদার কয়া অমা নাম সংকীর্তন কয়াদা অপাননা শরুক য়ারক্লি অমদি .........

পুন্নমক অসিগা মুংগী লীচংকা কয়া য়াম্না চুশিন্নরিবগে? মপান্না মমুংবু কয়া য়াম্না শেংনা উৎপা ফোঙদোকপা ওন্মিদগে? হংথিসিরা? হংদবনা ফররিত্রা!

ইম্ফল/১৯৮৬

# অনুবাদ সাহিত্য

ব্যাসদেবগী মহাভারত অমদি কবিকুলগুরু বাল্মীকিগী রামায়ণ মহাকাব্যনা লাইগী লোল ওইরবা সংস্কৃতা অতুমক লৈরম্লবা এরিস্তোটলগী পোইটিক্সনা গ্রীক লোলদা সেমুল বেকেটগী এন এটেণ্ডেন্ট গোডোনা আইরিস লোলদা অতুমক লৈরম্বা তারবদি লোল মান্নদবা সাহিত্যগী ওমথৈশিং অসি ওন্থোক্লা পীক্লমগনি। অমা হৈনবা লাক্লবদা পুন্সি কেম্নরিবা, পৃথিবীগী লোল ময়াম অসি লোইনা হৈরু-খঙলুরগা ফংলকদবা খুদোংচাবা অতু অনুবাদ কলা অসিগী খুদোলনি।

অনুবাদ তৌবা হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে, কলা অমনি; কলা অমগী চপ চাবা থৌরম অমদি থৌদাং চপ চানা লৈ। চুম্নগী ৱাহৈগী ৱাহৈদা হন্দোকপা, ৱাহৈ পরেংবু অচাবা ৱাহৈ পরেং য়েংতুনা হন্দোকপদি লায় হায়বা য়াই; মসিদগু লোল অমদদি লৈতবা অমদদি লৈবা; অমদা চংনবা অমদদি চংনদবা কয়ামকম লৈরি। ইংলিশকী Good morning বু 'অফবা অয়ুক' হায়না অমদি মণিপুরীগী পোৎ মমল হংবদা শীজিন্নবা 'কয়া পী' হায়বা ৱাহৈ পরেং অসিবু how much give হায়বগী ভাবতা হল্লুরবদি লোল অনীগী মগুন মাঙখিবা শোয়দবনি। অনুবাদকী থৌরম অসিদা য়ামদ্রবদা, মান্নদবা সংস্কৃতি অনীগী মগুণ, লংদাই অমা ময়েক শেংনা উবা ফংই। মতাং অসিদনি হন্দোক্লিবা মীওই অতুগী অশেংবা পরীক্ষা লৈরিবা। সংস্কৃতি অনীগী মগুণ মাঙহল্লিবনি, অনীমক্তা অশেংবা মুংশিবা অমদি ইকায়থুম্নবা উৎলিবনি হায়দুনা তশেং তশেং উৎনবা হেক হোৎনরুবদা ঈশিংগা থাউগা তিন্নবগুম তোঙান

তোঙান ভারিবনি। অমরোমদা অমুক, অপাবশিংনা মমুৎ ভানা মুংঙাইনবনি হায়রুনা পুংশেম শেমদোক্লরে কোফ্কীগী মহাও শঙ্গোমনা হাৎখিবগুম অশেংবা মহাও মাঙখিগদৌরিবনি। অদুনা অনুবাদ হায়বী কলা অসিদি মশক হেল্লরে মরিন ইভাউ ভাউখিদুনা থাজবা য়াৎনগদৌরি অদুগা চপ চানা থাজহল্লুরে মশক্তা য়াৎকদৌরিবনি। অশেংবা মপোপ অদু য়ারিবমথৈ কায়হন্দনা হন্দোক্লদৌরিবা লোল অমদি সাহিত্য অদুগী মতা য়েংদুনা শেম্বা অসি অনুবাদকী মথৌনি। মসিগীদমক্তা মতাং খঙনা য়াহৈগী য়াহৈদা অমদি য়াহৈপরেংগী য়াহৈপরেংদা হনবগা লোয়ন-লোয়ননা ভেনশিনহনবা অমদি শন্দোক্লা তাকপা মওংদা হনবা চম্মী।

লোল খেন্নহল্লগা অনুবাদকী মথৌ লোইরে হায়না লৌরবদি লৌমন্না থোকই; সাহিত্যদদি মনুং হকচিএবা মফম অমা চাউমা লৈরি। কুনগুবা শতাব্দদা লৈরিবা ভাবোক ঐখোয়না নুংঙাইবা হৈনবা ড্রামা ঐখোয়না মশক খঙই। অদুগা চহি ৪০০/৫০০ গী মমাঙদা শেক্সপীয়ারগুম্বা লীলা ইবা অমনা বিলাট লৈবাক্তা মহারাণী ইলিজাবেথকী ভাবোকশিংবু করম্বা য়ারীগী করম্বা য়াঙাঙদা করম্না উৎলগা নুংঙাইহল্লহগে পেলহল্লহগে হায়বা অসি মাগী অশেংবা থুৎই পাদবা অমসুং থেংনদবা ঐখোয়না কমদৌনা খঙগনি? অশেংবা অনুবাদনা লায়না খঙহনবা ঙম্মী। হৌজিক মতমগী লীলা লেংবশিংনা সমাজগী অশোয়বা কয়াবু ভেল্লপ ভেল্লপ তৌবা য়ারী অমদি য়ারেং য়াঙাঙদা লংনদুনা নুংঙাইহল্লি। শেক্সপীয়ারগী 'জুলিয়স সীজর' লীলাদা অহল ওইরবা সীজরবু কোল্লুংদা মাগী থ্বায়দগী চান্নরবা মরুপশিংনা শরৌ শীন্দুনা শা-ঙা হাৎপগুম হাৎকনি হায়রবসি মঙকাওনরবী, মাগী মুপী কালপোর্ণীয়ানা মঙ অসি য়াম্না নুংঙাইত্তে ঙসিদদি লেঙথোকপিথিনু হায়জরুই। মতাং অসিদা লিংজেল অমদি থৌনাদা মশাবু চপ-চনা থাজরবা সীজরবু খুমইনখি—

পাণ্ডবনা হন্না হন্না শিবনি
শিত্রিভৈগী মমাগুদা।
থৌনাতনা শিবা মাগা শাগোম্নে।
অমুক্তগী হেন্দনা।

খুদোং থীবা নংবা য়াই হায়রুবা মতমদা খুমলকখি;—

খুদোংথীবা মহাক্না মুন্না মশক খণ্ডবনি
শাথি সীজরনা মণ্ডোন্দে হেন্না খুদোংথীবনি
ইচিম্নাওনি ঐখোয়'নী পোকমিন্নবা নোংশা'নী
ময়াম্বনি ঐহাক্না হেন্না খুদেং থীরবা
অতুনা সীজরদি খোঙশানগনি।

শেক্সপীয়ারনা অসিগুম্বা থৌনাগী শৈরেংদা রাণী ইন্দিজাবেথকী ভাবোকপু পেলহনখি।

হৌজিক্কী উপন্যাসনা মনোবিজ্ঞানগী ওইবা মরুদা থৌদোক মথং মথং লীথতুনা মুংঙাইহল্লি অতুগা বানভট্টগী 'কাদম্বরী'দনা মতম অতুগী অপাবশিংবু করিগুম্বা থেংনবা পোং নত্রগা দৃশ্য অমবু পাক্না চাউনা লৈশি লৈথোনবা লোন্দা বর্ণন তৌতুনা পানীংহনখি।

থায়নগী গ্রীস লৈবাকতা শান্নরম্ব লীলাশিংদি হোলদা শান্নরমদে। লম্পাক অমদা চাউরাক্না গুমাঙ লীলাগুম শান্নরম্মী। অয়াওবা মীশিং অতু মাইউপ উপ্লম্মী। অরা পোলোই লীলাদা অয়াওবা পাত্র অতু খুয়া য়াম্না থাবা খুনীং রাংবা বস্কিন ( Buskin ) নত্রগা কথরনস ( cothurnus ) কৌবা খোঙউপ অমমম তোংলম্মী। অতুগা মুংঙাইরিবা অমনা, লীলাদা উংলিবা থৌদোক অতুগী মতমগা পুন্সিদা থোকপা থৌদোকা মান্নহল্লি; হায়বদি করিগুম্বা থৌদোক অমা অশেংবা পুন্সিদা মুমিৎ হুম্নি চঙলবদি লীলাদসু মুমিৎ হুম্নি চঙনা উংপা ঙাই। কয়াদা থেম্নগ্রবনো হৌজিক্কীগা। মসিবু ইতিহাসকী লামায়দগী হন্দোক্লুনা

উৎলবদি সাহিত্যগী ইতিহাসতা থরাই য়াওজবা ভবোকশিংদা কয়াদা মমল লৈরগবা।

সাহিত্য খুদিংদা লৈরিবা অইবা খুদিংমক অসি মশানা মপুঙ ফারবা হায়বদু ওইদে মীওইবনিনা। মীংয়েং থেম্নবতা নত্তনা মায়কৈ অমদা নত্রগা অমদা হেক্তা রাংলি। মশীং নাইত্রবা মচু কয়ানা তিন্দুনা য়েক্লিবা পুন্সিনি; হায়রিবা পুন্সি অসিবু ময়েক লা-না ফোঙদোকপদা সাহিত্য পূম্নমক অমনা অমগী মতেং ওইনরি। হেম্নিংরেনা মাগী 'অহল অমদি ঈপাক' হায়বা উপন্যাসতা পাঙ্গলনা ময়েং তাগ্রবা কম্লাক্তা কুরু কারবা অহল অমা পূম্নমক্কী ওইনা য়েকপা মতমদা মহাকবি কালিদাসনা কণ্ব মুনিগী মচীন্দগী ফোংদোকখিঃ—

"ঙসি ইমোম শকুন্তলা থিল্লুরনি, চৎখ্রগনি। থল্লুবদা থমোয় অসি তনিক তনিকই। রা ঙাঙবা য়ৌনা থোক্তে শিন্থরকপা পিরাংঙনা মায়কৈ মথরে। ঐগুম্বা বন্দা লৈজরবা অমনকাও 'স্নক মুংঙাইত্রব-সিনদি মমোম কায়নবগী অহানবা মৈচাক অসি মুম্বানবশিংনা কয়া খাঙলিগবা।" অঙকপনি নিংভোল পোকপী মমাশিংগী থম্মোয়। য়ারিবমখৈ পন্থদনা থিনথিল্লবমু হোৎনৈ অদুগা চংস্থ চংহম্নীংদে। বাঙ্গলা লৈবাক্কী রবীন্দ্রনা অরাম খোরাংনা চাক্লবা জগৎ অসিদা শান্তিগী মশক ওইরবা অমৃত থীক্লি ইরোল মীরোল নাইদনা। মুংঙাইফম থঙত্রবা সংসার অসিগী কুরুক্ষেত্র লানফম খুদিংদা গীতাগী থোঙদা কৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুন য়েংলহনা পৃথিবীগী লোল অয়াম্বদা লৌশিং পীনবিরি;

"হে অর্জ্জুন, নিংথম-কালেন, অন্না-মুংঙাই, মায় পাকপা মায়থীবা ফীভম পূম্নমক্তা পুকচেল অমত্তা ওইনা লৈরবা মহাক অদুদি ঈশ্বর হকথেংনরবনি; মতম পূম্নমক্তা অশেংবা মুংঙাইবা হায়বদু ফংলবনি"

মতৌ অম্মুন্না পানিংলকপা মতমদা পৃথিবীগী করিগুম্বা লোন অমদা ইবা লাইরিক অমা ইমারোন্দ্রদি থরা থীন্না ফংলবমু অথঙবা

লোল অমদা পাবা ফংহল্লি। গ্রীকীনা ইংলিশতা ইংলিশকীনা হিন্দীদা হিন্দীগীদা বেঙ্গলীনা, বেঙ্গলীগীনা মণিপুরীদা পাবা ফংই। মহাকবিগী যক্ষনা রামগিরিদগী অলকাপুরী তান্না থাখিবা থমোয়গী পাউজেল অমংবা নোং অমনা হেক্ত পুরক্কুনা তাশিংবা লোল অমদা হেক্তা তাবা ফংনরি। মৈতৈ লৈবাক্কী থম্মা -নোংবানগী লীলাম্ম লোল মান্নদবা ভাবোকশিংনা মাগী মাগী মমারোন্দা ম্নেংবাফংলক্লোই করি হায়নীংঙাই লৈ।

মতা চাদনা শোয়খ্রবা অনুবাদতি মাঙনবগী মশক্নি। অনুবাদ হায়বসিমক্তু হন্দোক্লদোরিবা লাইরিক অতুগা মান্নৌ হায়বা য়াদবগী দোষ অমা মশাদা চেল্লবনি। কন্না হেক হোৎনবদা য়ারী মচাক অতু থরগী মথৈদি মান্নবা য়াই; অতুগা থুংই কোঙদোকপগী মওং, লোলতুগী মশাগী ফজবা হায়রিবদি য়াহৈ লৈতেং ছন্দনচিংবা, অতুগা অইবা অতুগী লনাইগী তোপ্তোপ তাবা মওং অতুদি মান্নবা স্নুকঙম ওন্ন-রোইদবনি। মচেকতা ওইনা থিন্দুনা উংলম্বদি য়াই অতুগা অশেংবতুগা মান্নগনি হায়বদি ওইথোক্তে। ডাঃ কমলগী 'মাধবী' অসি ইংলিশতা হন্দোক্লগা ইংলিশতুদগী অমুক মৈতৈরোন্দা হনবদা 'মাধবী' অনী অতু ওকথাক খেন্নগনি। মশানা মরাল শাগোন্নজরবা অসিদা অমুক্তা শোয়খিবা তারগদি কোকিল মশক তাকপদা কাক্নোমদা থুদোম্বী থিল্লুরগী য়াফম লৈ। মসিমক্তি সাহিত্যগী মফমদা পাপ লঙলুবা ওইনা থোকনি।

মতিকচানা ফরবা অনুবাদনা লোল খেন্নথিবদগী লাপ্পনা লৈখ্রবা সাহিত্যশিং অসিবু নকশিন্নহল্লি। নকশিন্নহনবতা নত্তনা অমত্তা ওইবা সাহিত্য হায়রবদি বিশ্ব সহিত্য পুরক্লবগী মায়কৈদা তঙাই ফদনা চঙলক্লা থুলাই অমম্ম ওইরি।

ইম্ফাল/১৯৭১

# মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্য

হন্দোকপগী পোরম অনী লৈবা য়াই—রাহৈগী রাহৈদা হনবা অতোপ্পা অমনা কন্নি হায়ন্নিবনো হায়বগী ভাব অতু হনবা। পুকচেল শেংবা অতুগা চপ চানম্ব ফজহনবা মওংদা হনগে হায়রবদি মতাং মতাংগী ওইনা অনীমক শীজিন্নহুনা য়ানশিনবা মওংগী পোরম অমা শাগোন্নবা থোকই। সাহিত্য হনবগী মতাংদদি অতুমগুবা পোরম অসি থ্বায়দগী ফরবনি হায়না লৌবা য়ারে।

সাহিত্যগী ওইবা মচল অমবু অতৈ লোনদগী মৈতৈরোন্দা হন্দোকপদা হন্দোককদৌরিবা মীওই অমগা নওনা কন্নিদা ঐনা কন্নিদা হায়দনা অপানবা শীংনরক্লিবা অরুবা কয়ামুক লৈরি। ইহান হেক হানবদি রাহৈ-পুকৈ। মচল অমদা য়াওরিবা রাহৈ লোইনমক অসিগা চপ-চপ চান্নবা রাহৈ লোইনমক ফংগনি হায়বগী রা লৈতে। রাহৈ হায়বসিমক্তবু লম-লমগী লৈহাওদগী পোক্লগা চাউথংলকখিবনি। রাহে অমগী মশাগী ইতিহাস লৈজৈ ইতিহাস অসিদা লমগী সংস্কৃতি ময়েক শেংনা য়াওরি। মসোমদগী য়েংলুরবদি লোন অমগী রাহৈগা চপ চপ হেক মান্নবা অতোপ্পা লোনগী রাহৈগী মশীং পওয়াম য়াম্লোই। অতুম্মকপু চিংনমীংঙাই অমদি নীংবা কায়নীংঙাই লৈতে; মরমদি চংনবা অর্থদা য়েংবদা চপ মান্নপ্রবম্ব থ্বায়দগী নরুবা য়াম্না লৈগনি। মসি শীজিন্নবা তাবনি। হাইরপ মান্নবা মরক্তগী থ্বায়দগী নকপা অমদি চান্নবা রাহৈ থনবসিম্ব মতম অমদি মাথা চঙবা পোংনি 'য়ু'গা চান্নবা নঙ, নহাক, নখোয়, অদোম, সোম, অতো ইবো অসিনচিংবদগী থনবদা মীংয়েং

কযামুক চঙবা তাবনি। লম লমগী সংস্কৃতিগী রাখল থাদোকপা য়ারোই। মান্নবা লৈবা রাহৈগী মশীং য়াম্না অতুম্মক লৈগনি। সুকলৈমক লৈতবা রাহৈ মশীং পঙয়াম য়ামত্রবস্থু থেংনরকনি। পাক চাউবা লম অমদি লোনগী সাহিত্যদা মখল কযাগী মিংনচিংবা মণিপুরীদা সুকলৈমক লৈতবা রাহৈ যাম্না য়াওরকই। য়াওবা তাবনি। মতাং অসিদদি নকুবা থিকুবা অমদি ব্যাখ্যা তৌরুবা থোইনা কান্নরোহ। রাহৈ অতুমক তাপ হেক্তা লৌরগা মথাদা তোঙান্না ফুট নোটনচিংবা পীবনা ফরে। পকুবা ফংলগদি লোনশেম ওইনা শীজিন্নবস্থু য়াই। অতুমকপু লোনগী রাহৈ অমা শেম্বা হায়বসিস্থু চানবা চূনবা তাবদা তোপ হেক তাবা লোয়ননা ময়ামনা লায়না খঙবা শেম্বা তাবনি। নক্রগদি মচিং-মশোনগী রা লাকপা অমদি তৌজনীংবগী মওং লাকপা য়াই। হন্দোকপা হায়বসিমক্তবু ময়ামগী ওইরবা লোন্দা অমা পাম্নগনি। জপানগী 'বোনসাই' অস্থুম থম্বা কায়দে। লৌশিনবদা হাঙেংবা লৈত্রগদা লোল ইনাক খুনহনবা ওন্নিবনি। মশীং য়ামত্রবস্থু থরদি লৌশিনবা চুম্মী। থরস্থু শেমজিনবা কায়দে চর্চ, মন্দির, পেগোদা অতুম থম্বা ফৈ।

রাহৈ অমত্তগী তোঙান তোঙানবা অর্থ লৈরকপা য়াওই। সাহিত্যগী ফজবা মসিদা ফনা য়াম্না লৈবনি। সংস্কৃতগী 'দ্বিজ' উচেক ওইবা যাহ বামোন, থা অমদি যাস্থু ওইবা য়াইগ্ন। অহানবা শরক্তা থা হায়হুনা হওখি হায়দনা মতুং লাকপা দ্বিজ খুদিংমক থা হায়না হনগনি হায়বা য়ারোই। শীজিন্নরিবা মওং য়েংলগা রাহৈ অমবু তোঙান তোঙানবা মতাংদা তোঙান তোঙননা হনবা অসি মাঙবা নত্তে হনফমমক থোকই নত্রগদি মওং তানা ফোঙদোকপা ওম্মোই।

মতাং অসিদনি হন্দোকপগী লমদা মতাং হায়বদি কণ্টেক্সকী চাউরবা মফম লৈরিবা! ইংলিশকী নো মেন ( No man )হায়বদি নত্তে মী হায়না হনবা য়ারোই নত্তে' ঙো হায়না হনবা ফগনি। অঙকপা

অকিবা, পাখৎপা অমদি চৈবদা শীজিন্নখিবা রাহৈশিং অসি চপ-চপ চাবা রাহৈগী অর্থদা হনবা কান্নরোই। লোন লোনগী চৎনবী লৈ চৎনবীদা মওং চানা হনবা চুম্মী মৈতৈগীরোনগী এঃ ওঃ হৈমা ঐপা ইসে অস অসিনচিংবা শীজিন্নবা চুম্মী। চেক্কশিনগদবদি লাইশোল-তিনশোলগী মতাংনি। ধর্ম তোঙানবগী লাইশোল তোঙাল্লি। ওন-থোকপা নত্রগা চনৈ-খনৈহনবদি চুমদে। "য়া অল্লাহ'বু হে ঈশ্বর নত্রগা হরে হরে হায়না হনবদি খুদোংচাদবা লাক্কনি। শৈব কাওবুনা শোনবা শিব শিববু মৈতৈবোন তাহল্লিবনি হায়দনা শিদবা শিদবা হায়না শোনবা ফরোই। ধর্ম লামশিন্নবা চুমদে।

মথংদা য়াম্না চাউনা শীংনবিবসি খল্লবা অচাবা নত্রগা খ্বায়দগী নকপা রাহৈশিং অসি পরেং লেংশিনবা হায়বদি রাহৈপরেং অসিনি। লোন খুদিংগী মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা পরেং শেম্নগী পোরম লৈজে। মান্নবস্থ ময়াওই অতুগা মান্নদবনা, মৈতৈবোনগী মতাংদদি, চাং হেন্না থেংনরি। ওসি ফাওবদা হন্দোক্লিবা অয়াম্বসি মণিপুরীগী লোন কাঙলুপ (ফমিলি) মান্নদবা লোনশিংদগী ঙাক্না ওইনা লৈবনা ওইবস্থ ওইবা য়াই। রাহৈ পরেং ওইনা হন্দোক্লকপা মতাংদদি মণিপুরীগীতা ওইবা মওংদা হনবা তারকই মতাং অসিদদি চৎনবী নত্রগা সংস্কৃতিগী রাফম মপুঙ ফানা চঙলক্লে। মৈতৈরোন তাবা হায়বসিনা চপ চাবা চাংয়েং ওইরগনি। অর্থ চপ চারবা রা.হ ঙাক্না লৈরবা অচুম্বা মহন্দোক ওইরবস্থ চৎনবী অমদি ঙাংন-শানবগী মীংযেংদগী লানবা তারকইবসি অস্বায়দনি। লৈবা (টু্বাই) অসি চেংদনা রানবা থুমগীদনা তাইবা হায়না হনবা তাবকই। তাইবা হায়বসিমক ফোরোমদগী য়েংলকপা তারগদি য়োনবগী অর্থদা লৈরক্লি। কায়বা, তংপা, তেকপা, শেগায়বা অসিনচিংবসি পোৎতা পোৎতাগী নতুংইন্না শীজিন্নবা শোয়দনা তারকই। মস্বায়গী হুং-ফেৎ খজিক অসিদনি লোন তাবা তাদবা চুম্বা-লানবা

নত্রগা মানবা-মান্দবগী রাক্‌ম লাক্লিবা। মুন্না মমুদ তানা ক্ষোনে চঙনা খনথহৌবা চুমগনি। চাউরবা লাংকম্লি।

সংস্কৃতিদা চপ চানা শাগৎপা মিংগৌ, বেস্তার, উন্নবা, কায়নবা মুংঙাইবা অমদি অন্নাবা ফোঙদোক্লবা অসিনচিংবগী পরেংশিংসু মণিপুরীগী ওইবা মওংদা হনফম থোকই। অচুনকপু খন্নগদবা রাক্‌ম অমদি হন্দোকপা হায়বসিদা লোনগা ঈরোয়ননা সংস্কৃতিগী মচলশিংগী অয়াম্বা শরুকসু হন্দোক্লুনা পুথোকপগী রাক্‌ম অমা শোয়দনা লৈরি। অচুনা মণিপরী লোন তানবতা লাক্লরিঙৈদা চৎনরোলগী লমদাং খরা ওনথোক-খিগদ্রা নত্রগা থৈয়ায়নখিবা ওইনা থোকখিগদ্রা হায়বসি চিংননীঙাই ওইরকই। হায়বদি গুদ মোর্নিং অসি অফবা অথুক হায়বগী মহুত্তা কমদৌরি, নুংঙাইবিরিকো হায়ন। হনবদি য়ারে। অচুবু সলাম আলেকুম সলামবু জয় জয় হাযনা হনবদি সংস্কৃতিদা পুকচেল শেংদবা ওইনা থোক্কনি। ঈরোইননা মে গোড ব্লেশ পু হরিনা থৌজানবিসনু হায়না হনবা ফরোই।

হাযজনীংবদি পরেং শেম্মকপা মতাংদা লোন তাবগী মীৎয়েং অয়াম্ব। মতাংদা থর্ম্মবসু মফম মফম কাঙলুপ কাংলুপগী সংস্কৃতিবুসু অখন্নবা মতাংদা কাউথোক্কবা চুম্মী। মরমদি হন্দোকপা হায়বসিনা ঐথোযগী পুমওই ওইশিনবগী রাখল চামদা চাম থম্মবা য়ারোই। হন্দোককদৌরিবা অশেংবা লোন অসিগী চৎনরোলসু মপোপ কায়দনা থম্নবা লাক্লবা চুম্মী। ইদ মুবারককী কোম্নববু থুরুম্বনা মহুৎশিনবা য়াংনা থোক্কনি। মুক্কা শাম্নববু রেসলিং নত্রগা কুস্তিনা য়ারোই। করিগুম্বা পাম্বৈ অমা শীজিন্নচুন। মশক তাকফম থোকই। পাম্বৈ য়াম্না লৈগনি।

মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমনা ছায়নবী পানথৈ পাউরোগী রাক্‌মনি। মান্নগীদি কায়দে মান্নবা ফংলক্লবা মতাংদদি মনুংগী ভাব

মাল্লবা অমা শীজিন্নবদা কায়রোই। পানথৈ-পাউরৌ খুদিংমক মাল্লবা মশক্তা হুনগনি হায়রবগী রা লৈতে। মল্লুংগী অর্থ তাবা অচম্বা মওংদা হুনবস্তু হেন্না মতা চাবা ওইরকপা য়াই। পাউরোগী মতাংদা রাহৈগী রাহৈদা হুনবগী মওং অসিমদি য়ারিবমথৈ খাদোকপা করে। অতু-মকপু রাক্ষম অমস্তু খুন্নবা য়াত্রা হায়না খল্লি হন্দোকপদা সংস্কৃতি য়ারিবমথৈ ঙাকপা নত্রগা অঙস্ন। মওংদা উৎপগী রাক্ষম অমা লৈরিবনিনা লায়না থোক্কদবা নত্রগস্তু ময়ামগী ওইনা থোক্কদবা নত্রগস্তু খঙবদা রারোইদবা মওংগী পানথৈ পাউরৌদি অতুম খম্বা ফত্রা হায়বসিনি মওংবু হিন্দীনচিংবদা সোনেমেঁ সুগন্ধ হায়বদি সনাদা সুংশিবা মনম হায়বসি মণিপুরী তাবা নরুবা নওংদি শরেংস্তু থোংবা থাউস্তু থাকপা হায়বনচিংবসি লৈবা য়াই। খঞ্জবদি মণিপুরী অপাবদা নৌনস্তু তৌদোকপা লোয়ননা অনৌবা অমস্তু লৌশিনবা ওইনা মসিমক শীজিন্নবা কান্নগত্রা হায়বসিনি। লোশিনবা মতৃগা ঐখোয়গী ওহাশিনবা হায়বসি অনৌবা রাক্ষম নত্তে। থাওদগী কলমনা হেন্না কনবগী রাক্ষম মণিপুরীদস্তু তোয়না পন্নরি খওস্তু খওনরি। মৈতৈলোনগী অশেংবা মাল্লবা অমদি চানবা লৈরম্বস্তু যারি। অতুবু মসিস্তু মণিপুরীগী ওইরে হায়না শীজিন্নবা কাযদে যাম্না লৈবসি ইনাকথুনবগী থুদমনি। অতুনা অইবগী লাইরাগুম্বা পরেংদি রাহৈগী রাহৈদা হুনবা ফগনি খল্লি। কয়া য়াম্না লাইরাগুম্বা ওইরবা হায়বতুদি মযামনা অমদি হান্দাক্লিবা মীওইনা লেপক্কম থোকই। ঐখোয়গী লাইরববী ঈরোননি নত্রগা হুরানবনা হুরানববু...অসিনচিংবসি অতৈ লোন কয়াদস্তু লৌশিনবা কায়রোই. নোংমা নত্রগা নোংমদি লৌশিল্লকখিগনি হায়না থাক্কে।

হন্দোকপগী লমদা চাউরবা রাহং অমা ওইনা লৈরি থাজবা যাবা নত্রগা পুকচেল্ল ত্তিংবা। পুকচেল্ল হেক্ক য়ারিবমথৈ ত্তিংবা থোকই। মশানা তাবনি। লুরিবদি চাদা চামগী চাংদা ত্তিংবা নত্রগা থাজনীংঙাই

ওইহনবদি সাহিত্যগী ওইবা হন্দোকপদ ওইথোক্লবা রানি। কদাই ফাওবদা ওইথোক্লগে হায়বনু অইবা কবি অমন মশাগী পোৎথোক অতুমক লোন অমদগী অনদা হনবা ফাওবদা চাগী চাংদা ফনা য়াম্না থাজদবা য়াগনি। রবি ঠাকুরগী গীতাঞ্জলি ফাওবস্তু রাহং অসিদগী নানথোক্লরি। হন্দোকপগী থ্বাযদগী চাউবা শচেংবসি মসিনি।

অচেংবা অসিগা অপাননা মরী লৈনবা রাহং অমস্তু লৈরি। হন্দোকপা মচল অমদা হন্দোকপা মীওই অসিগী মশাগী ওইবা মশক (পার্শোনেলিটি) অসি কযা য়াম্না চঙহনবা যাবগে? সুকচঙ চঙহল্লবা হায়বসিদি য়াববোইদবনিনা থিংজ্‌বসিমা তোকপা চুমমে, অসিগী মতুঙা কাম্লনবা ইথৈ পীবগী মওংদা কয়া যাম্না কদায ফাওবা চঙবা য়াবগে হাযবগী চাং ওননা থম্নবা চুম্মে। হন্দোক্লিবা মাওইগী মশাগী লনাই (শলফ) অমা লৈজরি। হাযরিবা লনাই অসি হন্দোকপা মতমদদি হেক যারিবা মথৈ থাদোকপদি তাবনি পুকচেল শেংবগী চাং হেনগৎহল্লনবগী মীংয়েংদা। অতুমকপু খঙন খঙনা হোৎন হোংননা লনাই অসি শং হেক চঙখি। হীরমগী মতাং ফাওবদা, সাহিত্যদদি মখল মখলগী অর্থ লৌবা য়াবগী (ইন্টরপ্রিট তৌবা) রাকম লৈবনিমা হন্দোকপা মীওইগী লনাইগী মশক থরা অতুম চঙবা তাবনি লনাইগী মশক অসি যাম্নবদা চাদ কুনমুক্লমবদগী তেনদবা ফৈ চপ হেক চানা চাদা চাম পুকচেল শেংলুবা তারগদি মণিপুরীগী পুযা অম্নাম্বা নত্রগা অঙাংহলগী পেনা শেলীগা রাবা রাতাই অতৈ লোন্দা হনবদা য়ারোইদবা লৈ। মতাং অস্বায়দদি হন্দোকপা মীওইনা মশাগী তৈনজবা পামজব। মওংগী মফোংদোক অমা থিবা তারকই।

অতোপ্পা অকংবা অমনা লোন অনীগী অরি অনৌগী শকতম অসিস্তুনি। হাযবদি মীবা অমদি কবীবগী শৈকেংশিং অসি হৌজিক হৌজিক মনিপুরীদা হনবদা মতম মান্নবা মণিপুরীদা হনবা তাবরা নত্রগা হৌজিক মতমগী থম থেংনা নৌবা মৈতৈবোন্দা হনবা তাবরা। হাযবা রাফম লাকই।

মতমগী মীওইগীদমক্তা হনবনিনা ময়ামগী ওইবা অনৌবা মণিপুরীদা হনবমক তাবনি। তৌবতবু রাহৈ শনবদা পরেংগী মওংদা অপাবশিংদা মত্তমতুগী নাকয়েং তশেংনা পীবা ফৈ। হেন্দোক্তুনা অনৌবা মতমদা পুরকপা চুমদে। অশেংবা রচনা অত্তুগী সংস্কৃতি কাউফম থোক্তে মতমসিগী মণিপুরীদি ইংলিশ অমদি নোংচুপলোনগী লোনশিংগী রাহৈ য়াম্না থেংলগা শীজিন্নবা অমা ওইনা লৈরি। মসিবু ফজবা থাককী (স্টৈন্দাদ´) লোন ওইনা লৌনবি। হান্না লৈরম্বা অর্থগা থেংনখ্রবা প্রধান মন্ত্রী, পার্লিয়ামেণ্ট, মীতিং হরিজন অকাশবানি অসিনচিংবসি অসুম থেংপা তারিবরা নত্রগা শেম্মগা হন্দোক্কদরা? বিজলী শক্তি, লোক্তাক প্রোজেক্ট সেমিনার সিমপোসিয়ম ডিসকসন অসুম লৌশিন্দুনা শীজিন্নখিগদ্রা? খণ্ডবাদ মণিপুরীদা চংনখ্রবা রাহৈ-রাতা শিংদি অশেংবা লোন লান অতুগী মতা য়েংলগা নক্লনা থোকদবা' মফম মতম য়েংলগা অতুম লৌশিনবা কায়দে হায়বসিনি। লোনশেম ওইনা শেম্মগা ব্রেকেট মনুংদা নত্রগা ফুট নোটনচিংবদা শন্দোক্লা তাকপসু য়াই। হায়বদি মহাকবি নত্রগা পোইট লোরেট অতুম লৌশিনবা কায়দে। নত্রগনা শৈবরেন হায়না শেম্মবসু কায়বা লৈতে। তৌবদবু ফাগি তাখিগদৌবগী মওংশু শনবা থোকই।

অতোপ্পা অমনা মণিপুরীগী পরেংগী লমদা মতম (তেনস) অমদি লেপফম্নচিংবা (পংচুয়েসন) অসিসু য়াম্না লুবা তানফম ওইনা লৈ। লমদাং অনীসিদা মণিপুরীদি য়াম্না কোমথোকই। মসিগা ঈরোয়নবা মণিপুরী মশাগী তোপতোপ্পা পাউদম রাজাং (মেরেসন) লৈজে। আর্য্য ইমুং-মনুংগী লোনগী মওংগা ইমান মান্নদে। অককুবা টৈনসকী শক্তমদা পুকচেল য়াম্না শেংবা উৎকলবা মতাংদা মনিপুবীগী লোন্দা তাবদগী থৈনখিবা য়াবগী রা লৈরম্মী। রম্মা লম্মীনা তোয়না লোইবা হায়রম্মী মতুদি হাযবনচিংবসি পুকচেনদি শেংজি হায়ববু কনথা হৈথানরকপগী মওং লাকপা। য়াওই মহাক্লা হাযখিরম্মী মতুদি মহাক লাকলমগনি,

ঐনা হায়হুনা হৈরি মতুদি নত শোয়দনা চংলো হায়বনচিংবসি মণিপুরী ওইনা ওইনা নত্তবগী মওংদা লৈ। যাম্না কুপশিল্লদবা চুখী। লোন লোনগী মগুণ হায়বহুনি অম্সুম্না পংচুয়েসনগী খুদম কয়া অমস্তুং তৌই-গুম্বশুং অমতিকস্ন'নচিংবা তাইনবগী রাইহেশিংসিস্তু য়ারিবমখৈ শীজিন্নদবনা মণিপুরী তাবা হেনগনি খল্লি।

লোনগী মতাংসিদা শীংনবরকপা মচা অমগস্তু লৈরি অনী য়াম্লনা শীজিন্নরকপগী মতাং হায়বদি ইংলিশতদি ইবা ওইবা বারী শাবদা মণিপুরী পরেং খরা য়াওরকপা লাইরিক অসি মণিপুরীদা হন্দোকপদা করম তৌবা তাবা? পাস্বে কযামুক লৈবা য়াই। অমখক্তি, মতাং যেংলগা অপাবনা চমন্নন থো'কখিগদবা ওইরবদি মানা মৈতৈরোনদা হংই হায় নত্রগা খুন্নী হায়বা খরা হ৷পচিন্নগা য়াগনি হায়বসি ওইবা য়াই। পুকচেল শেংলোহদবরোমদা চনখিরোই।

খুদোংথীবা অপনবা ময়াম অসি মায়োক্নরগা হন্দোক্নবা মচল অমা থোরকইবসি তশেংনা হায়বা তারবদি মপুঙ ফারবা লোইরবা থৌদৌ অমা ওইবা নত্রি হোৎনবগী তাংকক অমনি হায়না লৌবা য়ারি, হন্ন' হন্না শেমদোকপা যারি শেমজনবা য়াখিনি। অরুবা পুন্নমক অসি যেংলুববদি মপুঙ সুকফা ফাত্রবনি হায়না নীংবা কাযবা যারবনি। অতুবু কলাগী শেংলবা লম্বেল অমা ওইরিবনিনা অশান্ত চাউনা থন্বা যাবি। লোল ফ'দে মান্নবা রাইহ লৈতে হায়বগী মতাংদা সুংনাংফম লৈতে। কইববা মৈতৈরোননি। অরি অনৌ কয়াগী শক্তমদা থীবা যারি চপ মান্নবা ফংত্রবা নকুবা অমদি য়াম্না নক্নবা ফংগনি। সুকফংমক ফংদবা তারগনা অরোইবা উপায় লৈরি লোনশেম নত্রগা শন্দোক্না তাকপা মসিদা য়ারোইদবা মওং অমত্তা লৈতে। অমুকস্তু লোন অহুগী রাইহ অহুমক লৌশিন্দুনা ঐখোয়গী ওইশিন্নবা লাকুবদা ইশাবু হনথনা খল্ল নীংঙাই লৈতে। লৌদবা পদবা তেংবাংনবদা লৈবা হৌনদে লৌশিনবদা হন্দো'দবদস্তু কান্নবা লৈ।

সংস্কৃতি খেন্নবগী মতাংদসু হৌজিককী মতম অসিদদি মীওইবগী লৌশিংনা অমুম অমুম শন্দোকলপকনা পৃথিবী অসি অমুম অমুম পীকশিল্লক্লি। সংস্কৃতি অসি অমুম পাকথোরক্লি। লাইরিক, সিনেমা, টি, ভি, ডেকসনারী, এনসাইক্লোপিদিয়া গ্রোসরীএচিংবা মথল কয়াগী পাম্বৈ লৈরকপদগী কাচিন কোয়া ওইবগী 'খণ্ডদ- উদবা থোকপা চীরম অমদী পোংলম নোংম নোংমগী অমুম হনথরক্লি। পৃথিবী অসি ইমুং মনুং অমগী পান্দমলোমদা থুমাঙ চাওশিল্লিক্লি। অদুগীসু মথক্তা মীওইবা চায়বসিমক্তবু ইহুল অমদি হথিলদা মান্নগল্লি। সাহিত্য অমদি সংস্কৃতি অসি তাইবং ইহুল ইথিন্দা অপাননা শাগৎলি। মুংগী ওইবা মান্নবা কয়ানা মপানগী গেৎনববু নমহৎপা শোয়দনা ঙম্মী। কাচিন অমগী অরা খুংঙাই অতোপ্পা কাচিন অমদসু হেক্তা ফাওহনবা ঙম্মী। অদুনা সাহিত্য অমগী মচল অমদা ফংলিবা সংস্কৃতিগী শরুক অসি খণ্ডরবা খণ্ডঅরোইদবা নত্রগা পুমনৌ নৌনা থোক্কদবা লৈত্রে। অপাবা সমাজনবু খজিক্কুংবু পুক্লিং চঙলগদি য়াম্না কন্না হোৎনরুত্রবসু মরু মরু ওইবা সংস্কৃতিগী মচল অয়াম্বদি অপাননা নত্রবসু নাকোয়ননা হকথেংনবা ঙম্মরে। হন্দোকপা সাহিত্যগী মতাংদদি চাউরবা আশা অমনি।

ইম্ফাল/১৯৯৩

# মনিপুরী সহিত্যগী ক্লাসতা ওজা

কুইদ্রিবা রানি; স্কুলশিংদা মৈতৈরোলব্ অতে বিষয়শিংদগী খরদা ওইরুবস্‌ হেন্না লাযথোক্লা লৌনরম্মী। তস্লিবা অমদি ভস্মিরিবশিংদা ওখাক য়াংনা লোনরম্মী হৌজিকস্‌ খরগী মখৈদি অতুম লৌনরি। লৌনরিবা অসিমক পুঙলান লানবদি নত্তে স্কুল পাঙলকপা অঙাং-শিংনা থায়নদি থাযনা ওইগ্রে অতুদগী হৌজিক্তি অয়াম্বা মফমদা ইহাং হাংনা ইতিং তিংবা তিংঙ্গাকোক ওইনা লাক্কে; জ্ঞান কযা অমা অমদি মতু ফোঙদেক্লবা অমদি অনৌবা ওক্সানা ফোঙদোরকপা খঙবা ঙম্মরে মমারোন, হাযবদি মৈতৈলোন অসি খরদি অতুম পুত্তুনা লাক্লবনি। অতুগা তম্বা লাকপদা মানা মরন্দ মরল ওইনা পুরকপসি মমা-রোন অসিনি বিদ্বান ভান্টেনা হায়রম্বা রা লৈ। A man's proper vernacular is nearest unto him, in as much as it is more closely united to him, for it is singly and alone in his mind before any other.

মমারোন ওইখিবনা ঙাংবা অমদি খঙবা ঙম্মি। ব্যাকরণগী মতুং হুক্লিনবা নিয়ম কয়া হোনবা কয়া তম্মু খঙত্রবস্‌ নত্রগা বানান খরা লানজরবস্‌ মপুক্লিংগী রাখল অতু খরগী মখৈদি চংনবা য়ানা ফোঙদোকপা ঙম্মি। অতুম চুমদা খরদংদা ওইরস্‌ মশাগী ওইনা খঙতুনা লাকই। অতুগা অমরোমদা অমুক সাহিত্যগী ওইনা হায়বদি সাহিত্যগী মচাক মখল মখল য়াওবা মণিপুরীগী লাইরিক অসি

তম্মিবশিংনা হায়া পাথোকখিবা য়াওই। কবিতা গুম্বা নত্রগা নিবন্ধ-গুম্বা পাবদা ক্রক ক্রক লাউবা পারা থরা নত্তনা রারীনচিংবা অয়াম্বদি হায়না মশা মশানা পাথোকই। হুংঙাইনা থোকখিবা পারাশিংদি মতাং মতাংদা নীংশিংহুনা লৈ। অহুনা মখোয়দা লায়রপ থোকপা বিষয় ওইনা থোকই। পূন্নমকসিগী মথক্তা অমুক তম্বা য়াওহৌত্রবম্ব হোরেল হয়েং লনাই পাখৎপা য়াই, পাবা থোকই, অর্থ খঙদবা থোইনা য়াওদে হায়না খন্দুনা কোমথোক্লা লৈবা অহুম ওম্নে। হায়বদি, শম্না হায়রবদা মনিপুরী অসি লায় হায়না লৌনৈ।

তশেংবদি মখোয়না পাবা থোকপহুদা ঙাওলকপা খঙবহুদা অমদি অখঙবা রাহৈ অমদি রাহৈ পরেং অয়াম্বা য়াওবহুদা খঙবোই হৈরবোই নীংজবনি; মমালোল তম্বা অমদি তম্বিবগী কান্নবা অমদি পন্থুং ময়াম অহু ফংনবা তম্ব-তম্বিবা তারবদি চপ চানা লুরি। বিদ্বান হার্বর্তকী খোংথাং মঙা অহুগী যুক্ষমদা ক্লাস অমা লৌবা তাবদা মখোয়না খঙওে হায়না লৈরম্বহুদগী য়ামনা হেন্না খঙহনবা হৈহনবা য়াই। অহুগা খোঙথাং মঙা অসিগা ঈরোইননা অতৈ অতোপ্পা উপায় কয়া অমম্ব শীজিন্নহুনা খুদোংচাবা লৌহৌবা কান্নদবা নত্তে।

তৈনরপ তৌখিবা রাখলদগী লায়না লৌখিবনা সাহিত্যগী ক্লাস অসিদা পূক্লিং ইচঙ চঙনদবগুম তৌই। অহুনা রাহৌদোক অমদি পারা মম্নিং লাউথোক্লবা মতুংগী মখাদা লাম্থোকপা ( presentation ) গী মতাংদা ছাত্রশিংবু মশানা পান্না পূক্লিং চঙহনবা য়াবগী রাফম য়ামনা লৈ। নৌরিবা অঙাংশিংদি রারী য়ান্না পামজে। অঙক অঙকপা থৌদোক রাথোক তাবা য়ামনা পামজে। মখোয়না পামজবা রারী তারিঙৈদা মথৌ কয়া কাউথোকপা অমদি থাদোকপা ওম্মি; চাকপাউ ক্ষাওবা থৌওইক্রদবা ওম্মি। অসিগুম্বা চাগনি থকনি কাউবা য়াবা 'অপাম্বা' অসি ক্লাসতা শীজিন্নবা য়াই। তেল্লপ তেল্লপ তৌবা,

থৌদাক ৱাথোক্লা মরু ওইবা অদুগা মমুংদা পাউত্তাক ফুমদুনা লৈবা ৱারী মচা মচা কয়া মংাং চানা চানা লীখিন্নবদি চোইথোকে তৌরকপা পীক্লিবা পুক্লিংশিং ইন্না ৱাদনা চিংশিনবা ওম্মি; ওমফম থোকই। থৌদোক মচা-মচা কয়া অমস্থ শন্না ৱাহৈ মঙা তৱাদা লীথোক তন্নথোক্লুনা তাহনবদা হেন্না খঙনীংবা পোকই। মনোবিজ্ঞানগী লমদা মপুঙ ফার ফারবা মত কয়া ফোঙদোক্লম্বা ডেলকানিজীনা মতাং অমদা পনখি-ৱাফন অমগা খুদম মচা অমগা ৱাফম অমগা অত্তোপ্পা খুদম অমগা লাম্থোকপনা অতাবগী পুক্লিং চিংশিনবা ওম্মি। অদুগা ৱাফম অদু কুইনা তুংদুনা লৈ। ৱাফম অসি আমেরিকাগী রাস্ত্রপতি অব্রাহম লিঙ্কোনস্থ পনখি অদুগা পনবতা নত্তনা মশাগী হৈনবা ওইনা তৌদুনস্থ উংখি। চান্নবা মান্নবা নত্রগা অশেংবা খুদম কয়া তেন্না তেন্না পীদুনা তাহনবা য়ামনা কান্নবা ফংই। ৱারী খুদম থৌদোক ৱাথোক অমদি অতৈ ৱাফম কয়া ইন্নায় লায়না ফংদবা য়াই। ওজাগীদি পাঠ্যপুস্তক অদুতা পারগা নৈনরগা তম্বিবগী শেম শাবা লোইরে হায়না লৈথোকপা য়াদ্রি। ওজাগী পুন্সি অসিমক ছাত্রগীদমক্তদি চাউন্নবা লাইব্রেরী অমদি পাক চাউরবা ম্যুজিয়ম অমনি। অদুনা ওজাগী মীৎকুপ খুদিংমক ক্লাসতা কান্নহনবা য়াই—ওমনদবদুগীদি, অমত্তগী মরালস্থ নত্রি; মরক অসিদা ঈরোইবা হৈবস্থ হৈত্তবস্থ পুন্না ঈরাকন্নিবগী ৱাফমস্থ লৈরম্মোই হায়না লৌবস্থ হকমল্লি।

মী খুদিংমক ফাগী অসি পানৈ। চাংদা খেন্নখিবগী ৱাদনি নোাক্লং ৱাফম অমা তাবদা অমদি থেংনবদা নোক্লিংই মুংঙাইবা পোকই। তুংগী ৱাস্থ তানিংবা পোকহল্লি ছাত্র খুদিংমক ফাগী হৈনৈ। অদুগীস্থ মথক্তা ক্লাসকুম্বদনা হেন্না নোক্লিংবা হেন্না মুংঙাই-বগী মওংস্থ লৈ। মপান্দদি চম্মে কান্নদ্রে খন্নবা ৱাফম অমা ক্লাসতদি কায়বা য়ানা নোকথোকপা য়াবগী ৱা লৈ।

মরক মরক্তা মতাং চানা চানা ফাগি মতেক মতেক তৌদুনা পোখা-হনবস্থ ফে। ক্লাসকা চান্নগদবা ফাগী খনবা খরাদ লুনা থোক্লবস্থ স্বান্নমক

লুখিবনি নত্তে। লাম্নোকপবু মতা চারব মাহৈ মাতা লেংথোক লেং-শিন্দবু হৈ-শিংলবদি লুখ্রবা অহুগা চীং লেমখ্রবা বিষয় ফাওবা ফাগী ওইনা লাম্নোকপা য়াই। ফাগী মচা অমা তৌহ্না খোঙথাং মঙাগী থৌচিল্লবা ক্লাসতা পোথাফম খজিক পীবগী মথক্তা লাম্নোকলিবা হীরমগী অক-রুবা মতাং অহু মতম কুইনা নীংশিংহনবগী থবকসু তৌই, লোয়ননা ছাত্রশিংগী পুক্লিংসু চিংশিল্লি। শাংথরবদি অকায়বসু লাকই অহুগা তৌ-বগীদি শাংথানীংঙাই মতমসু থোইনা ফংলোই।

মৈতৈলোনগী ক্লাসতদি রাহং য়াম্না লাকই। হায়রপ খঙবা হীরমগা ওইবগা ঙাংবা শকপদা অরান কহুইগী চিংনবা অহুক হারুগা লৈত্তবগা রাহং অসি তোইরপ অহুম হংঙকই। রাংলপ তাবা ক্লাসত্তদি মরৈ ফাওবা তৌরকপা য়াওই ; তৌফমসু থোকই। করিগুম্বা মতাংদদি নাতৈ চাদবা রাহং য়াওরকপসু তত্তনা অহুম্মক থেংনৈ। হায়রিবা রাহংশিং নত্রগা মরৈশিং অসি মিহুংশিগা লোয়ননা তাবিবা অমদি খুম্বিবা তাবনি। নৌরিবা লৌশিংগীদমক্কদি মিহুংশি অসি য়াম্নমক মরু ওই। শাউনীংবা যাবা মতাংসু য়াওরক্রবা নত্তে। অহুবু অশাঙবা অহু থরগী মথৈদি থাঙবা চুম্মী। নাতৈ হুক্রুবা রাহং ফাওবা অহুকপরোমদা লৈশিল্লকপা য়াই। য়াদা যাখিদবা মতাং থোকলগনা অশম্বা মরম পীবগা কোন্না থন্নসি নত্রগা লনাইওইনা তৌসি হায়বনচিংবা হায়হুনা থাদোকপা চুম্মি। মতাং মতাংগী ওইনা করেম্নরপ তৌবা রাঙাংনা ফত্তবা রাথন্না মাঙওইনবা রাহং অমদি মরৈশিংবু থরগী মথৈ নমথনবা নত্রগা মায়থন হোংহন্নবা লাক্রবা থোয়না কায়দে। তৌবত্তবু মিহুংশিগী রাফমদি অহুম লৈরি। পুম্নমকসিগা লোয়ননা ওজাগী মশাগী ওইবা-মীওই পোর্সোনেলিটি চপ চানা মরু ওইবা মরম অমা ওইরি। তাকপা হৈবা অমদি তম্বিবা হৈবা হায়বসিগা লোয়ননা ছাত্র লোয়নবা হৈবা হায়বসিসু মরু ওইরি। য়ামত্রবদা তম্বিবশিংবু ক্লাসতা পেনহনবা ঙম্বা পুক্লিং চিংশিনবা ঙম্বা ওজানা সাহিত্যগী ক্লাসতা মায়

প্যাক্কবা লৈরোই। হার্বতকী খোঙথাং মঙাগী লমথুংস্সু অসিনি। খোঙ-থাংদি অঙ্কাগী অঙ্কানি; অমস্সু থাংই অমস্সু থাংই। অতুগা থাংবগী মওং নত্রগা চৎপগী মওং অতুদা মশা মশাগী ওইবা অকোপ্পা মওং লৈরি কবম ত্তৌরগা ফগনি হাযবগী চপ কক্কবা অকক্কবা হাযবা অমা লৈতে। নিয়ম অমা অমুক থোক্‌দোক্লা কোইনা থিগ্রবস্সু লায়না ইন্না রাহন্দনা ফজনা খঙহনবা হৈহনবা য়াপা শুক্তস্বি অতু ফববনি নিয়মনি। লমথুং মান্নবা নিয়মশিং অমগা অমগা য়াম্নস্সু খেন্নরোই।

ইম্ফাল / ১৯৭৩

## কোলেজ অমদি য়ুনিভর্সিটিদা মণিপুরী সাহিত্য তম্বিবা

মণিপুরী সাহিত্য য়াম্না পাক-চাউবা হৌরমনি। সাহিত্যগী বিধাসু মথল-মথা যামখ্রবনি। বিধা অমমমগী ওইনা তোঙান-তোঙানবা মতম্বী হায়বদি তম্বীবগী মওং শোয়দনা লৈরি, লৈফম থোকই। বিধাশিং হায়বদি মচল পুন্নমক অসি পুন্না সুপচিন্দুনা লৌশিল্লগা সাহিত্য তম্বীবগী মওং খরা লৌখৎচরি।

মণিপুরী সাহিত্যগী ক্লাসতা ফম্মরিবা মহৈরোয়শিং অসি য়ামদ্রবদা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক অমা হকথেংনরক্রবা ঙাক্লি। লোনসু মমালোন নত্রগা মমালোনগুম্না ওইবনিনা পাবা অমদি ইবদা থুদোংচাদবা মওং থোইনা লৈত্রবনি হায়না লৌবা তাব্রবনি। য়ামদ্রবদা যুম্ফমগী ওইবা লৌশিংদি তাম্লব্রবা মহৈরোয় ঙাক্তনি হায়না লৌগদবনি। অমরোমদা, রাফম অমনা ওজাগী থৌদাং মযামগী মনুংদা মতাংগী ওইনা পন্দবা য়াদবা অমসু লৈরি। ওজানা তম্বীগদৌরিবা হৌরম অহু মমুৎ তানা খঙবগা লোয়ননা তম্বা লাক্লিবা ছাত্রশিংবুসু মশক খঙবা তাই। মণিপুরী তম্বা লাক্লিবা ছাত্রশিং অসি অয়াম্বনা মণিপুরীদি হান্না খঙলবা পোংনি, লম্নাই পাজরগা অহুম য়ারবনি হায়না খল্লবনি। পাবা অমদি ইবা ওম্লবনিনা লাইরপ তারে হায়না ছাত্রশিংনা খন্নরবা মণিপুরীনি। পররা মশক খঙলগা তম্বীবনা থুদোং চায়।

অহানবদা, চাংচৎকী ওইনা অরাংবা থাকী মহৈরোয়শিংদা ফজবা অমদি অচুম্বা পোৎলমদা যুম্ফম ওইবা সাহিত্য উংপা তাবনিনা

পণ্ডিত হার্বর্তনা শীংথারম্বা ক্লাসতা তম্বীবগী খোঙকম মওা অত্থুমক পুম্না মরু ওইদে ! অত্থুবু অহুম অমদি তঙাইফদনা মক ওইরি—রাহৌদোক, চুম্না পাবা অমদি শন্দোকপা। লেমহৌরিবা অনী অত্থু-মদি লেশন প্লান্দা য়াওহন্দবা য়াই।

অহানবগী ক্লাস খরদা লাইরিক মশা পায়ৱিভৈদা বিধা অত্থুগী হৌরকপা অমদি চেম্বররুক্লিবা ঈচেল শম্নপ্না শক্তম অমা পীবা চুম্মী লোয়ননা অইবগী মশক তাকপসু চুম্মী।

অনীশুবদা, রাহৌদোক্কী হেক মতুংদা শন্দোক্না তাকপা হৌবা ফৈ, মতুংদা শন্দোকপা রাফম অত্থুবু শোগৎপা রাফম খবা লাইরিক্কুগী পাত্থুনা তাহনবা চুম্মী। পাববা নতুংদা লাইরিক্কী রেফরেন্স মপুম ওইনা পীবা চুম্মী।

অহুমশুবদা, সাহিত্যদি লোন অমত্তদা পুন্দুনা অমদি পুন্দুনা লৈগদবা পোৎ নত্তে। থেংনবা অমদি থেংনগদবা লোন কয়াগী মান্নবা বিধা কয়াসু মতাং মতাংগী ওইনা মওং চুম্না পুশিন্দুনা চাংদম্নবা য়াম্না কান্নগনি হায়না খল্লি।

হৌজিক চৎনরিবা তম্বীবগী মওং অসি ভাষণগী মওং হায়রবদি লেকচর সিষ্টেম অসিনি। তম্বীবা অমসি তম্বা হায়রবসিদদি ওজা অমদি ছাত্র অনীমক মান্ননা শরুক য়ামিন্নবা তাবনি। অত্থুনা মরী-শুবদা পঞ্জনিংবদি ক্লাসত ওজাদা নত্তনা ছাত্রসু ঙাংবা চুম্মী। অত্থুনা ওজানা রাহং হংত্থুনা লোয়ননা ছাত্রশিংদা হংহন্দুনা ঙাঙত্থুনা মশাগী মত্ত ফোঙদোকহনবা চুম্মী। চহীগী অরোইবদা পাঙথোকপা ইবগী চাংয়েং অসিখক্কুনা ইবগী মওং লোইরে হায়না লোবা চুমদে। মর-ক্তম্ন মওং কয়াগী এসাইনমেণ্ট পীত্থুনা ইহনবা চুম্মী। ইত্থুনা পীখৎ লক্লিবা এসাইনমেণ্টশিং অত্থু মুম্না য়েংলগা, হৌজিক ফংলিবা পুং অমা

নত্রগা মিনিট ৪৫ গী পেরেডশিং অসিগী মতা য়েংহনা ময়ামগী ওইনা থেংনবা ফজবা অমদি অশোয়বা কয়া নৈনবশু কৈ। পেরেড য়াম্না লৌদনবা ছাত্রশিংবু কাংলুপ খায়দোক্লগা লৈরিবা ওজাশিংদা য়েন্থোক্লুনা ট্যুটরিয়েলগী মওংদা নৈনবা ফগনি।

মঙাশুবদা, ছাত্রশিংবু তম্ব-তম্বীবদা অপান্নবা শরুক য়াহনবা তাবনি। মরক মরক্তা তোয়না নত্রবশু চহী অমদা অমুক অনীরক্তংদদি হীরম অমা নত্রগা খরদা সেমিনারগুম্বা সিম্পোসিয়মগুম্বা পাংথোকপা কৈ। ছাত্র লোইনমক পাহনবা ওপ্পোইদবনিনা ওজা অমা নত্রগা খরনা লমজিংবিরগা ছাত্র খরদা ইহন্দুনা পাহল্লগা লেমহৌরিবা ছাত্র-শিংবুনা খর-নৈনবদা শোয়দনমক শরূক য়াহনবা তাবনি। ইহুনা পাওথোকপা মত ফোঙদোকপা অমদি মওং চুম্না নৈনবা অরায়বা থবক নত্তে। তুংগী ওইনশু তম্বীহৌবা কৈ।

ফাগী হৈনবা মীওইবনি। ওজানা ক্লাসতা ফাগী মতেক অমত্তং তৌরকপদা ছাত্রশিংনা কয়াগী মতিক নুংঙাইজবা, ছাত্র ওইরকপা ঐয়োয় পুম্নমক্না খঙই। তাকপীরিবা হীরমগী মহুংদা মতাং খজিক ফংলকপা মতমদা তেনতক তেনতক তৌবা ফাগীগী রাহৈ-রাতা প্রমান পানথৈ রারী মতেক নত্রগা অশেংবা নত্রগশু শাজীন্নবা থৌদোক খরনা ছাত্রশিংবু নুংঙাইহনবা নত্রগা মখোয়গী খজিক চোইথোকলুরবা পুক্নিং অচু চংথরিবা পারারোমদা চিংশিনবা ওমগনি। মসিনা তক্ক-কশুবা রাফমনি।

তরেংশুরকপদা খন্নগদবা রাফম অমনা সাহিত্যগী বিধা অমা মমুং তানা নৈনহুনা ফজবা, কান্নবা অমদি অশোয়বা কয়া খঙবগা লোয়ননা ছাত্রশিংনা হেন্না থরায় তানা খঙরিবদি পরীক্ষানি। হৌজিক চংথরিবা মহৈ-মশিং তম্বগী ঈচেল অসিদদি রাহংগী পাউথুম ইবসিনা পরীক্ষানি। অনৌবা ঈচেল অমা লাকত্রিবা ফুাওবদি রাহংগী পাউথুম

ইবসিনা পরীক্ষা অদুম ওইরি। অদুনদি ছাত্রশিংনা য়াহং অমদি পাউখুমগী মওং ফনা ফজনা পামজগনি হায়বসি শোয়ন্নবি। পামজরিবসি মতমগী চংনবী মতুংইন্না য়েংলবদা চুমদে হায়বা য়াদ্রি। থোইনা লান্দবা ছাত্রগী অপান্বা অম্নি পীবিবস্তু কান্নগনি। তৌবতবু হেক হৌবদগী য়াহং পীরগা পাউখুম হেক্তা নৈনবগী মওংদা চংথরবদি অফবা মখলগী খুৎতম্বী ওইরোই। কান্নগদবা মওংদি য়ারী প্লোট, লোন্নচিংবদা ফংলিবা সাহিত্যগী ফজবা কয়া নৈনহুনা তাক্লবা খঙহল্লবা মতুংদা মরক মরক্তা পরীক্ষাদা অমুম্না হংলকপা য়াই হায়দনা হংবা য়াবা য়াহং অপান্নবা নম্রগা নাকোয়ননা খঙহনবা ফৈ। য়াহং অদু করন্না খুম্বা য়াবগে নম্রগা ফবগে হায়বা অদুম্ভু খুদক্তা নম্রবস্তু মতাং চাবদা নৈনবা কান্নগনি। ময়েক্লৌদি ওজানা পেরেড কয়ামুক্তা নৈনখ্রিবা হীরম পুম্নমক্তা য়াহং পুম্নমক্কী পাউখুম পুম্নমক য়াওরবনি হায়না থাজবা য়ারবানি। অদুগুমপু ছাত্রদি অকক্লবা য়াহং অমদি পাউখুম পামগনি। পান্মিবা অসিমক্তি ওজানা পীফমস্তু থোক্তে, লোয়ননা পীবস্তু ওম্মোই; ওম্মবস্তু পীফম থোক্তে। অদুনা, ফগনি খনবদি ক্লাসকী থবক য়েংদুনা হংবা য়াবা য়াহং অদুগী পাউখুম নৈনবা অমদি নৈনহনবা অসিনি। য়ারগদি য়াহং পীরে অদুগা পাউখুম নৈনরে হায়বসি খঙহন্দবা ফৈ। অদুবু লুব্নিবদি লৌশিং নৈবা মীওই ঙাক্লিনা হেক্তা মখঙনগনি। সমস্যা অমনি, কোক্লবা উপায় থিবা তাবনি। খঙ্গবদি, ছাত্রশিংদা য়াহং খরা পীবা মতুগী পাউখুমদা বিধা অদুগী মশক নীংথিনা য়াওবা য়ারবা অরাইবা য়াফমদি নত্তে। অদুবু ওজানা হোৎনরবদি ওম্মোইদবা খোঙজংদি নত্তে। য়াহং অমদি পাউখুম নৈনবা পরীক্ষাগীদমক্তা য়েংবা তাঃরবদি অয়ানবা ওইরোই।

কাক্চিংপুর/১৯৮৮

# সাহিত্যগী মচল অমা ওইনা
# খোঞ্জেল লীলা (রেডিও প্লে)

সাহিত্য-কলা সমাজগা হিংমিন্নরিবা কায়াৎ অমনি, মশাগী মক্কম লৈরিবা অমদি মথৌ চপ চানা তৌরিবা চঙদবা য়াত্রবা কায়াৎ অমনি। হিংলিবা থরায় অমনিনা মায়কৈ কয়াগী মায়ওনদা চেষ্টরকই লোয়ননা অনৌ অনৌবা ময়োন চোংলকই অমুগা মশা কয়া অমসু লেপ্তুনা চোংখৎলকই। খোঞ্জেল লীলা, হায়বদি রেডিও প্লে অসিসু অমনি। খোঞ্জেলনত্তনা শান্নবা লীলানি হায়না লৌজবনি।

নোংপোকলোমগী সাহিত্য নৈনরোনদা লীচৎকী মওংগী মতুংইন্না সাহিত্যবু চাউনা মখল অনীদা থায়দোক্লরক্লি-য়েংনবা (দৃশ্য) অমদি তাননবা (শ্রব্য)। মত্তাং অসিদা অমগা হাপচিনজনীংই- তারগা য়েংনবা। কৌনীংবনি শ্রব্য দৃশ্যকাব্য খ্বায়তরাদা শিন্নজরি। খ্বায়না নীংশিংবিরি উৎনবগী পান্থৈ (টেক্নিক)গী মতুংইন্না য়েংনবা কাব্যগী মখল ১০ (তরা) লৈ—নাটক ভান, অঙ্ক, প্রহসন, প্রকরণ, ব্যাযোগ, ডিম, সমবকার, ঈহামৃগ, বীথী। য়াবশিং থোক্লবদি সাহিত্যগী মখল অসিদা হাপচিনজনীংই লীলামচা অমদি ফিলম। য়াফমসু থোকই মরমদি তাননবা/পাননবা সাহিত্য (শ্রব্য কাব্য) দা হান্নবা লৈরমদবা কয়া নৌনা হাপচিল্লক্লি—অখোংপা রারেং (বেল লেত্রা), লেখ (আর্টিকল) পাউদম (জর্নেলিজমগী মচলশিং), সম্প্যাদকীয় (ইডিটরিয়েল) রাহোদোক (ইন্ট্রডকসন/প্রিফেস) অসিনচিংবা।

খোঞ্জেল লীলা অমদা লীলা অমগী পোৎচত্ত পুন্নমক য়াওরি। রাংলিবা হান্নবদু মীওই অমদি পোৎলম মীৎনা উবসিনি। অদুবু অরাংপা অসিসু

সাহিত্য নৈনবদা নৈনরিবথুনা পাওথোকপা অমদি পাওথোকপা য়াবা থৌদাং কয়ামরুম লে। থৌদাংশিং অতুগী মনুংদা অমদি, হান্নন নৈরম-দবা হান্নমা খন্ন খওনবমদবা রাকম অমা শেমগৎ শাগত্তুনা ফোঙদো-রকপা অসিনি অহব অতুনা হায়বা পাম্বিবা উৎপা পাম্বিবা রাকম অহু মনুং হুর্থা মা খল্ল খওডুবগী মথক্তা শমুক্কা করি করিগুম্বা মতম মতাংদা, অহবা মশ নফাওবা খল্লা নত্র। খওনা মসিমদি মহায়রগে হায়না হায়বম্বা নত্তবা রাকম ফাওবা নৈনবিবশিংনা পুখৎলবপা য়াওরি। য়েংবা হৈবা উশিনগনবা য়াওরকই, য়াওরকপস্থ তাবনি। অমরোমদা হায়রগা অহবা মাগিদি মথামায়দা, থোপতা অমদি মখুত্তা ফাওরকপা খরা অহু মানা হৈনজবা পামভবা মওংদা ইতুনা ফোংদোকপনি। পীথোরকপা মৈংই মহাকীচি পহুন হবা নত্রি। পেমকষ্পা উরৈনা মকুম-মথা লাকপদা লৈনা ফন্দোংকপগসনি। যভবা হায়বসিমা মশাদা ইয়াও অতুম যাওরবনি। লুরিবদি কমদৌনা ফজবিবনো, করিগী নীংথিরিবা, কদায়দা কান্নরিবা, কমদৌন যেংলগা নৌহৌননা থোইদোক হেন্দোক-দৌরিবা হায়না নৈনরকপ মত্তমদদি ওমথৈ লৈত্তবা লৌশিং, পেন্নাইদ্রবা হৈনীংবা অমদি হৈংিলব গুংলাম্ভোফ চওওকই। কালিদাস নৈনবদা ভূগোল চওই, শেক্সপীয়র খৎবদা ইতিহাস চওই, টি, এস ,ইলিয়ট নৈনবদা বিজ্ঞান খওবা তাই অভাংহল নৈনবদা সমাজগী লৌশিং চওদবা যাদে শম্ন হযরবদ নৈনবদুদা শোকপা হীরমশিং অতুদি ময়েক শেংনা নৈদবা নৈনদবা সুকযামক য়াদ্রবনি

নৈনবদ নৈনরিব বতাগী মচল কতুদা তাংতুনা হৈবা হিংবা নত্তবা নশাগী ওইবা তাপ্রাপ তাবা মশানা হৌরগা মশাদা অতুম লোইশিন-জবা, মপুঙ ফাজরবা গুংগ মগী শক্তম অনা যাওরি। যুমফমবুদি, চুম্বী, মচাক অতুনা ওইরনি। অতুগ যুমফম ওইনরুই হায়তুনা মতুগী থৌ শাদনা য়াদ্রবা কায়াৎ নচা অমনি হায়না লৌরুবদি লানগনি। পুরানগী থৌদোক্তা যুমফম ওইবা মহাকাব্যশিং অসি পুরাননি হায়রোই, ঐতিহসিক

লীলা , রারী , উপন্যাসপু ইতিহাসনি হায়দে ; ঐচ : জি রেলসকী পউন্যাস বিঞ্জানমক্তি হায়রুবা য়ারোই। অস্তুম্না নৈনবসি নৈনরিবা মচাক অত্থগী মকুপ তারবা পোৎচঙ নত্তে , মশাদা নৈনারবা মীত্থগী খুৎশেম অমা শগোম্নজত্থনা লৈরবনি। মথম্নতা লৈবা য়াররা খুৎশেমনি। কলা হায়ববু করিনো !

ইম্ফাল।১৯৭০

# নৈনবা ঃ কলা অমা ওইনা

সাহিত্যগী নত্রগা কলাগী ক'রিগুম্বা মচল ( genre ) অমবু ফৈ-ফত্তে লেপ্পা অরায়বা থবক নত্তে। অদুগী মথক্তা অশাংবা মত্রগা অরুম্বা অপাকপা মত্রগা অথাবা ওনবগী গুম্না অকক্নবা চপ-হেক চাবা নাপ অমা লৈবস্নু ন'ত্র। উপন্যাস কদায়বু কৌবগে, লীলা হায়বসি করিনো, বারীমচাদা ক'রি করি মচাক চঙই হায়বনচিংবগী মতাংদা মপাম্বোংগী ওইবা ওম্ন-নবগী পাম্বৈ থরদি লৈ। ওনস্নু ওম্নরক্লি। তম্ব-তম্বীবগী অমদি নৈনবা হৌরকপগী ওইনা হায়রিবা পাম্বশিং অসি কান্নদবস্নু নত্তে। অদু মকপু মসিনা পুমলোই লোইরবা পথাপনি হায়বা য়ারোই। অরোইবা ওইরম্বা তারবদি করিগুম্বা মচল অমবু অমুক অনীরক্তমক নৈনরগা অরোইবা ওইনা মমল লেপ্লগা অদুম্মক লোইরম্লগদবনি। অদুবু লোইদ্রি। মচল অমবু হৌখিবদা নৈনখি হৌজিকস্নু নৈনরি; নৈস্নু নৈনখিনি। রামায়ন মহাভারত ইনৌ ইনৌ নৌনা নৈনবা লেপত্রি। কালিদাসপু অনৌ অনৌবা মীৎয়েংনা য়েংবা তোক্লদ্রি; অঙাংহলগী 'জহেম্না' অমদি কমলগী 'মাধবী'গী মমল হন্না হন্না লেপ্নরি; লোইদ্রি তোক্ত্রি। লেপ্নরকখিনি।

কলাগী পোৎলম অমদা খুবাক অনীগী রাফম চঙই, নামত্তনা খুবা য়াদ্রি। রারী লীবা হৈবদা নাত্তে তাবা হৈবস্নু চঙই, কবিত' ইবা হৈবগীতা নত্তে পাবা হৈবগীস্নু তঙাইফদবা লৈ। ফজবা অমদা অশেম্বগীতা নত্তে য়েংবা হৈবা অমদি খঙবা হৈবস্নু চঙই। পোৎ পুথোকপদা নত্তে লৌশিনবস্নু চঙই। মতাং অসিদনি নৈনবগী মফম অমা তঙাইফদনা চঙলকলিবসি।

অচাবা রারীরাতাই অমসুং মওং তাবা খোঞ্জেল শামু (সাউন্দ ইফেক্ট) শীজিন্নরবসি মীৎনা শঙ-শঙ উবমক নত্তুবস্ রাখলনা শাগৎচবগী মীৎকমনা মওং চপ চানা উবা ঙম্মী। তাবোক্তা হায়রিবা রাখলগী মীৎকম অসি মহৌশাগী মওলনা অচুম্মক পীনবিবনি। পুন্নমক্তা চপ চানা য়াওই-চাং অমসুং থাকতা খর-খরা খেৎনবগী রাকমবুগী মরৈ। রারী-রাতাইনা পাত্রগী মশক উৎপা য়াই। করিগুম্বা মতাংদসি মীৎনা ফম্বাক্তা উবদগী রাখলগী মীৎয়েংনা উবা পাত্রগী শকুমনা হেন্না পামজনা চুশিন্নবস্ ওইরকই। মী-মীগী মশাগী পামজবা হৈনজবা শকফম লৈজে। রারী রাতাইগী অতাবা শকফমদা মশাগী পামজবা অমসুং হৈনজবা শকুম খঙনা নত্রগস্ খুঙদনা চঙখিবা য়ারকই। অস্ম্না দৃশ্য কয়া পোৎলম কয়াস্ উরকপা ঙমৈ। হকচাংগী শাথেকনা মীৎয়েং নায়েংনা পাত্রনা মুংগী ওইবা শক্লাইদবা ঈথক-ইছল কয়া ফম্বাক্তা উৎপা ঙম্বগুম্না খোঞ্জেল লীলাদস্যু রাহৈ-রাতা অমসুং রারী রাতাইনা ঙম্মী। বারপত্তি থোকই। অচুবু ঙমদবমক্তি নত্তবনি। ফিজেৎ-চাকশেৎতদস্যু নত্তনা হকচাংদা ফাওরকপা মতাং মতাংগী ইছল হায়বসি নিংদোল চোংবা, ছুমাং পাথৎপা, তরঙ-মালঙদা তাউবা অসিনচিংবা অসি ফাওবা রারী রাতাইনা উৎপা ঙম্মী। অসি মঙাই একটিং হায়ববু। খোঞ্জেলনা ফোঙদোকপা য়াই।

খুদোং চান্নিবা অমনা, দৃশ্য মচা অচৌবা মশীং য়ান্না থম্বা য়াবগা লোয়ন লোয়ননা ফম্বাক্তা উৎপা খুদোং চাদবা নত্রগা স্কঙম ঙমদ্রবা পোৎলম, খোদোক রাথোক অমসুং নাকয়েৎ কয়া নীং তম্না খোঞ্জেলগী পাম্বৈনা উৎপা ঙম্মী। চাউরবা লাঞ্জাও, পাক চাউরবা ঈপাক অমসুং মৈপোক ল্যাংহৌ, মশীং লাকঙমদ্রবা মীয়াম তিনবা চিং-পাৎ-তুরেল শগোল অপাইবী, নোংশা শামু রাইনোসরস ডাইনোসরস পুন্নমক অসি ঙাইহাক ঙাইহাক্কদা পীমীংবা শাবুগ লোয়ননা উৎপা ঙমগনি। তৌবসি, কুইথনা উৎতুনা তাবোক্তা মদুতগী ওইবা চুংঙাইবা অমা শীবসি রান্না রানা

থোকই। মীংকী কুম্মেগী মতুং নাকেংগীনা শিনবদি কুইবা য়ারোই।

খোঙ্জেল লীলা ইবগী তোঙানবা মশাগী ওইবা মফোঙদোক লৈজে। মফোঙদোক হায়বদি টেক্নিক মপুং অসি খোঙ্জেলদা য়ুমফম ওইবা তাই। লীলা মপুং অসিমক খোঙ্জেলদতা শাগৎপনি। শীজিন্নরিবা খোঙ্জেল পোকপ থোকহনবা অমদি লীলা পুথোকপগী হায়কুরবদি থিয়েটর অসি ইলেক্ট্রনিক থিয়েটর হায়না কৌজনীংই।

খোঙ্জেল লীলা অমদা সাহিত্যগী ওইবা ফজবা চপ চানা য়াওই। চুম্না লীলা হায়বসিমক্তু শান্নবগী ওইনা (প্রদকশন ওরিয়েন্তেদ) লৈ। শান্নবতদ লীলাগী হায়বদি সাহিত্যগী মহাও (রস) লীগা অমদি ফংবা ওবনৈ। (ফগ্নাক লীলাগী মতৌগুম) অতুম্নদি ওইরবদা লীলা থুদিংমক শান্নবমক তাই অহংগা শান্নদ্রবনি রস পোকহনবা যাদে হায়না লৌবসু চুমদে। মরমদি লীলা মযেক্কী ওইবা সাহিত্য (ড্রামাতিক লিটরেচর) হায়বা অমসু সাহিত্যগী চাউরবা শক্তম পুহনা লৈরি। মতা অসিদনি লীলাসু হায়বদি দৃশ্য কাব্যসু পানবা অমদি তানবা সাহিত্য হায়বদি শ্রব্য কাব্য ওইরক্লিবা। নমহনা পুথোকপা অমদি পাবসু য়ারকপদগী হৌনা লীলাসু য়েংবগা লোয়ননা পাবতা নত্তনা তাবসু য়ারক্লবনি। লীলাগী মযেক (ড্রামা) পাবগুম খোঙ্জেল লীলাসু তাবতা নত্তনা পাবসু যারবনি, অতৈ মচলশিং পাবদগীদি হন্থনা থোকপা য়াই ফোঙনদবনা মরম ওইহনা। অতুবু অফোঙবা থরদি চপ চানা পানরবা ময়েক ওইনা লৈরবনি

মতাং অসিদা য়াম্না থাজনা হায়জরিবদি খোঙ্জেল লীলা তশেংনমক সাহিত্যগী মচল অমা ওইবনি। সাহিত্যগী মচল অমদা ফংবা কলাগী ওইবা ফজবা (এসথেতিক) পুন্নমক য়াওরবনি। য়াওদ্রবা ফাওবদা য়াওহনবা য়ারবনি।

মতাং অসিদা রাখলদা ফাওজবা রাকম অমদি লৈ। খোঙ্জেল লীলা অসি ময়াম্না থরা য়াংনা হায়রবদি চীংলেম্বা রাংপদৌনা লৌনৈ। মথল

অসিবু অরাংবা মখলগী সাহিত্য নত্তবদৌনা লৌনবগুম তৌরি। মসিগী মরমস্তু খরগী মথৈ লৈ; নত্রগস্তু লৈগনি। অগানবা; মচল অসি অতৈ চীং লেম্বা ময়ামনা য়ানরবা মচল হায়বদি লীলা, উপন্যাস, রারীমচা, মহাকাব্য অসিনচিংবগা পাউনা য়েংনবদা নৌনা থোকপা ওইরিবা; অনীশুবদা, ইরকপা অমদি পুথোরকপা মতমদা মীচম মীওই হায়বদি কমন ফোক নত্রগা মাসপু মুংঙাইহন্নবা অসিনা অয়াম্বা মতাংদা লমথুং ওইখিবা; অহুমশুবদ., চাংদম্নবদা অতৈ মচলশিংদগী তানা হায়বদি মশীং হন্থনা নমহুনা ফোঙনবা, হায়বদি পানবা নৈননবা মরাং কায়না ফংনদবা, মরীশুবদা ইরিবা পুথোক্লরিবা পুন্নমকসি আকাশবানী হায়বদি লৈবাক অসিগী ওইনা হায়রবদা রেডিওগী কেন্দ্রশিংদা মথা পোনখিবা (লমাই কেসেতনচিংবা পুথোকপদা মায় ওনশিন্নদবা) অমদি মঙাশুবদা সাহিত্য নৈনবা মীওইশিংনা মসোমদা পুক্নিং থোইনা চঙদবা; হায়রিবা খর'স ওইবা য়াহ। হায়রিবশিংসি কোকপা ঙমলোইদবা অপনবা নত্তে, চীংজাও চাংজাও নত্তে পন নত্রগা লৌরি মচা মচাশুস্বনি। অহুম্মক কোকচরক্কনি। মতমনা শোয়দনা কোকহল্লকনি।

তঙাযমক ফদনা পনজগদবাদ সাহিত্যগী ফজবা হাপ্পা নত্রগা খিবসি লৌশিং কল্পনা অমদি মতম চঙই। নৈনবা অনাদ খঙবা চঙই। রারীদা নত্রগা থৌদোক রাথোক্পা ফজবা অমদি নুংঙাইবগী রাফম লৈরগদা য়াদ্রে অরাংবা থাক্কী সাহিত্যগী মচলদদি হেন্না হকপা ফজবগী নীংথিবগা লৈথোন অমা য়াওবা তাবনি। মসিমক্তি সাহিত্যদা লৈরোল কয়ানা ফুমহুনা থম্মৈ। তয়াং তয়াংনা পাউতাক পীবদৌনা চোম্নপ্পা থম্বা য়াদ্রি। ফজবশিংসি চীংমায় থন্না শাৎপা ইতৈল্লৈদৌনা শন্দোক্লা চাইন। মরীক মরীক কয়ামুক থোক্লা পাক শন্না, তৌবতবু য়েংদ-শিন্না মাংলাউবীপা মওদা, নত্রগসু চাবশিন্না চথোমজাওগী মতাদা লোৎনা থম্বা তাবনি। অহুনা নাংখিবা হাপ্লবা লাক্লবা অমদি মহুমক

খঙনবা লাক্লবদা চাউরবা সাধনা (মায়পুননা হোৎনবা) অমা চঙই। অরায়বা ইয়াং য়াংবা থবক্তি নত্তে। অদুদা লুরিবনা খোঙজেল লীলাগী (অমদি সিনেমাগী কমর্সিয়েল ফিলমনচিংবদসু) মতাংদদি অয়াম্বা মকমদা (খোখোপ্পদি নত্তে) মরূওইনা মীচম প্রজাগী (হায়বদি মাসকী) ওইনা পুখোক্নে। অদুনা অরোইবা ওইনা পুমতোং তোংলগা ইনবগী মওং ওইনা চখনরকই অদুনা মতম মতমগী ওইবা রাকমদা ভাইহাক পোখানবগী মায়কৈরোমদা চথরকপগুম ত্তৌরি। শেন্দোং তানবনা হেন্না মরূওইব-দৌনা চথরকপগুম ত্তৌরি। শেন্দোং তানবনা হেন্না মরূওইবনৌনা চখন-রকই। মসিদনি লোন্দাদা অমদি রারী মনুংদা লুথহনবা য়াদবদৌনা ত্তৌনরকইবা।

অত্তোপ্পা, অরোইবা রাকম অমসু থমজরি। আকাশবাণীগুম্বা মীয়ামদা শন্দোক্লবগী পাম্বৈ অসি লৈত্তাক চুপ্পিগী মীৎয়েংদা কুপশেন অমদি করিগুম্বা মত্তাংদনা চাউশেন শেন্নহনা থম্মী। মসিনা অইবা অমদি পুথোকপা (প্রত্যুসর) অনীগী নীংতম্বসি য়াম্না চিন্না করিগুম্বা কানদা সুজিনহনা লৈ। অদুগা অইবদি নীংতমগল্লি অদুগা তন্নীংগল্লি। নিংথৌনা কৌবদদি চৎত্রগা ইকৌ কৌশিল্লক্কবা চাকনিবা অমগী খাংপোক শঙদদি লৈথোক্রবগী অফৈবা মুংশিং অমা অইবদা লৈ। মুংশিং অসিগা নিয়মগী সুপ্পমগা পুন্না, লৈবা তারবদি, পক্লদে, চান্নদে অদুগা চুনদে। অদুনা অপনবনি হায়না লৌগদবা অইবদি মসোমদা পঙহাই হাইজিন্নদে। মসিনসু অপাম্বা পোখোক রাৎনা থোরকপগী মরম ওইবা য়াই। অদুবু হায়জনীংবদি খোঙজেল লীলা কলা অমনি। খোঙজেল লীলাগী ময়েক অইবা-কলানি। সাহিত্যগী লৈরিবা পোৎচঙ পুন্নমম অমত্তা চিখদনা য়াওরিঃ য়াওহনবা য়ারি। সাহিত্যগী নীংথিবা মচল অমনি।

কাঞ্চিপুর/১৯৯৫

# ফোক ড্রামাদা লোনগী মতাং

ফোক ড্রামাগী মনুংদা শীজিন্নগদবা লোন্দা অসি মতাং অহুমদা য়েংবা ঙাই—(১) অইবনা লীলাগী মীওইশীংদমক্তা পীবা ডিরেকশন, (২) ৱারী-ৱাতাই অমদি (৩) ঈশৈ।

ডিরেকশনগী মতাংদাদি ময়েক শেংলে—লীলা ইবগী মতমগী লোন অদু চন্না ময়েক শেংনা শীজিন্নবা ঙাবনি। হৌখিবা মতমদা ঙাংনরম্বা লোন অদু হায়বদি ফোককী লোন অদু শীজিন্নবা মুপয়ামক য়াদে হায়বগী ৱাদি লৈতে; অদুবু মরিং মরা'না থোকই অদুগা চেন্না কান্নবসু লৈতে। হায়বদি খুদমবু, ব্রেকেট মনুংদা "নিংথৌ চঙলকপা।" হায়না ইরগা লোইরে "মৈদিংঙু থাঙদোয়রকপা" হায়না ইরুবা কান্নদে।

লীলাদা মপুঙ ওইরিবা ৱারী-ৱাতাই (ডাইলোগ) অসিমা খন্ননীংঙাইনি। ৱারী-ৱাতাই অসি ৱারেং, শৈরেং অমদি, মত্রগা অনী পুনবা মওংগী ওইবা য়াই অইবনা হৈ-শিংলবাদ মতাং চানা চানা অপাম্বা মওংদা অদুম্মক শীজিন্নবা কায়দে। অদুগা ঙৌবদি ৱাহৈৱাতা অমদি লোন্দা-পুদাদি পাত্রগী মশা মশাগী থাক্কী মতুংইন্না ওইহনবা চুম্মী। নিংথৌনা নিংথৌ ওইবগী অরাংবা থাক্কী ফজবা লোন্দা, থোঙশঙবনা মাগা চান্নবা খরা নেম্বা থাক্কী ঙাঙন-শানবদা শীজিন্নবা লোন্দা ওইহনবা চুম্মী। লালাদদি চান্নবা-চূনবা হায়বদি নেচর ঙাবা অমদি মহৌশাগী ওইবা মানবা হায়বা ৱাফম অসি খন্দবা য়াদে।

ফোককী ওইবা হীরমদা য়ুমফম ওইরগা অনৌবা মথলগী রাজম ফোঙদোক্লবা লাক্লবা অনৌবা মওংগী দ্রামাদদি রাজম অসি খুন্দবা য়াই। অদুগা ফোক দ্রামাদদি খন্দবা য়াদ্রি। অইবগী মশাগী থাক য়াম্না রাংবা তাবনি। অদুবু লীলাদদি পীক্লিবা অঙাং অমগা লোন্দদি, চাউরবা মন্ত্রী অমগা থাক অমত্তদা ঙাঙহনবা চুমদে।

রাজম অমনা অমুক, লোন্দা-পুদাগী মতাংসিদা ফোককী মতমদুগী ওইবা লোন অদুত্তা শীজিন্নবা চুম্ব্রা নত্রগা হৌজিক্কী হায়বদি লীলা ইবগী মতমগী অদুত্তা শীজিন্নবনা ফত্রা নত্রগা অনী অসি পুনশিনবনা ফরিত্রা হায়বসিনি। থৌদোক শিজরবস্থ পারিবা নত্রগা য়েংলিবা ভাবোক্তি অনৌবা মতমগীনি। অসিগীস্থ মথক্তা ফোক্কী ওইবা রারী হায়বসিমক্তবু চীনবুং অমদগী চীনবু' অমদা চীংস্থাং য়ৈত্থনা হিংলকপ-নিনা মতম মতম অমদি মফম মফমগী ওইনা থর-থরদি অদুম্মক ওল্লকপা তাবনি। থৌদোক-রাথোক্তা অওনবা লাকপা ঙমদ্রবস্থ লোন্দাদদি শোয়দনা ওল্লকই। ওলহনবস্থ য়াই। তাগদৌরিবা মীওইগী মওং য়েংলগা অনৌবা প্রমান পাস্থে ফাওবা কোংশিনবদা কায়বা লৈতে। অনৌবা লোন শীজিন্নবা কায়দে। রাফম অমনা অমুক মানবা মান্দবগী রাফম অমস্থ চাউনা লৈরিবনিনা অরিবা লোন্দা নত্রগা রাহৈ-রাতা পুমথা থাদোকপা যাদ্রি। পুংমান মান্নবনি নত্রগা ফোক্কী হীরমদা পুকচেল চপ চানা শেংবা উৎলিবনি হায়ত্থনা অরিব-তমক শীজিন্নবস্থ যাদ্রি। নত্রগদি অরিবা লোন খত্তবা ভাবোক অনী মরীথক্তনা য়ে'গনি। লীলাদি ময়ামগীনি। অত্থনা অরিবা অমদি অনৌবা লোন পূন্না শীজিন্নবা চুম্মী। চাংগী রাদি চাউমাল্ল' তত্থায় তত্থায় ওইরবস্থ কায়দে অদুগা ফবদি অরিবনা নমলপ তোবা কৈ। তোবত্তবু অরিবা অদুস্থ য়াম্না লিপ্রবা ময়াম্ন' খত্তনত্রবা মওং শীজিন্নবদি চুমদে। হৌজিক্তি ঙাওন-শানবদা শীজিন্নদ্রবস্থ ইবদা নত্রগা অস্তৈ থৌরম্নদা

শীজিন্নম্বিবা, ভাবোক্‌না খণ্ডনম্বিবা মওং অমুত্তু শীজিন্নবা ঠৈ। ভাবোকপু কোক্ক্বী ওইবা নাক-য়েং (এনভাইরনমেন্ট) অমগা পুবদা হৌখিবা মঙ্গলগী ওইবা লোন্দা-পুদা চাউরবা মচল অম। ওইহনফম থোক্কই।

রাক্‌ম অমনা অমুক ডান্সবগী মওং অসি করম তৌবা ফবগে অসিনি। ফোক লীলাদি চংনরকপী লীলা (ত্রেদিসনেল)গা পক্লে। অমুকসু হৌখিবা মতমগা হৌজিক্তীগা মান্নদে হায়বসিসু ফোক লীলাদা উংলি। অতুনা অকক্লবা খোঁস্বোক অমদা ডান্সবা চংনরক্লি। মসিমক পক্লরি। অতুবু মতমগী মতুংইন্না খরা খরা ওন্নকপা কায়দে। রাডাঙ হায়বসিসু এক্টিং মখল অমনি। মীওই মফম অমদি মতমগী মতুং-ইন্না রাডাঙস্ তোঙানফম থোক্কই। নিংখৌগা অভম্বগা রারী শাবগা ফাগী তৌবা মীওই অনীনা ডাঙনবগা মান্নদ। মশানা অতুম ওনবা তাবনি। মতাং চানা অনৌবা মওংগী ডাঙবগী মওং পুশিল্লপা কায়দে। মপুম্বগী ওইনা য়েংবা তারবদি চংনরকপা মওংগী খোম্বোক্লা পক্লবা ফেল্লি। মতাং খরদা ওন্নক্লনা অনৌবা খোম্বোক পুশিল্লক্লবসু রাইহে-রাতা অমদি রাইহেপরেংদি নৌনা চংনকপা নত্রগা শেমদোকপা কয়। অনৌবা মতমদা লৈন্নিবশিংসি ওইহন্দবা চুম্মী। লোনশেম হায়বদি রাইহে কোইন তৌবদি য়াই। মফম অমদি মতাং চানা রইহে শেম্বদি অইবগী মথৌ অমনি মৈতৈরোন্দমক শীজিন্নবা চুম্মী।

অরোইবদা লাকই—ঈশৈগী লোন্দা। ঈশৈদি ঈশৈনি, শৈরেংনি। শৈরেংদি শৈরেংগী লোন্দাদ থম্বা চুম্মী মসিদসু অম্রি—অনৌ য়ান্নবা ঠৈ। অরিবা ডাক্তা থম্বা তারবস্ত হায়গীগুম ভাবোক্ল খণ্ডনবা ওই-হনবা তাবনি। তভাইফদবা ফীবম য়েংলগা খরা নৌবা রাইহে শীজি-ন্নবা কায়দে। মতাংগী মতুংইন্না রাইহে শেমদোকপা য়াই—না-বু ককপা হাপচিনবা য়াই। অতুবু নৌদ নৌবা রাইহেদি শীজিন্নবা চুম্নদে। রাইহেনা লোনগী য়ুম্নফমনি। লোননা ফোক্কী হীরম মশক তাক্কদবনি।

মতাং অসিদা লাকই ঈশৈগী শকপগী মওং—শৈশক। ময়েক্কীদি ফোকক্কী ওইবা শৈশক্তা মপুঙ ওইহনবা তাবনি। অহুবু ফোককী শৈশক্কনা—পেনা, থুংল্লং ঈশৈ, খোংজোম পর্ব্ব, নাওস্নুম, নোংলাউ অসিনচিংবতনা মতমগী ভাবোকপু চপ চানা পেলহনবা ওইথোক্কে। মরম কয়ামুক লৈ। অতুনা অনৌবা তৌবতব ফোক শোংদা যুমফম ওইবা/ওইহনবা স্বর শীজিন্নবা ঈশৈ কয়া শকহনব' তাবনি। আধুনিক ঈশৈগী ওইবা স্বর শীজিন্নরবস্সু মরক অমদি মমৈদা ফোককী শৈহেক তপশিনবা তাবনি। নত্রবদি ফোক লীলা ফাগী তাথীবা যাই। অতুগা ফোক লীলাদি যাম্ন চীং-লেম্বা লীলানি। হেক যাম্নিবমখৈ ফোকক্কী মতমতুদা শীজিন্নরমগনি থনবা যন্ত্র শীজিন্নবা ফৈ। অতৈ শীজিন্নবরস্সু স্বরদি অংৌন ওইহন্দবা ফৈ হোয ইংযক্তি পীব-গীদদি মখল থুদিংগী যন্ত্র অমদি মৈত্তাল শীজিন্নবা কাংদ।

এলাহাবাদ/১৯৮৭

# ৱারী মচা

প্রকৃতি অমদি সমাজ অনীসি মহৌশাগী লোইনাই খল্লাইদ্রবা সাহিত্যনি; সাহিত্য অসিদগী মীওই (কেরেক্টর), থৌদোক ৱাথোক ৱারী মচানা লৌশিল্লি। পাক শন্না হাংদোক্লুনা লৈরবা মহৌশাগী লামায়শিংদগী অইবনা পান্বা,মাঙোন্দা ফাওরকপা ৱাফমগী মতুংইন্না লৌশিন্দুনা লাপ্থোকই। মীওই হান্নবা ফংলকপদা মীওই অদু পানশিল্লবা থৌদোক মথং মথং শেমলকই নত্রগনা থৌদোক্না হান্নবা কংলগনা মীওই মখল মখল শেমদুনা মতুদা হুকচিল্লবা লাক্লকই। করিগুম্বা মতাংদা অমুক থৌদোকসু মীওইবসু কোন্নবা শেমলকপা তারকই করিগুম্বা ৱাখলগী মতাং অমা (আইডিয়া) ফুদোক্লবা লাক্লবদা। অসুম্না অইবদা ফাওরকপদু উথোকপগী মতুংইন্না ৱারী অমসি মীওইনা মরু ওইরকপা য়াওই, থৌদোক্না নত্রগা ৱাখলগী মতাংনা মরু ওইরকই। অদুম্মক অসি চাং চপ মান্নবা মরু ওইবা ৱারীসু লৈতবা নত্তে—ৱাশিংটন ইরবিংগী রিপ ৱান ৱিংকল' হাওর্থোন (Hawthone)গী ডা, হৈডগার্ডস এক্সপেরিমেণ্ট' মুন্সী প্রেমচঁদগী পরীক্ষা অমদি সরা সের গেহুঁ, জয়শঙ্কর প্রসাদকী পুরস্কার, আকাশদীপ, চন্দ্রধর শর্ম্মা গুলেরীগী উসনে কহা থা নচিংবা সংসারগী ৱারী মচাশিং লৈরি। অদুবু অসিগুম্বা ৱারীশিংসি পৃথিবীগী ওইনা মরাঙ কায়না থোক্কে। মণিপুরদসু কমলগী ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা, নীলবীরগী তংথ্রবা পুন্সি লৈপুল, বিনোদিনীগী রাস পূর্ণিমা পনবা য়াই।

ৱারীমচাদা, তৌবগীদি কায়াং পুম্নমক মরু ওইবনি অদুবু য়াম্নমক মরু ওইরীবসি ৱারী মপুম অদুদা উৎকদৌরিবা ৱাকম

হায়বদি লমথুং অতুনি মসিবু পো (Poe) না এ সরটেন য়ুনিক (a certian unique) নত্রগা সিঙ্গল ইফেক্ট ( single effect ) হায়না কল্লা পল্লিবসি। পো না কল্লা থাজবদি উৎলিবা য়াকম অসি অম-স্তুমক ওইগদবনি নত্রগা হেক য়ারিবমখৈ য়ামহল্লোইদবনি হায়বসিনি। অমস্তুমক ওইরগা নত্রগা হেক য়ারিবমখৈ য়ামহন্দ্রগা তেন্ন ইগদবা য়ারীদা মতম মকম ইকন কন্দনা মযেক শেংনা উৎপা ঙম্মী। ময়েক্কীদি য়ারীগী কাযাং খুদিংমক পীগদৌরিবা ইফেক্ট অদুদা পান্দম লাকদবমক্তি। হায়বদি মীওই শেম্বা, থৌদোক খনবা, য়ারী শাবা, কনাগী মহৌশাগী পোৎলম শীংথাবদা ফাওবা লাক্লিবা পান্দম অদুদা মাযওনহনবা তাবনি। ইবগী বাহ য়াত্তা খনবা ফাওবদা পন্থং অদুদা পান্দম লাকপা তাবনি। য়াহৈ অমা হেন্দ, অমা য়াত্ত উচন চপ হেক চানা ইন্নুনা-য়ান্নুনা থম্বা ইরায লায়না ওয়বা থবক নত্তবনিনা অয়াম্বদা অশোইবা অকাইবা থরা-থরা অতুম্মক লৈ। গোগোল, প্রেমচঁদ নচিংবগী য়ারী মচাশিংম্বা ফাওবা হেন্না শীংথাবা য়াওই হায়না স্নুংনাংবা য়াওরি। কায়াৎ পুম্নমক্না মায়ওনশিন্নকম ওইরবা উৎকদবা য়াকম ( effect ) অসি অকল্লনা অমথক্তনি হাযনা নিয়মগী ওইনা লেপ্পদি য়াদে। অতুমকপু য়ামহনবদি চুমদে হায়না থল্লি। মরমদ য়ারীমচাগী মরু ওইবা মচল অমনি তেনবা হায়রিবসি। অতেনবা পোথোক অমদা য়াকম ময়াম উৎপা ওইথোক্তবদি নত্তে হায়ববু মরীক চুম্বা ওমদে অতুগা মরীক চুম্নবা লাক্করকপা তারগনা অতেনবা উপন্যাস নত্রগা উপন্যাস মচা ( উপন্যাসিকা ) মশানা ওইজরকই। ( য়ারীমচাগা উপন্যাসকা খেন্নরিবা মপুঙ ওহবা মতাংস্তু উৎলিবা য়াকম অসিনি। )

কয়া য়ান্না শাংবা তাবগে নত্রগা তেনবা তাবগে হায়রবী মতাংদস্থ চপ হেক চাবা চোয়-চাং ওন্দুনা হায়বা য়াবা নত্রি। এডগর এল্লেন পো (Edgar Allan Poe) বুদি পুঙথায় অমদগ্গীনা পুঙ অমা নত্রগা অনী ফাওবগী মতুংদা পায়া য়াগদবুনি হায়রবী বা পল্লী। হড়সন (ডব্লু এইচ)

নচিংবা সমালোচকশিংনা খুৎক্ষম অমুক্তা পাবা য়াবগী ৱাকমদা থাজবা উৎলি। অকক্লনা চপ হেক চানা মতম লেপ্লদি য়ারোই তেনগ্রবা মিনিট মরীমঙাদা লোইবা য়াবা ৱারী লৈ অতুগা পুঙ কয়া চঙবা য়াবা কয়া অমস্তু লৈরি। অতুগী মথক্তা উৎকদবা ৱাকম য়ামদবগী মওং অতুগা পানরুরবদি ৱারী মচাসি মশানা অতুম্মক তেনজবা তারক্কই। হৌজিক্কী মতম অসিদদি খরা হেন্না তেন্না ইনররক্রবনি। তেনবা অসিমস্তু থৌচিল্লবা অপাবশিংনা য়াম্নমক পাম্না তৌনরকপগী মরু ওইবা মরম অমা ওইরক্লবনি। হৈনীংবা হন্দ্রিঙৈগী খুৎপা অমুক্তা পাবা লোইবা য়াবগী চাংনা অশাংবা ওইনা লৌবা য়াই।

ৱারীমচাদদি অহৌবা ময়াই অমদি অরোইবা—মতাং অছম অসি য়ায়া মরু ওইবনা অইবনা খল্লহৌবা তাই; তৌবগীদি ৱারী-মচা হায়বসিমক্তবু পুল্লপ পুনশিল্লগা মপ্লম ওইনা য়েংগদব পোথোক্লিনা অহৌবনা অস্বায়ফাও ওইগদবনি ময়াই ( চরম সীমা ) না অসিমক্তদা অতুগা অরোইবনা মসিমক্তদনি হায়না চপ হেক চানা য়াথোকপা অতুমকপু অরোইবা কল (final impression) অতু পীনবা পুথংলকপদা ৱানা থোকনি। হৈনীংবা পোকহন্দুনা ময়াঙদা হেক্তা হৌবা তাই; চরম সীমা ( crisis ) অতু থোইদোক্লা কোইথোক্লুবা তৌদনা থম্বা তাই অতুগা লোইশিনবদা অশেংবা মহাও অতু ময়েক শেংনা থম্বা তাই। অনৌবা ৱারীমচাদদি ময়াইগা অরোইবগা পুনগল্লি। হায়বদি অশাংবা কাব্য-শিংদা তৌবগুম ঈংনা তপ্না শাংনা নীংখিনা খোমজিন তাশিন্দুনা মপান থোপচিল্লগা অস্নুম্না মুংঙাইনা পানখিয়ে হায়বগী মওংদা খঙনা খঙনা লোই-শিনবনগী চরম সীমা য়ৌবকপগী অতুদা থবং কক্লগা সজেসটিব ওইনা থোক হেক লেপহনবসিনা য়াম্না পাম্না তৌনরক্লি। অতুনা হায়নরক্লি—ৱারী লেপ্পনি লোইবা নত্তে। লোটশিল্লকপদা খোইদৌ-র শাম্নহুনা শাংথর্হনবা কাম্নদে। অপাবগা অইবগা থোং মাম্ননা অতুমক চৎমিন্নংগদবনি। থরস্তু ইফোং ফোংনা ফোঙদোকলমগনি অতুগা খরা অমস্তু অপাবদা

থাদোকলমগনি। অইবনা নীংতম্বা পাম্বগুম অপাবস্তু পাম্মী; হেন্নহুম পাম্বস্তু য়াওই। নীংতম্নবা মশেন্নি হেনজিন্নদবা কৈ।

রারীমচাসি ঈংনা তপ্পা কুমদমলগা লীশাং শীংনা চুহ্না ঈচাও পুরকদবা কুবগী নোংজু নত্তে, রাকচৌংগী অয়ুক্না থংহো হৌরক্লগা ঙাইহাক্কং রা-রা চুরম্বা নোংজুহ্নি, রেল নত্তে, জেটনি, হৌকমদগী থুংকমদা তাপ হেক্তা কাপ্পা খোঙচংনি। য়াম্না য়াওনা অতৈ অমা অমা কোইথো-কলুদনা অতম্ননা থাবা তাবনি। হেক হৌখিবগা মথং মথং তাপ তাপ শরক শিহন্দনা চরম সীমা তান্না য়ুংনা হেক্তা ফুকংলকপগী খোঙচং অমদি খোঙয়াঙ রারীমচাদা মরু ওই।

কলা অমা ওইবনিনা নীংথিবা হায়বসিমদি ঈরোয় লোইনবা মতাম্ববনি! ময়েক্কৌদি নিয়ম কয়া থন্নরিবা ঙাকদবা রাফম পন্নরিবা পুম্নমক অসি মায়পাক্লবা নীংথিজবা রারীমচা অমা ওইবা য়ানবনি। অমরোমদা অমুক নিয়ম ময়াম অমা তম্মু, থঙলুরগা শোয়দনমক নীংথি-রবা রারীমচা ইবা য়ারে হায়বগী অকক্লবা রাফম লৈতে। সুকথঙ থঙদবা অমস্তু ফজরবা অমা ইথোরকপা য়াই! ইবস্তু ইনরি।

রারীমচাগী হীরম অসিস্তু, তৌবগীদি অমদা হেক্তা ইবা য়াইদি হায়ববু মতা চাহৌত্রবদি পুম্নমুম তাউ হায়বা য়াদে চন্না-চন্নাহ্না লৈবা য়াওই। হীরমস্তু বিধাগা চানগদবা চুনগদবা থনবা কৈ। মহাকাব্য ওইনা ফোঙদোক্লগা ফগদবা, লীলা ওইনা ইন্নগা ফজগদবা, কবিতা মচা ওইনা ফোঙদোক্লগা চুশিন্নগদবা লৈরি। ঈশৈগী পরেং মঙা-তরাদা ফোঙদোক্লগা য়াগদবা থমোয়গী ঈথিল অমবু রারেং ওইনা ইহ্না শিংথারুবদা অরিং-অরাংবগী মওং থেংনরকপা য়াই। উপন্যাসকুম্বদা পাক শন্না শীংথাহ্না ইবদা ময়েক শেংলবা মহাও পীবা ঙমগদবা পাকচাউবা হীরম অমবু লীলামচা অমদা সুজীন্দুনা হাপ্পবা লাক্লরবদি সুপত্রেকা নাত্রেক তৌথিবা য়াই। তৌবগীবুদি বিধা অম্নাম্বদা ফোঙদোকপা য়াবা

পিক থম্মা নৈ। মীওইবগী পুন্সিদা সাহিত্যগী মচাক ৱাংপা হৌনদে। অদুম্নদি ওইরবদা পীক্কক চেংকক তৌবা, মীওই পওয়াম য়াম্মৈহৈদবা সেত্তিং সেন্নদা পম্নমকপু খুত্মদা থম্বা ঙমগদব হীরম থনবনা মরীক চম্বা হেল্লি। উপন্যাসতা তৌবগুম্না পুন্স মপুম লৌশিনবদি য়াদে হায়বগী ৱাদ নৈতে; অদুবু ৱানা থোকই; খুত্মদা লায়না থম্বা ঙমদে। অদুনা মচেং-মচেং লৌবনা খুবোং চাই। থোদোক্না মরু ওইবা ৱারীদা থোদোক ৱাথোক মচা মচা ফাওবা লৌশিন্দুনা শীংথারুবা কাম্নদে। লমচংন মরু ওহনা যেক্লবা লক্লবদা ইচম চম্বা চাবা থকপা তুম্বা চংপগী মওংদা কুপশিন্না কোইথোন্না শীংলাংনা নৈবা চুমদে। থোদোক মশীং অমদি পাত্র মশীং য়ামহনবগী মহুত্তা উংকদবা অনী-মরীদং অদু লুথনা য়েক্লবা লাকনবা খুদোংচাবা নৈ। পাত্র লোয়নবসিংসু পওকোম কোম্বা থৌওং নত্রে। কলমনা ঙম্না ক্রেক ক্রেক লাকশিন্না চেংনা লাকশিল্লবসু শো ৱোক্লত নীংথিনা থেন্দুনা থম্বা ফজরবা মুর্ত্তি ওইখিবা য়াই। কমলগী ব্রজেন্দ্র অমদি মালতী, শাতলভাংকা থম্বাল (মপুরোইবা) অসিনচিংবগুম মপোপ মতাং ফরবসু লাকশিনমনখিবনা চাউজন থীরকপা য়াই। অমরোমদা অমুক হিকোম হিকোম থারুরবসু খুত্মদগী নাম্বোকখিত্না মতা চাত্রবদি সমাজদা কোইপাং পাইদুনা লৈহৌবা য়াই। অদুনা কৈনা মচাবু চরমদা চীক্তুনা পুংগুম কলমনা পাত্র পুবা তাই। হীরম অমদি পাত্র থনন্দা মচু অশেংবা ময়েক অশেংবা থনহৌবা ফৈ।

ৱারী মচাদসু অতৈ সাহিত্যগী মংসাশিংদা তৌবগুম উংপা পাম্বিবা ৱাফম অসি হাপচিনবগী মতাংদা অরুবা অমা মায়য়োক্নে। অকক্লবা মতাং অমদা চোমলপ থম্নাদে। ৱফম অসি ৱারী মপুমদা হৌবদগী লোইবক্কাওবদা য়াম্না পানা শন্দোক্নুনা থম্বা তাবগী ৱাফম উই। অপা অপাননা মতাং অমদা থোক হেক ফোঙদোকপদা ৱারীগী মহাও মাঙই। অদুগা উত্তবা তারবসু ৱারী অদু চোইঙাংগী মওংদা তারকপা য়াবগী ৱা নৈ। অদুনা চাদশিন্ন চথোমজাও য়েংদশিন্না মীংলাওবীগী মওংদা

নাকোয়ননা মচেক্তা য়ৈবা ভাই ময়াঙদা কাওহন্নবা ইউৎ হেক উত্তনা ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লবা লাক্লবা তাবনি।

রারী লাম্বোকপগী মওং অসিম্ভু তঙাইফদনা চঙদবা য়াদবা মচাক অমনি। মী মী থেন্নবগী মতুংইন্না লাম্বোকপগী মওংস্ভু থেন্নবা তাবনি। পাউদমগী মওংদি তম্মবা মীতুগী ওইবা তাবনি। ময়ামগী ওইনা মওং কয়ামুকস্তু লৈতবাদি নত্তে অতুগা তৌবদি চৎনহনবা চানহনববু ওম্মবদি মওং পৃন্নমক চৎনবা অতুম্মক য়াই। তৌবদি হান্নগী চৎনরকপা মওংতুদগী অনৌবা মওংবুনা হেন্না পান্না তৌনরকপগী রা লৈরক্লি। চাংয়েংগী মওংদা লৈরিবা কয়া অমস্তু লাকপা লেপত্রি। চাংয়েংদদি থুমাঙ ফনা য়ান্না চাওশিল্লক্লে। লম অসোমদদি চুম্না সুম ময়ান্না ইনবগুম ইবসিদা পেনবা ওম্মক্তুনা লাই ওইনা যেক্লগা রাহৈ অনীমরীদং শীজিন্নরগা তেনজৈ বিন্দু পরেংনচিংবা থুদম কয়ানা য়েক্নুনা রারী ফোঙদোক্লবস্তু হাওনরক্লবা মতমনি। রারীবু ইরম্বদগী য়েক্লপসিবু অপাবা নত্রগা অয়েংবশিংনা কদায় ফাওবা কয়া য়ান্না তরান্না ওক্লদগে হায়বস্তুদি মতমদা লৈরে রারী মচাসিবু পাবনা ফরিত্রা য়েংবনা ফরিত্রা ভাবোক্তা লৈরে।

ইম্ফাল, ১৯৮৪

(ইনাওশিং থরনা রারীমচাগী মতাংদা হংলকপদা খুম্বা পাউথুমশিংদগী শাগংলগা হথোকপনি।)

# মনিপুরী ৱারী মচাদা মোডনিটী

মতমগী খোঙলৈ অমদি খোঙথাং- কনানা লেঙহল্লিবা বোন্দি মখোঙনো অঙকপনি। গৌফম থাদোক্লম্মবা-ঈচেলনা চীংজাও কয়া তমপাক কয়া উমং ৱামং কয়া ফাওহুনা চেঙ্গৱকপগুম তইবঙ পুন্সি চেঙ্গৱি নীঙাইবা লৈতনা-। থুংলু থুংলুবা মফমগী লৈহাওনা পুন্সিগী মচু, পুন্সিসিগী মহাও ওল্লৱি, পৱাউ খুদিংগী ওল্লি। মনাং তমজদ্রবা জীব অমদি পোৎফাওবদা মশক ওল্লিবনি; অদুগা লানগনখ্রবা খনগনগ্রবা উগন—হঙগনখ্রবা মীওইবা অসিগী পুন্সিদি চাম্নপ চোম্নপনা ওন্দনীঙাই লৈতে; ইতিহাসকী লামায়শিংনা সাক্ষিনি। অহো পোলোই থিবা ফংঙ্গ্রিখা পুন্সিগী মীংনা খোঙনা লাম্বা ফংবা শকক অসি কয়াগী মতিক ওল্লি। অঙকপনি। পুন্সিগী পৱীং অসিদা কায়াৎ (unit) খুদিংমক থংনবা কায়াৎঈশিংগী অহোবশিং ওইৱরি অৱোইবশিং ওইনৱি পামদবগী ৱাফমনা অমনি।

হৌজিক মতমগী পুন্সিগী লাংমদা যেক্লরিবা তাইবঙ যেংবদা কল্লক পেল্লে। লৈশেম তুশেম্বিৱম্বা তিঙ্গাকোককি অতিঙা গুরুশিদবদো মগী নোংদোন মতেক্তম অতুদা তে-তুনা লৈথোকখবে হম্না-য়েংবিবক্তরে। চৎনৱকপা লীচং, আদর্শ মনা-মশা কংশিল্লকপনা মউ শোল্লক্লে; মপাল মক হাইথৱকপা য়ানা লৈ। ফজবা, থোদাং, মিন্নুংশি-সহবগী মীশা চাবা মীন্নু-নম্বা গলীশিংদগীতা—নত্তনা পুঙ্গংগী। ম্লবা পুন্সিদগী ফাওবা চেনখিবা হৌখ্রে। মপা মচা, শাগৈ-নাতৈ য়েংনৱক্তরে। সমাজগী মফম পূম্নমক্তা অচুম্বনা, মতুংগীদি খঙদে—হৌজিক্কীদি মায়থীবগী ফীবম অমা পাকতক্লনা শন্দোৱকলি সত্যমেব জয়তেগী থোল্লাউবু মিথ্যেব বিজয়তেগী থবক্লা মথৌজেং মেংখ্রে।

লৈশেম লৈঙাকী লমদম্ভু জিঙোংকাঙোংগী কবো কদোম অরা কদোম-দা লৈরম্মগা অপাম অপাম্বা মীহৌদা ঘুংনা য়ুংনা হুমথনখিবা কৈম্ভু ওইনা লৌনদ্রে। উনা উনা যেংনদ্রে। অতাংবা মমলগী হাইব্রুড প্রেসরনা ১০৮লক্ক হুন্না মগুথরকপদগী কোমদা তাম্নুনা লৈরিবা তাইবঙগী মমল মপুন-মপুনগী হিসাবতগী মপৈ মপৈগী শেলহাদা চংনরে মমাংঙৈদা মপুনা মীনাই যোল্বদি মশাদনি অদুগা হৌজিক্তা মপুমশেন্না যোন্নসিদি ওন্দ্রে। ইঙ্গলং হায়বমা অমুক লৈরক্লরে, লৈবা তারবম্ভু মখিংতা মঙাইরে, মসিম্ভু রাইহ লনগৈ (vocabulary) দগী মাঙখিবকাও য়ারি। মথুত্তা থাউ থোকপা লৈবাক্কী অবোনবা নিংথৌঙম্বা অঙম্বশিংনা নোংমা নোংমদা তিকশিল্লক্লিবা সনালৈবাকী ইঙ্গলং-কনানবু উকুদবগে উদশিন্না মীংল্লাওবী মঙমনি।

মরক অসিদা; অমুকম্ভু শীংনবা হায়বা লীচৎ অমম্ভু লোন্না অমদি ফোংনা মুকশংলক্লি। যুগ অসিগী সামাজিক অমদি রাজনৈতিক (assump tion) পুম্নমক ঃসিগা ওন্থোক্লা শাথিন। শীংনররে। তমজন-কমগী ঈরাংদা লৈরম্বা মুংশিবা, থাদোকপা লৈবাকলীংবা দেশপ্রেম, সেবা, লমনশিংবা অমদি পুন্সা পুম্নমক লম্বীরা ওইনা থোকঅরে; পুম্নমক্কী মযোক্তা শীংনরে। ইতিহাসকী অতোপ্পা তাঙ্কক অমনি। অদুগা বিজ্ঞান বিলশনগী থোনক্লেদ যুগ অসিগী সমাজ অসিমক ওনবা তারবদি সমাজ অসি তংশেংনমক মোর্দন ওইরে।

............for as the old precepts were broken down and as man's world became more mechanized and more urban following the industrial revolution and other revolutions in science, the role of the individual and of the individual artist in society also changed.

চুম্মি, মণিপুরসিদদি ইন্ডস্ট্রিয়েল রিভোলুশন অসি অপাম্পনা হুকথেংনবগী রাক্কম অতৈ লৈবাকীগুম্ব লৈতে অদুগা মহমগী চাউথংপনি হায়না

খঙলম্লিবা মচাওখং অসিনা পুন্সিগী মুং অমঙি পান্নগী শক্তম অমীবু মীওই লায়না অমা ওইনা তৌহন্লি হায়বসিদি অশোংবনি ।

সমাজগী কাযাং (ইয়ুনিং) ওইনা লৈরিবা সাহিত্য কলাকারশিংগী কন্নমদা পুন্সিগী মুং অমম্লুং পানগী শক্তমশিং অসিগী মঙি তাদবা মুপয়া যারে ই। অইবশিংগী পারস্পেকটিবশিং অসি ঈচাও নংলবনি। মনিপুরী সাহিত্যগী মচলশিংদা প্রভাব অসি চাং অমদা তাররবনি। মোডর্নিটি হায়না খঙনবা অমদি শঙনবা যাবা মীংয়েং অসি মনিপুরী সহিত্যদা য়ামত্রবদা হৌদি হৌরবনি। ৱারীমচাদসু উই—চাংগী ৱানা অমনি ।

শীতলজিৎ অমদি রজনীকান্তগী খুৎই অমদি মীংয়েংদা ঈংনা থোংবা নৌনা চেস্থরমবা ৱারী মচানি। মতমগী মুংশিংনা য়ৈরবা মতমগী সমাজবু যেংবা হৌরকপা প্রকাশ, কুঞ্জমোহন শ্রীবীরেননচিংবগী কন্নমনা যেংলকপা মতাংদদি পুন্সি অসিদা থাজবা, তমজনফম, ইজজৎ অমদি চংনবী অসি মাঙলম্মে। প্রকাশকী 'লমন খুম্বা' (ইচেগী শম) ৱারী মচাদা সহরগী লাইবরী নিঙোল অমা পুন্নদা ওংলুরগা মনিপুরগী মপান্দা লাইরিক তম্না চংলুই- তম্বা চংলুবনি, হন্নকপদদি মপুরোইবা অমদি মশাগী ইজ্জৎ হাত্নুনা কোগোক-কোকনা-য়োল্লম্মে। মপামগী অহল লমনসু মচাবু মন্তিক্রবা যাওশিনখি। তাইবঙ লৌচংপু-মপুঙফানা থাজরম্বা পুঙ্গংগী মপুরোইবগী থাংগনা ওমচাক্রবা পারা অমা তমখি, ইত্তাও তাউবা পুন্সি অমা লেনখি; সমাজন মঙাকপু মিহুল নামা হেনবা মক্রগা ৱাংপা ওইনা উখি।

কুঞ্জমোহনগী 'ৱাদোম্বা' (চেংখিক্রবা ইচেল) ৱারীদা প্রমোসন মচা অমগী দমক মপুরোইবগা যাঙামিন্নরিবী কনাগুম্বী অমবু লম্নানবা অমগী মফমদা হন্না হন্না শিন্নরুই। অপিবসু অরৌবসু নাচুংনদে, অন্নাকপগা লৈরম্বা চাম্মা করিঙ্গা থকমিন্নদ্রু মঙাই।

অইবা অসিগী "ইজজং তানবা" (ইলিশা অমগী মহাও)দা মুস পীবা অমদি লৌববু মতমগী চাউথোক্লকম ওইরবা ইজজং অমা ওইনা লৌরবা তানকম অমা য়েক্লি। মাগী 'রায়েল' (চেনখিত্রবা ঈচেলদা মুপী চেনবগী রাথোক অমদা থানানা রায়েল্লি, শেল চাবা অমদি ইজজং চাবগী অহীং অমা থিন্দুনা উংলম্মী।

গুনগী "তাহৌত্রবদি নীংঙমহৌরোই" (ফিজও মরুমদা) হায়বা রারীদা মৈত্রবাক্কী সমাজসিদা মতৌ অমগা মনাওনুপী অমগা অনীগী মরক্তা লৈনবা অথাবা মরী অমা উংলি।

মীওইবা হায়বসি ওন্থোক্লা শোনগুবা জীবনি। তরা লাকলে তরাগী পাঙ্গল, চামা লাকলে চানগী পাঙ্গল ওইরিবা কৈরেলগী মশাদমু শোল্লবা মখ্বাং লৈবগুম শিংলবা মীওইবগী মশাদমু শোল্লবা মতাং, শোম্থ শোন্থরবা তানকম য়াম্না লৈ। মায়াদা তাউরিবা তাইবঙনি। অসিগুম্বা অশোনবা তানকম অসিদা খুদোংচাবা লৌনরকপা য়ুগনি। পোৎ চিংথরম্বা কাউনরম্বা তাক্লত্রে। অপংবা চেকশিন্দবদা তারে। হেনজিলহৌবা হন্দোক্লত্রে, শোয়খিবা শোয়বনি হায়না লৌতুনা ঙাকপগী রাকম লৈত্রে, অতোনববু ঙাকপি কনবিবগী রাকম থন্নরকতরে, খুদোং-চাববু ফংলবদি মম্বকা ঙাইক্লত্রে চফু হেক্তা ইল্লে।

প্রিয়োকুমারগী "অরাওবা পুন্সি" অমদি "গলীগী নমখিবা মনম" (অরাওবা পুন্সি) হায়বা রারী মচাশিংদা লৈত লাইরবগী মতাংদা মচা মরাগী মতেংপাংদবা য়ারক্তুনা থবক শুবা থোকচরকপী নহা অনীথকপু ঈরাং পুরবা শেঙ্গাও অনীনা মাংহনখিবগী রা যাওরি। করিগুম্বা মওং অমদা হিংদবা য়াত্রবা' মশা লমুবী মুপী অমদি চরা হেল্লক্লবা মচাশিংবু হিংহন্দবা য়াদবদগী কৃঞ্জমোহনগী "রাখল ছোংবা" (চেনখিত্রবা ঈচেল) নত্তুবা তৌগ্রুরোই লেপুরবা মুপা অমবু কালাবাজারগী লমদা চা থাওবগী থবক নমহুনা তৌহনখি। য়ারক্তবদগীনি। ফীবম্মা লৈহুনা পুত্রবা লমচৎনি। আদর্শ অমদি ধর্মগী রাকমদগী হিংবগী

চৈথেংনা কনখিবগী রানি। শোন্নবা মতাংদা খুদোংচাবা লৌবগী মতাংনি। অইবা অসিমক্কী "লুপাগী মীনোক" (ইংলিশ অমগী মহাও) রারীদা শেঙ্গা থুমজা হেনজদবা ওঙ্গা অমনা মতমগী হিংবগী থাক (living standard) কী মীৎয়েংদা লৈমিন্নবা য়ানবা পিঙ্গরম্বা শেল অপাননা নত্রবম্ভু নাকোং ইননা লৌবা তাররি। শ্রীবীরেনগী "সিম্ভু অনাবনি" (লৈচল্লক্কী থাজ) দা গনতন্ত্রগী লমদা প্রজাগী অধিকারবু চরা খরগী পৈশানা য়াম্না হোঙনা লৈনরকপগী ফীবম অমা য়েক্নি।

মতমগী রারীমচাদা তত্তনা উৎনরকলিবা অমনা ধর্মনা মরায় চায়থরকপা; অচুম্বনা মায়থীরকপা, থাজবা হাৎনরকপা অসিম্নুনি। শুনগী "শেগাইখ্রবা দলিল" দা (ফিজঙ মরুমদা) চমজখ্রবা লরাইগী লাইরবা লৌমী অমদগী শেল খজিক্কংদা বন্ধোপ-থমখিবা লৈবা যোনবগী থাজনবী দলিলদা হনখিবা লৌফম অমা মহাজোননা মরো ভৌহ্ননা নোকচলান্দা মুন্দুনা লৌবিথি। মবুক কল্লবা, চমজরবা লৌমীনা কার করম্বা রায়েলগী মতেং অমা লৌরকপা তারগদি ধর্ম অমদি থাজবগী রাফম্না কয়াবু হেন্না কান্নহনখিগদগে হায়বসি শুনগী রাহংনি। কৃষ্ণমোহনগী "করিন্নুংগী" (চেনখিত্রবা ঈচেল) হায়বা রারীদা ভৌফম থোকপা মথৌগী থাজবদা নিয়মনা য়াদবা পোৎ পুরকপা গাড়ী অমা ফারুই থানাগী থৌবুবা মীওই অমনা পুম্নমক্কী য়াইফনবনি হায়না লেপচরুই। মরী লৈনবা লোয়নশঙ নত্রগা সরকারনা মতিক চাবা মনা পীবিফম থোকপনি। য়ামত্রবদা পন্দনা লৈরম্লবা ফমথোন কাবগী লম্বেল অহু শং নাম্লগনি খল্লুই। অহুগা হেড ক্লার্ক রসতগী থোকলকপা য়াথংনা লোই থাবগা মওংদা ট্রান্সফর। অচুম্বা ধর্ম অমদি আদর্শনা ফংবা মনানি দগুনি। আইবা অসিগী "তাত্তোম্বা" (ইংলিশ অমগী মহাও)দা মফম মতম হায়বা য়েংলুদনা মীগী মত্তেংদা পাংলকপা তাত্তোম্বনা মপুন্সিংগী চিরবা, অরোইবা তানফমদা য়াম্না থাজনা পামলকপা মতেং মরিক অমকাওবা ফংখিদে। চৎখিবা আম্মানা মতমগী ভৌবিমলগী মমল থঙখি খরা থেঙনা খঙখি।

অসুম্না মতমগী খারী মচানা পুন্সিগী অনৌবা শকুম অমা য়েন্নবা ঙম্না লাক্লরি। তাইবঙগী হামচৎনরবা লীচৎকী শরুক অমা মথং মথং য়েক্লরকলি। পুন্সি অসিগী মমল নোংম নোংমগী হৃদ্ধরকপগী মওং অমা উরক্লি। শ্রীবীরেনগী "মসিনা ইম্ফালগী খারীনি'' হায়বা খারীদা (লৈচল্লক্কী থাজ) সহরগী ঈরাং ইপোমদা কাওশীংগুম য়াম্না য়াঙনা তাউথরকপা মতমগী পুন্সি অমা যেকাল। মাগী "নাঙোকখি" হায়বা খারী মচাদা য়ুম্বানবগী পুন্সিদু ভুং ইচা চাদনা য়েংলকই—উরুই। চৎনবী ধর্ম কম অমদি থাজনবীদু নৌনা মমল লেপ্পবা সাহিত্যনা লাক্লরকলি। অন্ধাবিশ্বাসকী ফিজঙ অম প্রকাশনা মাগী "পুখ্রিমচা" (ইচেগী শম) দা হাংনবা লাক্লার। কুঞ্জমোহনগী খাখল হোংবা'না ওন্থোক্লা চিন্নবা পুন্সি অমা মায়োক্লৈ সুজৈ নোমজৈ, তাইহাক্কা পোথাদে, মরু ময়াও কেমথৈ হোৎনজৈ। অদুবু নোংম নোংমগী সুম চেংশিল্লক, সুম চেংশিল্লক সুম চেংশিল্লক নোংমতা কংদনা মথুং মশা প্রোক প্রোক থেক্কুনা লেনবা তারি। মীরোল্লবী নুপীবু মনম তংপমথৈ ফুরুই। থাজনরকপা লাই মহাকপু খোনচোপনা চৈরকই. যানাং য়ানীংদনা সমাজগী মায়োক্তা থবক তৌবা তাখি। শ্রীবীরেনগী "নাঙোকখি (লৈচিল্লকী থাজ), এ, চিত্রেশ্বরগী "ঈখৈচাবা' (ওসিদি লাক্লে) হায়বনচিংবা খারীশিংদা থাইনগী নুপা-নুপগী মরী অমাদ মী অমগা অমগগী মরী অসি অসুম অসুম কোমথোরকপনা মক্ন হখঙ থঙদনা পৎ-তৎখিবা য়াবগী মওং উৎলরি। থাজবগী যুমফন্দা থম্নবা ঈশ্বর অমদি তাইরঙগী মরী নোংম নোংমগী অসুম অসুম পাথরক্লি। ধর্মগী য়াফমদা হান্নগী অর্থ লৈরকতরে। লৈবা তারবদা মপানগী কুন্নোমদা মঙাইরে।

অনৌবা মথলগী খাখলদা ফজবা অমদি কান্নবগী খাকম ইরৈমক লৈতবদি নত্তে। য়াম্না চম্না লেপ্পবা পুন্সি হৌজিক্কি তশেংনমক চাং থনাংনরে। মরম চাদবা থাজবা, কান্নদবদা চৎনবীগী তত্ত ওইরবা নত্তবদা হোৎনরুবগী মতম নত্রে। পুঙলোনগী মতুংইন্না শাবা তাক্তনা

ৱায়রুরে অপাম্বা জগোইগী পোইরৈ য়েংহুনা পুঙলোন শেম্বা অমদি শেমদোকপা মশানা তাবনি। এম, কে, বিনোদিনীগী স্থর (মুঙ্গাইরঙ্গা চন্দ্রমুখী) ৱারীমচাদা কলাকার অমগী থম্মোই, হৈনজবী, পামজবী পুম্নমক মফম মতমগী পোইরৈদা কখোকপা তাখি ঈশৈ তিন্নবা চৎনবা মন্দিলা গা অশোইবা, হিদাকমনানচিংবা য়োমজরুবা তফাইবেম্মনা মচাগী মহুৎ শিন্দুনা য়ুম শঙবা তাখি। মতম অমদদি ঈশৈগী কলানা মপুন্সি ওইজরম্বনি। হৌখিববু লৈরিবগীদমক্লা থাদোকপা তাররি।

মতমগী ৱারী মচানা য়েক্লরিবা পুন্স অসি লৌরী খোইরৌদরে, মায়মক দোন মোন হাইবগী ফীবম অমদা লৈরে। নুংশিৎ মায়রমদা পাইবা তেরা মফোন্দু মঙাইরে।

মরম কয়ামুক লৈ অমদি লেরম্বা য়ারি। শেল থুমগী নাক য়েং অসিনা সমাজগী খোৱা ওইরি। চহী অমগী বা থবুদং নোমগা লেমহৌবা থাশিং লেম-পানা কোম্নরম্বা মতম অচু হোক্লে। মঙানী শুরুরগা— হুমনি-দমক চৎনবগী ফীবম্মা অয়াম্বা য়ুম পায়শিল্লক্লে। একাদশীনা য়েনখাদা লুমহুনা লৈরম্রে। লেমহৌরিবা নীনী অসি মেনথৎনবা লাক্লবদা মী-লাই উনবক্লরে; মমৌং মমায় পাঙনরক্তরে। ওফিসকী মতম নংনবা ফংগৎনরকনদা নাইতোম ৱাম্থহুনা লেরম্বা মী অমদা থৌজালগী থুং লাম্মোকলুবা নংলমদরে। য়েংলম্মগা হোরেল পাউদমনবদা মতম মাঙ-হনবনা ৱাকম অমনি।

অম্সুম্না অনৌ অনৌবা ৱাখলগী থোইনশিন্দগী সাহিত্যনা পুন্সিবু নৌনা য়েংলক্লি; নৌনা মমল লেপ্পবা লাক্লরক্লি। হৌখিবা চৎনরকপা মমল কয়া থুগাইনরকসি, মতমগী নাক য়েত্তা নৌহৌনা মন্থিক্লরক্লি। ৱারী মচাম্থু থোদাং য়ারি।

ইম্ফাল/১৯৭৪

# উপন্যাসকার অমা ওইনা অঙাংহল

হিজম অঙাংহল (১৮৯২)গী উপন্যাস অমীনি-যাইথিং কোন্নু (১৯৩৮-৩৯) অমদি জহেরা (১৯৪০-৪১) 'যাইথিং কোন্নু' লোক সাহিত্যদগী লৌশিনবা ৱারী পরীংদা য়ুম্ফম ওইবা উপন্যাসনি। লোক উপন্যাসকী ওইনা যেংলবদি 'য়াইথিং কোন্নু' মণিপুরীগী মশাগী ওইবা অহানবা লোক উপন্যাসনি 'জহেরা' সামাজিক উপন্যাসনি সমাজগী ওইবা সমস্যা কোনশিন্দুনা ইবা উপন্যাসনি।

ফোঙদোকপগী মওং নত্রগা খুৎলানথোককী মীংয়েংদা অইবগী উপন্যাস অনীমক চৎনরকপা উপন্যাস (ট্রেদিসনেল) কী মনুং চল্লি। মা-মা হায়বগী পাউদম হায়বদি থর্ড পার্সনগী ওইবা পাউদম মওংদা ৱারী চৎথবা উপন্যাসনি শীংথাবদা পাক শনবা, শন্দোক্লবা ৱ্যাখ্যা তৌদুনা চৎথবা, পামজকবা ৱাফম অমদা এতম অমদি মফমগী ৱাথল থোইনা তৌকবা লৈতনা নৈনবা, মোং পীবা অসিনচিংবসি মমাঙগী উপন্যাসশিংদা থেংনবগুম 'য়াইথিং কোন্নু অমদি 'জহেরা' দসু কায়দনা উপ্পি। মানপুরী সাহিত্যগী মতমচুংদাদ (১৯৩৮-৯১) উপন্যাস হায়রিবা মচল অসি লোবগুম চৎনরকপনি। হায়রিবশিংসু নৌনা অহুমক থোক-খিবা অমাংবনি। মতমতুগী সমাজ অমদি সাহিত্যনা য়াম্নবক পামজবা তরাম তরাম তৌনরবা খুৎলানথোকনি। অইবা অঙাংহল উপন্যাস-কী পাত্র অমা নত্তে। অহুমকপু মঙাং মতাংগী ওইনা, ৱারী পরীং-দদি নত্তনা, ঐথোয়গী মাংদা চোংথোরক্লুনা পাউদমবা অমদি পাক শন্না শন্দোক্না তাকলকপা নেনরকপা অমদি মোং কোঙদোমকপদদি

উপন্যাসকী পাত্র মরায় অমা হেল্লি। মফমসিগী মতমতুগী চংনবীনি সাহিত্যগীদি মখুন্নি। রাহৈ-রাতা, লোন্দা-পুদাসু মতমতুগী ইবদা শীজিন্নবা অরাংবা থাক্কী অমদি লৈবাকমচা ফাবগী মওংদগী লাপথোক্কে। মসিগী মথক্তা অমুক্তা অঙাংহলগী মগুণ অমমা রাহৈ রাতাদা, বাঙাং শাঙাংদা, রারী শানবা অমদি রাবী লীথবদা, অইবা মশাগী 'খম্বা-থোইবী শৈরেং' দা নত্রগা 'শিঙেঙন ইন্দু' দা শীজিন্নবিবা পেনা-শৈশলী নত্রগা খোংজোম পর্ব শৈশলী অসি উপন্যাস অনী সদস্র ময়েক শেংনা শীজিন্নৈ (য়েংখিয়ু যাইখিং-লাঃ ৪১; জংকেরা লা–ঃ৫৯ নচিংবা) মণিপুরী-গী লোক সংস্কৃতিবু মরু ওইনা রারী অমদি থুংফোঙদোকপু য়াম্না লুনা তৌজখিব' উপন্যাসকারনি।

উপন্যাসকী হীবমন পীরকপা রাগল পরী না তাকপদি অঙাংহলনা নৈনরিবসি নুংশিবা নীংনবা অমদি সমাজ শেমদোক শাদোকপা অনীসিনা মপুঙনি। কলাবু পামজব মীওইনিনা অঙাংহল ফজবা নীংথিববু যৌনা পামজে। কোমু ফজনা শৈথাবা, জহেরাগী শাওং-থাদা শীংথাবা মহৌশাগী পোৎজমশিংবু য়েকলকপা অমিনচিংবসিনা সাক্পিনি। নীংথিবা অমদি ফজবনা চিংশিল্লি; চিংশিনবদগী নুংশিবা পোকই। হায়বিরবা নুংশিংবা অসি তাইবংগী লেংদ্রবা লমনি। অঙাংহলনা পামজবদি, হায়রিবা নুংশিবা অসিদা জগৎকী মপানথোংগী চংনবী ফয়ানা অপনবা পীনা ঙমদবা (হাওবা-কোন্নগীগুম) অদুগা সমাজকী, জাতিগী অমদি ধর্মগী ওইরা খেন্নবা কোলায়না মশক ওলহনবা ঙমদবা (কুমো-জহেরাগীগুম) লেঙজব। লন অমা ওইনা থম্বা অমিনি। উপন্যাস অনীমক্তা উংলিবা অসিমক্তি তমজনফমগী থাক্তা লৈবা নুংশিবনি। নুংশিবা অশীদমক শিনা শিজা হিংবা (কোমু) অমদি হিংনা ফিংনা শিবা (জহেরা) অসি কৈক্থু লৈঙবা অরায়বা লীচনি লাকনা ফল তায়থু উপন্যাস অনীনি। মতাং-অসিদা পনবা-থাবা

রাকম অসনা কোন্ন অমদি হাওবগী নুংশিবা মওং অসি সংস্কৃতলোমগী পরকীয়াগী রস (অতোপ্পগী তালোইদা নুংশিবগী মরী থম্বা) লোমদা পুশিল্লকপা য়াবগী মওং অমা নতাং থরদা থেংনবা য়াওই। অদুবু তাশংবদি হাওবা—কোন্নুগী নুংশিনসি পরকীয়াগী নুংশিবদু নত্তে। মরমদি পরকীয়াদদি ভক্তিগী রাকম যম লৈরি। ভক্তিগী রাকম অসি-মক্তি ভক্তগী থমোয়দা ঈশ্বর নত্রগা ঈশ্বরগী থাক্তা লৈরবা ইস্তপাত্র (পামজবা শক্তম) তামগীদমক্তা লেঙদনা লৈববা লুনা নীংজবা হায়বা থাকী মনুংশি অমা শোয়দনা চঙই। অদুগা হায়রিবা ভক্তিগী রাখল অসি ঐথোয়গী থমোয়দা হাওবা-কোন্নুগীদমক্তা লৈতে অদুনা পরকী-য়াগী রাখলদগী ফংবা যাবা মধুর রস শতুগ নরী লৈনবা নুংশিবা নত্তে। মসিদি মযামগী শৃঙ্গার (নুংশি-নুংঙল) হায়রিবতুগ মরী লৈনবনি।

সমাজগী সমস্যা পাযথংপ অমদি সমাজবু শেমদোক শাদোকপগী রাখল লানথোকপগী মতাংদসু অঙাংঙল য়াম্নমক হৈশিংনা নাক-য়েং তুং-মাঙ খঙনা চৎপা অইবনি। অহল্লমনশিংনা থাজনরিবা নিংতোল পোকপশিংবু নাকোয়নন রারক্কগীদমক্তা শেরেংথিবা শায়োনশিং অদুগী মনুংদা শায়োন অমগী রারীনি। মসিনা নুপীবু মাম্নবা থাক অমদা পুরকপগী থোইনশিন অম অত্তুক পীরি শেমদোক-শাদোকপগী রা-খলপরীং অসি জহেরাদদি মযেক য়ারিবমথৈ শেংনা থোক্লে মপানথোং গী ওইবা থেম্নবা কয়া শেজরবন্ডমী পুম্নমক মীওইবমতৌ মানবতা) হায়বতুগী মীৎয়েংদা চপ মান্নৈ তাংয়বগী থাজবনা য়ুম্ফম ওইহল্লগা মৈত্র-বাক্তা হিন্দু (কুঞ্জো) অমদি মুসলমান (জহের) কনীবু অমত্তা ওইনা লৈমিন্নবা য়াই হায়না অইবনা উৎলি। উপন্যাস অসিদা অমনা অমগী ঈথেঙ পান্নরবা সমাজ অনীবু তায়শিন্নতুনা অইবনা এককোগী পামজবা অসি মতাং চানা মযেক শেংনা ফোঙদোকলি। মতাং অসিদা পনজ-ফৌনিংবা মতাং অমনা উপন্যাসকী পোলোইদা অংংহলনা লেপ্লিবা

পাত্র অনী হায়বদি কুঞ্জো অমদি জহেরাগী লাইবক অসিনি। ঐখোয়না কংথিবা 'পোইটিক লাইসেন্স' অমু ঙাইহাক্তং থৈদোক্নবা থম্মগা য়েং লবদি অমবু হাংলিবা অমবুনা শিবগুমবা ফীফম অমদা থমমম্মসি মী-য়ুংশি য়াওদবা বিচার থুদোনি হায়জনীংই। হেন্না য়াংব বিচার লোগশঙ-দা আপীল তৌজনীংই। মরমদি অইবনা থম্মিবা পামজবা লমথুং, শেম্মিবা লাম্বল অমদি শেমদোকপা পাম্মিবা লানচংগী মওং পুন্নমকসি য়েংলুবদা কুঞ্জো অমদি জহেরাগী মরাল লৈতে। শিক্ষ থোক্তবা পাত্র অনীনি। অতুনা শন্না হায়জনীংবদি অশেংবা ( সত্যম্ ) হকথেংনবা কুঞ্জোগী মথুত্তা নীংথিবগী শক্তম লাক্লিবা জহেরা (সুন্দরম) হাংহনখিবসি-না অইবনা পান্দম লাকখিবা সাহিত্যগী কান্নবা (শিবম) অদু অঙবা মশানা চাযথায়জরম্মে হায়বসিনি। মরমদি একতা পুরকপগী মহুত্তা জাতি থেন্নবা মশেল মুংশিনবদা অকাযবা লৈ হায়বগী হনজানবা অমা কৈনা হাইজিললকপা যাবগী মওং অমা লৈ। য়াকম অসিমক্তি অইরনা পাম্বা লমথুং নত্তে।

উপন্যাসকার অঙাংহল বৈষ্ণব সংস্কৃতিদা শেংনা নাউকোল্লকপা মীওইনি। উপন্যাস অনীসিদা হিন্দু সংস্কৃতিগী মঙাল পাক শন্না তাই। মুসলমান জহেরাবু শেম্মকপদা অইবগী হিন্দু ওইবা মত্তৌ ( হিন্দুত্ব ) ময়েক লানা উবা ফংই। হিন্দু মমাঙগী মণিপুরগী মশাগী য়ারী লৈশাং ওইরিবা য়াইথিং কোন্নু' দা ফাওবদা হিন্দুগী য়াথল পরীং হিন্দুগী হৌন লোনচং হিন্দু ধর্মদা থুক্কম ওইবা প্রমাণ পানথৈ, হিন্দুগী থাজনবী মতাং মতাংগী ওইম, উবা ফংই। (য়েংবিয়ু কোন্নু লাঃ ৫, ২৭, ৪৯, ৫০ নচিংবা ) অইবসিগী য়াহৈ পুকৈদা হিন্দুগা ভংন-থানবা লৈত্রবা য়াহৈ কয়া য়াওবা মশানা তাবনি 'জহেরা'দা অরবী, ফারসী অমদি উর্দুগী য়াই রাতা যাওরকপা হৌনশানি। মুসলমানগী সংস্কৃতিগী কান্নাংশিংবু য়ান্না নকশিন্না য়েংবা ভম্বগী মীৎয়েং অঙাংহলদা

লৈ হায়বসিমস্থ মাবা তাবনি। পুম্নমক অসি মণিপুরগী সমাজগী মায়-য়েংকী তাশং তাশোংবা ফীবমনি। অস্তুমা উপন্যাসকার অঙাংহল মণিপুরী অমদি মণিপুরীবু মশক মুম্না খঙখিবা অমদি খঙনীংহনখিবা মীওইনি।

উপন্যাসকার অঙাংহলগী থৃংইদা নীংথিববু পামজবা মুংশিববু লুনা তৌজবা অমদি সমাজগী চেতনা (কনসিযসনেস) মরীক চনা য়াওবগা লোয়ন লোযননা মণিপুর অমদি মণিপুরগী তোপতোপ তাবা পোৎলম কয়াবু মুংশিজবা পামজবা অমদি পোৎলমশিং অচুম্বা দমক্তা চাউথোকচবা পোকপগী স্থর অমা য়াওরি। মতম অচুগী ওইনা নৌনা অমদি তাঙনা থোকলিবা বিনা উপন্যাসপু মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা পুশিননবা হোৎ-নবিরম্বা, উপন্যাসকারশিংগী মমুংদা অঙাংহলস্থ শীংথাদবা য়াম্নবা অইবা অমা ওইনা লৈরবনি।

ইম্ফাল, ১৯৮৭

# মহাকবি অঙাংহলগী পুন্সিগী অরাংবা রাথল অমসুং হৌজিক

মহাকবি অঙাংহলদি সমাজগীদমক্তা কলম পায়বা সাহিত্য মীওইনি। মহাকাব্য অনী, শৈরেং অঙ্কেনবা হুমফুমুক, ঈশৈময়েক কুননীথোইমুক অসিগী লম্বেল অমদি লমথুংদা মণিপুরী সমাজ অমদি পুন্সি অসিবু তমজনফমগী শক্রম অমদা শেম্বা পাম্বগী ইচল অমা ময়েক শেংনা উবা ফংই। অঙাংহল তশেংনমক সমাজদা মায়প্নবা অইবনি। অইবগী রাথল্লোন ওসিগী ফাবমগা চান্নরি।

মণিপুরী সমাজদা কবিগুম্বা মখলগী খেন্নবা থম্বা অমদি উবা অঙাংহল মুকপাম পামজদে অচৌ-মচা, লাইব্র-ইনাকথুনবা, অনম-অরাং অসিনচিংবগী মান্নদবগী রাথল অসিন। অইবগী থমোয়দা তাশোল ওইনা থোকই মণিপুরদা চেনবী ওইনা কৌরবা জাং তিন্নদবা অমদি মাসদগী থোকলকপা শোক্ন পন্ন য়াদে হায়বগী লোনচং অসি মরু কংনা মাঙনবা পামজে। সমাজদা কবিগী অনেন-অরাং করিগী ওাং তাবা; করিগী শোক্ন-পন্না য়াদব লৈফম থোকপগে? করিগী? পাউথুম শাগোম্নজরবা রাহং পারেংনি। সমাজ অমগী কান্নাং খুদিংমক অমগা অমগা চপ মান্নবা মরুওই; পাওথাক্লিবা থৌদাং পুম্নমক অমনা অমদগী তাবা নত্তে হেনবসু নত্তে; মতাং অমদি মফমগী মতুংহন্না পুম্নমক্তী মমল লৈ। রানক্কী কুন্দোনা লৈকোন ওইরিবা সমাজগী মতাইদা করিগী শাংফম অমদি শাংহনফম থোকই! লৈরাং খুদিংমক মপুম ওইবা লৈকোন-সমাজগী লৈরাং ওইফম অমদি ওইহনফম থোকই! হিদাকফু-কীদা তিন্নদবগী রাথল করিগী থমগনি! চংনবী অসিগী মায়োক্তা

ঈংনা তপ্না লালহৌগী থোল্লাউ অঙাংহলনা লাউরি ; অাতিগী মেয়বা লৈতবা–কাষ্টলেস-সমাজ অমা অইবনা আশা তৌরিঃ—

রারক কুন্দো ইত্তারোই লৈরাং নঙনা করিগী
অল্লা এপোৎ ফাদুনা মপু কনা মঙ্গংলাং
রাশা-ফম্বে থকুদা লৈমাং করি চিন্তানো
শোক্ত-পন্ন য়াদবা চঙ্গল-খোংনা ঙমদবা
শিঙেঙল নঙগী নখোঙদো খুদোংথিবা 'ফমনি
লৈবাং নঙবু লাওনে মপু খোঙন তৌসিনে ।

মতু থজিক হল্লবস্তু চান্নবা মমু শংত্রিব চংনবীনি । মায়োক্তা হৌরকপা কবিগী রথল ঙসিগী সমাজদ' চান্নরি অঙাংহলগী কাব্যদা সাংস্কৃতিক চেতনা-কলচরেল কোন্সসনেস—অমা চোমলপ মরী-মরী উবা ফংলি । হিন্দুগী লম্বেল, মরুওইনা নৈষ্ণব অঙাংহল সমাজগী পোক-পদগী লোয়নরকলবা লৈত্তেংনি অতগা মৈতৈগী লোনচৎ মশাগী শিংলি লাউরিগী ঈচেলনি । অনী অসিগী পুনশিনব মশক অঙাংহলনা মহাকাব্য অনীদা শাগৎলি । হবিনা অথোইবা ঈশ্বর ওইরি, লৈকাই খুদিংদা হরি মন্দির লৈনরি । লায়নন থাঙ্জীং মারজীং থাকত্রবা খোগুম ওইনা ঈরাংনরি; য়ুমথোঙ খুদিংদা সনামহি লৈমরেনগী মফম অাক অকরনা ঙঙাইমক ফদনা থম্নরি –

লৈকাই য়ুমথোং খুদিংদা হরি মন্দির লৈনৈদে,
মন্দির মফম খুদিংদা হার নাম শোইন্নেদো
নুপী নুপা কয়ানি দুরা ওহবী লথাদো
বাংবু মখল কয়ানি পাজা খোকইদো ।(খঃ থোঃ শৈঃ)
সনামহি লৈমরেন খুরুম্মরে হায়নরে
চংকদবা মরিদো খুরুম্মরে চংথরে । (খঃ থোঃ শৈঃ )

লোযননা, পাম্মোইবীগী সাইওন ওইরিবী খোইবীবু থাজানা টৈরকই—

মুরা নংবু কনানো খোয়ুম কনায় সারওয়ো
থাজ ঐনা নিংবদি ঐনা উথি অদুদৈ
চিংউ মহাদেবগী মনেম মচা ওইরিবা ?
কোরৌ নোংমা নহারা, ইরোই ওনবা হিংচাবা,
মাবু হাৎপা হবেম্বা। দুগা কৌবী নহারা
মংবা তারে ওসিদ মোহরাং হায়বা লৈবাকসি
লমজা মাবু লাকচবা দুগ এমন থুম্বিগে

লাকপিরবা দুগানা মানি দুটৈ অদুনি। (খঃ খোঃ শৈঃ)
লাই অদি ঈশ্বরগী পুনশিং শক্তম্নি অসুম্না হৌনলোনচৎ, চাকচা
ঈথক অমদি পুন্সি চরেনগী কাঝাংশিংদ নীথিনা তোংশিন তাশীনবগী
লৈখোন অমা কাব্যশিংদা উরি।

অসুম্না উমংলাই হরাওরি; কাংস্ন চিংলি। লৈশম জগোইগী
পুওখোলস্ন তারি লোয়নন জগোই রাসম্ন কৎনরি। শম্না হায়রবদা
সংস্কৃতিগী সমদা মেইতৈ কাযাং কযাগ হিন্দুগী মচলশিংগা য়াম্না চান্ন-
চিন্ননা অঙাংহলগী সমাজদা খোঙদামিন্নরি। হৌজিক হৌজিকমক্তা
মতাং সিদদি অনৌ অসি ঈশিংগা থাউগা তিন্নবগী মওং অমা লাক্লবম্ন
মনিপুরদাদ, অহোইনচুন ভারতকী ওইনদি তোংশিন্নবগী শক্তমদা অমত্তা
ওইবগী ৱাখল অমা বন্না থিনরি। অঙাংহলগী ৱাখল মতমগা চা-নরি।
তোবগীদি অঙাংহলগী কাবা অনাসি হিন্দুরোমগী মীচঙদা নম্নপ লৈরি।

নুপীগী মফম অমদি থাককী মতাংদা অঙাংহলগী শৈরেংদা লালহৌ
অমা মচা থায়না উরি। চান্নদগী হৌনা মনিপুরদা-নুপীগী মফম চাউনা
লৈরকই; থাক অচুক হাক্লা নেম্না নত্তে। অদুবু অপনবা অথিংবা ময়াম
অমদি হৌজিক কাওবদা নুপীনা হাকথেংনরি, চুম্নবা ৱাফম্নি। খম্ন-খোইবীগী
নুপী সমাজনা থেংনরিবা অপনবা ময়ামগী মনুংদা চপ হেক চানা চাউরিবা
অমদি লৈবাক্কী ৱায়েন থৌদাংগী এতাংদা চাউবা নোংথোননা য়াম্না
চাউখোক্লা তাউথবকপা য়ালংরি—

সেম্নু চৎলু হৎগৎলু মবেম্মদা ঙাবরা'
নহোয় মুপীনা থঙডোইকো । লৈবাক নিংথৌ পানবগী
লৈয়ি হৌনবা হায়বা । (৫)

পিশুম খজ্জিক্তংদা শুকপদা মোইরাংদা ঈথক হৌগদবী অমত্তা পোকপী থাদোইদো —

মজাইবেম্মা য়ারৌই ঈকায় মুংশি য়ান্নরে ।
"ভোনখরেদা ঐহাকসে মুপী ওইবা মরমনা
য়াহৈ অসি ভারেদো ।" খল্লি সন্না পুক্লিংদা ।। (৬)

মতমতুগী লৈভাক থৌরমদা মুপী যাওহন্দে, কংলা বিচারদা মুপীগী মকম লৈহন্দে । কৌনম অসিগী মায়োক্তা অহানবা ওইনা য়াথলগী লালহৌ অমা লাকখি লাইরিক হৈবী নিংভোল কাঙলুপকী লুচিংবী ওইরিবী থোইবীদা । লালহৌ অসিমক্তি মথা চখরিত্রে অচুনা মায় পাকশিদরে । অতুগা মুশি মুংগুন অ'মদি যুম্বান কৈবানবগী লমদা খমোয় পাল্লিবী চতুর্শিপী য়াথল অমদি থৌড়ংদা লৈরম্বা মুপামগী মায়োক্তা হৌখিবা থোইবীগী ঈহৌ অতুমদি মায় পাকখি । থোইবীগী নিঙাই মহৈ য়ানখি ইন্দুম্নু ঈ'না ভপনা থোইবীনা ভৌখিবগুম, চৎনবী অহল্লমন অমদি লৈবাক নিংথৌগী মায়োক্তা লোপ্পি মমা মনিল মাইদবা নিঙাই ভৌই . অনীংবা অশংবতু ক'নব ভাল্লি, মশাগী খল্লাই কাওবা পোম্বা ওইনা থাম্নকই —

ইশিংদরা মৈদরা ঐনা থোকপা ভৌরগে,
য়াম্না থুম্না হায়বিরো ঐগী লম্বী য়েংজগে
ভম্মোই হায়না খনবিম্নু — হিং'না কন্নি কাম্ননি । (৭)

অকনবা লালহৌমি হিংলা য়াওবদি মপ্তে অহিংলাদা মুমকম ওইবা লম্যাগ্রাহগুম্বা লানজংনি । মায পাকই । অভাংহলমা পামজবা লায়োংনি ।

(৫) (৬) খম্ব থোইবী শৈরেং, লাঃ ৮৭
(৭) শিক্তেঙল ইন্দু; লাঃ ১১৮

সুপীগী মফম অমদি থাক থিবা অমদি ভানবগী রাকম্নি। মফম অসিগা চান্নরি। থৌইনশিন অমসু পীরি।

নীংতম্বা তাইবং মীগী পোকপদগী লোয়নরকঅবা অধিকারনি। অধিকার অসি মুনথিবা নত্রগা মাঙতনথিবা হায়বসি মহাকবি অঙাংহলগী থুংইনা য়ানিংদে। অঙাংহলগী মতমদা লৈবাক অসি মীথা পোনথিখনি। মাঙথ্রবা নীংতম্বা অসি অমুক ফংননবা নত্রগা লোননবা অঙাংহলগী কলমনা লাক্রখিবা অশেংবনি। মীথা পোনবা হায়বসি মীপান তাংবা অশেংবনি। মীগী মপান তাংদনা হিংনবা উপাই কয়ামুক লৈবা য়াই। অঙাংহল্পনা পামজবা অচৌবা অমদি—

মৈতৈ কোলোই লৈতেংবী
লুংশিবী ইমা পুককবী
খিংম্না থম্বাল মাল্লবী
ভরং লাইজ লৌরবী
ইমাগী অরাবা কোক্লসি
পায়ম রাখল তৌরসি
অকে অমৌ ভোক্লসি (৮)

লম অসিগী নত্তবা মপান্দগী লাকপা, মহুগী মহুত্তা লমসিগী লম-থুম মপান্দা চংথিগদবা পোং শীক্লিন্নবা পূনতোক ভোক্লগা থোগদবনি—

তুমগী লম্বী য়েংলসি
ইচা ইমাওবু য়োক্লসি
ইমাগী লমন শিংলসি
পম্বৌ খোঙ্গুল লৌরসি
লাইর থাউবু থরফি
লাইর নমবু কয়ফি
পলেম খুংকো লংছিংফি
কোংলসি চরৈ লংকৌ ফি। (৯)

(৮) অমদি '৯)- শৈরেং থর' (:) 'মৈতৈলোন', লাঃ ২১

(মতমমতুদা ময়াম্না থরায় ভারবা গান্ধীগী রাখল অমসুং থৌওংগী মমি ভাই। অঙাংহল মশামকম্তু অরোইবা মতম কাওবদা লংবোক্তি থাদী নন্তুনা অতৈ শীজিন্নখিদবনি।) খম্বা-থোইবী, গোপাল ইন্দু মাগী মাগী পুক্নিদা নীংতম্না হিংনবা লাকনখি। স্বপ্নমগী রাকম অঙাংহলনা য় নীংদে। প্রজানা প্রজাগীদমক্তা লেবাক ভাকচবা লৈভাক পথাপ অমা পামজখি। নিংথৌ পানবা লৈবাকী কোকলেন ওইজন্নবম্তু-শৈরেংগী পুরিকলাই অমসুং—ইন্দু'গী লৈমিংডু তশেংনা গণতান্ত্রিক ওইবা মকোক ভাক্তি। মমিংভগী নিংথৌনি; স্বপ্নমগী লৈঙাক মকোক নত্তে।

অঙাংহলনা পামজখিবা মীথা পোন্দনা হিংবগী রাকম অসিমসুং ১৯৪৭ কী মতুংদগীসু থোইনা চান্নদ্রে হায়না লৌবা ময়ারে। অদুগা মীনাই থম্বা নত্রগা লোইবগী রাখল অমা মীওইবদা মহুম শাঙনা লৈরিবা অসি যানীংদবগী রাকম অমা—'শৈরেং'দা উৎলিবসিদি হৌজিক্তা য়াম্না চানরি। সেম্ন অসিবু মীনাইনি হায়না থরৈ; মা মশানম্তু রারক কুন্দোওম মশাবু হন্দনা থরে অমসুং য়াম্নৈ। শামুথোঙগী অনাবা লায়েংবগী চাইথৌবা চুংহিত্তা অচুম্বা লম্বেনগী শক্তম লৌরিব থম্বনা সেন্নুদা ঈশিং খজিক্তা ইল্লকট হায়খি। শজোইজনা থোকচবী সেম্ননা থুমখি—

ননাই ঐদি মীনাইনি হাইজ করম নত্তনি?
মুংশিজিবই ভাকপিদ চাংহিনদি উৎপিবা
মুংঙাইজরে ননাই ঐ। '(১)

মতাং অসিমত্তদা খম্বনা খুমদুদৈদ লংথুঙ ওইরিবী অচুম্বগী শক্তম লৌরিবী থাদোইনা ভাপ ওতুনা হায়খি—

কন্রি রানে মরুপ্পোই থোইবীবু কুপ্না সেনবই
কোলোই সেম্ন কীবনি কৈদৌবগে ইমানা
ইনবিয়ুবা অমুক্তা।

থাক থাম্নদবা সমাজ অসিগী মালেমনা পাম্নরি। চুনবা ৱাথল্লোননি হায়দবা য়াৱোই, মীনাইগী মতাংদা মহাকবিনা ময়েক শেংনা লাউরিঃ—

অতোপ্পগী সেবা তৌবা, লনাইগী ওইজবা অয়াবা অমদি অঙম্বা মওংদা থাদোকপা অসি মপুম ওইবা য়াইফবগী চঙদবা য়াত্রবা মচলনি হায়বা কবি অসিনা লৌথিবা অশেংবানি। লনাইতগী ওইবা চাইগোই-মুংদা থম্বা পুন্সিগী পন্থুংনগদবা লমথুং ওইফদে, কবিনা পামজবা লৌচংনি। অঙাংহলনা লমজৌংলি—

মমন য়াওদবা শন্থৌগুম
জাৎ- বিজাৎ-ত্তি থন্দবগুম
জীবগী উপাই তৌবগুম
জীব অপুম্বা য়োকপগুম
হে! পুকচেল শেংবা নিপাশা
জীববু মুংশিবা হৈবশা
ধর্ম ওইজবা নহৌশা
জীৱ য়োক্লয়ো মরুপশা ।। (১০)

অসুম্না 'ললোনপোৎ', 'মাগী দা ময়েংবা' অসিনচিংবা শৈৱেং মচাশিংদা লৌকশিনবা মাগী লনাইগীতা থনবগী কওবা অমদি সমাজ সেবাগী অকঘা কয়া য়ামমক পামজনা শীংথারি। মফম অমদি মতম পুন্নমক্তা চানব্লগদবা ৱাথলনি। (অঙাংহল মশামক ময়ামগী থবক-ইথ্লাঙদা মশাগী থনবা থোইনা তৌরমনা থরায় য়ায়া য়াওখিবা মীওইনি।) মীওইবনি লনাইগী থন্দবা য়াবা নত্তে। লোয়ননা লৈকাইগী মায়গৈগী অমদি লৈবাক্কী হায়বা থনবন্থ নাগরিক অমা ওইবগী মথৌনি। মথৌ অসি অঙাংহল পাওখি।

---

(১০)— অঙাংহলগী শৈৱেং থর (২বা)

"মমল, লাঃ ১১—.২ মথক্কী মশাগী লাইরিক্তা য়াওবা

কবিগী মঙ্গলকাব্য অনীমক লুংশিনবা অপাম লুংশিদা শাগৎপনি। লুংশিনবা অনৌবা পোৎ নত্তে; মালেম মপুম অসিগী মীওই-সমাজ মপুমদা য়ায়মক লিববা নৌত্থনত্ত লৈরবা অমদি লৈহল্লবা লীচৎনি। শীংথা-শৈথাবনা অম্মম অস্নম সংশ্রগা মাত্তনা অত্থম লৈহৌরগদবা ইহুল অমনি। তমজনফমগী থাকপু ইকায়থুম্নজবা কবিগী কলমনা য়েক্লম্বা লুংশিবা পুম্নমক মৈ-ঈশিং চণ্ডদবা যক লাইবী ঙাকতনি। মতাং অসিদা মহাকবিগী শিঙেঙল ইন্দুগী লুংশিবা অসি মতম অত্থগী সমাজগী ওইনা, ময়ামগীগা মান্নদবা চাংয়েং অমদা লাম্থোরকই হায়না থাজে। ইন্দু অসি লৈবাক অনীগী প্রজা থঙনা মশানা য়ানা গোপালগী মপা বাত্রানা মচা শক্লা যোক্লবীনি। মীয়েং অসোমদগী গোপাল ইন্দু অসি মচীন মৌপা ওইরবনি। অত্থবু অহানবা উম্নবদা পোকখিবা অপাম লুংশিদগী হৌরগা কাযনবা উম্নবনচীংবা শৃঙ্গারগী কায়াৎ শুনা শোক্লা শীংথাম্নকট। মসিমক্তি অশেংবা শৃঙ্গাররসকী লমদা থুম্ব মথোঙদা শম লৌবদৌনমক তৌগ্রবস্থ অথোৎপা থুৎশা মত্তোন্দা পশীং পিশক অমা য়ুখিবদা মরক মরক্তা ওপ্নদৌনা তৌই। মমৈদ মমৈদবুদি অঙম-অথৌগী দরন্নারদা নৈনম্নবা মতুংদা লৈবাকস্থ লিংথৌস্থ যারত্থনা কোম্নুংগী মচা ইবেম্মা অমা ওইনা লুক্লোংখি; অপনবা পুম্নমক লান্দুনা লুংশি য়াইথুংনাখ। হৈ শিংদবা কবিগী কলম নত্তে। মথংগী চহী-চা অমগী তাজীন ওকয়াদা লেপ্পবা হৌজিক সমাজ অসিদদি কৈস্থ লেত্তবা অমা ওইরবস্থ মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্তিগী হাক্তক অত্থগী ওইনদি অনৌবা মথেলগী মহাও ওইনা তৌরি। (মসি-মক্লা, কবি মশানা হিংলিঙৈদা মশানা শেমজবা পাত্র অত্তৈগী মরমদদি সুকপন পন্দ্রগা 'ইন্দু' দংদি মরক মরক্তা 'ইন্দুসিবু কমন্নোপবা? হায়না নীংশিংঙম্মীবনি * মতমগী সমাজ অত্থদদি লুংশিবগী মতাংদদি অয়ানবা কৈস্থ লৈত্রবস্থ লৌনলৈনবগী মতাংদদি য়াথোক ওইপ্রবা পোথনি। কবিনদি যাম্না কম্না শোগৎপা য়াফম্নি। হৌজিক্তা সমাজনদি কবিস্থ

* নাকম অসি তাকশিনকপা শ্রীহিজম য়োমজাও সিংহ, য়াইস্কুল।

মাচুংলয়োইদবা ৱাকম্রি। মুংশিবগী লমদা অঙাংহলগী মীৎয়েং য়াম্না পাকই অমদি শাললি।

অঙাংহলগী লোন্দা হৌজিক ফাওবদা চপ চানা চান্নরি। ইবদা থোইনা শীজিন্নদবা ঙাংন-শান্নবদা নীংতম্না শীজিন্নবা মীয়ামগী লোন্দা পুদা কাব্যশিংদা শীজিন্নরি। ৱাহৈ অমদি ৱাহৈপারেংগী মতাংদা সংস্কৃত অমদি বঙ্গালীগী মশেক মঙালতনা অার মতম ফনা কারিবৈ মতাংসিদা মনিপুরীগী মশাগী ওইবা শক্তম অচুমক মপোপ কায়হন্দনা থন্নবা সাধনা তৌখিবা কবিনি। মচুমরুা অতৈ লোনবু অতোপ্পা মীৎয়েংদা য়েংঙবগী ৱাদি নত্তে; মতমগা চপ চানা চৎমিন্নরি। লোন অতৈগী ৱাহৈ নীংতন্না লৌশিল্লি। মত চাদবা থৱদি অচুম ময়াওই। (মওং য়াম্না চাদবা অমা শন্দোক্না উৎকদবা - পেক্তিচোৎ লাঃ ৩৯৯) ঙাংলিবচুমক ইননবা হোৎনবা অমদি ছন্দগী মতাংদা অহেন-অৱাং লেমদোক্লবা লাক্লবদা মান্নপুনখিবা কবিনি হৌজিক্কী অচনৌবা অহৱশিংনা থৱায় য়াওনা পামজখিবা মায়কৈনি। চু-নৱি। মহাকাব্য অনীগী লোন্দা অদি থমোয অমদি লৌশিং খোমবা ওন্না মহাকাব্যগী ৱাৱীবু চপ চানা পুবা ওন্না লোন্দানি। লৈৱেং মচাগী লোন্দাদি থৱা চগমৈ। লোন্দা পুদাগী—মতাংসিদা চৈৱমগদি থোক্টনা তান্নব্রক্সু শোয়দনা পঞ্জনীংবা ৱাকম অমস্তু' লৈজরি। 'লৈৱেং'গী পাৱেং লীশীং ৩৯ অমদি 'ইন্দু'গী লীশীং ৮ অদি ছন্দ অমত্তদা—লেমা ছন্দ হায়না লৌবা য়াহৈ কায়দনা ইৱি।

'ইন্দু'গী তোপ্পোপ্পা অমমা পৱেং অনী অনীগী মমৈ তাবা খোন্থোক হেক হেক মান্নৈ। (উৎকদবা-পাচুনা) মনিপুরীগা চান্নবা ছন্দনি হায়না খাজবা য়াই।

ইম্ফাল ১৯৯২

# খম্বা থোইবী শৈরেংগী রস

বিভাবনে অনুভাবনে ব্যভিচারীনে অহুম অসি পুল্লগা রস পোকই (বিভাবানুভাববাভিচারীসংযোগাদ্রসনিষপাত্তি) — ভরত মুনিগী ৱাফম অসি ফেং হাইজি; ঙসি ফাওবা পুম্নমক্না য়াৎনরি। ৱাপু ৱাপুদা খজিক খরাক নৈথোক-লৈশানদি অহুম মতোনৈ। চুম্মবনিনা পুঙককপা হাযবহুমদি কনানসু তৌজি।

ভরত মুনিনা রস মখল নিপান শীংথাবনি। মতুংদা লাকপা কাব্য নৈনবশিংনা অনৌবা খরা হাপচিল্লকই যানবসু য়াওই; য়াদবসু কোঙ্গায়নি। হাপতোক হাপচিন ককথোক ককশিন অহুম তৌনরকই। মমৈদ মমৈদা তৌজিক য়ানরিবসি রস তরামাথোইনি: শৃঙ্গার, হাস্য, করুণ, রৌদ্র, বীর ভয়ানক, অদ্ভুত, বীভৎস, শান্ত, বাৎসল্য অমদি ভক্তি (নত্রগা মধুর)। বিশ্বনাথ কবিরাজনদি মহাকাব্য অমদা শৃঙ্গার, বীর শান্ত অহুমসিগী মনুংদা অমনা মহাকাব্য অমগী মপুঙ ওইগদবনি হায়বগী ৱাফম পল্লি। তৌজিক অসিদদি, তরাতরেং ওবা চহীচাগী মতুংদগীদি, রস অমনা নত্রগা খরনা মপুঙ হেক্তা ওইবা য়াবগী মওংদা লৈরে। অহুগা লেমহৌরিবা রস অতৈসু তেংবাংবা ওইনা নত্রগা মশা ওইনা য়াওবা ৬াবসিনদি অতম্মক চংনরি। মশীং ওজ্রবসু য়াই। হেক য়ারিবমখৈ য়াম্বদি কৈ। অমনী ৱাংপনা মহাকাব্যদা কায়হনবা তৌদে।

খম্ব থোইবী শৈরেং মহাকাব্যগী মপুঙ রস অসি শৃঙ্গারনি। মথংদা লাকই বীর অমদি বাৎসল্য। চাংগী ওইনা য়েংবদা অনী

অসি শৃঙ্গারগী মথংদা য়াম্না পাক শন্না শন্দোক্না য়াওই। লৈহৌরিবা রস অয়াংবস্তু ময়েক শেংনা অদুম্মক য়াওরি।

শৃঙ্গার রসগী স্থায়ীভাব রতিনি। রসরাজনি—রস পুম্নমকী অথোইবান হায়না লৌনরিবা। শৃঙ্গার অসিগী তুংকম ওইরিবা নায়ক খম্বা অমদি নায়িকা থোইবীগী অহানবা উন্নবদা পোকপা মুংশি-মুংঙোন্দগী তৌবা মহাকাব্যনি। অনৌগী রায়থু নবা তানকমগী মুংঙাইরবা মতাংদা কাব্য অসিগী পনথে ওইনৈ। খুংনবা পোলোইগী মহাকাব্যনি। মুংঙাই য়াইবী নবাঙ কারবগী পাউজেল অমনা রাধেরকপনি-

লৈপাক মীয়াম তিনবনা

খোয়ুম ময়াম কম্বনা—থাংজিং লাইনা চিংবনা
পুমপেন ওইনা পেনখরে। "থাংজিং ঐনা শিনবদি
লীলা শংদিং ওইজরে"—লাউথোকখরে লাইয়ামদা।
লাইয়াম সভা পুম্বনা থাংজিং মাবু থাগৎখ্রে।
খম্বা থোইবা অনৌগী মপুঙ ফাখ্রে লাংওনদো॥

(খম্ব—থোইবী লুহোংবা

শৃঙ্গারগী শীংথাবদা হৌরগা শৃঙ্গারদা মপুঙ ফাবা কাব্য ওইনা ঐথোয়গী মাতুদা লৈরে। মমুংগী অযাম্বা শরক্তস্থ শৃঙ্গার অসিগী মফম পাক শন্ন লৈরি। শম্না পনবা তারবদা মহাকাব্য অসিদা তাংকক ৪৩ (নীফুহুমদোই) য়াওরি। মসিগী মনুংদা ময়াথরাইগী কবোগী নাক য়েৎতা শাগৎপা তাংকক মরী—কবোদা কাং শান্নবা, শীংচনবা, লোং থোনবা অমদি ফি শাবা তান্নবা; মতুংদা লোইরকপগী কৈ ফাবগা মরী লৈনবা তাংকক ৭ (তরেৎ)—থোংলেনদগী তা রায়বা, কৈ ফাবা কুম্বকপা, পন্নুং চঙবা অনা খংনহুনা পন্নুংদগী থোরকপা, অকোনবা অমুক চঙবা খম্বনা নোংবান পোহুনা পুথোরকপা, পন্নুং মৈ থাবা অমদি কৈ ফাবা—পুম্না তাংকক তবানাথোই অসি মতুনা অতৈ ৩২ (কুনথ্রানীথোই)দি

থম্ব থোইবী অনীগী উন্নবা অমদি কায়নবগী শন্নকা মরী অপা অপাবনা লৈনবা ঙাক্তনি।

শৃঙ্গারগী মশক অনী লৈ—উন্নবা অমদি কায়নবা। (১) মশক অনী অসিগী নাক য়েং শেম্বদা অঙাংকলগী মতীং পুন্নমক ফুদোকচে।

ইহান হেক হাব্নবা তাংকক—শন সেনবগী অহৌবা মতাংদা উন্নবা অপাম মুংশি (শৃঙ্গার) গী পীক্তক চেংতক অচুপা। রসক্তি য়ক লাউবীদা পোক্‌পা য়াবা নাক য়েং অমা নীংথিনা শেম্মি। শীংথারিবা থন্না অসি পাম্মদা অপাবশী থমোয়দা রস অসি (সমভোগ শৃঙ্গার) ময়েক শেংনা পোকই। মরুন হায়ববু য়াম্না শম্না হায়রবদা রস পোকপদা ঙভায়মক ফজনা চঙলবা মচল পুন্নমক অমঙা চিথলনা শীংথা শৈথাচুনা লাস্থেক্লে। কুপথনা য়েংব তারবদা, রস অসিগী স্থায়ীভাব ওইবদি রতি হায়রবনিনি। অপাবগী মুংদা তুংচুনা অমদি তুমচুন লৈজরবা ঈথিল অসিবু হৌদোকপদা চঙদবা য়াদবা বিভাব অনী হায়বদি আলম্বন অমদি উদদীপন অচুম য়াওজরে। নীংথিবা ফজবা লীচং-শাজংতা পাম্মনীংঙাই লৈত্রবা গুণ পুন্নমক্না তিল্লবা নায়ক থম্বনা আলম্বন ওইবা তাবনি।—

ফজবতা নক্তনা মুংশিনক্ম ওইরকা,
থুমন কুচু কুমেয়ে, শাবানচুনা ফজবা
মিংত য়েংই মিংতদা পিস্নুম য়েংই চু-মঙাই
চিয়ান-য়াঙা-ওকশম-কোক য়েংউ য়েংউ মক্মদা
হুচ্ছোং হোংবা য়াদবা মোংশা চরাম-নক্তম,

(শন-লেনবা)

অহত্রগম্ব শকতা গুণদা, লীচং-শাজংতা মথৌ-থৌদাংদা চপ চানা চঙথোক্লবী থোংনা থোয়বী থাদোই ওইরিবা নায়িকা থোইবীসু আলম্বন ওইমা লৈবা য়ায়ে-

মাঙলোক উথোক তেনবম্না কমই নুরা ভাহুনা
মজাইবেম্মা খোইবীম। লৈমাং থঙাল ওইহুনা
শিথ্রাই মপুক মাঙদা থা মোল্লাং যাইদা চল্লমই।

(শন সেনবা)

উদ্দীপন বিভাব ওইবনা অপাবগী মাঙদা লৈরকই নায়ক-নায়িকাগী ফিজেৎ লৈতেং, শাওং শাদা, কায়াংকী লেঙ ওংপা হায়বদি মীৎয়েং নায়েংগী মওং হায়বদি শয়া পল্লবদা—

খোয়নম মোমোন নোক্নুনা নুরা সজি মিৎভাগী
মুংশিরবী মিংনহা মপাদগী কোইরুরে
মিংচিরোমদা লাকপদা সাইনা নাথন ওইহুনা
থিংখিবদা য়াদরে অহুম কাওদোকখিহুনা
মিংনভাদি মরিদো থম্বে নাত্তা থুংখরে॥

(শন সেনবা)

অসিনমু লোইদরি, মুংশিরগী ঈরাং অসিবু শৌগৎলিবা মহৌশাগী ওইবা পোৎলম কয়াম্ভু লৈরি—

নোংযাই কোয়না য়েংলকই—"হৈনা লৈনা হৌরিবা
য়ুম অসিনা নিংথিবা ফজরিবা চাওরিবা
সল অসিনা য়ামইবা, থুনখুরোইদা নিপাসে"
খম যেংনা চংলকই, মুমাং মতোন য়োরকই।
বৃন্দা মখোংমক্তুদ' পম্বা চাওথোক লেপঊরে।

(শন সেনবা)

আলম্বন অমদি উদ্দীপন বিভাবকী মতুংদা অনুভাবকী হায়বা লাকই। মুংশিরগী ঈরাং অসি লৈরে হায়বসি নায়ক-নায়িকা অনীনা য়েংনবা, ৱারী শাবা, মরাও তুজুংগী মওংনা তশেংনা লাকই। খোইবীবু অহানবা হেক উবা মীৎকুপতা, মহাকবি অঙাংহলগী য়াবৈদা—

লমজা খম্বা মহাকম্বু মখোঙদগী মকোক ফাও
মতু চুংই; খল্লকই—"ফজদ্রেদা মুবাসে !
মুংশিখ্রেদা ৰুরিনো। ই: হায়বা রাখল অদু
লোইনা ইমান মাম্নরে। করি 'মতা ঙাংনদে ॥

(শন সেনবা)

অসিগী হেক মথংদা অঙাংহল্লগী খুংশেমদা, সনচারী নত্রগা ব্যভি-চারী ভাব ওইনা লৈবিবা লাঙতরুবা, ইকায়জবা, তথক-তংকপা মুংকাওননা হররাওজবা অসিনচিংবা মওংশিং অসি মরীক চুম্না শীংথারি। সাহিত্যগী লমদা য়াম্না তাঙনা থোকপা মুংশি-মুংওনগী লমদাংদা য়াওরকপা ইপঙ পঙথবা, তৌফম খঙদনা ভিংদম তাকুন' লৈবগী ফিবম অম। মহাকাব্য অসিদা শীংথারি—

লুদা চঙবা লিহললাগুম মহি ময়াই চমখরে।
লৈথোকসিগু ঙমদরে লৈসিনবম্বু য়াদরে
উভিংবগুম তুমিন্না ভিংদম খম্বা য়েংহুনা
লৈরে মজা ইবেম্মা ফোরনি মাইনি হায়খিজ্রে।।
মনাই সেম্নু কৌবীম্বু "হাইমা কৈনো অসিদি"
হায়রম্মগা য়েংহুনা তুমিন অহুম লৈথোক্লে।।

(শন সেনবা)

অমুম্না শৃঙ্গার রসকী কাযাৎ পুন্নমক মুন' য়াওরি। অসিগুম্না উম্নবা মথলগী মুংশি-মুংওনগী মতাং (সম্ভোগ শৃঙ্গার) মফম কম্মাম্নক্তা থেংনরি। অসিগা চপ মান্ননা কাযনা। হাযবদি বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গারগী শক্কম্বু কাব্যসিদা ঈমায় চোম্ন য়াওরিবা অংশ বনি কায়নবগী মতাং লাকপ-লাকপা খুদিংদা মঙাংহলনা খুংচাউ থাকুনা কলক পম্না, মচল মুন-মুনা হাপ্পুনা শীংথা শৈথারি মতাং মচা অমকুং লৌখৎপা ভাররদা-
খোইবীনা কবোদা লাকপা হাযবা নুভাংগী পুনম চীংগোন অমদি খেবপুঙগী নাক-য়েংবা নায়ক নাহিকাগী হিদায় লৈথারকপা মতাংদি।

লাইরৈবাক্কী মন্নুংঙাই (ব্রহ্মানন্দ)গী মশক ওইরবা রস অসি অপাবনা নীংথিনা চুপ্লকপা নত্তাংনি। বিদাযগী মত্তা সিদা য়াম্না তাঙনা ফংবা, সনচারী ভাব কুনথ্রাহুমদোইগী মন্নুংদা অমা ওইরিবা 'মরণ' হায়বদি শিবগুম্বা নত্রগা শিবা য়োনা রাবা হায়বতুগী ফিবম মহাকবিনা রাইগী মিত্রং পোইদোকপা য়াওহনবা তৌকদনা ইতিং তিংনা শৈথারকই

পোলাং ওহনী থাদোইদো

থোঙকাপ থবা থাংদাকই যেংঙ্ররোই নীংববু
ওনদে হন্না য়ায়েংই পাদোই মাযথোং অত্নবু
উরিগথৈ যেংহৌরে পুগন মাস্ল। চংখরে,
পুনম চীংগোন লৈশিনখ্রে থাদোই মশক উথিদ্রে,
খনথিবদা চংহ্না ন্নরা উরকত্তবদা
খেব পুগী পুঙাখাওদা থুমন মদোম রাম্লহি।
থাদোহ হন্না সেংবদা "থংলন উগিদরেদো"
খম্বরুবা তৃদগী পুনম চীংগান অদুদা
লৈরাং মদোম কেনখরে! "মাঙাওে কান্না" হাযহনা
মপায় ননাই শিংত্রনা লোক্কী ইশিং শোকুনা
লরাই থক্তা য়ৈরকই।

(পোইবীনা করোদা লাকপা)

অস্নুম্না ভাব অহুমগী নাকযেং মীংথিনা শেমমবা মংও ফানা হুকথেংনবা য়ারবা রস থরদি—

১। বীর—থোংলনগী লান খম্বন শা ফাবা অমদি খম্ব-নোংবানগী মুক্কবগা মরী লৈনবা অকক আংগোগী নাকয়েংত্ত ফংই।

২। বাৎসল্য-খম্ববু থমন্ত, থোংলেন, চাউবা অমদি অতৈনা মচাগুম লুংশিবা পোইবীবু মপা-মমা নংথী অমদি তুমগী নিংথৌনা লুনা ভৌবনচিংবদা ধংই। 'কাও' তাংবরত্ত মহেক শেংনা ফংই।

৩। হাস্য—মুখ-মুক্রাম, তোরো শোরানচিংবনা বিভাব ওইরা মক্ষাং অমদি ফুবালাগী চমুখনী পোদোকনচিংবদা থেংনৈ।

৪ করুণ—শামু গোঙয়েংপগী মতাংদা মরীক চুম্না য়াওরি।

৫। রৌদ্র—থোংলেননা লান হৌরকপগী মতাংদা থেংনৈ।

৬। অদ্ভুত খম্বনা লৈ হেকপা চংপদা অহল ওইরবী হাওমুবী অমা থেংনবগী পোদোকনচিংবদা য়াওই।

৭। ভয়ানক শন ফাবা কৈ ফাবনচিংবগী শৈথাবদা য়াওই।

৮। শৃঙ্গারগীদি মথক্তা কুপ্না নৈনখ্রে।

রস নিপান অসিমদি মরাও কাযনা অচুনক যাওজরে! মরকসিদা মহাকাব্য অসিগী মাপলগুবা ওইনা পনবা তাবা অমদি বীভৎস্য (তুকৎচবা) অসিন তুকৎচবা মও অসেদি খজিক্তমক, মতাংস্তু অমনাদমক চুন্নগী য়াওই হায়বা পোকপগী মওংদা যাওবা ওইনা তৌরে। কৈনা চাবস্মবা, অতিং অমনী লেনখ্রব' কুঞ্জমালাগী অপুম্বা মশা মচেৎ খরা নোংবান অমদি খম্বনা থেংনবগী মতাংনি। খম্বনা থেংনবদদি মিমুংশি নত্রগা বাৎসল্যগী মমি তাবনিনা তুকৎচবা পোক্রে। নোংবাননা থেংনবগী মতাংদদি খরগী মথৈদি পোকই অমুম্না হৈজিং হায়বা তাংকক্কী মতাংদা মিতমঙ পুশিনবগী মতাংদা ওন্ননা চাইথশঙলোমদা চংলুবগী অসিদা খজিক অনগা যাওই। অনী অসিমু চপ হেক চাবা রস তান্না ফুককংপা হাযবতু পোকফাত্তে। রসাভাসকী মওং চঙউ। মহাকাব্য অসিদা শান্ত অমদি ভক্তি অনীসিমদি অচুম্বক রাংলে। শান্ত রসকী স্থায়ীভাব অসি 'নির্বেদ' নত্রগা 'শম' নি। শমগী মওংদি উনরাইমুক চাকপা, পুমঙীং ইংবা নত্রগা অমরোমদা হায়রগা সংসারগী লেঙভি পাল্লিবা লীচং অসোমদা পুক্নীং শুকচঙ চঙত্রবা আত্মাগী তুংনকম ওইডুনা চপ যুংনা লৈখ্রবা হায়বগী মওংনি। ভগবান গৌতম বুদ্ধকী মুখী রাখল নংত্রগনা কলিংগগী লান লোইরকপাদা অশোকক্কী মুংগী ফীব অচু শমগী মওংনি। লেঙভি পাল্লিবা

পুন্নমকসি অরেম্বনি করিস্নু শৈত্রবনি হায়বগী ঈহুল অমা অপাবদা ফাওহনবতুগী মনুংঙাইসিনি শান্ত রসনা কোল্লিবা লমদাং অসি। মসিমক্তি মহাকাব্য অসিগী করিগুম্বা মতাং অমত্তদা থেংনদে। মথংদা ভক্তি রসকী রানি। ঈশ্বরগী মফমদ থরায় লুপচবগী রাকম অমা রস অসিগা ঈরোইনৈ! ভাব অহুমগী শীংথাবা মওং পারুবদা কনাগুমবা ঈশ্বর অমগী মফমদা লৈবা নুংশিবা পামজবা, অমাত অ.তাংগী চোয় চাং ওইবা নত্রগা খম্বগী রাকম অমত্তা য়াওদনা মাগী মফমদা কথোকপা, লোয়ননা নবধা প্রভু ভক্তি (ঈশ্বর নুংশিজবগী খোঙফম মাপল) দা তাউহনা লেনজবগী নুংঙাইবা রাফম অসি মালেম অসিগী ওইবা নুংশি-নু'ওনদা য়ুম্ফম ওইরিবা মহাকাব্যসিদা ফংদে হাযংনি। মসি ফংনবা অঙাংহলনসু লাক্লখিদে। কাব্যদা শেথারিরা পরেংশিংদা ভক্তি রস তান্না ফুককংপগী মওং হাপ্তে হাযবগী রান, কবি অঙাংহল মশাদা ঈশ্বর নুংশিজবগী রাখল লৈত্তে হায়বগী রা নত্তে।

রস খরগা নাক-য়েং হাপ্তবনা মহাকাব্য অমদা অন্নাৎপা করিস্নু লৈত্তে।অমদা পুন্নমক য়াওদবা য়াদে হায়বগী রাফম কারগুম্বা সহিত্যগী মচল অমদা লৈবা হৌনদে।

মহাকাব্য অসিদা রসাভাসকী মতাংসু য়াম্না অতুম য়াওরি। তশেংবা রস পোকপদি নত্তবা পোক্কে কৌবা নৎত্রগা মনি ওইনা লৈবা মতাংদা রসাভাসকী থাক অসি লাকপনি। রস য়োবা শুমদবনিনা মসিবু দোষ অমা ওইনসু লৌনৈ। রস পোকপদা মথোক্ত চাদবা মওং য়াওবনিনা দোষ ওইনা লৌবসু কায়দে। অতুগা অমরোমদনা, চুম্মী, মতা চাদবা হায়বসি রসাভাস ওইরকপগী মরমনি; অতুবু মতাং চাদবা মওংগী শীংথাবদসু নুংঙাইবা মওং অমদি অতুম পীবা য়াওই। ফগী-নচিংবগী মতাংদা মত চাদব নত্রগা অশেংবা রস য়োবদি শুমদবা অতুগা নুংঙাইবগী মওবদি পীবা মতাং লৈবা য়াওরকই। কবিনা

তৌগে হায়না তৌবসু যাওই। মসুংআইবা খরা পীবতা নত্তনা লমচৎ য়েকপা তৌরকপগী মতাংদা ঈম মুবগী রাফম লৈবনিনা রসাভাস অসি কাব্যদা চত্নবা মচল অমা ওইনা লৈহনবসু কায়রক্তে। অতুনা পণ্ডিত অভিনবগুপ্তদি রসাভাস অসিনা ফাগীদ নংত্রগ নোকনীংহনবগী মতাংদা চাউরবা মতেং ওইনৈ হায়না যাই। খম্ব থোইবী শৈরেংদা রসাভাস অমনি -

কবোদা থোইবী চংনিং অনী কাং শারৈ চংনিং অমদি মাগী কাওবুনা থোইবীবু থোইগদৌরে। থোইবীগী মীচঙদা য়াওরিবা মখোয় লৈশাবী তক্লকমবতু কাং হৈতবনি। চংনিংনা হৈঙবা তাক্তা থল্লগা পীখিবনি থোক তৌবনি। মালেমগী মবেম্মা পাম্ভোইবী, লাইনি হায়রে, পাখংলে, শাওসু শাওরে—

শাওবতুনা পাম্ভোইবী কবো লাইদা তাইনরে।
"কবো ফুরা তরা-লাই! হাই! সেম্বী লুলাং মরাং-থো!
নখোয় মীচঙ চঙবরা? ননাই ঐখোয় য়াওজদে।
য়াওনু থোইবী চোপকদে।" হায়নবম্মে। পাম্ভোইবী—
মোইরাং লোমদা চেনখরে। থাংজিংগীদা য়ৌবদা
থাংজিং লাইদি তাবমক্রি নুংথিল তুমখুন কাল্লম্মি।
পাম্ভোইবীনা কৌদরে চোংশিন্দুন কাংথোনদৈ
মশা লাক্লা চিংথরে। খংপেব খংই থংজিংনা,
'কনানো হাই হংগনু! হীঃ হীঃ কৈনো ইবেম্মা --
কশা মীরৈপূঙত্নদা নম্ব' বেম্মা কাং শারৈ;
কবো লাইনা চংনিংগী মীচঙ চঙত্নুনা থোইবী
পোরে, নম্ব চোপগৌরে। কপ্পনা লোইহৌরে।-হীঃ
লাই কাংবানবা কনা লৈ? কৌক্রদি?-মাদি হৈতে,
কাংবানবদি রাংত্রেননি। তুদি চৎসি" হায়তুনা
ফু রৎ (ককপা) অমগা ফৈজোন হোংবা নংদরে।

কাগী তৌবা অহন্না পেজথিবা, হুংশিবা !
লমজা ওইবী খমহুলো লাইবক থিবি মপোক্তো
থোইবী মক্তৌ উবদা পুমকাউ ওইনা কাউখরে।

মক্তৌ অম্মুন্না মমাগী হুংশিবগা মিহুংশিগা নকশিন্নবা, খৌনাগী মক্তাংদা শাওবগী মওংগা নকশিন্নবা মক্তাং মশীং য়াম্না য়াওরি।

পাক-চাউনা শীশাং শীংনা শীংখা শৈথারকপনিনা রস মশীং য়াম্না অমদি মক্তাং য়াম্না য়াম্না লৈরকপনিনা রসকী অরানবা রস দোষ কয়া অমসু য়াওরি। দোষ চেন্নবা পোৎলম লৈবা হৌনদে। আচর্য মশটনা রস দোষ মখল শরা পমি। দোষ লোইনমক মহা-কাব্য অসিদা লৈবদি নত্তে। অদুবু খরদি শোয়দনা থেংনৈ। অমগুং পনবা তারবদা-কোংনা রাইহনা কোওদোকপা হায়রবসিনি।

'শম শেনবা' মক্তাংদা কম গৌরবগী নাকরেং পাক শন্না বর্নন তৌই। তাব মখল সুনা হাপুনা কনবগী নাক-য়েং শেমহনা নীংথিনা মুংঙাই-হনবা মক্তাংনি? অদুবু লোইশিন্নকপদা কবি মশানা কম্নি হায়বগী অকোংবা রাইহে শীজিন্নহনা তাকলকই—

মানবী চীয়েন পায়রহনা খৌরী কোক্লোই হুকখরে
তম্পাক য়ুমদা পুসিনখি "চিংখুবগী মনাইনি
কনখরেদা" হায়বনা মোইরাং অদো নিনখরে।

'খম্বা থোইবী শৈরেং' গী মপুঙ ওইবা রস অসি শৃঙ্গার ওই-গনি, ওইকম থোকই। মথক্কী হাইফেং য়েংবদা করুণ রস অসি মপুঙ মানবা ওইনা লৈবা রাই। অদুমকপু মহাকবিনা শীংথারিবা লোয়মন্না উৎপা পামজরিবা রাকম মুন্না য়েংলুরগা করুণগী মক্তাংদগী শৃঙ্গারগী মক্তাংবা য়াম্না হেন্না পাক চাউনা লৈ।

করুণ রসকী স্থায়ী ভাব শোক (অরাবা) হায়রবসিনি। পুন্নমক্না য়ান্নবা রাকন্নি। অরাবা হায়নদি থমোর শোক্না মুংঙাইজবা হায়বগী রানি। শিবা নাবা শিবা য়ামা নংত্রগা শিবগা পাংথক ওইনা লৈবা

ফীবমদগী নুংঙাইতবসি ফুককংলকই মরৈদা করুণ রসকী ফীবম লাকই। মতাং অসিদা পনবা য়াবদি খম্বা থোইবীগী মরী অসিদা মিনুংশি পোকপা য়াবা। মতাংদগী নুংশি নুংঙনগী ওইবা মনুংঙাইতনবা চাং য়াম্মক হেন্না লৈ। করুণগী মতাংদগীদি বাৎসল্যগীনা অমুকসু হেল্লি। চুম্মী নুংশি নুংঙনগী কায়নবগী মতাংদসু অরাবা নুংঙাইতবা হকথেংনৈ। অদুবু মসিগী নুংঙাইতবসিগা করুণগী অরাবগা মপান্থোংদা হাইরপ মাম্নরবসু মরুদদি য়াম্না থেম্নে। পোৎ অনী অসি তোঙান তোঙানবা অমমমনি। মাম্নবসু য়ারোই। খম্ব-থোইবী অনীগী কায়নবা মতাংদা পোকলিবা মিনুংশিগী রাকম অসি তশেংবদি নুংশিবদা মমকম ওইবনি; হায়বদি রতি হায়বসিগী মশা ওইনা লৈরকই। অদুনা শৃঙ্গারনি।

ইম্ফাল/১৯৯৪

# 'খম্ব-থোইবী শৈরেং'দা রাজনীতি, ধর্মনীতি অমদি সমাজনীতি

## রাজনীতি

খম্ব-থোইবী-শৈরেং' দা য়েক্লিব কেগে মোইরাং অসি নিংথৌপানবা লৈবাক অমনি। মোইবা'গী নিংথৌ পুরিক্লাই- অসি লৈবাক্কী মতম মতমগী ওইনা খনবা মচু ; পারি পুরিগী ও'বা মীৎযেংদা ফংফমথোকপা মীওইদা পীবা কম অমনি। লৈবাক্কী মকোক ওইনা লৌরিবা পুরিক্লাই অসিবু বিষ্ণুগী শাইওননি—অ'শনি হায়না খাল্লনৈ—

নিংথৌ হায়রবা অসিদি বিষ্ণু মাগী অংশনি
মাগী থোগন ভৌরগা ঐগী পুটনা ওইজগে,
মাসি খনবা, মপুগী মনাই হাযবা অচুনি,
যাওদে পঙনা কনাস্রু। (খ: থো: শৈরেং, লা: ১৫৭৪)

অমুকস্ম

মপু সংগাই স্থমাংনি হবি' রাস মণ্ডোপ্পি,
বিষ্ণু নঙগী সংগাইনি নঙগী মন্দির হায়গে, (—শৈরেং লা: ১৩৯০)

চৎনবী অমদি থাজনবাগী যুমফমদ খম্মগতা ভোক্তে মহাকবি অগাংহলনা পুরিকলাইবু বিষ্ণুগী শক্তি চঙলবা লাইগী থাক্তা লৈরবা মীওই অমা ওইনা উংলি - শামু খোঙ য়েংলুরবা ঈহং-নাইহং শানা উত্তুপ তাবগুম তারবা খম্বদো পুরিকলাইনা বোরগা লোয়ননা শোরনা কাম্বদা হান্নগুম চঙ চঙ লাউরকই —

লৈরকই--থোংলেন, চাউবা লাকপশিং অমদি হকখশিং। অসিনা চৈয়াপ শাই লৈঙাককী চুপ্নি পায়। মখল খুদিংমকী রাথোক পুম্নমক চৈয়াপ অসিনা রায়েম্নি লোযনন! চৈরাক নত্রগা মনা পীবগী থবকসু ভৌই। খ্বাইদগী রাংবা লোইশঙনি। নিংথৌগী মচিংদা লৈবা স্তুপ্নম লৈঙাকী মমী ফাওবা উদে। চৎনবা অমদি লৈবাক মীয়ামনা য়ানসি হায়না লেপ্পবা অচুনা লেঙকত্রবা পথাপ ওইনা লৈ। অমরু হাৎলবদি হাৎলিবা মহাক অচু-বুম্ন হাৎকনি হায়বসি চৎনবীনি -

ফু পুংলিংচুনা নং। চুম্ন ফুরোইদবনি,
মথরাইদা হেক খাকউ। নংনা হাৎপদি য়াদে
অমা হাৎল কৌবদি 'মসু হ.ৎলু হায়বনি। (লাঃ ৭৩১)

লৈবাকী ওইবা শাবাও লানবাওগীদমক্তা ত্তোমান পুত্তাত্ত অমা থম্মী। পুত্ত য়েবগী মত্তাংদা পথাপ অমা শেম্নগা কাবৈ—

চাওবনা 'শা-লান-মদা য়েনসি হায়নবনি।
অসিগী অমুক মথকত্তা—মপু মোইরাং নিংথৌনে,
মহারানী যুবরাজ অহুম অসিনা শিবা,
সিমা য়েসি। অচুগা পুংখোল অসি ভাবদা
চেংজেন—ভাচেল য়োম্নসি ,সি নত্মা?—মানি মানি।(লাঃ ১২১৬)

লৈঙাক থৌরমগী মত্তাং অসিদা পনদবা য়াদবা মওং অমা লৈরি। শৈরেংগী মোইরাং অসিদ রাজনীতিগী লমদা চুপীগী মকম অসি শুন্যগী ভাবত্তা লৈ। চুপীবু লৈঙাক থৌরমদা য়াওহনবগী রাদি লাম্নবদনা কংলাদা ফাওবা চঙবা য়াহন্দে—

থোইবী সেম্ন থম্ন,দি ওয়াং ইমুং মখৈদই
মোইরাং খোন্নি কথেন্দা থেংনরুরে খম্নবু।
ওসি কোয়ৌ চুম্নসু চাদ—থক্ত; কংলাদা
য়াদংগী চংবসু বিচারচু ওাইচুনা
শগোন সংদা লেম্নকই ইত্রিচুসু চাকমথৈ॥ (লাঃ ৯০৯)

অমুকহ্রূ :

লৈবাক মীয়ামগী ওইবা পোয়ম শীরবদা মুপীবু শুকয়াওমক য়াও-হল্লে ; চাউবা নোংথোম্বগী ৱাহৈমক্তদা—

"সেম্বু চংলু হন্দংলু নবেম্মদা, তাবয়া !
নহোয় মুপীনা খণ্ডোইকো ! লৈপাক নিংথৌ পানবগী,
লৈমি হৌনবা হায়বা।" হায়রে চাউবা নোংথোম্বা ।। (লাঃ৮৭)

ৱাকম অসিগীদমক্তা সেম্বু অমদি থোইবীগা লোয়ননা অঙাংহলম্বু মুংনাংবৈ । শৈরাংবগী লোম্দাদা হায়রগা—

ৱারম অম্বু তাবদা থুমকম লৈত্তে সেম্বুম্বু !
মজাইবেম্মা ৱায়োই ইকাই মুংশি য়াম্বরে ।
"তোনথরেদা ঐহাক্লে মুপী ওইবা মরমনা,
ৱাহৈ অসি তারেদো ।" খল্লি সনা পুক্লিংদা ।। (লাঃ ৮৭)

শৈরেংগী মোইরাংনা মপান লৈবাকশিংগা মরী য়াম্না ক্ষনম্বু থম্মী । অঙোম অমদি খুমনগী নিংথৌশিংগা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নে -

খুমন মোইরাং অনিদি
লাম্ভিনবা লৈপাক্লি । ইকায় থুম্ন চৎনবা
খুমন মোইরাং অনিনি । (লাঃ ৩৮৩)

ধর্মনীতি--

খম্বা থোইবীগী হাক্তক হায়বদি তবাম্নরীম্বুবা চহীচাদা মোইরাংদা করি করম্বা মমিং নাইবা ধর্ম অমা চংলম্বগে হায়বদি তাংদাংবা খণ্ডনদ্রবম্ভ খম্ব খোইবী শৈরেংগী মতম অসিদগী বিষ্ণু অমদি মহাকী শাইওনশিংদা থাজ্জবা কাণ্ডবুগী বৈষ্ণব ধর্মগী খুদমমক ময়েক লা-না ক্ষংই । মহাকাব্য অসিবু ইরিবা মহাকবি অঙাংহল পাক শন্নবা হিন্দুগী মহুংদা লৈবা বৈষ্ণবকী লীচৎপু থরায হকচাং য়াওনা থাগোম্নজখিবা বৈষ্ণবনি । মহাকবিগী থাজ্জবদা খম্বা অসিমক বিষ্ণুগী শাইওন ওইরিবা কৃষ্ণগুম্বা অবতার অমা ওইমা লৈমি—

অস্থুম্না শ্রীকৃষ্ণনা মথুরা বৃন্দাবনদা
রাস লীলা শাম্লখরে ।
'হুদগী মনিপুরদা থম্না মহাপ্রভু,
খুম্না অমা প্রোকখিহুনা
হম্যাওনা লীলা শাম্লরে ।।
খুম্না অমৃত সমুদ্র লানাগী,
মরিক অমতংবু তোল্লবা ঐনা ঙম্লরি
( লাইরিক্কী পুথক্তা য়াওবা মতাং অমা )

শৈরেংগী ধর্ম অসি কাব্যকার মহাকবি অসিগী মতনগী অমদি মশামক্কী ধর্মগা চপ মান্নবা লে শেরেংগী পাত্রশিং হরি অমদি বিষ্ণু শোল্লি । পাপ অমদি পুন্যং রাকমদা থাজবা কম্না থম্লরি । নরক অমদি স্বর্গগী মফম চপ চানা লৈরি । পুন্সি খোঙথাঙগী চির চিরবা তানফমদা ঈ-দা তোংদা অমদি থমোয়দা চঙহুনা লেপ্লবা লাই হরিবু নীংশিংলকই অমদি শোল্লকই শামুখোঙগী নতাংদা উংগা তারে উপ্না চিং লোংনা তারে লোংনা চিং তৌবদগী তুম্পক থাম্লবা, আশবগা পাঙথক ওইনা লৈরুরবা থম্বদো –

চেগাই সৌশাবহুনা হকচাং অহু খেৎপদা,
থম্বা জ্ঞান হু ফাওরকহ । চিংউ মিংবু শোল্লকই
হরি হরি হায়রকই তখেন সারুংহনবদো
মিৎতা শিবু তাহুনা কপ্ত 'খুমন ইপুংঙো !
হরি শোল্লু মাদনি খোযুম মাবু নৎতনা
উপাল্লি লৈহক্রে ঐখোয়গী "হারবা মথাও মেল্লকই"।

ধর্ম অসিগী মীওয়েং থমহুনা য়েংবা তারবদি য়েকশিন্না নাক-য়েংঙ অসি শোয়দনমক হিন্দু বৈষ্ণব ওইগনি। অম্বুক্তসু [illegible] হয়েংঙ্কী [illegible] মথংগী মপোক্ত। থাজজবা, কৈথং থারবা, মথুনা চত্তসমদাই শিলনা চুম্বকপঙম চুম্বকঅবা অশিং যক্কশেন্নবা নোংবানগী মচীনগী অত্তাংহনবা হায়হল্লকহ—

'খম্বুং লৈপাক য়ৌরগা
শাক্তম লানখ্তম অচুদা নমায় ওল্লক্তবগী
মহৈহেদি বৈকুন্ঠদা নয়ুম ওইনা লৈজৌ
হায়না পাখৌ ইবুংঙো বোর পিনবিরোবা। (লাঃ ১৩৭৩)

খম্বা মানা য়াম্না, চপ হেক চানা থাজনা পীখি—
হিক্ক কপ্প কায়বকই—হরিনা কৃপা লাইজ
খিকপিদুনা হতাও অরাবা কোকপত্তুবু
ওইরসনু মক্সপ্লোই। বৈকুন্ঠবু হরিনা
পিনবিরসনুবো— (লাঃ ১৩৭৪)

হিন্দু লৌচৎকী মমুংদা লেবা বৈষ্ণব অমগুম শিরবা মতুংগী পুন্সি অমদি মপোক-মপোক্কী কাংথোক্ত অমদা থাজবগী মমি ময়েক শেংনা উরি। পাত্রগী মশক য়েকপদা থোদোক-রাথোক শীংথাবদা, শম্না হায়রবদা নাক-য়েং শেম্বদা হিন্দু লৌচৎ শাজংকী প্রমান কয়া, পোংলম কয়া থাজনবী কয়া তাঙ্কক খুদিংগী মরাং কায়না থেংনরি। কুম্মৈ ফীয়োং অমদি মী অমগী পুন্সিগী থেঙথাং কয়াদা পাওথোকপা কর্মশিংদা হিন্দু চৎনরোনগী মমি চপ চানা তারি। অরোইবগী মতাংনা প্রমান ওইনগনি।

হিন্দুগী লৌচৎ কোনশিনবগা লোইননা অঙাংহলনা মৈত্রবাকী লাইশিং লমদমসিগী- চৎনবী, থাজনবী মফমসিগী পুন্সিগী ওইবা দর্শন শম্না অমম্মুক পল্লবদা মণিপুরগী ওইবা তোপ্পোপ তারবা লাইনীং-লাইশোনগী পরীং অমস্তু অচুম্মক ঙাক্লি। উমং লাইশিংগী চপ চপ চাবা মফম অচুম্মক লৈজরি। য়ুম্মথোক্ত খুদিংগী সনামহি-লৈমরেল অচুম্মক লাংনরি। চহী হেক খুদিংগী থাংজীং হরাওরি—মচল পূম্নমক্কী মপোপ ইকায় কায়হন্দনা। শরেন চনবা অমদি শা-ঙা চাবগী চৎনবী ময়েক শেংনা লৈরি। চিংখুবা মথংথনবগী য়ুমদা ফাওবা ওক লোইরি—

সানামহি কাচিন্দা

সেম্নু নোংবান মমাত্তোন অহুম অহু চঙলকই।
সনামহি খুরম্মে। 'অপোকপদা' হায়হুনা
চিংখুবগী ওকচাও 'মা খাকইবগী মপাদা,
চংখহুনা খুরম্মে। (লাঃ ৬৯২)

লাই অমদি লাইয়ামদা কম্না থাজরি; অপোকপা ইপা-ইপুবু লাইমক্লি হায়না থাজহুনা নিয়ম নাইনা ঈরাৎ থোনিবগা থৌরম চখরি। মন্ত্র-যন্ত্রগী নত্রগা খেনকম য়েংবগী মওংদা থাজবা কম্না থম্নরি।

ইরু কান্দেং লোইখরে থোংলেন; চংগ্রে হঙ্গবী।
থোংলেন যাত্রা চাক্লিনি খুজাই অমা লৈজরি
পূজা তৌনা থম্বিবা। খুজাই অহু পুখোক্লে
যাত্রা চাক-তু থোংখরে। (লাঃ ৮৬৪)

মতাং অসিদা লাইখায় তাজনীংবদি শৈরেংদা চংলিবা ধর্ম অসি হিন্দুগী বৈষ্ণব অমদি লমদমসিগী চৎনরকপী লাইনীং-লাইশোন অনী অসি পুনশিল্লগা লমদমসিগা চানবা পোইরৈ য়েংহুনা শেমখ্রবা তোপ্তোপ তারবা লীচং অমনি হায়বসিনি। বৃন্দাদেবী অমদি তাইরেন অনীমক মতাং মতাংগী ওইনা শীজিন্নরি। লুহোঙ-কৈহোংবদা বেদগী পাথাপশগী খরা লৌরগা লমদমসিগী ওইবা হৈজিপোৎ পুবা মিতমঙা থাবগা লীচং অহুম চখরি। হরিবু নীংশংজনগা লোয়ননা থাংজীংবুসু পুনেমজরি ঈশ্বরগী অবতারদসু কম্না থাজ র লোয়ননা লাইগী শাইওন্দসু। অপুনবগী শকুম অমা—

লাইগী জগোই শাখরে মীগী জগোই হৌরকই।
মী লাই অনি ভাবোকপু মুল্লে জগোই অসিদা।।
শিব দুর্গা অনিনা ঙাওনা জগোই শাবনি
থাংজিং লাইগী শুমাংদা উরে ওসি মোইরাংদা। (লাঃ ২৭১)

সমাজনীতি— শৈরেংদা শীংথারিবা সমাজদা মুপানা য়ুমগী মকোক ওইবা, অপুনবগী থৌদোক-হাথোক্তা মুপাগী মরা চৎপা শা-লান্দা অমদি

লৈঙাক থৌদাংগী লমদা মুপাগী থৌদাংতনা মশীং চনবা সমাজগী মশক অমা শেংনা উৎলি। মুপীগী থাক যাম্না নেম্না লৈ। মুপী-অঙাং মুপাগী শীন্নিন্ননীংবা মতুংদা শী জন্ননবা থম্বা লন-থুমগী থাক্তগী পঙহেন হেন্দে। অতবু ইমুং-মনুংগী ওইনদি কুপনোমদগীনা লৌউ-শিংউগী চাউরবা থৌদাং ফাওবা পাঙথোকপা মফম চাউনা থম্বা ঙম্বা মীওই ওইনা লৈ থোইবীগুম্বা অরাংবা থাক্কী থবা নত্তনা অতৈদি ময়ামগী ওইনা লাইরিক হৈহন্দে লাইস্নগীনা রাকম অমা ওইথরে। মুপানা মুপী মশীং হায়বা কক্কনা লোনবা য়াই; লৌনীংবা মতমদা লৌরগা পীথোক্লিংবা কান্দা পীথোকপা যাই। সমাজনা অতুম য়াই। চৌংগী লমদা চীংমী লৈরে তমদনা তম্মী। তমগী মী পুন্নমক সলাই তরেংকী মনুংদা লৈবা ঙাক্লি মতমত্তুদা তম লমদমদা পাঙনম্নু লৈবগী রা পল্লি—

লাকএ 'বুংঙো ঙসিদি হৌনদবা তৌনরে।
তানিংদে নহাই! দং উই! মৈতৈগা পাঙনগনে
হিয়াং তাম্নবগুম্বা রাগুম ঙাংবা শাবুনিনে॥—
দো ইবুংঙো লাকএ তু। চাওবই মমাই অনিদো
চংলকপত্ত উবদা কিখ্রে মুপী অতুনা॥ (লাঃ ৮৪৮)

চীং অমদি তমগী মরী ফনা অত্তুম লৈবা উই। তমমী কাঙলুপশিং মথোয় মথোযগী লৈবাকশিংদা অতুম লৈনৈ, মথোয় মশেনগী মরক্তা লৈনবা মরী ফনবা অমদি ফগৎনবা পুন্নমক্না লাক্লনৈ। নত্রগদি লোম্নবা লৈবাক মশেন লাম্থিনবা ওইনা লৈনৈ—

কেগে মোইরাং লৈপাক্লি থোংলেন মাবু লৈবনা
কিনৈ মংঙা অসিনা। থুমন মোইরাং অনিদি
লাম্থিনবা লৈপাক্লি। ইকায় খুম্ন চৎনবা
খুমন মোইরাং অনিনি। (লাঃ ৩৮৩)

তমদা লৈবা মীওই কাঙলুপকী মনুংদা, বর্ণ ব্যবস্থাগী মীৎয়েংদা, থাক অত্তুম লৈবা থেংনৈ—নিংথৌ অমদি অঙম্বশিংগী অরাংবা থাক;

মীচমগী ময়ায় অমদি মীমাই কুন্নাগী অনেম্বা থাক। মীমাইবু মন্নুরী মরক ওইনা শীজিন্নবগী রাকম তোয়না অতুম পল্লি। চৈরাক্কচিংবগী মীবরেংদগী লোইগী থাক অমসু উরা ফংই।

মতাং অসিদা খল্লবা যাবা রাকম অমনা শৈরেংদা 'ক্ষেত্রী' গী রা অমুক অনৌবক পনবা থেংনৈ। কৈ ফাবগী মতাংদা কৈ মানা নোংবানগী অয়োইবা ভাতু অবেম্বদা তাহনখ্রবা মতাংদা নোংবাননা মবুক মন্নুংদা হায়—

নোংবান হায়বা ঐসিবু পাম্ব নথুৰাকসিদা
মাঙাঙো মতমথররবোই। চে কৈ নংসু ক্ষেত্রিনি,
নোংবান ঐসু ক্ষেত্রিনি, কৈদি খুৎলাই থারেদো।
পাম্বা নথুবাক্তগী মুনবা ঙাম্মে খুৎলাইদো,
কৈরেন নংবু ফাবোদা, নত্রবদি ঐগীদি
খুৎলাই লৈতবা ভারে। ( লাঃ ১৩৬১ )

মসিদা পল্লিবা ক্ষেত্রী অসি হিন্দুগী বর্ণ ব্যবস্থাদা খাযবা ব্রহ্মন ক্ষেত্রী বৈস্য সূদ্রগী রাকম নাত্তে মরমদি অতৈ লৈরাগীরিবা ব্রহ্মন বৈস্য অমদি সূদ্রগী রাকম পনবা থেংনাদ পূন্না মুক্তা লৌবা মম্লনচিংবা খিবগী রাদি মতাং থরদা ইঙ্গিং ওইনা ফংদ। অদবু মসিদা বাযোনগী ওম্বা মওংদি লৈতবগুম তৌই। লাইখাম্বম্না লোবা তারবদা ক্ষেত্রী অসি শাদা-লানদা অমদি খৎসু খৎলাই শীজিন্নবদা চে শিংবগী অর্থদা শীজিন্নবনি। মণিপুরীদা অসিগুম্বা অর্থদা শীজিন্নবা টার্ম যাম্না লৈ। 'ভক্তি কৎপা' হায়বা পাকখবা লুপ্তবা টার্ম অসি চয়গী ভক্তি মতেক অমতং তৌবা খুরুম লাইপাইবগী ভাবতা শীজিন্নবা চৎনরি। কাযবা নত্তে।

শৈরেংগী সমাজদা লালুপকী পথাপ লৈ; শীংলুপ থুল্লংনচিংবা পুন্না লনাইগী অমদি অপুনবগী থবক তৌবা ভামিন্নবা চৎমবীগী চৎনবী লৈ। লৈমিন্নবা অমদি চান্ন চিন্নন লৈমিন্নবগী মওংনি লনাইগী অমদি

লৈবাক্কী ওইনা খন্দুনা থবক তৌবগী, অপুনবগী ওইবা চাকহোঙ-ঙাহোঙবা পুরক্লবগী থৌরম থৌরাংশিং থাদোকপগী রাথলনা মাঙওই-সঙ্গনা ভৌনৈ। তোল্লা স্থারবা নত্রগা মীথাল্লনা লৈবা ওমত্রবা থাকপু শৌগৎপা অমদি শোপ্পংম্মিরবা সমাজ অসিগী লোনচৎ ওইনা লৈ। রাজ্জদা রামিন্নবা চুংঙাইবদা শক্লক যাংম্নবা লমদমসিদা চৎনৈ। শাদ-লান্দা রামিন্নকবা মতুংদা লাই হরাওবা, চাকচা হৈজামিন্নবা সংাঙসিদা চৎনরি। মখল মথা কয়াগী হরাও-কুম্মৈ— জগোই, ঈশৈ, মীওংনগী পুন্সিগা মরী লৈনবা কর্ম—লুহোংনচিংবা, মত্তম মতমগী ওইবা কুম্মৈ কয়া চাং নাইনা পাঙংকই। শান্নথোৎনগা স্পোর্টস হাযবাসগী মখম লৈবাক মীযামগী পুন্সিদা চঙদবা য়াত্রবা মচল অমা ওইনা লৈরকই। কাং, কাংজৈ, মুক্না লমজেল মুং লংবা সুক লংবা অসিনচিংবা মরুওইবা মচল ওইনা লৈ। শান্ন-থোৎনবদা অককুবা অয়াবা লমদা মুপীগী মখম চাউনা লৈ। শাংনতুনা শান্নবগী ফজরবী চৎনবী অসি শৈরেংদা ফজনা ঙাকই। হকচাংগী ওইবা মক্ষে তম্না অমদি তন্নিবদা লৈবাক মীয়াম অনীগী পুক্নীং চপ চানা চিংশিল্লি হায়বমক য়াই।

রাঙাং শাঙাং মিংগৌ-লাককাদা শৈরেংগী সমাজ অসি তোপ্তোপ তানা লৈবাক মচা তাই। অঙ অহল মীয়াই হাযবা থায়দনা মুপাদা পাল্লৌ অমদি শঙথঙদনী অমদনা পলেম মিংগৌনবা চৎনৈ। লেংমান্নবা মন্নপন্তা ইতাও অমাদ ইত্তা কৌনবা ফজবা চৎনবীমি। মী অমগা অমগা ব্যবহার কাইনদে, নঙ মাগী রাহৈ অনেস্থা থাক্কী ওইনা লৌনৈ। য়েক্সবা মশেল ফাওবা, লান্না পাতুনা হাৎনম্নমদাই ঙাইহাকত্তা ঙাইরবা ফাওবদা ব্যবহার কাযনদে। থবশি থংশিনী থাক রাংমা লৈবা সমাজনি। মীনাই ফাওবদা অমমা অমদা নমহায়দা মমিং তাপ ফাহুনা কৌবা চৎনদে: মিংঙ্গী মাঙ নত্রগা তুংদা থুক্না ফাম তাদ ইবুংঙো হাযবা থোকচৎকী ওইবা রাহৈ ঈরোয়নৈ। মচু তাব চৎনবীমি। হাযদোকখিবা

রাকম ঙাকপা চঙজরকপা মীবু ঙাকপা লোয়ননা থুংলাই য়াওদবদা থুংলাই থাদবা লমদমসিগী ইন্দ্রংশু যারবা খঙনরবা নিয়ম ওইনা লৈরবনি।

কলাগী ওইবা ফজবা হায়বসিমা সমাজ অসিগী লনাইগী অমদি অপুনবগী পুন্সিদা তংন থা নবা যাত্রবা পন্সিরোল ওইনা লৈরবনি। ফীজেৎ-চাকচা চাকচ'-ঈৎক অমদি য়ুমলৈ কৈলৈদা প্রকৃতিগী ওইবা ফজবগী মথক্তা থুংশেমগী ওইবা ফজবা মফম থ'দংমক্তা উবা ফংই। লমজেন চেনবনচিংবা হুকচাংগী খনবা থৌরমদা ফাওবা ফীজেৎ. লৈতেংগী মফম থগ্মী। ফজবা অমদি নীংথিবগী শেম-শাবদা লৌমী শিনমীদগীনা লৈমকোনগী চম্নু ফাওবা তম্বগী নোম্বগী অমদি স্নবগী পেনবা নাইদবগুম লৈ—অমত্তা পোকপী থাদোইদে'—

পিথ্রাই সমুক মাঙদা থা মোল্লাং য়াইদা চল্লমই।
'ঙাংবা তেন্দু লৈফম-তাঙ 'মবা চিংলাই-শানা থেক,
'ঙৌবা ভময়া মান্ন-থেক, কাবা যেতুম অপিথক
য়েতুম মনা অতুদা কাব্রং লংজা যানশিল্লে,
লংথল ভাযৎ ভবানা চরৈ ফনেক লোল্লমই (লাঃ ৮)

তরু-তহেনবদগী কেবা ফাওবদা যাম্ন' হৈ-শিংবা সমাজনি। মচু তাবা সমাজ ওইন' পুম্নমক্কী মাঙদা থোক্লকই।

লনাই মযাম্না পূনব' সমাজনিনা মুংঙাইতবা পামদবা শরক্ষণ্ড অতুম্মক পেংনৈ রাচৎ-বানোম, মীচঙ সংগ, শেঙ্গা-থুমজা শৈরেংগী সমাজদা পেংনৈ। অত্তবু আবাইবদদি অচুম্বা অমদি অশেংবরোমদা লৈশিল্লকপ' ঙাকনি। নিশা চাব থকপগী রা য়াওরি অতুগ' মযামনা য়াবা, অযাংবা নিশাগী মমুংদ' শানা অমদি মৈথু অসিনি। হিদাক থকপা—মৈথু শীজিম্নবা- অসিদি চৈরাপত্তা ফাওবা অতুম য়াই—

চৈরাপ্তা হেক থুংবদা চৈরাপ তুম্মিন তুম্মিন লৈ,
হিদাক হানবা অঙাংশিং তুবৎ-তুবৎ চৎলমই। (লাঃ ১২১১)

তাইবং পুন্সিদি অপাম পামদ অনীনা শাবনি। অকন্বা ফত্তবা শোয়দনা লৈফম থোকই। মীদদি লাইগী শক্লকন্নু য়াওই হিচাবগী শক্লকন্নু। অচৎবু পুন্সিনা, শমজীননা অমুক হায়রবদা, শৈরেংগী পুন্সিনা তাল্লিবদি অচুম্বনা মায় পাকপনি; তমজনফমগী থাকনি। থাক অসি অঙাংহলগী যুগনা পামজখি অমদি মিত্তাজখি। মতমহৌগী সাহিত্যগী পম্বুং অমম্বনি। শৈরেংগী নীতি অহুমদা—লৈঙাক, লাইনীং লাইশোন অমদি সমাজ, তমজনফমগী থাক্কী মঙাল মপূং ফানা তাই

শিলচর/১৯৯২

# চাউবগী শৈরেং

কবি চাউবা (১৮৯৬—১৯৫০) নোংচুপলোমগী রোমান্তিসিজম নত্রগা নোংপোকলোমগী ছায়াবাদকী কবিনি। ইজম নত্রগা (অমদি) বাদ অসি মমিং অমদি শক্তম (কনসেপ্ত) অতে লোনগী সহিত্যশিং-দগী মপুম ওইনা চোয়প্না ঐখোয়গী অসিদা থাংজিল্লকপনি। তৌবগীদি মিংথোল অমদি শক্তম অসিনা কোল্লিবা পোৎলম হায়বদি শৈরেংদি হান্নগা হান্নদগী হৌনা মৈতৈরোন সাহিত্যদা লৈজরবনি।

ইজম নত্রগা বাদ হায়বদি মীংথেং অসিগী ময়াম্না য়ানরবা কাযাংকী ওইবা ৱাফম কয়ামুক লৈ, লৈরকপস্সু যাব্রি। চাউবদা চপ চপ চানা য়াওবা মপুং ওইবা, লোযনন তত্তায়ফদবা খরদি—অরাংবা ৱাখল-তরঙ (কল্পনা/ইমেজিনেসন) অমদা তাউদুনা লৈজবা; মহৌশা প্রকৃতি অসিদা থরায় পানবা জীবা অমগী শক্তম উবা ওমজবা; মথল কযাগী মুংশিবদা ভাওজবা; মহৌশাগী ওইবা লীচংতগী হেন্দোক্লা লৈবা মওল (সুপরনেচরেল) অমদা থরায় য়াওজবা; হৌথিবা মতমগী মশাগী নাংকী ওইবা কযাংশিংগীদমক্তা নৌহৌননা চাউথোকপা পোক-চবা মীয়ামগী ওইবা চংনরিবা থাক্তী ওইবা লোন্দা পুদাদা নীংজম্না যেংদোকচবা অমদি কবিতাগী অনৌবা মশক মওং (ফোর্ম) থিজবা অসিনচিংবা থরা অসিনি হায়না পনবা ভাই।

কবি চাউবা ফজবা নীংথিববু ইরাংচবা মীওইনি। ময়াম্না উন-তানরিবা পুম্নমক মাম্লু উঙ; তাহ অতুগা খঙসু খঙই। হেঞ্জিল্লিবসি

ময়াম্না উনরিবা পোৎ অদু য়েংবদা, অমুম অমুম য়েংশিন্নগা পোৎ অদু মরুওনা পোৎ অদুম হুনদগী থক্তোরকপা (ধ্বনি) মওাল অমদা শেম্মকপা শরুম অমা উবা ওম্মকই। ময়াম্না উনরিবা লোক্তাক পাং য়েংলুই। ঈশিং ঈপাক্তা নুংশিং শিংপদা ঈথক কাবা; খুনগী নুপীশিং হি তোংদুনা ওা কাবা চৎপা অসিনি মানা য়েংলুবমু। অদুবু মাগী নুংগী মীৎকমনা উরিবদি—

নামীবা নুংশিংনা, ঈথক্তা হুম্বদা
ঈথক্না জগোই শারিবা।
হিথক্তা তোংদুনা, খুনগী ইমাশিং
ঈনগী জগোই লৈরিবা।
ঈথক্তা চান্নবা, নুংশিবা কোলোয়না
লৌগী তাম্থাবু পীরিবা।
মৈতৈগী ঈপাকি মাওদা ওাল্লবা
ঐখোয়গী লোক্তাক হায়বসে। (লোক্তাক/লোক্তাক মপান্দা)

অনোইরোনগী য়াংথোক্তবা পথাপ অমদা লৈনা-লৈনা নোইবগুম, লোয়-নবা তান থা —থাদুনা মহাক্কী মগুন শৈথাদুনা শকপগুম মৈত্রবাক্কী ঈপাক্তা পূয়মক্কী মমাওদা জগোই কৎলক্তি। মসিনি বাখল মালংগী খুৎশেম হায়ববু। অমুম্মা শারবা কালেনদা য়াক্না য়াক্না খোংবনা মরমচৎ ওইবা, অপাম্বতনা থুমহৎশ্রবা কৈথ' থাগ্রবা কেগে নোংবানগী থরায়না ওনখিবনি থাঞ্জনবা 'পি থাদোই' উচেকপু পি থাদোই'দা বিশ্ব প্রেমী ওইনা উরকপা—'খওলে .চক্না খওজরে। প্রকৃতিনা, থারকপনি নওসে/তম্বিনবা বিশ্ব-প্রেম ; লোয়ননা 'তোমু লাইজিংলেম্বীনা' পাক্কল থোকপা সুকওম্মক ওমজদবী পাঙ্গন শোনবী লৌশিং থেনবী ওইনা কেয়বা থমোয়গী খোম্থোক্তবা মপাউখোলনা মথংলেনদগী বিদাই নিরকপা।—

ঐগী অমকপা নীংশিংবা মশেক্না
নওগী অঈংবা থমোয়গী লম্বীদা

কৌহুনা লাক্লবা মত্তমদা,
নহাকত্ত ঐগুম্না, মতম চারে খন্দুনা
থমোয়মুংদা মুংশি কোলোয় শকুনা
অয়োইবা খিদাই পীবিয়ু! (তোম্বু-লাইজিংলেম্বী)

পূন্নমক অসি চাউবগী রাখলগী ওইবা লৈশেমদা চগু-চগু লাউনা হিংহুনা ঐখোয়গী মাগুদা লৈরিবা অতুপা লৈম্নু লৈখিগদবা থুংশেম গাক্কনি; রাইহেগী মিত্রংনা শেমগৎপা কলানি।

রাখলগী মীৎয়েং অসি থাল্লগা য়েংবদনি কবিনা মাগী অকোয়বদা লৈরিবা প্রকৃতিগী কায়াংশিংনা মথরায় পান্দুনা শাক্লাইদবা নীংথিজরবা শক্তম লাকলক্লিবা মখল কযাগী শাথেক থেক্লক্লিবা, লোয়ননা মখোয মশেল মুংগী ওইবা অখণ্ডবা অমদি খণ্ডদবা লোন্দাদা রাম্রী শারক্লিবা

ঐনা কেনগে কেন্দদো
মালংবনা হুম্বগী কেনবনি
মালংবা ঐস্তু „কৈদৌদে
লৈরাং লৈখোক লোয়বগী, কেনবনি (লৈরাংদা)

অমুকস্থু—চৌম্লাইদবী মরূপ নাইতোম গাবা চেক্লানা/ফৈরাথক্তা তোংহুনা/ কোলোহ মপাউ তমলক্লিবা—

ওসাইদৌন। নীংথিজৈ ওসাইদৌনা মফজৈ,
পগুনা পাল্লি তাইবত-ও!
মপুগী লৈপাকমুংসিদা হীরম থৌদোক থুদিংদা
কনানা লমজিংবিবগে?
হয়েংস্থু শোয়দনা মরাক্কে, ওসিদৌনা পাইরক্কে;
মপুগী মগুন তম্লগে। অসিনচিংবা।

অসিগা ঈয়োয়ননা শকউদবা শক্লাইদবা অমদি ঈশ্বরগী মণ্ডল (শক্তি) অমা চাউবগী মীয়েংদা য়াওরি। করম্বা লাইনো হায়বগী অকরুবা রাক্তমগী

নত্তবদা চাউথোইবা মগুল অমগা থব্বাযগা, অনীগী মরক্তা লৈবা মরী অমসু চাউবগী শৈরেংদা য়াওরি 'ঈশ্বর', 'মেরাগী থাবল' 'তাক্লা' লোক্তাক মপান্দা' লমগী চেক্লা অমদা' 'নওদা লৈবিযু নাক্তা' অসিনচিংরা শৈরেংশিংদা মরী অসি ময়েক লানা উই। মরৈবাক মাজাত্তি অমদি মশাগী নাৎকী ওইবা পোৎলমশিংবু লুনা তৌজবা অমদি চাউথোকচবগী মতাংদদি চাউবগী থমোয় মকা লামনা লেজৈ। লৈজরকপা ফংকম থোকপা ওইনা ফংজহৌবা মরলগীদমক চাউথোকচবগী হায়রক্রবদি য়াম্নমক ইচগু থৌনা,শীংনবা অমগা লোয়ননা শকচখি—

লায়ররবী ইরোননি
খওদবনা হায়বনি
মৈতৈ কবি লাকখিনি। (মৈতৈ কবি)

তশেংবনি, মুংশিবা মথল কয়াদা মুংঙাইজবা অমদি চাউথোকচবা কবি অমনি।

কবি চাওবগী রাখল-তরঙ নত্রগা মালঙ, রাংই অমদি পাকশল্লি। অহুমকপু রাখলগী ওইবা মণ্ডৈলবাক অমদা পুমক্তাউ অহুমক তাউহনা লৈথিবদি নত্তে। থাক অমদা রাংনা হাইগৎলুববা মতুংদা তাইবত্তগী পুন্সিদা তম্না লৈশিল্লকই। পুন্সিদা নকশিল্লকই; নকশিল্লকপদা নত্তে অমত্তা ওইবকই পুন্সিবু অত্তা অত্তাবীগী ওইবা মীৎযেংদা য়েংলকই লোয়ননা ওইবা যাবা মরৈ কযা লাম্থোক্তুনা পুন্সিবু কুপ্না য়েংলকই। মতাং অসিদদি পণ্ডিত অমদি দার্শনিক ওইবনা তেল্লকই। পুন্সিংগী ইহুল কযানা হুমহুনা পুখিদে। মায়চৌ নত্রগসু দার্শনিক অমগী মীৎয়েং চেল্লকই।

মীৎয়েং অসি থাম্নুনা য়েংবদা অমদি কুপথনা য়েংশিল্লুবদা কবিনা উরক্পসি অরাবা মায়কৈ নত্রগা শরুকনি। পুন্সিগী অরাবা শরুক উগনবগী মতাংদদি কবি অসি সৃকথগনবা নত্রগা মুংসুক-মুংজালগনবা

লৌশিং চাউবা ওইনা লৈ। কন্নিগুম্বা পোৎলম অমমু অহানবমক্তদা কল্পনাগী মীৎকমনা নীংথিবগী শক্তম ওইনা উরুই। মথংগী মীৎকুপতা মায়চৌ নত্রগা দার্শনিক অমগী মীৎয়েংদা অরাবা মায়কৈ উরকই লোয়নবা মুংসুক মুংক্ষানরকই —

১।　　থম্বাল কৌবী লৈমুংশি
　　　ঐখোয়মু নখোযগুম্বনি
　　　তাইবঙ ঈপাক থকসিদা
　　　　　কেন্ননবা শাৎপনি। (থম্বাল উবদা)

২।　　নঙনা কেন্নবা শাৎপগুবা
　　　ঐখোইমু থুনা শিনবা
　　　　　　　　　　ঙাইবনি।
　　　ঈপাক্তা কোঙ্গোল তাকপগুম
　　　পুল্লিগী ঈপাক থকসিদা
　　　　　　তাক্লনি। (ইঙেল লৈ)

নীংথিবা উবা, অরাবা শরুক উরকপা, পিরাং শিন্নবা অসি কবি চাউথগী শৈরেংগী খোঙথাংগী রাশুপ (ফোরমুলা) ওইনা তৌই। পিরাং শিন্নগল্লি। অরাবগী ঙাক নত্তে মুংঙাইবগী অমদি তাইবঙ মপুগী লোইনাইদবা অনদি শকথঙদবা ত্তিক-ঙলগী থল্লবদা ভক্তিগী ওইবা পিরাংমু মরাং কায়না য়াওরি।

অরাবদা হৈনজবা কবিনি। অরাবদা মুংঙাইজবা কবি থমোয় চেনবনিনা কৃত্তিবাসকী রামায়ন কাশীরাম দাস কী মহাভারত অমদি থোমাস গ্রেগী কবিতাগী *শরুকশিংদগী হন্দোক্লবা থনবা ফাওবদা অরাবা

*'ইংলিশ রিটন ইন এ কন্ট্রি চর্চ য়ার্ড' পু 'অরাবা ঈশৈ' হায়না হনবনি। চপ চায়বা অমদি কবিতা মপুমগী ওইবা অনুবাদ তৌরবা মশক্তি নত্তে।

মতাংগী হৌরম খনখিবনি! জগৎ অসি অরাবগী মশক্তি হায়বগী রাখল্লোনগী মমিনি।

মতাং অসিদা নৈনবা য়াবদি কবি চাউবগী মশক অসিনি। করম্বা মখলগী অরাবনো? পুখৎচনীংবদি কবিগী অরাবা অসি নীংবা কায়বগী নত্রগা হৈনদদনা নাথৈত্তুনা লৈথোকখিবগী নত্ত নত্রগনা রাখলগী লায়না অমা ওইনা লৈরবা মফুং মপাল ফাওনা মুংসুক মুং-জানতনতা লৈবা থাক অত্থু নত্তে। হায়জবদি নিরাশাবাদীগী নত্রগা মেলাংকোন্সিয়া নত্রগা মেলাঙ্কোলীগী লায়চুপ্রবা অত্থু নত্তে হায়জবনি। পুন্সিদগী নাম্বোক্তুনা চেনখিনবগী শাকু ওইবা অরাবা নত্তে হায়জবনি। কবি চাউবগী অরাবদি মখল কযাগী আশা ঈরোয়নবা হৌজিক-হৌজিক্কী পুন্সি অসিদা চেৎনা থাজজবনা নিক-নিক লাউনা য়াওরবা তাইবঙগী থৌগায় পূম্নমক্তা মায়পুননা থৌনা পীবা, লোয়ননা তাইবঙ মপুগী লেঙদ্রবা মঙাল য়েংজনবা মচু কয়াগী পান্থৈ ওইনা লৈরকই। পুন্সিবু অহানবা হেক উবমক্তা কবিদা ফাওবনি –

লোইদাম থাবুম ফাবগা
রাজোন শংজিন তাবগা,
অমংয়াইথোঙ কুম্বনা মিনা হুকচাং ইনবগুমনা
তাইবঙ খুত্থুং লিরক্ই।
শোয়বা তাইবা নত্তরা? (শিবা)

অরাবনি; মুংতাইতবনি লোয়ননা পুংনাংজবনি। অত্থুবু থংনবা মীৎকুপত্তা তেন্নবা যুরানগীগুম্নবা পুন্সি অসিদা চাউববা থৌইনশীন অমা ফংনরি—

মপুগী শিনশঙ অসিদা
মপুগী শিনথা পাঙত্থুনা
পুন্নিং তুমুং হরাওবা নিংবা কায়বা লৈত্তনা
মিংচৎকী উরোৎ শিন্নুনা
পোকপা মহৈ য়ানগনি। (শিবা)

অসুম্না কবিনা অহানবদা রাইকে: –

নোংদম্বা বিধিনা
কপ্পবা শীন্দুনা
তাইবঙ মীবু থারক্লে। (মীওইবা)

অতুবু কবিগী থক্তোরকপা পাউতাকনি:

কপ্লিবা অসুপ রাবসু অতুপ
শোয়দনা হেনগদবনি।
মশাগী ওকুনা মীঙোন্দা পীতুনা
নশাগী কান্নবা থাগনি
বীনাসু খোংসম্নু ফিরানসু থেৎসম্নু
ব্রহ্মানা ফংদ্রবা মপোকনি। (মীওইবা)

অতুনা কবিগী অরাবসিদি কবিতাগী নত্রগ পুন্সিগী লমথুং অমা নত্তে; মঙালগী চাওরবা রাংলবা লমথুং অমা ওয়না হাইগৎপদা লমেল ওইবনি; পাম্বৈ ওইবনি অতুনা চৈশুগা মৈরাগা পুন্না ওইবনি। হায়রনীংঙিবনা ফজবা উবা, অরাবা মতাং য়েংশিনবা অরোইবদা অক-মুংঙাইগী পম্বুং তানবা অসি চাউবগী কবিতাগী খোঙচৎকী খোঙথাংনি হায়বসিনি।

কবি চাউবগী রাখল পরীংদা য়াম্না লৌরুদি থোকপা অতুগা য়াম্না তাওনা থোকপা, সনা মরক্তা পীক্লবা মুংয়ায় অমা লংত্রিক লংনা হুংপগুম্বা মওংনি হায়বা য়াবা মচল অমসু লৈরি। হায়রনীংবদি, কবিগী প্রকৃতিনচিংববু পাক শন্না শীংথা শৈথাবগী মরক্তা, মরক মরক্তা, শরুাইদবা, য়াম্না চাউখ্রবা, মঙল (শক্তি) হায়বদি সুপচিননা চায়রব-দা ঈশ্বরগী মঙল অমগী মশেক-মঙাল অমা কাওগৎলকপা থেংনরি। প্রকৃতিদা মহা শক্তিগী মমি ফাওরকপনি অতুগা মতু কবিদা ফাওবনি ( হায়রিবা রাখল অসি 'লোক্তাক মপান্দা' 'শামু ফাবা' 'তাম্না' 'মেরাগী থাবল' অসিনচিংবা শৈরেংশিংদা উবা ফংই। য়াম্নমক ময়েক শেংবদি নত্তে অতুবু করিগুম্বা মহা শক্তিগুম্বা চাউথোইবা মঙল অমা লৈরি

হায়বগী রাথল অমদি চাউবদা ফাওরি। হায়বদি:

*ভাইবগু মালংসু লাল্লবা খোয়েন তুংখুনসু হুন্দ্রিবা
অচুহৈগী কানসিদা।
থাবননা ইপোম হৌরবা শংবানবা মালংদা।
লাইগী জগোই শাবীনা
চেক্লাবু ভরাম তৌড়না মুংশি খুহলং কৌড়না
চেক্লা কাইদোংফম পীনথি। (লমগী চেক্লা অমদা)

চাউবদা ফাওরিবসি লৈরে হায়বগী রাথলনি। মসি প্রকৃতিবু মীওই-হনবা নত্রগা লাইওইহনবগী নত্তে করিনো মপোকসিগী নত্তবা মগুল অমা লৈরে হায়বনি। হিন্দু বৈষ্ণব অমা ওইবগী কৃষ্ণ, হরি গোবিন্দবু ঈরাংচবা করিনি। ভক্তিগী রাথল লৈরি। অদুবু শক্লাইবা ঈশ্বরগী শক্তম আসদগী তোঙাননা খেনবা মগুল অমা ওইবগী লৈখোন য়াওরি। করিনো কনানো অমা লৈরি হায়না মশাদা ফাওবগী রা :ল হায়বদনি রাথল অসিগী চাইগোইনুংদা কল্পনাগী ঈরাং অমদা ডাওড়না লৈখিবা কবি অমদি নত্তে। সামাজিক চেতনাগী মনম চেল্লবা নাক য়েংকী কবিসু ওইরোহ। চাওর্বদি নোংদম নাইত্রবা থংনবা ম কুপতা করি ওহরকদগে খগুনদ্রবা পুান অসিবু মানবতাগী মীৎয়েংদা য়েংলগা তমজনফমগী ওইবা থোহনশিন পীবা পুন্সিগী কবি ওইগনি। মরু চঙবা ময়াক য়াওবা পুন্সিগা অশা তৌজরিবা কবিনি।

রাহে রাতা মতমগী ময়ামদা চৎনরিবগী চপ চাবা মশকনি মপূমগী ওইনা য়েংবদদি চাউবগী লোন্দা কাল্ল দার্শনিক অমদি পণ্ডিত ওইবগী পাক চাউরবা মগুলনা ওইবা ভাই। অদুবু ফাওজবদি অকনবা রাহৈনা ফোঙদোকপা। মথমোয়দি য়ায়া খোংজি। লৌশিং, চাউরবা অহল ওইরবশিংনা পীক্লিবা মগুশিংদা শৌ-.শী লাউনা ভাংবগুমনিঃ —'লায়ররবী ইরোননি খগুদবনা হায়বনি মীতৈ কবি লাকখিনি' ভাবিক অলংকারদা কয়া কয়া হায়রগেদো। অদুগা মনুংগী আশাদি কয়াদা মেঙলিবা।

শৈরেংগী মতাংদা চাউবনা অনৌবা নত্রগসু উচন চাম্নগদবা শকতং (ফোর্ম) থিরম্মে হায়বসিমদি শোয়ম্রে। কবিনা মশাগী সাধনাগী মরমদা থাইনগী শৈরেংগী রাহৌদোক্তা শেংনা পনবিরম্মী— "এখোয়না মৈতৈ রায়েং (কবিতা) লেংবদা বাঙলা অমসুং ইংরাজীগী হৌনবী মতুংইন্না হোৎনবদা মফম অয়াম্বদা মতৈ য়ানবা ওমদে। করিগুম্বদা য়াম্না কক্তবসু য়াওই; তৌইগুম্বসুং মাহুনসু মতম অয়াম্বদা পেরফম ওইরদে হায়বা উজহুনা এনা মৈতৈগী কবিগী চৎরম্বা হৌনবীগী মরমদা থরদং থিনবা হোৎনজে।" থিজিনবগী মচাক্তি মৈতৈগী পেনা, লাইরিক থীবা-হায়বা, খোংজোমপর্ব, থবল চোংবা শৈশকশিংনা ওইখি। চপ-চপ চাবা ছন্দগী মশিং থোক্রবসু চাউবনা মৈতৈগী হৌখিবা চৎনরিবা শৈশক্তা শৈরেং ইনবা হোৎনখি। আলোচক অমা ওইনা (মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা সমালোচকনি হায়বা য়াই) ছন্দ অলঙ্কারনচিংবা নৈনবগী মচল কয়াগী পথাপ মুন্না খঙবা অমা ওইনা শৈরেংগীদি চাউরবা শরুক অমা ওইরিবা ছন্দগী মায়কৈদসু পুক্লিং চপ চানা চিংশিনখি। খোম্হোক মশীংদা অমদি শৈশক্তী মওংদা লৈবা তাবা মনিপুরীগী ওইবা ছন্দ মওংদা সাধনা তৌবিখিবা কবিনি হায়না লৌবা তাই হৌখিবদগী লৈরকপা লমদমসিগী মচাক মরনবু লুনা তৌজবনি। মৈতৈরোনগী অরিবা অনৌবা রাহৈশিং শীজিন্নবা পামজবা অমসু ওই; লোয়ননা মতমতুদা পুম্নমক্তা লুনা তৌরিবা সংস্কৃতকী রাহৈশিংসু মওং থুগায়দনা (তৎসম ওইনা) চাং য়াম্না শীজিন্নহুনা মতমগী লোন্দাবুসু ইকায়থুম্নবা অইবা অমসু ওই। মতাং অ|সদসু মতমগী পুন্সিবু য়াম্না থাজজনা কোনশিনজে হায়বা উৎলি।

অরাবনা থল্লবা, মফম খঙদবা পুন্সিদা চপ চানা মশক খঙলিবসি হৌজিক হকথেংনরিবা তাংকক আসনি; তাংকক অসিদা থৌদাং চপ চানা পাঙবা চুম্মী হায়বসি চাউবগী শৈরেংনা পীবা শুপচিনবা পাউজেল ওইনরি!

ইম্ফাল ১৯৯৫

# রচনা ইবা অম্না ওইনা চাউবা

খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ (১৮৯৬—১৯৫০) মনিপুরী অনৌবা সাহিত্যদা রারেং (রচনা/এসে) মচলগী মপানি। রারেংগী ওইবা খুৎইদা হায়বদি প্রোজদা ইহান হান্না পূং থাবসি হাওদৈজাখ্বা চৈতন্য সিংহ (১৮৭০—১৯৩০)নি অদুবু অইবসিগী পোথোক রচনা নত্তে। চাউবগী মতমদা খুং থামিল্লবা হিজম অঙাংহল সিংহ (১৮৯২—১৯৪৩) গী থম্বালসু চংনরিবা মওং মতৌ অমদি শক্তমগী মতুংইন্না য়েংবদা অশেংবা রচনা অমা ওইদে (অতোপ্পা মখলগী মচল অমনি) ওইবমক তারবসু ১৯৩৮ দা (মেগী তাং ১৮ দা) ইরগা ১৯৪২ দা (নবেম্বর গী তাং১১ দা) ফোঙবনি। মসিগী মমাঙদা চাউবগী রচনাগী খোমজিনবা লাইরিক 'ছাত্র মচা' ১৯১৬ দা অমদি 'ফজম' ১৯২৫ দা ফোংখ্রে। চাউবগী রচনাশিংগী মমাঙদা অইবা অসিগী অমুক মপুং ফারবা মওং তারবা অমদি পাক শন্নবা রচনা (শিং) মতমদু ফাওবদি থোকলক্তরি। মতুংদবুদি ফজরবা কয়া থোকলক্লে। সাহিত্যগী রচনা মচলগী ইতিহাসতা চাউবগী মকম ইহান হান্না কন্নগনি। চাউবা মণিপুরী রারেং সাহিত্যগী পদ্মৌনি।

চাউবগী ফংলিবা রচনাশিং হায়বদি ছাত্র মচা (১৯২৩) ফঁদম (১৯২৫) কান্নবা রা (১৯২৪), রাখল ১৯২৭) অমদি রাখলগী ইচেল(?) দা রাওরিবা লোয়নবা মতাং মতাংগী ওইনা থিজিন্নগা ফোঙলকপা রারেং পুম্নমক অসি সাহিত্যগী ওইবা চীং লেম্বগী থাককী মীয়েংদা লৈমী নত্রগা সাঁচা অনীদা থম্বা তাই অচম্বা মথগী হায়বদি অরায়বা

অমদি (খ) অরুবা হায়বদি হেন্না চৌংলেম্বা। অহানবগী অসিদা তমখৎলক্লিবা মহৈরোইশিংবু মীৎয়েংদা থম্মগা ইখিবা ছাত্রমচা, ফিদম কান্নবা ৱা অমদি ৱাখল (?) দা য়াওরিবা ৱারেংশিং থম্বা তাই। অনৌশুবগী অসিনা ৱাখলগী ঈচেনদা য়াওরিবা অমদি কোন্ননা থিজিন্নগা ফোঙলকপা কবি অমসুং কাব্য অমদি খম্বা থোইবীগী ৱারী অমসুং মহাকাব্য কৌবা ৱারেং অনৌসিগা পূন্না থম্বা তাই। তৌবগীদি জ্যোতি অমদি মিংনাইদবী কৌবা চেফোঙশিংদা য়াওবা সম্পাদকীয়দি অশেংবা রচনা ওইফাত্তে। মসিদি জর্নেলিজমগী মওংদা থম্বা তাই।

হীরম অমদি হীরম শেন্নবগী (থিমেটিক ট্রিটমেন্ট) মীৎয়েংদা অহানবা লৈমাদা থম্মিবা ৱারেংশিং অসি পোৎলম মশাগী ওইবা হায়বদি ওবজেকটিভিটীনা চাং য়াম্না হেন্না য়াওবা রচনা ঙাক্তনি। লৌখৎলিবা হীরম অহু মশক তাকপা অসিনা অমত্তা ঙায়বা লমথুং ওইনৈ। তম্বা, ছাত্র, চাং নাইবা, লমচৎ, ভাগ্যচন্দ্র, ভারত অসিনচিংবসি ময়েক লারবা থুদম ওইনবা য়াই। মীৎনা খোঙনা লাম্বা ফংবা শং-শং উবা নত্রগা ফাওবা য়াবা নত্তবা হীরম, হায়বদি এবষ্ট্রেক ওইবা পোৎলম ময়াম অমসু লায়না ইচন চম্না মশক উৎপা অমদি তাকপদা হৈশিংনা শেন্নবনিনা পোং মশক খঙহনবা ঙম্বা অইবনি। মুংঙাইবা, থোজান, পুকচেন ত্তিংবা, নোল্লুকপা অসিনচিংবা ৱারেংশিং অসি য়াম্না মওং তারবা ৱারেং ঙাক্তনি। অমুক্কা হেন্না চুননা থোক্কপদি বিজ্ঞানগী ওইবা মচল হায়বদি য়ুহারাবা মৈগী চৌং, প্রলয় (ফিদম) অসিনি। পোৎলম লাম্তোকপা অমদি অপাবগী থাক য়েংলগা হীরম অহু শেন্নবদা চাউবা থোইদোক হেন্দোক্লা মায় পাকপনি। মখল অসিগী রচনাশিং অসিদা ইতিহাস অমদি ৱারীদা য়ুমফম ওইবা কয়া য়াওরি। ভাগ্যচন্দ্র, হরিশ্চন্দ্র অমসুং শৈব্যা, মোইরাং থোইবী অর্জ্জুন অমসুং বভ্রুবাহনগী লানফম, পুকচেল চাউরবা আলফ্রেড

অথন্নবা পনবা যাই। রাফম অমনা ফিদমদা হাপ্লিবা মধুমালতী কৌবা মচল অসিমদি রচনা নত্তে ইতিহাস অমগী যুক্ষমদা কল্পনাগী মহত্বনা নম্না হাপ্লগা ইথোকপা রারীনি রারীগী মথেন্দা য়াম্না হৈনজবা অইবনি। হৌখিবা নীংথিবদা চাউথোকচবা রোমান্টিক অইবনি। অতোপ্পা মথল অসিগা মরী লৈনবদা চাউবগী পাউতাক পীবগী ওইবা শেন্নবসিনি। রচনা কাযবসিমক্তবু লৌশিংগা অপাননা মরী লৈনৈ অহুগা পাউতাক পীবসি লৌশিংচাউবা অহলগী চাউরবা খুৎলাইনি; অপাম্বা অনীংবা ফোঙদোক্লবগী চাউরবা পান্থে অসি চাউবনা তৌগদবা থবক্তা মাইওনশিনবা, নীংবা কাযগম্নু হন্না হন্না হোৎনৌ, মীগী মপাল তাংগম্নু, অফবা সঙ্গ, থন্দা অমম্মুং নোংবানগী পাউতাক কৌবা রারেংশিংদা মনীং তম্না শীজিন্নৈ। মযেক্কীদি সহিত্যগা পাউতাকক্তা ফোংবা নত্তবা, চেৎলবা মরী অমা লৈনৈ। অহুমকপু ইফোং হেক ফোংনা পাউতাকতা পাউতাক অতাক্লনা পীবদি সাহিত্যগী লমদাংদদি গুণনি হায়না লৌদে। পীবদা লায়বা পাউতাকসি লৌনগন্দে চাউবম্নু ভাব তাখি; পনবিরম্মী -

"হৌজিক অসিদা পাউতাক পীবিনবগী রাৎপা লৈতে; মতমগী মতুং ইন্না মী পুম্নমক 'মপা হনবা' ঙাক্ত চাযখ্রে। তৌইগুম্বম্মুং পুম্নমক অফবা ঙাক্তনি। লৌবিলবা শৈলতবগী রাদনি। . হৌজিক অসিদা পাউতাক পীবা মী পুম্নমক খুৎ ফত্তবদা লালুপচিংবা হায়বা অহু তাগ্রে।" (ছাত্রমচা 'পাউতাক খরা')

খরা চম্না লায়বা মওংগী রচনাশিংগী মনুংদা মনিপুরী সাহিত্যদা য়াম্না তাঙনা থোকখিবা পুকিং হজুলদা যুমম ওইবা অথোৎপা রচনা (রম্য রচনা) হায়বা খুংই অসি খরা উবা ফংই। মশীং য়াম্বদি নত্তে। মোইরাংদা চয়োল্ল অমা অমম্মুং লোক্তাক, মহৌশাগী ভাবক অমম্মুং প্রেমগী থারা (ফিদম) অসিনচিংবা থরদনি। খরা অসিদি চাম্ম

শকপীরি। মোইরাংদা চৎপা অমদি মতম থরা লৈবগী মতাংদা শীংখা মখোঙদোকপা ইরমদগী লোক্তাককী মতাং চেক য়োরকপদা রাঙেং খুংগুবা চাউবদা কবিগী মঙাল হৌগৎলকই চখরকই –

"অহিংগী মমৈ ওইরক্ক কাকী লানবাও শীল্লক্লে, চীংথৈ কীতুপ ছল্লে। ঐথোয়না অযুক্তা তৌবা হৌনবা পুম্নমক লোইহনা অহানবা লোক্তাক যেংননবগীদমক শেম শারে ' ইখঙ খঙহৌদনা কোরৌহনবনা কাংখোং অমত্তা পানবা রথতা মাহাকী নাপুমানবা শগোল পাল্লহনা চীংথৈনা মাঙওইননা ফাওক্লে। অযুক হায়বী লাইরেল্লীনা মোমোন নোল্লহনা হৈকোন লৈকোনগী হৈরাং লৈরাং পুম্নমকপু শাংহন পাল্হন্দুনা অমসুং নামিবা সুংশিংনা উমং পুম্নমকপু হাইহুমন্দুনা অতূপা জীবশিংবু চোংদোক্লি'' অসিনচিংবা (মাইরাংদা চয়োল অমা অমসুং লোক্তাক) অস্তুম্না ঈংক ইপোমগী ওইবা খুংই (শৈলী) অমদা লোক্তাক উবগী এগাগী ঈ হৌবকপা রাখল পরাং অহু ফোঙদোকলকই। অথোৎপা মওংগী বচনাগী মও চঙবনি। (লোক্তাক নত্রগা লোক্তাক মপান্দা হায়বা শৈরেং অহু মতাং অম্বায়দা ইরম্বা য়াই) কবি ওইবগী লৈখোন চঙবা খুংইনি

চীংলেম্বা মখলগী রচনাদা চাউবনা য়াম্না চাউনা লৌশিল্লিবা জীবমশিংসি মরুওইনা দর্শন মনোবিজ্ঞান অমদি সাহিত্য লৈনবগী মতাংগীনি। চুম্না মশক মওং তাকপা অমদি শীংথাবা য়াবা হীরম-লোমদগী চঙশিনখিহনা মীওইবগী মুংগী ওইবা মীংয়েংনা য়েংলবতদা মওং মরীল লাকশিনবা ঙমগদবা মীৎনা খোঙনা ইরায় লায়না কথবা রাখল মরোন-মরোনদা ফাওবা য়াবা (এবষ্ট্রেক্ট ওইবা) হীরম লৌশিল্লি মিসুংশি, শিবা কিবা, মীনা করি হায়খিগদগে, ঈশ্বর ভক্তি লাইবক অমসুং থবক অসিনচিংবসি মরুওইনা পনবা তাবনি। অরুবা অপাবা মী থনগদবা হীরম শেম্নবা মতাংলম্বু লৈনবা শঙ্গোক্লা তাকপা

মত্রৈ মখং পীরা অহুগা মমৈদা অইবনা পীবা পান্দ্রিবা মশাগী মোং (হায়বদি থেসিস) অহু অকনবা শাফুগা লোয়ননা পীবগী লম্বেন্দ চখবনি। মসোমদা লৈশিল্লকপা ইবায় লায়বা নত্তে মায়চৌ (পণ্ডিত) অমদি দার্শনিক ওইবগী মণ্ডল অমা চণ্ডলকই। মসোমদদি কবি ওইবত্তনা য়াত্রি; থমোয়গা লোয়ননা কোককী তত্তায়কদবা মওং অমা লাকপা তাবনি। রারেংশিং অসি ইরকপদা চাউবা তশেংনমক অচৌবা অপাকপা লৌশিংদা তাউবা মায়চৌ ওইরকই। মথল কয়াগী লা চল্লবা অমদি লাচনদনা শন্দোক্নুনা লৈবা অত্তগী লৌশিংগী মত্তেং লৌদবা য়ারক্তে। চাউবদা মথল কয়াগী রারী লাইরিক পুযা পুরান ইতিহাস শাস্ত্র কয়া কয়াগী লৌশিং ময়েক শেংনা উই। বিজ্ঞানগী মশা কয়াগী লৌশিং তানশিল্লকই অশেংবা চোকথবা নাইত্রবা মহৈরোয় অমা ওইরকই পামজরুবা নৈনজরুবা সংস্কৃত বেঙ্গলী অমদি ইংলিশকী সাহিত্যগী (অপাকপা অর্থগী ওইবা সাহিত্য) মত্তেং নীংতম্না লৌশিন্দুনা শীজিন্নরকই। চাউবগী অরম্বসি হেন্না লুমথরকই। রচনাগী মতাংদা মণিপুরীগী বিদ্যাসাগর, কালীপ্রশন্ন ওইরকই। হিন্দীরোলগী অচার্য রামচন্দ্র শুক্ল ওইরকই ইংলিসকী বেকন (ফ্রান্সিস -১৫৬১-১৬২৬) নি। মতাং চাম্নিঙৈসিদ। চাউরবা রাকম অমা পলহৌবা চুমগনি। হীরম অমদি হীরম শেন্নবগী মতাংদা চাউবগী রচনা অহুমথক পঞ্জরি কবি, কবি অমম্বুং কাব্য অমদি থম্ব থোইবীগী রারী অমম্বুং মহাকাব্য। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য নৈনবগী লাইরিক ওইনা থোকলকপসি সাহিত্যকার মীনকেতন (১৯০৬-১৯৯৫) গী মৈতৈ উপন্যাস (১৯৫০ হায়বদি চাউবনা থুপখিবা কুম) অসনি। হায়জনীং-বদি লাইরিক ওইনা মত্রবনু সাহিত্য নৈনবগী রচনাদি চাউবগী অহুম অনিনা হান্নে; মসিগী মমাঙগীগু ওসি কাওবদদি, থেংনন্ত্রি। অহুনা অলংকার শাস্ত্র (হায়বদি সাহিত্য শাস্ত্রগী মীংয়েং অমদা সাহিত্য নৈনবদি চাউবনা মরাক্কে। অহুনা অনৌবা মণিপুরী সহিত্যদা

নৈনবগী অহানবা মীওইনি হায়না লৌবা তাই; সাহিত্য নৈনবগীসু পম্মৌনি।

চাউবগী চীংলেম্মা পুকচেল শেংলবা রচনাদা মশাগী ওইজরবা মফোঙদোক লৈরে। রাহং পাউখুমগী মওংদা ইবগী মওং অসি চাউবা হৈনরে। মতম পুম্নমক্তা অপাবগা অইবগা লেঙ্গোম্নহুনা চৎমিন্নবগী মওংনি লৌশিংগী ওইবা সনদাংদদি অপাববু থৌগনা থৌহুনা চৎমিন্নবা মরু ওই মশক তাকপনা মরু ওইবা হীবম শেন্নবদদি মওংসিগী মফোঙদোক শীক্তিন্নে। শীংথাবদা লৈশি লৈথোন্দুনা রাহুগী মীত্রংনা শুমহৎনবা লাক্লবনি। অযাম্বা মতাংদা মায পাকই। কংলপ থোকপা সাহিত্যগী মচলনি রচনা হায়বসি। অপাববু খেমহুনা পুবা ঙমাই কদে। মশানা রস হাবায়নরবা রারী য়াওবা মতংদদি শম্না রাগী-রা ওইনা শীংথাহুন। পুনবা মায় পাক্লা হোৎনৈ। থমোয়গী ঈহুলনা চাং হেন্না য়াওরকপা মতাংদদি চাউবগী রচনা কবিতা ওইরকই— চাউবা কবি অমসুনি। তৌবগীদি কবি অমা ওইবদগী রচনা ইবা অমা ওইবনা হেল্লি।

হেন্না চীং লেপ্পকপা হীরম চাউবা মতা চানা শেন্নে—হৈশিংই। নৈনবদা নত্রগসু দর্শনগী ওইবা মতাংদা চঙলকপদা চাউবগী খুৎলাম্থোক অসি নিয়ম অমগী মখাদা চথরকই। হীরম লাম্থোকপদা অরায়বদগী অরুবরোমদা" হায়বা খোঙথাং মথং মথং থাংলকই। নৈনবগী মতাংদা রাসূপনা (ফোরমুলা) হৌরগা শন্দোকনা তাকপা শন্দোকপগী মতাংদা শকপান্দবা পোৎলমবু ময়েক শেংহন্নবা মরৈ অমদি খুদম মথং-মথং পীরকপা অসোমদা চথরকই। মরক মরক্তা শন্দোকনা তাকপনা হান্নগা মমৈদা রাসূপ পীগনা মপান খোপচিন্দুনা থম্নসু য়াওই। মওং অনীমক্তনি অচৌ অচৌবা, লৌশিংগী লমদা পরাও অমমম পুখিবা অথন অথন্নবা মোৎ কয়া চপ চপ চানা লৌশিন্দুনা থম্বদা হালেংজ্রিবা।

কোটেশন হাপ্পদা খুৎচাউ থাবা চাউবনি। পণ্ডিত - অশেংবনি। মরোয়-মনাওশিংগী খনবিহুনা কোটেশনশিংগী অরায়বা অর্থ পীরিরম্লবদি ঐখোয়গী বুদ্ধি লৌশিংদা শাফরমগনি। অদুবু ঐখোয়গী অশোনবনি অইবা চাউবগী নত্তে। শন্দোক্না তাকপদা অখত্তবদগী খঙদবরোমদা অম্মুম অম্মুম চঙশিনবগী মতাংদা চাং য়াম্না হেন্না শক্লাইদবা (এবষ্ট্রেক্ট ওইবা) মতাং মতাং লাকপদদি পুক্লিং অমদি থমোয়দা ফাওহনবা য়াবা প্রমান অমদি খুদম মরাং কায়না শীজিন্নৈ। 'কবি'গী মতাং অম্মুম তাক্লকপদা লমদম অসিগী অপঙ অশিং পুন্নমক্না মীৎতা শং-শং হেক্তা থেংনবা য়াবা মওংদা য়াম্না শম্না উৎলকই—"অমরোমদা কবি হ্যবসি ধ্যান তৌরিবা মুনি নত্রগা লাই তোংলবা মাইবীগুম্বনি"—ওসি ফাওবদা পুন্নমক্না নাকোংদা ওংলিবা লাইগী রাগুম্না ওংলি। মশামক লাই তোংলবা মুনি অমগুম চোংথোরক্লি। অদুবু কবিগুম্বা মতাংদা য়াম্না হেন্না কান্নহনবা নত্তবদা হঞ্জিননা শন্দোরকপা য়াওরকই। মখল কয়াগী মহৈরোই কুইনা তম্বী তাকপিরকপনস্থ ওইবা য়াই। লম মরাঙ কায়দবা রচনাগী মতাংদদি কান্নদবদা হঞ্জিনবগী (টোটোলোজী) দোষ ওহরকই। অদুগা লুরবা রাফম কয়া লায়না হায়বা ওম্বা অ সমদি মপা থিবা রাগদ। য়াবেং ইবা অমগী গুননি। পুক্লিংগী রাখল পুব ওম্বা লোন্দা শাজিম্নহনা ময়েক শেংনা তাকপসিমস্থ চাউবগী খুৎইগী চাউরব। মশক অননি। খরা কোইথোকনা হায়বা মতাংস্থ ময়াওই। অদুবু অপুনবগী ওইনা য়েংবদা মায় পাক্লব। অইবনি।

শীজিন্নবা লোন অরাংবা থাক্তা চৎনারবা মনিপুরীনি। সংস্কৃতকী নীংথিবা রাহৈ থেৎপা মতম অদুগী লৈপাকমচা তাবগী লোন্দানি। (ওসি ইংলিশনচাংবগী থেৎপা অসিগুম্বনি) অদুমকপু 'মৈতৈলোন' রচনা ইরিবা চাউবনি। মৈতৈরোনতগী ওইবা হায়বগী রাখল অমদি শোয়দনমক কাওথি। ছাত্রমচাগী রাহৌদোক্তা পনম্মী —" লোনগী

মরমদা মরাইনা য়াওজরকপা সংস্কৃত শব্দশিং থওননবা মৈতৈ লোনশি হায়না খঙজহুনা ওহোকপা ভোজরে।" অইবদা কাওথিবা রাকম (কনসসনেস) ফোঙদোকপা পরেংনি। রাহৈ অমদি পয়েংনা পক্কোরকপা অর্থ (ধ্বনি) পীবা ওয়া মতাং চৌংলেম্ববা রচনাশিংদা মরাঙ কায়না য়াওই। চাউবা তশেংনা রচনা ইবা সাহিত্য পূবনি।

ইম্ফাল।১৯৯৪

# কবি চাউবগী পুন্সি অমসুং পুন্সি মীৎয়েং

তরাগা মাপল শুবা চহীচাগী অরোইবা তংখায়দা ময়েক শেংনা হৌরবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী বা হেক পল্লকপদা থুংমাবা অমা ওইরিবা চাউববু পন্দবা ইয়ামক যারোই। অনৌবা মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্যগী মশক শেম্মকপদা চাউবগী চপ চাবা অমদি তোপ্তোপ তারবা মফম লৈ।

খৃষ্ট কুমজা ১৮৯৬ কী জনুবারী তাং ২৩, শগোলশেল মুখিংতা নট পালগী ঈশৈ তৌবা খ্বাংরাকপম মুক্তা সিংহ অমদি মুম পুবদা হৈ-শিংবী থাবললৈমা অনীগী নিপানশুবা হতোন তোনবা মচা ওইনা উরিপোক শরবন খিডেনদা পোকখি। মথক্তা মাগা হেক থংনবা মচেম অমগা ময়াম্বা তকক্তা লেখ্রে। নোংদম্বা মাগী ওহ্মোকাম্বা পোরমনি। ময়াম্বা তক্কক আস মথং মথং পরেং শানা তাইবঙপান থাদোকখি অরোইবদা চাউবনা চহী মঙামুক শুরকপগী অতুরাইদা অপোকপা মুক্তা সিংহ নোংগাখি। লুখ্রাবী মমানা মচা অনীবু য়োক-হৌই। তাইবঙ পুন্সিগা অহানবা হকথেংনরকপা মতাংমক্তদা অরাবা শরুকী তত্তনা মায়োক্নরকখিব চাউবনি। মসিগী ফল কবি অসিগী সাহিত্যদা শোয়দমক তাফন থোকই

অপোকপা অহল লৈখিদ্রবা মতুংদা থাংমৈবন্দ এল, পি, স্কুলদা নিয়ম নাইবা মহৈ-মশিং ফোমেল ইডুকেশন—ফংবা হৌই। মশাগী চহী মঙা-তক্কমুক শুরকপদনি। মতুংদা এল, পি, স্কুলদা তম্বা লোইরবা

মতুংদা জোনষ্টোন স্কুলদা মথা তমথে। মসিদা ক্লাস নাইন ফাওবা তম্লগা খৃঃ কুঃ ১৯১৭ তা শিলোং গোভঃ স্কুলদা মথা তমথে। মফম অসিদগী মথংগী চহীদা হায়বদি ১৯১৮ দা কলকট্টা য়ুনিভরসিটীগী মথাদা প্রবেশিকা হায়বদি মেত্রিক পাস তৌই। ফাষ্ট ডিভিজনদা লৌবনি। অফবা ছাত্রনি। চহী অসিমক্তদা খুমন্থেম নিঙোল ইবেমহল দেবীগা লুহোংই। মেত্রিক পাস হেক তৌবগা চহী অসিমক্তদা মতমদুগী সরকারগী শেলগী মতেং অমদি অপোকপা শকতম্নরবা মকু ইবুংঙো খুমন্থেম বাবুসিংহগী থৌইনশিন ফংবদগী মণিপুরগী মপান্দা আইঃ এঃ তমথবা হৌই। তমথরুবা মফমগী মতাংদা, হৌজিক ফাওবদা মফম অহুমথক ঐথোয়গী মাওদা থোক্লক্লি—(১) কলকট্টাগী আশুতোস কোলেজ (২) গুরাহাটীগী কটন কোলেজ অমদি (৩) ঢাকাগী জগনাথ কোলেজ।

অহুম অসিগী মনুংদা অমদা চেক্তা য়াহ। মানবস্তু হমান মাল্লি। ওসি ফাওবদি মানবগী মতাংদা চথরি। মফমগী মতাংদা লাইখায় তাত্রবস্তু আইঃ এঃ তমথখি লোয়ননা হকচাং ওয়াক্তবনা মরম ওইহুনা পরীক্ষাদি থাখদ্রে মরক্তা তোবখ্রে হায়বাসিমদি শেংলে। ফোর্মেল এডুকেশন মতাং অসিদা লেপখ্রে।

মথংগী চহী ১৯১৯ দা ইম্ফালগী বেঙ্গলী-স্কুলদা ওজা ওইনা থবক তৌবা হৌই। স্কুল অসিদা চহী তরামুক লৈ। স্কুল অসিদা লৈনা লৈনা মতম থরদি ইম্ফালগী চুরাচাঁদ স্কুলদস্তু তঙ্খৈবগী থবক তৌই। বেঙ্গলী স্কুলদা চহী তরামুক থবক তৌববা মতুংদা জোনষ্টোন স্কুলদা অমুক চঙই। স্কুল অসিদা মক্নওইনা বাঙ্গলা অমদি ইংলিশকী লোন অমস্তং সাহিত্য তম্বী ১৯৪৬ তা কবি চাউবগী চহীনা ৫০ মুক শুরকপগী অতুদা অপোকপী মনা থাবল্লেমা লোঙ্গাখি। জোনষ্টোন স্কুলদা চহী কুনমাথোইমুক থবক তৌই। ১৯৫০ গী ওক্টোবর ৯ মেরাগী

থাশিদা কবি চাউবা মশাগী চহীনা ৫৫ মুক শুরকপদা তাইবঙপান থাদোকখি। লৈবাক্কী ওজা চাউবনা অরোইবা পুন্সি য়াহিপ তানখিবদা মতমতুগী লৈবাক্কী মহৈরোইশিংনা তেংথারমগনি—উরিপোক লমদমগী সরক চিদাইদা নোল্লুকপা কবি অদু অমুক হন্না চংলরোই। অদুগা তকশী অমগা লোয়নননা মুংডাইজখিদবদি মণিপুরী সাহিত্যনি—

চৎলেদনা চুসিদি ফরে চংলো অশৈবা
থেগহৌবগে হথমোয নপাউথোননা মুংশিবা
"থম্বাল কৌবী লেন্নুংশি
ঐখোয়তু নখোয়গুম্বনি
তাইবঙ ঈপাক থকসিদা
কেন্ননবা শাৎপানি"
অশৈ নঙনা শকখিবা।
—মীনকেতন, তেংথা পরেং
(খ্বাইরাকপম চাউবা লৈতবগী মঙ্গুম্বদা)

ওজা খ্বাইরাকপম চাউবা, 'সাহিত্য রত্ন' (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ১৯৪৮ দা পীখিব ), মহৌশাগী ওহনা থমোয় য়াম্নমক থোৎপা অদুগা নীংবদা য়াম্নমক থোৌবা অশেংবা মুপা অমনি পীক্রিঙৈ চহী মঙামুক্তা তাহরিঙৈদ মমা অমদি নাক যেৎকী অপাম্বা অনীংবগী মায়োক্তা কোমের্ল ওহবা মহৈ মশিং ফংগে চপ চানা নীংখিবনা স্কুলদা চৎখিবনি। ইবোচাউবনা চাউবা ওইদ্রিঙৈগী রানি চাউবনা চাউবা থম থেংনা ওইরক্লবা, পুন্সিনা যকলাউবী থাক্তা লৈরক্রবা মতাংদা নাক-ম্রেৎনা মঙোম্দা ভোৎ লেপ্পু হাযন কন্না ইনশিনখি 'লৈতাকী অপানবা লমদাংদা (প্রাকটিকেল পোলিটিক্স) হৈনবা মওই নত্তে; মুকয়ামক য়াজখিদে। অদুবু রাজনীতি শঙদবা চাউবা নত্তে, 'লবঙ্গলতা'গী লৈঙাক লোম্না সাথীনি। তাকনবা শরুক অসিগা লোয়ননা মুপীঙম থোংলবা

খমোয়নসু চাউবদা লৈ। শাওং শাদাসু তনাপ তমাপ্লি। নহাদ নহা ওইরিবৈ, ইবোচাউবা ওইরিবৈভেদগী হৌনা লাইকদিবী শান্নবা চাকথোংবী কৈথেলকাবী ইতালাংকপীনচিংবা সুপীমচাশিংগী অথোংপা মওংগী মশান্নমা হেন্না মাযপুননা শান্নরকই। খোঙ্গাওবী শান্নবনচিংবসু সুকয়াওরক য়াওদবদি নত্তে। পীক্লা যুম পুবদা মমাগী মত্তং পাংবদা শরুক য়ারকপা কান্দসু লাঙ্গোন চীংদা শীং চনববুদি লংচাক চাকপা ফি শাবনচিংবদনা হেন্না খোয়জগুনা থোকপনি। চাউবা ওইরক্রবা মতাংদা ফাওবদ' য়ুমগী কুপনোমদা পুক্লিং চঙই; করিগুম্বা মতাংদা মচাশিংনা ফৌগু লগুনবদা ফজনা মচুশ্মক য়াওই। লৈত-লাইরগী নাক-য়েত্তা অরাংপা মেনখৎনবা লাক্রিবী অপোকপীগী মচা নুপাসু নুপীসু পুন্না ওইরকপা চাউবনি। অর্ধনারেশ্বরগুম অকনবা অথোংপা অনীগী শরুক য়াওবা কবি চাউবনি। মসিএক্রনি চাউবগী পাত্রশিংনা মাগী মাগী মফমদা অহিংবা ওইনা হৌজিক ফাওবদা ঐখোয়গী মাঙদা লৈররিবা। নুপা-নুপী অনীমত্তা নুপাশিনবা ওহগী মগুল সাহিত্যকার চাউবদা লৈ।

পীক্ত পীক্লিভৈদগী হৌনা রাখলগী তরঙ (কল্পনা) অমদা লৈবদা মুংঙাইজরকপা কবিনি। অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা মমান্নবা ময়ামগা য়াংয়া ক্ষৌবদগী মথন্নতা তোঙান্না লজবা পামজরকপা মীওই ওইরকই। রাখলগী তরঙ অমদা তাউচুনা লৈবা মীওই অমগী লীচংনি। পঙঙাং ঙাংগনরবা মীওই ওহনা ত্তৌবনি। ঙাংফম পোকপদগী হেন্না ঙাংবা হৈনদে। ঙাংলকপা মতাংদদি ঙাংজিবা খরতু মরীক চুম্ন মযেক শেংনা ঙাংলকই। ঙাংবা অমদি তাকপা মতাংদা ফোঙদোক্লিবা রাফম অহু খুদম প্রমান্না পোৌগংপা মরৈদা য়ুমফম ওইবনি। মসিগী ফল রাৱেং ইবা ওন্না চাউবগী সাহিত্যদা ময়েক শেংনা উই। সাহিত্যকার অমগী খুৎইদা অশাগী মীওইগী মঙাল তাদবা হৌনদে। কাগী পামজবা মৈতৈ অমনি। চনাইগী ওইবা মীৎয়েংনা য়েংগনবা উশিনগনবা লোয়ননা চোন্নপ

চোম্লপা কোক্তোক্কনবা ওজা অমনি। 'মিস্তিং মিস্তিং করংগতি চান্দ্রা দেবী খায়' অমদি কুপৈ মরুওইনা নট সংকীর্তননচিংবগী অয়েংবা ভাবোকপু মথল অতমদা থম্বা- (ক) মাগুর য়েংবা ভাবোক, (খ) এঃ অ'ঃ ভাবা ভাবোক (গ) চোংলোম য়েংবা ভাবোক- অসিনচিংবসিনা ফাগীবু অমদি লক্ক-করেম্নবগী মঙলগী মাকম কঞ্জনা উৎলি। 'লবঙ্গলতা'গী খুন্দিম্নবগী মতাংমস্থ শৌগংলি। অতমকপু ফাগী অমদি করেম্নবগী শক্তম অসিদি মচেক্তগী য়েংলকপদা উৎনি। অশেংবা কবি চাউবা মপূমগী ওইনদি য়াম্না চীং লেম্বা ঈংবা ভম্না লিরি থোক্কহৈবা 'বাবু'নি (ইমুংগী মচাশিং অমদি উম্নবা লাকপা মীওইশিংনা চাউববু মিং পনবগী মহুত্ত' বাবু হায়না কৌরম্বি)

কবি ওইকশিংসি মচৌশাগী ওইনা পুন্সিংগী ইহৌলনা পুগল্লি। পুন্সিংগী ইহৌলগা মশাগী ওইবা লৌচংকো অনী অসি পুন্নগা কবিসি ওহোক ওহোকলা ইথোরকই। কবিগুম্বা কান্না ইবদগী হেন্দুনা লনাইগী ভাইবগু পুন্সিদস্থ ময়ামগা মারুকাক্তবা তৌথোরকই। ময়ামগীগা মারুদবগী অতাওবা ওইনস্থ উরকপা য়াওবনি। কবি চাউবনা য়ুমদা লৈরা শেক্কাং অমা শিবগী মতাং অমদা জীব অতুগী শোয়াৎ শোনথি ভায়বগী মাকম ভাবা কংই অনীংবা কয়া মীৎযেং কয়া, লৈরম্বা যাই। অহুবু থোওং অসিমক্তি ভাবদা ফুংভাইজবা ওম্মোই।

কবি চাউবগী পুন্সিদি লোল, সাহিত্য, সংস্কৃতি অমদি মহৈরোয়গী মহৈ-মশিং (এডুকেশন) দা কংথাক্লবনি 'জ্যোতি' অমদি 'মিংনাইদবী'বু সম্পাদন তৌখিবা. 'য়াকায়রোল' 'ললিত মঞ্জরী পত্রিকা'নচিংবদা য়ারেং শৈরেং কয়া, উপন্যাস মথং মথং হাপ্লুনা কোওদাকখিবা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অমদি 'মিত্র সমিতি লিংখৎপদ চাউনা থৌদাং লৌখিবা 'উদ্বোধন' অমনবা লাইরিক কয়া ইখিবা অমুকস্থ মৈতৈরোন্দা রাস, মাশক, খুবাক ঈশৈনচিংবা শরুবা হোংমন্নবা পূম্নক অসিনা চাউবগী কংথোক্লবা শক্তম নীংশিংহল্লি, য়ায় পাক্লবা পুন্সিনি।

ওজা চাউবা হিন্দু লীচৎকী গৌরীয় কাওলুপকী নাক-য়েংতা থাজনা হিংজরম্বা অশেংবা বৈষ্ণব অমনি। চম্না লৈবা অমদি অদুগা রাখল রাংনা খনবা হায়বসিনা মহাক্কী পুন্সি মরেলনি। চম্না শেংলি চম্না অচম্বা ভাক্তা চায়। করিগুম্বা মখলগী ময়াইকাবা পোৎ অমত্তা চাদে। বৈষ্ণবকী ঈশ্বর অমদি মপোক লাংওনগী চক্রদা চেংনা থাজবা অহলনি। শেরেংগী ওইনা কলম অংহৌবা ওইনা গুংগংলকপা মতাং-মক্তদা ঈশ্বরবু নীংশিংজরকপি; চহী কুনমুক্তা ভায়রিডৈ মতমতুদা লন-থুম, মহৈ-মশিং মিংচৎ-মিংলেন পীবনবা নিবগী মতুত্তা অশেংবা ভক্তিদমক নিজখি—

থৌজানবা ইবুংঙো! অশাংবা পুন্সিগী মিকুপ মিকুপ খুদিংদা
অরাৎপা লৈতবা লল্লৈবা ঐখোয়না করি নিকম লৈরিবা
মপুগী খুয়াদা ইকোকসি নোন্দুনা খুরম্বদা ওমজবা
মপুগী মিংঝমবু—পাপচেনবা চীনসিনা তক্তনা শোনবা ফংজবা
নিজগে খুয়াদা তোল্লবা ননাইনা ভক্তিগী লৈরাং কৎচবা।
( শিলোংদা ১৯১৭ দা ইবা ঈশ্বর শৈরেংদগী )

সাহিত্যকার চাউবা অশেংবা দার্শনিক অমনি। পুন্সিদা য়েংবা কবি অসিগী মীৎয়েংগা মশাগী পুন্সিগা শক্তমগা মান্নবা লৈ। কবি চাউবনা তাইবঙ পুন্সি অসিদা মীৎ হেক পাঙলকপদা অপাননা হক-থেংনরিবসি শিব-নাবগী নাকয়েংনি। ভাব খজিক তারকপগী অদুদা ময়াম্বা তরুকনি মথং মথং 'লায়না অচৌবা' অমদা লৈখিদ্রিবা। মচে অমগা মহাক্কদা ভারহৌই। মতুংদা মতম অসুরায়মক্তদা অপোকপা অসিসু ইখঙ খঙহৌদনা নোংগাখি। মতুংদা অমুক চাউবনা চাউবা ওইরক্লবা মতাংদা মচানুপী অপিখক অমসু ঈশিংদা তাত্নবা লৈখিদে। পুন্নমক অসি ঈগী মরীদা খ্বাইদগী নক্কবা ভাক্তমি। কবি চাউবদি পোকপদগী থমোয় য়াম্না থোৎপা মীওইনি। শিবা-নাবা হায়বসিনা মীওইবগী খুত্নমদা লৈতবা থৌঔং অমনি। কর্ম-কয়ানা কাধনবা লাক্করবসু মুংতাইবা

থৌওংদি নত্তে; অরাবগী শরুক্তি। অরাবা শরুক অসি পুন্সিগা শাগোম্নদুনা লে। শরুক অসিগী মপুঙ ওইরিবা শিবা হায়বসি পুন্সিদা নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দ্রবনি। অত্তুবু কবমা মতম মকমদা লাক্কদগে হায়বসি কনা অমতনসু খঙদে; তম্বা ঙমদে; চাউবগী চীং-লেম্নবা অরাংবা রাখলনা রাশ্মূপ ওইনা ফোঙদোকপনি—

ঙসি শিনি পাউজেন্দে
হয়েং শিনি পাউতাক্তে,
নৈরাং নৈখোক লোযরগা হৈরাংসু মমুন ফারগা
মালেমথক্তা কেনখিনি।
শিবগী মতম খঙবরা ? (শিবা)

মসিনা শৈরেংনি থমোয়দগী থোরকপা খোঞ্জেলনি। লৌশিংদা য়ুমফম ওইবা রারেংদসু শিবগী মতাংদা কুপ্পা নৈনৈ। শিবা হায়বসিবু পূন্নমক্তা পাম্নদে কিনৈ। কবিগী কিবনো কিবা ফত্র ফত্তববা হায়বগী রাফমসি 'শিবা কিবা' রারেংদা শন্দোক্তা নৈনরি। শিবা অমদি মসিগী চেতনা অসি চাউবা সাহিত্যদা মরাঙ কায়না ফংই। দার্শনিক চাউবগী থাজববা রাখলদি—

থম্বাল্ কৌবী নৈনু শি
ঐখোয়সু নখোয়গুম্বনি
তাইবঙ ঈপাক থকসিদা
কেম্নবা শাৎপনি। (থম্বাল উবদা)

ফোঙদোক্লিবা রাফম অসিগী রা মচং চাউবগী সাহিত্যদা মতাং মতাংগী ওইনা য়াওরি। মসিগা মরী লেননা চাউবদা নহানমক্তা হন্দক্তা অমদি হয়েংমক্তা মপোকশিংগী থাজবসু ময়েক শেংনা য়াওই। 'লবঙ্গলতা'গী অরোইবা শরুক্তা হয়েংমক্তা মপোক্তা পাউজেল য়াওবা উই। চাউবগী চেত্তনা অমনি। হিন্দু-বৈষ্ণব নাৎকী নাক-য়েংনা পীবা নত্রগা মতুদগী ফংবা রাখল্লোননি। সমক্রু ঈপাক থক্তুদা/চাকমাঙনবা কোঙ্গোনগা

( শিবা ) পাথক্লকপা পুন্সিনি হায়বসি কবি চাউবগী মীৎয়েংনি। অমুবা শক্তক য়েংদনবা অমদি উপমবা ওজানি।

অমত্তোমদা অঙোক কবি চাউবদি খোংদম নাইত্রবা পুন্সি অসিদা চপ চানা থাজরি। ঙাইহাক্তংগী ওইবা মফম খণ্ডত্রবা পুন্সি অসি চাউবদি ব্রহ্মামক্তা ফংঙমত্রবা মপোক ওইনা লৌই—

বীনাসু খোংসনু ফিজামনু থেংনসু
ব্রহ্মানা ফংত্রবা মপোক্কি। ( মীওইবা )

মরম লৈ। কবিগী ৱাখল অমদি হকথেংনবা থবকনা হায়রবা ৱাহি—

মপুগী শিনশঙ অসিদা
মপুগী শিন্থা পাঙথনা
পুক্নিং তুজুং হরাওনা  নিংবা কায়বা লৈতনা
মীংচৎকী উয়েং খিন্দুনা
পোকপা মহৈ য়ানগনি। ( শিবা )

তেল্লবা মফম খণ্ডত্রবা পুন্সি অসবু কবিনা শিনগী শঙনি হায়না লৌই লোয়ননা অফবা অঙম্বা শিন্থা পাঙই। থাক অস্বায়দনি চাউবনা মমারোনগী, সাহিত্যগী অমদি মশাগী নাৎকী সেবা তৌবগী মশিন পাঙবদা হালেংবা লৈখিদ্রিবা। থাক অসিমক্তদমি চাউবনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা অশেংবা রোমান্টিক অইবা অমা ওইনা ঙাওজনা সুংঙাইজখিবা। থাক অসিদনি সর্বম তুথম তুথ:— অরাবতনা খুরক হাঙদনা লৈরবা ঙাইবঙগী পুন্সি মরক অসিদা পোথাবা লৈতনা খজিক্তা ফাওবা হঙ্গানবা তৌদনা থমোয়গী ৱাফম কয়া লৌশিংগী কোজায় লাচনহুনতা লৈখিবা। মশাগী শিন্থা পাঙথুনক্তা লৈখিবদগী ঐরোম্নগী মাঙদা ঙসি কবি চাউবা ৱারেংগী অপোকপা, সাহিত্য নৈনবগী অহলাকপা, জর্নেলিজমগী থুৎমাবা, ইতিহাসকী খোদোক য়াওবা উপন্যাস ইবা অহানবা অমদি অশেংবা ওজা অমা ওইনা হিংলম্নিবা। মশাগী শিন্থা পাঙবক্তনা পুন্সিগী লমথুংমি হায়বা ৱাখল অসি ঊয়োক্নমবা শোয়রোই।

বেদশিংগী মচি ওইরিবা মীওইগী পাউজেল থাকা ওইনবা লাকখিবা চাউবগী পুন্সিনি হায়বা তাই।

চুম্মী পুন্সি অসি অরাবনি মতম শক্তিকুংগী দনি। অদুবু মসি দোষ মত্তে মতিক মঙলনি। মরমদি মসিনা কবি চাউবদা নীংহল্লবা ফল অমত্তা পীদে; পীদবগী মথক্তা অমুক্কম্ম অহোংনদুনা, পুন্সিমক্কী ময়াক হৈনগংহল্লি। চীং লেম্বা হৈনগংহল্লি। চাউবগী সাহিত্য পাক-নৈনরুরগা পুন্সি আস হৈম হেন্না চীং লেম্মকই। মরমদি দার্শনিক চাউবনা পুন্সিবু চিংশিনবগী মঙল চপ চানা য়াওরিবা অহিংবা অমা ওইনা য়েংলি। ইয়াং য়াংবা মঙ হাংন্থা ফাগীগী মচল অমা ওইদে। 'স্বর্গাদপি গরীয়সী' ওইরি।

চাউবগী মীৎয়েংদা অক্তমগুবা ডাইমেনসন অমম্ম লৈরি—ঈশ্বর থাজবা। থমোয়গী রাফম্না মরুওইবা খুৎই-শৈরেং উপন্যাস লীলা-পালানচিংবদা লোযননা লৌশিং মরৈনা মপুঙ ওইবা—রারেং অমদি পাউতাক্লচিংবশিংদা, হায়বদি অনীমক্তা ঈশ্বর অমা লৈ হায়বগী থাজবা অমা ময়েক লেংনা য়াওরি। মসিমক্তি অহংকপা পুন্সিগী চাউরবা পোৎলম অমনি। চেৎনা থাজরি পুম্নমক অসিগী মরুদা চাউথোইবা অমা লৈরি। চির-চিরবা মতাংদা মহাক অমা লৈরি হায়বগী খুংফাওনবা রাখল (কনসসনেস) অসি চাউবগী মীওইদা (পার্সোনেলিটি) মঙাল ঙোরি। তাম্নাগী মিরবা খোঙ্গেল তাবদা মপু মহাকপু উরকই; (তাম্না) বসন্তগী মতমদা পোম্বী চেক্লানা খোংবা তাবদা মপু মাবু নীংশিংজে; (মৈতৈ কবি) 'মেরাগী থাবল' উবদা ঈশ্বর মাবু য়েংজ-রকই; অমুক্কম্ম লোঙ্গাকী ঈথক-ইপোমলক্তা ঈশ্বর মহাকী শক্তম ইপোম্নরকই—

ঈয়াইদা থুংবদা, মপুগী নীংথিবা
শুনবু উজবা ফংদুনা,

ঈথক্কা লোয়ননা, লৈরিবা পুক্নিংনা
মপুগী গুণবু খণ্ডহনা
রাংলবা খোঙ্গেম্না, মপুগী গুণবু
শকুনা পুক্নিং পেম্নসি। (লোক্তাক মপান্দা)

থাজবা অসিনা পাল্লেপফম খণ্ডদবা শনশণ্ড অসিদা মায়গে লেপ্পগাই ওই; লমজীংই অমদি খ্বায়দগী মচং ওইরিবদি অরাবা, অকিবা, অমম্বা অসিগী অরাবা পোৎলুম অসি থাজজরিবা মওোন্দা কোক শিন্নখোক্লগা মশা অসি মঙ্গং মপান ফাওনা ইয়াং য়াংনা পোখাবা ঙমজে। মসিনি অরাবতনা পোপতেক লৈরবা চাউবগী পুন্সিদা শিদয়াই-নাদয়াইগী খোনী ওইরিবা থাজজবা অসিন ঈশ্বর মওোন্দদি কান্নরম্বস্তু য়াত কান্নরদবস্তু, মাগীদি হায়ু-হায়ুনি; অদুগা হায়ুক পক্কবা মীৎয়েং অমা ফংজরিবদি তাতবস্তু অসিনি কাব চাউবনি। পুন্নমক মাঙথ্রবস্তু লক্তাসনাগী কেম্লবা পুন্সিন ফংগমদ্রবা মহৈ অমা তাল্লিবসিদা মীৎয়েং অসি লৈরি। চাউবগী মীৎয়েংনা নজবিবস্তু মসিমক্নি:—

মপুগী লৈবাক্তা, পোকচবা ফংলবা মপুগী শিনবু পাওহনা,
পুন্সিগী লানফমদা, মায়পাকপা ফংহনা মপুগী মত্তিকপু উৎচবা,
মৈত্তান্না রাখৈবা, মতমনা লাক্লগা হুংশিবা ঈপাক্তা তিনজবা।

অশেংনা হায়রবদা সাহিত্যকার অমগী সাহিত্য মপুম অমসি মহাক মশাগী পুন্সিগী মেনিফেষ্টোন। চাউবগী সাহিত্য মপুমনা মশাগী পুন্সিগী মাৎয়েং ময়েক লানা খওহল্লি। অরাবনা থল্লবা ঙাই-হাক্কংগী ওইবা পুন্সি অসি মপুগী অশেংবা শনশণ্ডমক্তি হায়রবসিনা মহাকী সাহিত্যগী রাগুপান; পুন্সিদা য়েংবা মীৎয়েংনি।

ইম্ফাল ১৯৯৫

## ডাঃ কমল অমসুং প্রকৃতি

ফজববু ইকাইখুম্নজবা নীংথিজববু য়াম্নমক পামজবা কমলনি। ফজবা উগনবা নীংথিববু য়েংগনবা কবিনি। নীংথিবগী হৌফম, তুঙফম অমদি লোইফম ওইরবা মহৌশা প্রকৃতিবু কমলনা কবিগী শীংথারোই।

কমলগী মহৌশাদি তাইবঙগী শংশংবা শক্তম লৌরিবা মণিমুক্তা থাম্নবা সনাগী মনম চেল্লবা মূর্তি নত্তে; মী ফক্ষম কাদা তরু তরুনা খান্দুনা থমগদবা নীংথিনা শেম্লবা লৈচনস্থ নত্তে; লৌশিং অমদি থম্মোয়গী ঈথিল পুম্নমক্কা; মতম পুম্নমক্তা, খোঙথাং চপ হেক মান্নবা চৎমিন্নবা খোঙলোয়ান। মপুস্থ নত্তে খাউৎনাইস্থ নত্তে চৎমিন্নবনি। পুক্লিংনা মকা লাম্মিডা থম্মোইদা অরা-মৈশা-সাংগ্রিডা প্রকৃতিস্থ মহৌশাদা মহৌশাগীগুম শাজিন্নবা শক্তমগী মমি মচেৎ অমত্তা য়াওদনা ইচম চম্না তরু তরু, তশেং তশেং কমলগী মাঙদা ফাওরকই। শক্তমগী নীংথিবা রাহৈগী ফজবা রাথলগী অচম্বা পুম্না লৈরকই। মুংঙাইবগী তাম্বা অমদা খোঙুল মেল্লে থোরকই।

ঈশিংদস্থু চাউদবী কংফালদস্থু হৌদবী।
উদা তাংলে উতাংবী রাদা তাংলে রাতাংবী।

খোংলবা কবিগী থমোয়না থোংচরবা লৈপাক্লেবু উরকই। অচম্বা ফজবা উরকই চম্না নীংথিনা শেথা-শীংথারকই,

নারস্তা শাৎপী খোঙনেম্বী লম্মাংদা শাৎপী পাঙনবী
কালেন মুংশা খাওজয়বী ইন্তাগী নোং নংজরবী
ইঙেনগী লেন খাঙলবী মুংশিং খেংনরবী শজিবুগী;

চয়া ফজবা শৈরেং ঙাক্নি। মতাং অসি ফাওবদা প্রকৃতি অসি ইনথৎলকপা নত্তা পাঙথক্লববা কবিগী থমোয়-লীচৎকুম তয়াং তয়াংলি, তথক তথক্নি। পোমশাংনবী লৈরাংশুমা তঙাও তঙাওরি নত্তাগী থমোয় লীচৎ খুদোং পঙথী থীদবা নত্তে, কমলগী পোমশাংনবী লৈরাংনা ময়েক শেংনা থঙই,

খ্বাংজেংবা ! পোমশাংনবা হায়বসি,
মক্তমনিদো খুদোং থীরবা।
খল্লবস্থু হৌজিক শাংসি,
মপুঙ ফাজি ইনম মুংশিবা।
শাত্তুদুনা লৈসি হায়রবস্থু
চনগনি অপোম্বা শীংদা
থোইমু পাইরকপা উরবস্থু
পুক্নিংগী আশা থুংজিন্দ্রিদা
মপুঙ ফাজিবা লৈচীসি
চুপথোকখিজা খল্লিদো।
নৌনা চোংলকপা লৈনাসি
চন্নদনা কংখিগদরা রায়দো।

রাখিবা মরা অসি থম্মোয় লীচংকী মুংঙাইবা চনানি; মচু মমেন মতম ফনা লংখৎলক্লিবা তীনজং কায়জঙজ্রিব থম্মোয় লায়নানি। পুম্নমক্তা বর ওইরবা লায়নানি। মক লাম্মিবা থম্মোয়গী থোঞ্জেলনি।

কবিগী রাখল অমদি থম্মোয় চাং অমগুগা ওইন। ঈথিন্দা মতম পুন্দা লৈবা হৌনদে। তাইযঙনি। লেপাকলৈ, থোংগম মেলৈ, পোমশাংনবা লৈরাংনচিংবা মহৌশাগী পোংলম কয়াগী অচম্বা শত্তুনা মুংঙাইজরম্বা কবিগী থম্মোয় চমদুনা অদুম লৈথোকপা ম্নারক্তে, লনাইগী নত্রগা অপুনবগী পুক্নিগী থোঙথাং কয়াদা থেংনরকপা চিংন-পরৈ কয়া মীংমাঙল। খান্দুনা রেংলকপা মতাংদা পুথুম তানা মীরম্বিরবা প্রকৃতিদু,

থাংগা উরিবা চীং মসি ওহোক্তা কৈদৌদা !
বৌনা পুক্লিং হুনা নীংথিরা,
ঈংনা নিক নিক লাইটরা,
লংবানবা অচিন্নামকপু কাহংলিরা !
মসি লংবানবা অত্যাগা শক্নমগ্রবরনে ?
অমুক্তং হেংগৎরবদা,
মিংকম হোংবা য়ামদ্রা,
অতুবু অওইবমক মাসি মাগী মচুরনে, ?

চিংনবা হৌরকপনি ; চিংননা য়েংলুবনা। লাপ্পা য়েংলম্বনা চঙশিন্নুনা নক্না, য়াম্না নক্লা য়েংলুই। উরকই শম্না অমুক, মশাদা কাওরকই,

নঙ্গে,—মখোঙদা চঙলবদি উবা ফংগনি,
শোঙলবা শা-কৈনা থরবা,
নারকনি, ভিংখংতুম্বৌ হৌবা ;

ভিংখৌ হৌবা লৈতেম মান্নবা লম থরক্তনি। 'চন্দ্রনদী' প্রকৃতিবু লৌশিংনা য়েংবা হৌরকপনি। মহৌশাগী লনাই অমদি ময়ামগী পুন্সি উরকপনি। অাইমঙ লীচংপু মহৌশাগী লীচত্তা উবা হৌরকপনি। উরকই, চীংয়াগী লৈহাওবু,

শাংকায়বা লৈ'মগীদমক
অপোম্বা ফুরা মাঙনরি ;
কঙ্গবা মনা'মগীদমক
মশা ফুরা থুদেকলিরি
মনা, মশা অপোম্বা লৈনা
ইচাই চাইরে থৈখোঙ্গহ
লৈরেক্পা লাকইরশিংনা
লেখংজি কেরবা লৈশিল্লহ।

অপুনবা পুন্সিগী শক্তম্ খোয়শাওননা য়েংলকই। সমাজগী লীচত্তা মুংঙাইতবা ফোঙদোক্লকই। প্রকৃতিবু মী ওইহন্দুনা ভাইবগী লোনচৎ য়েক্লকই, শম্লপ-শম্লপ্পা খ্রাকৎ মতেক মতেক ফোঙদোক্লকই। মসিদা কবিগী থমোয়না পেঙ্গবা হৌথি মীৎকুপ থুদিংগী শকওল্লবা পুন্সিনি। অতুগীসু মথক্তা হকথেংনক্লবা কয়াদগী লৌশিংনা থম্মোয়দা নত্রগা থম্মোয়না লৌশিংদা অনৌ অনৌবা ভেম্মা পীরকই। অপুনবা অরা-মুংঙাই হকথেংনকরবা মতুংদা লনাইগী ওইবা মুংগী মাইকৈদা হন্না লৈশিন্নকপ অসিমক হকথেংনগল্লবা মাওইবগী থুদমনি। কবিনা লনাইগী মুং উরকই, মুংগী অর মুংঙাই মথং মথং মযেক লানা থেংনরকই; উরকই, ফোঙদোকনবা লাক্লরকই। প্রকৃতিনা ফোঙদোকপগী উপায ওইহন্দুনা লাক্লিবনি, লনাইগী আত্মা ফোঙদোকপদা প্রকৃতিমক্কী মতেং লৌদনা তোক্কে অতুগৈ তথক তথক্লম্বা অমদি ময়ামগী ওইনা থজিক লুমথবক্লবা প্রকৃতি লনাইগী নত্রগা মুংগী নাক-যেং শীংথারকপা এভাংদা ভেন্না চৌং-লেম্মক্লে; হেন্না ইংলক্লে। ঈরোয়নববা নোংতৌ নোংলেনগুম নেম নেম্না লুমথরক্লে; মবুক তপ্লক্লে; মথোঙ নেমলাক্লে। থেংনা নীংথিরম্বা প্রকৃতি চীংলেম্না ঈংনা ফজবক্লে।

'নীরব রজনী'দা কবিগী অপাননা নত্রগা নাবোযননা হকথেংনথিবা থমোযগী চনা ফোঙদোরকই মপুঙ ফানা নীংথিনা য়াত্তাহুনা পোথাখ্রবা প্রকৃতিনি। পোথাখি হায দনি যেংবিনবা অমদি মুংঙাইবিনবা লৈরংদি ফজবদি চনবা লৈতে। কল্পনাগী মতেংনা প্রকৃতিগী কায়াং কয়া, অনৌ অনৌবা খ্রাইহৈ লৈতেং অমদি অর্থ লোতং কযাদা শীংথারকপা শৈথারকপা য়াদবা নত্তে। অদুবু কবি কমলগী থমোয়দি অনুতাপ্পা চাক্লি,; অনুতাপ্পা চাক্লবা অমগী মফমদদি,

অহিংসিদা অমুক্কী মতিক চীক্লবা,
অনুতাপ্পা চাক্লবা থমোযসিবু ঈংহন্নবা
নিত্রা কদাই শান্তি কদাই কদাই থাবল

অছুনা কবিনা থরথরি,
খঙলে অনাবনা হেনজিল্লক্ৰবদা,
অরেম্বনি হিদাক অরেম্বনি সেবা,
মৃত্যু মুক্তি মতমতনা হিদাক্তি অথোইবা ।

অস্নন্না প্রকৃতিদা কবিগী থম্মোয়গী মমি তশেং তশেংনা উবা ফংই । 'নির্জ্জনতা' নচিংবা কবিতাশিংদদি কবিগী প্রকৃতি অসি কবি মশাগী থম্মোয়মক ওইরক্লে । চীক্লবা প্রকৃতিগী ন ক-য়েংনি ; মপাম্বোংগী ফিবমদি উন ম্রাইমুক চীকখ্রগনি ; অদুবু চৈনাখোলনা লুমথরবা থম্মোয়দি ঈংথবা ঙমদে, তপথবা লৈতে খল্লুই তপন্দ্রবা মপুক্লিংদা ম্রাখল কয়া থৌরম কয়া । নুংনাংবা পুক্লিং, মচোক মচোক কায়রকপা থম্মোয়গী মপাউ কনাদা তম্মুগনি, কনানা তাবিগনি ? মথন্নতা থঞ্জরক,

মথন্নতা হোরক্লগা,
কংজখিব মথমতা,
উরী-ম্রারী লৈ-সুগী পুন্সিনা
পুন্স লৈ পবেংন এহাক্কী ।

অমুকম্ন ফুক হৌগত্তুনা লাউজরকই,
সমাজগী হ তহাস,
মপুঙ ফাদে মপুঙ ফাদে ।
খুল্লক্তা শানবা ম্রাম,
মরীক চুমদে মরাক চুমদে ।

খঙহৌদে মশানা হকথেংনরবা নশাগী অন্না-মুংঙাই তাইনফম ওইরিবা সাহিত্যরোমদা গোশিল্লকই, পেন্দবা ফোঙদোক্লকই,

.. ..কাব্য হায়নারবা আসম্ন
উহৌবা, তাহৌবা, কল্পনানা ফংবা
হিরম থরদং লৈতেং হাপ্তুনা
ইজবতনি পুক্লিং হনা ।

নীংবা কায়খিবদগী শোক্লবা কবিগী থম্মোয়দা সমাজ অমসুং লনাইগী মায়োক্তা য়াকং কয়ামুক কংখি। য়াকং কয়া অসিনা কবিগী ঈংবা মানবা থম্মোয়বু মসুংদাদি চয়াংনহল্লি ঈংলো তপ্পা লৈবা মানবা প্রকৃতিসু অদু মতাই ; মশানা কোওদোক্তবগী য়াতনি। লৌরী খোয়রীবা প্রকৃতিসে মতাং অমদা মতম অমদদি,

ইথক্তা অত্যাগী মকোয়দা
লোংথাং কয়া কুপপ্লবা !
নোংমৈ শীংজং কয়া তাপ্লবা !
নোংশা কৈ কয়ানা কোয়প্লবা।

কবি কমলনা য়াংনা তৌরকপা কল্পনাদা প্রকৃতি হেক্তা চঞ্চলকই ; মহৌশাগী পোৎলমসু হেক্তা উয়রকই। প্রকৃতিনসু কোওদোকপগী মরুওইবা পাম্বৈ ওইরকই। মতাং অম্বায়দনি কমলনা কবিসু কোকিল অমা ওইনা লৌরকপা ; কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমনা মতমচুদা হকসেংনথিবা লৈবাক্কী সমাজ অমসুং লনাইগী ফিবমবু মহৌশাগী পোৎলমশিংদা পানাশন-পানাশন্দুনা শীংথাররিবা। মতমচুগী 'হৌজিক্কী মৈতৈ সাহিত্য' বু উরৈশং পাম্বীগুম য়েংলকই, লোল অতৈগী সাহিত্যবুনা লৈয়াং পাম্বীগুম,

শাংলয়ে তামিল, শাংলয়ে তেলেগু,
ভারতকী লৈকোয়ুং অসিদা.
অথাপ্পা সমুদ্র মপান্দগী লাকুনা।
অয়াংবা উনগী মপৈ লান্দুনা,
থুংখয়ে নেপালী ভারতকী লৈকোন্দা।
লোমথয়ে, ওয়াংতগী থাসি ভারতকী কাজিন্দগী।
করিনো ইমা মাইথোঙ লাংশিন্নবা মমাল্লবা ময়ুক্তা ?
করিগী য়েজিং হুক্ষে অলৌবা মনা ?
করিগী লোমদে অবৌবা লৈয়াং ?
করিগী নশানয়েং কজিখা ?

মতিক ওকপা ঈশিং চাইদবনা,
কংবনা ফরে খল্লবরা পুক্লিংদা ?

কমলগা প্রকৃতিগা থাপ্নদে য়াম্নমক নক্লনা লৈ। তোঙানজৈ হায়বদনি অমত্তগুম্ন লৈমিন্নৈ অনীসি। কমলনা হরাওনা নোকপদা প্রকৃতিস্ন পুক্লিং মকা লামনা নোকচৈ। প্রকৃতিনা রাব্ববা অমদি তেংথারকপা মতাংদা কমল থমোয থোক্লা তেংথারকই। অনী তুফক তুফাই চনমিন্নৈ, অনী কোক শা'মিন্নৈ অনী ঈংগমিন্নৈ। তৌবতব্ অনী অসি অমত্তা ওইশিন্ন-খিনদি লৈতে।

পুন্সিনা অস্নম অস্নম হুইংরক্লবা মতাংদা কমল প্রকৃতিদা চণ্ডজরকই। পুন্সিগী চনৈনবা চনন্নবা মেশাদগী লানখোক্লবা পান্থেদি গুপ্নগী প্রকৃতি ওইরকই মচীন্না থোক্লা কহনা হাযরি,

ইমাগী তম্পাক্তা তূম্নগুম
তূগজগে নওগী তম্পাক্তা
শান্তিগী মশক ওইবা অমৃত
চুপচত্নুনা হিংজগে য়াইবী থরাই।

মহৌশানা নাউপুত্নন পোক্লকপা কবিগী থমোয়নি। প্রকৃতিনা কমলবু য়োক্লকই প্রকৃতিগী তম্পাক্তা ওন-থোইনা লৈজরকই, লেঞ্জরি। লোগশিল্লকপা মতাংদস্নু, কবিনা পামজৈ প্রকৃতিদা অত্নুম্মক লোইবা। চুম্না লোইবতা নত্তে কমলনা অপাম্বদি প্রকৃতিগী পোংলম মঙানা শাবা হকচাং অসমক প্রকৃতিদা তিনখিবা আসনি,

লিক্লাগুম থম্নাথক্তা পকপা
পুন্সিসি তয়াংতশোইবা
থমনা খেঞ্জোংনা ঙামথবা মতমদা
তিনজগে নওগী পুক্লিং পুথ্রীদা।

# মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেল

কমলগী মতমদগী ওসি ফাওবগী চহী ৬০—৭০ মুক্তী মতাং অসিদা মণিপুরী সাহিত্যনা চেন্থরক্লিবা ঈচেল অসি মফাং মফাংই। মনিপুরীগী তোপতোপ তানা লৈজরব পুযা পুদিননচিংবগী খুৎলাম্থোক অসি ময়াইচনবা যুগনা থেরকপগী অদুদা। শংলপ লেপখি অদুগা অনৌবা যুগকী মচলশিং হায়বদি—ড্রামা, উপন্যাস, রাবীমচা, কবিতা কাব্য, মহাকাব্য খণ্ডকাব্য রম্যরচনা অসিনচিংবা অসি হান্না মপুঙ ফাজরবা অতৈ লোনগী সাহিত্যশিংদা মপা হাইরপ হাইরপ লাক্রগা খংহৌ হৌরকখি। মরম অসিদগীনি অরিবা মনিপুরী সাহিত্যনা ময়াইচনবা সাহিত্যগী যুমফম তশেংনা। ওহরবস্তু মথাইচনব' যুগকী সা হত্যনদি অনৌবা মনিপুরী সাহিত্যগী মচাক থোইনা হুক্লিবা, অরি অনৌ অস্থক য়াম্না খেন্নরিবা।

লীলা, রাশী, উপন্যাস, শৈরেং অসিনচিংবা মচলশিংসি চহী খরা খরা খেন্নরবস্তু থোম্ নাওমু ওইনা তাঙ্কক অমত্তুদা তৌমিন্নরকই। নোংচুপ লোমগী মহৈ মশিং নীংগিনা ফংমিন্নবা, কমল চাউবা দরেন্দ্র, ইবুংহোহল নবদ্বীপ, মীনকেতন আসনচীংবা সাহিত্যকারশিং অমদি নোংচুপকী মহৈ মশিংগী মনম হাঙ্করপতমক কংবা অঙাংহনলনচীংবগী থুংইদা অনৌবা মচলশিং থংথোক থংথোক থোরকখিবনি যুগকী তাঙ্কক অসিদি আদর্শ—তমজনফমনা অথোইবনি হায়না লৌনবা মতাংনি। পুন্সিবু য়াম্নমক লুনা চান্না তৌজবা মীগা মীগগী মরাবু ময়েক শেংনা শেংনা

উৎনবা মতমনি। অতোপ্পগী সংস্কৃতি হকথেংনরুরগা মশাগীপোৎ অমদি সংস্কৃতি মচা থায়না য়েংবা অমদি নৈনবা হৌরকপা মতমনি। কমলগী মাধবীদা হুংশিবগী অয়েৌবী থাক অমদি থাদোকপা অমদি সেবাগী ভমজনফমগী মওং ময়েক শেংনা উৎলকপা মতাংদা চাউবনা মহাক্না য়াবেংশিং অমদি শৈরেংশিংদা মণিপুর অমদি মণিপুরীবু মশক খঙনবা তাকুবা লাক্লরকখি — হায়রি।

"কনাগী পোক্নফম লমদমদা সন্ধ্যার্তী খোঙেন্না মাইগৈ তরা শীনবগে। রাগম্ নপাম লমদম হুংশিবনা নপারী নখোয় ময়াম্ কাব্য কুঞ্জ তম্না থুজেং পালোইনাবরি।" (মৈতৈলোন) অমুকস্ শকলম্মী—

লায়রবী ইরোম্নি
খঙদবনা হায়বনি
মৈতৈ কবি লাকখিনি।

(মৈতৈ কবি)

পলহৌবা তাবা রাক্ষম অমনা কমলদগী শীতলজীৎ ফাওবগী অইবশিং অসি বৈষ্ণব সংস্কৃতিদা নাউয়োক নাউকোনখিবনা মখোয়গী থুৎইশিংদা সংস্কৃতি অসিগী মহুংহনজিনবা অথুপ্পা কয়াগী মঙাল উবা ফংই। ব্রজ সংস্কৃতিনা য়ুমফম ওইবা মচলশিংদতা নত্তনা থাংজীংগী লীলা মপুঙয়াইদা ফাওবা বিষ্ণু অমদি হরিগী মফম চাউনা লৈরে। তোপ্তোপ তাবা মগুননি হায়বা য়াই। সমাজগী হুংঙাইতবা পামদবা ফীবম য়েকপা থরা থরা হৌরকই। মওং অসি ১৯৬০ ফাওবা চথারি।

১৯৬০ গী মতুংদা সাহিত্যগী ঈচেনদা ঈরোঙ ফাংবা হেনগৎলকই। কবি অমদি অইবশিংনা সমাজ অমদি তাইবঙ লীচৎপু য়াম্না নক্না য়েংবা অমদি নৈনবা হৌরকই। লাপ্লপা য়েংবদা পুম্নম তানা ফজরম্হ নক্না হকথেংনরুবদা পামদবা ফজদবা মওং কয়া উরকই- য়েকপা হৌরকই। কবি চাউবনা মৈত্রবাকপু উরম্মী -

"হৈরাং লৈরাংনা থল্লবী ঋতু তরুক্না থোগল্লিবী

(মণিপুর সনা লৈবাকও')
রাখল চাউবা কবিগী
লাইনা থাবা মফমনি—" (মৈতৈ লৈবাক)

অসিগুম্বা মৈত্রবাক কবি নীলকান্ত য়ৌরকপনদি—

"কদোমদনো লম্বেনসিবু
চীংগা থুংকা মাল্লদবা
লমথুংগা লম্বেনগা শম্নদবা
কিদমগী মীশক্লা লুবা
হংলি নহাক্তি ইমা মৈতৈ লৈমা!"
(মনিপুর)

লীলাদসু অচু মডাই। অডাংহল, ইবুংডোহলনচিংবনা য়েকলম্বা সমাজ অমদি পুন্সিগা তোংব্রানচিংবনা যেকলকপা সমাজ অমদি পুন্সিগা য়াম্না খেন্নরকই। তোংব্রানা তাইবঙ লীচং অমদি সমাজগী মমায়এক্তুদা তৈল্লিবা হামুক অসি লক্লবা অমদি করেম্নবনা শাদোং ওইরগা উংলকই। থোইবী, বিনোদিনী অমদি নীলবীরগী রারীদা অমদি গুনগী উপন্যাস থরদা ভমজনফম থরদি হিংলি হায়ববু প্রকাশকী ইচেগী শম, কুঞ্জমোহন-গী চেনখিব্রবা ঈচেল গুণগী কিজঙ মরুমদা শ্রীবীরেনগী লৈচিল্লকী থাজনচীংবা রারী মচাশিংদদি তাংবঙ লীচংকী ভমজনফম অনা ফমশে-ন্নবগা মান্নখরে। মীগ মীগগী মবী ফীগা পৈবা হৌরক্লে। রনেন, ইবোহলনচিংবগী উপন্যাসতা, সমরেন্দ্র, শ্রীবীরেননচাংবগী শৈরেংদা তোং-ব্রাগী লীলাশিংদা ময়ামগী শক্তম মপুঙ মরৈ চপ চানা ফারক্লে। কলা অমা ওইবগী শাফবনি নত্রগদি মপুঙ মরৈ ফারকপসি মিপাইনীংঙাইনি মশানা মশাবু ফাওবা চিংনবা মতাংনি। অচুবু মযেক শেংনা উবগী মুংঙাইবা অমদি অচুম মরৈ— কলাগী রস মাঙবদি হৌনদে।

১৯৭০ গী মতুং অসিদা অমুক সাহিত্যগী মায়ওন্ন মফাং—মফাং-লকই। অনৌবা মখলগী সাহিত্যগী মচল বিধা খঙ্গা শীংথাবা য়ানা

চাওখৎলকই। রম্য রচনা (বেলে লেট্রা হায়না খঙনবা রারী মচা অমদি রারেংগী মরক্তা লৈবা মচল, অঙ্ক অমগী লীলা নত্তবা লীলা মচা হায়না খঙনবা অতেনবা মখলগী লীলা, লমকোয় রারী অমদি রেডিও লীলা অসি হুম-হুম চাউখৎলকপনা মতাং অস্বায়দা মপুঙ ফজনা ফারে হাযবা য়ারে নমথোক্নবা ঈশৈ ময়েক্তা লাইরিক খরস্তু মোংবা হৌরকই। সুর তাল লয়নচিংবনা ফোঙদোকপগী মরু-ওইবা পাম্বৈ ওইরবস্তু ঈশৈ মযেক শৈরেং অশেংবনি হায়দবা য়ারোই। মায়কৈ অসোমদা বীরমনি হৈস্নাম্বা, বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মা নচীংবা খবদংতনা খুৎ থাবা থেংনৈ। পুম্নিগী রারীগী লমদা অশাংবম মীনকেতন না নৌনা খুৎ থারি।

মতাং অস্বায়দনি মনিপুরী সাহিত্যদা চাংয়েংগী শক্তম অমা ঈহৌ-রকখিবা। লীলা অমদি লীল মশাদা তোংব্রা কাহ্নাইলাল রঞ্জন থিয়াম, খেত্রী সনাজাওবা নীলধবজ খমন য়ুম্নাম রাজেন অসিনচিংবনা হীরম অমদি উথোকপগী লমদা চাং য়েংলকই। পাচা, গুননচিংবনা উপন্যাসতা নৌহৌনা খুৎ থারকই। কবিতাদা সনরেন্দ্র, ইবোপিশকনচীংবনা অনৌবা থৌনা অমগা লোয়ননা চঙশিল্লকই। কুঞ্জমোহন, লমাবম বীরমনি খুমন্তেম প্রকাশ গুননচীংবনা রারীমচাদা কন্না ফুক্কৎলকই।

মতাং অস্বাইদগীনা ৮০ গী মতুং অসিদা সাহিত্যনা সমাজ অমদি পুম্নিবু থৈয়ায়ন্নরপ য়েংবঙুম হৌরকই চনম্নবা চনৈখনৈবা চরাং খোই-রাংনবা শেংদবা লীচৎ কয়াগীময়োক্তা রাকৎ কয়া মথং মথং লান্মো-রক্লি। পেন্দবা খোয়রাঙ খোযশাউনবগী সুর অমা অপাননা অমদি নাশোন্দা খোম্থাং য়ৈরক্লি। মতমগী মুংশিং হায়বতুনি। মতমনা লেপ্পা মায়কৈদা সাহিত্যস্তু ওনবা তাবনি। লুরিবা অমনা ওল্লিবা মায়ওন অসিনা লাকদবা সমাজ অমবু কয়া য়াম্না লমজীংবা ওমগদগে হায়ব-সিনি। পেনজদবা অমনা মনিপুরীদা কবয়িত্রী অমদি অইবী য়াম্নমক ফাঙনা থোক্লি। অহল্লোন অনী মরীদং অসিগী মথক্তা নহারোল খরদি

খোরকপ্তা উই মখোয়গী কলমদা থম্মোয়গী ঈথৌ, মৈশা, মৈচাক ঈতৌরি সাহিত্যদা খুদোললি। সাহিত্য নৈনবগী বিধা অসিমা য়াম্মক কৌনা থোক্লি। লৈরিবা থবা অসিন্থু মশক তাকপতনা মরু ওইবা ওইনা তৌরি। মতম্মবুদি পুরক্কনি মতমগী খোঙম্মাঙ য়েংবা হায়বত্থনি।

—

ইম্ফাল/১৯৮৬

# তোংব্রাগী দ্রামাদা নৈনরিবা সমস্যাশিং

লীলা মপুম, লীলামচা, তাঙ্কক অমগী লীলা, শুমাং লীলা, খোঞ্জেল লীলা ( রেডিও প্লে ), মমী লীলা ( সিনেমা )—পূম্নমক অসিদা খূৎ থারিবা, হৌজিক ফাওবদা লেপ্লগী বা নৈত্রিবা, লীলা-মীওই জিঃ সিঃ তোংব্রা মশামক অসি লীলা ওহৌরবনি। লীলাদ লীলামক ওহৌরবানি। কুম্মৈনিবু হায়রবদি ( থিয়েটরবুনি ) শোয়দনমক চঙলবা মীওইনি। থিয়েটর পূম্নমক্তা হায়বদি ফোক থিয়েটর, প্রোসিদিয়ম থিয়েটর লোয়ননা ইলেক্ট্রোনিক থিয়েটর ( হায়জরিবসি রেডিও প্লে, সিনেমা টিঃ ভিঃ প্লেনচিংবা ইলেক্ট্রিক্কী মচলশিংদা য়ুমফম ওইবশিংবুনি) অমদি লম্বী লালানাচংবগী ( স্ত্রিত শোগুম্বা ) থিয়েটরদা লেপ্লা নৈতনা ময়েক নৈপেশিনবিরকপনা হৌজিক ফাওবদা লীলাগী পোথোক অসি চাউরাক্লা ১২৫ শুম্বা ঐখোয়গী মাঙদা লৈরে। মসিগী মমুংদা ওজানা নহা ওইরিঙ্দা অহৌবা ওইন খূৎ থারকপা মতাংদা ইর-ইরগা নহা মথাম পূনশিল্লগা শান্নখিবা থরদি থাক্রব্রবনি। ওজা ইশানা মতম অহুরাহদদি নোংমা নানীগা মনুংদা লীলা মপূম অমগা ইথোকখি হায়না তাকপিখি। য়াম্না য়াম্মবা লীলানি। লীলা নৈনবা হায়বদি সাহিত্য নৈনবা কাঙবুদা ওম্থোক্লা লূম্মবা পোৎলুম অমা ওইরকপা য়ারবনি। নৈনবা সাহিত্যদা ঈকং থেংনগনবা মৈত্রবাক্কদি অম্বাবা অমা ওইদৌরবনি।

ওজা তোংব্রা মতমগী সমাজ অসিগী অতা-অতাবী-মীংয়েং (রিয়েলিজম ) য়ুক লাউনীদা য়াওবা সমাজগী পুক্নিদা লূপ্নবা অইবনি।

মতম মতমগী পুন্সিবু মীৎ অনীমক পাঙথোক্লুনা য়েংবা মীওইনি। খুৎ হেক থারকপদদি লাইবক্তা পানবা অহুমগুবা মীৎনা য়েংলকপা নৈনবা মীওই (ক্রিটিক) ওইরকই; কাঙলুপশিংগী পুন্সিশিং নৈনরকই। পাকশন্না লৈরিবা সমস্যা অসি য়ামল্লে। থেংনজরুবা থরা ঃ—

ইমুং অমদি লৈকাইগী ঃ ইমুং অমসি সমাজগী কায়াৎ অমনি লোয়ননা সমাজ মচা অমনি। তোঙান তোঙানবা মাল্লদবা মীওই ঙাক্তা লৈবা অমত্তগী ওইবা মফমনি। চহীগী ওইবা থেম্নবত্তা নত্তে সংস্কৃতিগী ওইবা খেন্নবা কযাস্থু। মপা মমা, মপা-মচা, মচল-মচে, নিঙোন-ঙী, নিঙোন মরা, মশেন, পূম্নাক মশা মশাগী মীওং (পার্সোনেলিটি) পুথুনা মাগী মাগী লম্বেনদ খুবিৎ লেহুনা লৈনৈ। খুদিংমক গ্রন্থ অমমমনি। য়াম্না কুংনা লৈনবা লম্বেননিনা অমগা অমগা থেংগায়নগল্লি। হান্নগী সংস্কৃতি অমদি মীওং ওহারবা নিঙোনগা মমাগগী মরক্তা অনৌবা ওইরিবা মমৌ অমা লাকপদা থোঙচংকা মওং ওন্নরকই। থোংরাগী 'মনি মমৌ' দা গ্রন্থ অমমম ওহারবা ইমুংগী মীওই ময়াম কেংনরকপগী লীলা মথং মথং উৎলকপনি। মমা, মচন, মনাও অমদি হুকপান্নরিবা সুপীগী চিংথায়নবা মরক্ত নায়ক ওহরিবা মনিরতন দরবার মেম্বর নোংলৈ সুংশংতা লৈবা সুংশিংমপাগুম লৈাথ। লৈবাক্তী রায়েন মপু ওহরিবা মেম্বরনা মাগী হেক ওবা মীওইশংদা রায়েনবা ঙমদে। ঙসিগু ঙম্নদ্র। ঙসিগী মালেম আসদা লেন্নিবা চঙ চঙ লাউনা হিংলিবা সমাজনি। পূম্না লৈামন্নবা ইমুং ওন্দা মথল কয়াগী ওইবা সমস্যাশিং 'তাইবঙজাম্বগী ইমুং' 'চান্নবা কাযনবা,' 'লমজা পরশুরাম,' ইমুংগী ইজ্জৎ' 'উপুবাক্সী' 'ইমামচা' অসিংশিংবদা উৎলি। সমাজগী পুন্সিগী হৌফম ওহরিবা, স্বর্গ ওইগদবা ইমুদা মকোক ওইরিবা অহল-লমননা মানা থোকপা তৌহুনা মহি লাঙংল্লবদ 'ঐবু কনানা শেম্বনো' একাঙ্কীগী থোইগুগুম্না নাকয়েৎপুম্ন মশাবুম্ন মাঙহল্লকই। অহবা তোংব্রানা মাক্যপবানি।

ইমুংগী মতুংদা লৈকাই সাকই ; লৈকাইনা মাইগৈ অমগী কান্নাংলি। মাইগৈ ময়াম পুল্লগা লৈবাক ওইরকপনি। লৈকাই হায়বসিদগী সমাজ হৌরবনি। থোইনা চাউবা নত্তবা মরম অমদগী য়ুমদাইনবা মশেল থংনগল্লি, থংনবা লৈকাই য়েংথিনগল্লি (থংনবা লৈবাকসু) 'হিংমিন্নব'দা অইবনা করিস্থ লৈত্তবা মরম অমদগী থংনবা লৈকাই অনী য়েংথিনবগী থৌদোক-রাথোক পরীং অমা উংলি। ঈংখেও হাধনবা অমদি হাংন স্থনবা নত্তনা কান্নবা করিস্থ লৈত্তে। সমাজ অমা লৈবাক অমা থুনাও চাওশিনহনগে হায়রবদি লৈকাই মশেন চান্নবা লৈমিন্নবা তায়। মুংশি-নবনা অমত্তা ভায়রবা উপাই ওইগনি। 'হিংমিন্নব'গী পাউজেলনি।

সমাজ : ওজা তোং'ব্রাদি সমাজদতা মায়পুননবা অইবনি। অত্তা-অত্তাবী হায়বদি য়ৎার্থদ মায ওনশিনবা লীলা মীওইনি। সমাজবু য়ান্না কুপ্পা শেন্নজবা সাহিত্যকারনি। সমাজবু অফবা তীনজও-কায়জওদবা থেন অমা ওইহনীংবগী অপাম্বা লৈ ১সিদা অপনবা ওইরিবা সমস্যাদি মশাগী শিনদা পুকচেল শেংদবা, হেন্ন ওইজবা পাম্বা, শেনজা-থুমজা রাচং-রানোম থবক শুনীংদবা অমদি নেশা-- মথল কয়াগী নেশা মরুওইনা ড্রগ, হায়রিবশিংসি মতম মতমগী সাহিত্যদা ময়ামগী ওইনা পাক শন্না লৈরকপা সমস্যা ভাক্তনি। সমস্যা ময়ামসিগী মরম, মসিগী পামদবা ফলশিং শন্দোক শন্দোক্লা নৈনৈ। মতাং থরদা সমস্যাশিং কোক্লবা পাম্বৈগী পোমিংসু উংলম্মী।

নাংকী (সংস্কৃতিক): মৈত্রবাক অসি নাং কয়াগী পুনফম ওইনা লৈরি। লাইনীং লম্বী (ধর্ম), ঝিজেং চাকচা, কুমৈ-ঝিয়োং, লৌচং-শাজং, চংনবী থাজনবী, রাথোক্লোনগী শক্তম পুন্নমক অসিদা মচু ইশেং শেংদবা ইয়ান য়ানশিন্নবা ইতোং তোংশিন্নবগী মওং অমা লৈরি। চংনবী অমা লৈরিবসি চাওখংপগী মায়কৈদা চেন্থবগী মহুংত্তা মত্তম মফমগা চান্নরক্কবা ওইনা থোক্লক্লি। মশক খণ্ডদবা পোংলুম ওইনা

থোক্কনবা থাজরে। মসমস্যাশি। ওন্নজবা কংকবা শোয়াংবা চংনবী কাঙ্গী খাজবদা নমহুনা পোৎলুম থোনগতুনা চাদিং তৌরকপা তারবা নত্রপা লৈজবা অঙতা মওংদা উনগদবা লুহোংবদা কা হেন্না খরচ তৌরক্কনা অমাবা মায়োক্তবা ভাররকপদি ময়াম্না ওইনা লৈরকপা সমস্যানি। মতমগী চায়নবা ওন্থোকপা য়াদে লীলা ইবগী কয়বা লায়খায়নি। তোঙদোকশিরি—

"ইথৌ তৌরগা মীগী কাম্নগদৌবা লৈরবদি চংনবী ককী নীতি ধর্ম বেদ বিধি পূরমক অসিনা মীগী মাঙনবা মরম ওইরক্কবদি মতম অহুদা, মফম অহুদা মখোয়সি থাদোক্কনা মী কয়বা তৌগদবনি য়াতো'খ্বা।" ( হিংমিয়নবা )

থাজবা লাই অমদা হৈকং লৈকং তম্বা চুমদবা নত্তে; হেন্না কবা য়ানি। মশাদস্তু অতৈদস্তু কাম্নবনি। লুরিবা অমনা এনা থাজবা ঈশ্বর অমদা কংপদা এনা সুকখণ্ড খণ্ডদবা লোন অমদা হায়রগা হৈকং লৈকং তম্নরি। লাইগীদি লাই ওইখ্রে। কংচরিবা এদি ভাব তানা খণ্ডনা অখণ্ডবা লোন্দাদা হায়জফম থোকই। ওজা তোংত্রানা কংপা তর্পননি—

"ওঁ ম্মা ব্রহ্মা ভুবন লোকা.... শান্তনু পুত্র ভীষমবীর অভিমান্যু মহাত্মা গান্ধী, সরদার পতেল, পোইরৈ মৈতৈগী পাল্লো পাউনা. .... লাইভিল পুম্বা তৃপ্যান্তু, আপ লোগ সব বাই মাই হম্বল ওকরিও, থেঙ্কইউ ওল।' ( চায়নবা খাইনবা )

অইবনা মপ্লাওদা তাপ পায়হুনা হায়বা য়ানি—

"শেক্লেং—শ্রীরাম খ্বায়না তৌনৈ চায়হুনবু ধর্ম-কর্মগী মিংদা খা অহুম চানবা ফৌ খিন্দবা এনা লৌ ভিঙ্গোল বন্ধক থম্নগা শ্রাদ্ধ, সম্বৎসর কাং পালিগী উৎসব কংকত্রাও; নাম সংকীর্তনদা ফুরিং ফৈজোম থাদোক্কত্রাও।" ( উপু বাম্নী )

কাগীদা কুন্দগা হায়বা য়ানি—লাইনীং লীচৎ মক্সে হোংবোকপা করে। অহোংবা পামজবা অইবনি। চংনবী কহীদা মীৎ উইশিনবদগী সমস্যা কয়া লাকই। ওহোকপা চুম্মে। 'তুংশি লমদম কৈদনো' 'সনাখৈ তুখরে লৈবাক্কে' 'য়াওশঙ খাহং অহুম' 'মনি থিবা' 'তর্পন ঋংসব' অসিমচিংবা লীলাশিংদা নাৎকী য়াফম কয়া লৈনরি। ওহোকবা পোথিস্থ থিরি।

লৈঙাকলোমগী :—লৈঙাকলোনগী য়াকমবু ন্থংদা কাওরকপা ইহুল অমগা লোয়নমা কোঙদোকপসি সাহিত্যশিংদা তাঙলপ থোকই। লৈবাক অমদি মীয়ামবু হায়বদি সমাজবু লেঙহল্লিবসিদি লৈঙাক্লোমগী পোরমদনি। সমাজদনি। সমাজবু কৃপা শেমরিবা তোংব্রাদা মুংকাউনবা ইহুল (চেতনা) অসি খয়া কোয়া থোকলকপা হায়বদি ১৯৬০ অস্বায়দগী থোকলকপা লীলাশিংদগী ময়েক শেংনা উরকই। মসিগী মমাঙদা ইহুল অসি য়াওয়মদবা নত্তে। অহুবু সমস্যা ওইনা পুথৎলকখিদে। লৈঙাকলোনগী থেংথাং কয়া মথং মথং উবদি হৌবদগী অত্থম য়াওখ্রবনি। 'মনি মমৌ'নচিংবদা ব্রিটিশ মণিপুরদা দরবারনা লৈঙাক্লিবগী নাক-য়েং থেংনরে। 'লৈবাকহৌবা' (আন্দোলন) নচিংবদা আইনসভা তানবগী অচৌবা ঈগো লাকলে। (লৈবাকহৌবা লীলা অসি ৯৬০ দা অনীয়ক্তং শায়রবা মতুংদা মতমতুগী সরকারনা থিংথিবনি) অস্থায়দগী সমস্য য়েকপা চপ চানা হৌরবনি। ভারত মণিপুরদা আইন সভা লৈখ্রে। মতুংদা গনতন্ত্রগী চপ চারবা লৈবাক অমা ওইনা লৈরয়ে। গনতন্ত্রগী মশক অসি হেক লাকপদগীদি ঙক্কা তোংব্রাগী লীলাদা লৈঙাকলোমগী চেতনা (কোনসসনেস) অসি চাউরবা লাক্লেংবা লুয়বা সমস্যা ওইনা ফাওরাক্লে। ১৯৭০ শিং .৯৮০ শিং অমদি ১৯৯০ শিংদা থোকলকপা মরূ মরূ ওইবা অহকপা লীলাশিংদদি গনতন্ত্র অসি অপা-অপাননা লৈনরক্লে; অশোইবা অহোবা কয়া পরেং লেংহুনা

পুখোরক্লে। সুংঙাইতবা পেন্দবা অমদি মসিদগী ওইরকপা য়াবা কীবম কয়ামুক উবা হৌরক্লে। হৌজিকসু কয়া উবিরি। লৈঙাকলোনগী রাখলনা মরু ওইবা লীলা নত্তবা ফাওবদা নাকোয় নাকোয়ননা গনতন্ত্রবু মতাং মতাংগী ওইনা খজিক্তংদা ওইরবসু নৈনরম্বা তোয়না য়াওরকই। "কলিদ ভীমনা মন্ত্রী'দা মহাভারতকী নাক-য়েংতা ফাওবা গনতন্ত্রগী নাক-য়েং উনবা লাক্লে—

"কৃষ্ণ: ( ওহাক মরু লুক্কুনা রাখল তৌরম্বদগী ) লৈবাকী মচুং শিনবা মযাম ওসি তিন্নচুনা লৈবাকী সুঙাইনবা আইন শেম্বা সভা অসিদা দাদা মহারাজনা ঐবু সভাপতি হাপ্লীবদগী ঐসু ওইবদি হৌজরুয়ে। অচুম্বা ওসি লম্বীদা প্রজা খরনা ওাংনবা তাবদগী ঐ সভা-পতিসি তোকচনিংই। অতোপ্পা অমা খনবিনবা নিংশিংজবি।

গনতন্ত্রগী লৈঙাকালোনবু অপাননা নত্রগসু নাকোয়ননা নৈনবা লীলাশিংগী মনুংদা য়াম্না মরু ওইরশিংনি—সনাখৈ চুপ্রে লৈবাক্তে, চেম্বনী খুজাই, প্রজাগী খুদোন, যম্নাও-খাময়, ককথুবা কোকযাম, মনি খিবা মুসী' অধিকার, অবা'বা অমসুং চীদেকপা, অনী খোকু' চিংখাযরে ( লৈবাক তৌবা কাক্তিনথুবা মতুংদা ইবা ) অসিনচিংবা। অসিগী মনুংদা ইকুই কুইত্রিবা মতমদা পুখোরকপা কাযন শেলোই লীলা মরী হায়বদি সনাখৈ চুপ্রে লৈবাক্তে, ককথুবা কোকযাম, প্রজাগী খুদোন যম্নাও খায়োই অমদি মুসী' অধিকার অসিদি তশেংনমক পোলিটিকেল টেট্রা-লোজীমক্তি। টেট্রালোজী অসিদা মতম অসিদা লৈরিবা লৈবাকসিগী ডিমো-ক্রেসী অসি কুপ্পা নৈনরি। সদস্যানা য়ুমফম ওইবা মনৈননি। ওজানা পাক শন্না মযুম তানা অমদি মচা খায়না নৈনরিবা গনতন্ত্রগী রাফম অসি য়াম্না সুপচিন্না অওয়া থমজনীংই:—

১ | গনতন্ত্র অসিমক্তি য়ায়া ফজবা অকবা লৈঙাক্লোননি তৌবদু লৈবাক অসিগী পরুল্লে।

২ | গনতন্ত্রদি ভাব ফজনা তারবা প্রজাগীনি।

৩ | থাগৎলিবা কান্নিবা মীহুৎ মতিক চাজে মবুকচেন শেংলে; লৈবাক অমদি প্রজাগী সেবা তৌরে; মশাগী ওইজবা তানহুনা লৈরে।

৪ | গনতন্ত্রগী মায়থন মরুমদা নিংথৌ লৈঙাক ( মোনার্কী ) য়োক্লুনা লৈরে। নহানরাইদি নিংথৌ অমত্তা ওইরম্বনিনা শাকরম্বী গনতন্ত্রদদি নিংথৌ ময়াম ময়াম শোংগৎলক্লে।

৫ | প্রজা পেল্লক্রে; লৈনবা যুম, শেংনবা, কি হুরুবা চাক ফাওবা নিবগী মওংদা লৈরে।

৬ | নীংবা থুংদবগী চাং অসি অমুম অমুম হেন্নগৎলক্লবদি য়কলাউবী ( ক্রাইসিস ) য়ৌরকপদা লালহৌ লাকপা শোয়রে।

লালহৌ, অওনবা নত্রগা লান—অসিনা ওজা ,তাংত্রামা মুংশা থীজরিবা। তৌবগীদি মতম মওমগা চাম্নবা অওনবা পামজবা অইবনি। শাস্তিনা পুরকপা অওনবদি খোয়থুম্নগনি। নৎখিদহুনা লালহৌ অমনা পুরকখিবা তারগদি অওনবা অহু কলিংগগী অতোপ্পা পুমচৌক অমা ওল্লকপা য়াই। কলিংগ মায়োক্নববা চেঙনি থুজাই'গী অরা পোলোহনা তেংথায়—"(হামেংপাঃ— ) অহল অমা ওইনা ঐদি থাম্বানদো অওাংশা হিংসা তৌম্নু লাল হৌন্নু, আন্দোলন তৌরবম্নু অহিংসাগী পাম্বৈনা সত্যাগ্রহ ওইনা তৌ হায়জবনিকো ঐদি। নখোয় নহা মখৈদি ঈ শাৱবনিনা গনতন্ত্রগী কাগীহু থাওবা শুমদহুনা—অরাম খৌরাংবনা হাকমন্দুনা শাওবদগী লান্দ নথরাই থারে, অথৌবশিংগী লন্দৗহু নখোয় অওম্বমথৈ চৎত্রেদো। পাওদবা অহল ঐখোয়দি নতুংইনবম্নু শুমহৌদ রানা থাওলেকো নোয়োক্তা। পাম্মুইদা! কল্লকইদা।" ওইরকপা য়াবা ফজগী রাবিবনি অইবনা। লৈঙাক্লোন্দা লৈবা সমস্যানি।

মহৈ-মশিংগী ( ইণ্ডুকেশনেল ): মী. ইমুং, লৈকাই সমাজ অমদি লৈবাক অমগী শক্তম শেমগৎপা লৈপ্পা অমদি মমায় চুম্বা মহৈমশিং অসি ভণ্ডায়ক্নমক চঙলবা পাম্বৈ অমনি। পাম্বৈ অসি শোইনাইরে লোয়ননা শেবাংলে। অইবা, লৈবাক্কী ওজা তোংবাগী ৱাকৎনি। চাউরবা সমস্যানি। সমস্যা অসি পুথৎপা লীলাশিংনি—মপা শাবা, থোংজোমদা লম-চাক. ভাকুমচাগী স্কুল, অনীথোক্না চিংথায়রে থমোই, মেত্রিক পাশ অসিনচিংবা। ছাত্রনা লাইরিক তমদ্রে, ওজানা তম্বিদ্রে; পানীংদ্রে তম্বীনীংদ্রে। অদুবু মহৈশঙদি মনম মনম লিংথৎলি; ছাত্রগী থোইনা খম্নবা পোং নত্তে; ওজা তোংবানা ৱাজবদি—

"স্কুলনি হায়দুনা অঙাংগী য়েংদ্রে ওজাগী তোলোব য়েংদুনা লিংথৎনরে। লৈবাক অসি কদোম থোক্কোরিবনো খঙদ্রে।" (মপা শাবা)

পঙতম মতম্মি তম্বীবসু পঙতম মতম্বী। অদুবু তমবা অসুম হেনগৎলকলি—ওজাসু ছাত্রসু। চাউরবা মরম লৈ, কয়ামুকসু লৈরি। অমথক্তি—'মপা শাবা'দা পনবিরি—

"মক্নুওইনা অয়াম্বা অঙাংনা লাইরিক্তা তনবা পোকইবসি মথোয়দগী দোষ নত্তে। লাইরিক তম্বসি স্কুলনা, গোভমেণ্টনা, ঐখোয় মমা-মপানা মুংঙাইনবা হৈনীংনবা লম্বী শেম্বীগদবনি।" মহৈরোয়বু মীয়ায়রে হায়বদি চাইলদ সেণ্টরড ওইদ্রে হায়বনি। অমনা, তম্বীগদৌরিবা হীরম হায়বদি সেলেবস শোয়রে; ওজাগী চাউরবা লেঙদ্রবা ৱাখলনি—

"খঙবদা কান্নবা ৱা তম্বীগনি—অয়েম্বদা চিনকা পঙপুদ পুহনবদি অহলসু তনগনি। পুস্তিদা তশেংনা কান্নগদৌবা হীরম মতম মতমগী মতুংইন্না হোংদুনা তম্বিকম থোকই। চৈনা ফুদুনা দস্তিনা হৈহনবদি ওইথোক্কবা ৱানি। মশানা হৈজরগে হায়রগা হৈগদৌবনি।" (মপা শাবা)

অসুম্না সমাজগী. হায়বদি পুন্সিগী য়েংদুনা মহৈরোয়. ওজা. হীরম অমদি মপা মমা হায়রিবা কাচিন মরি অসি থোং ৱাজনা পুথকলকপদা

মহৈমশিংগী অশাম্বা শান্দম কংবা ওয়ুগদি হায়বগী থাজবা ওজাশী লীলাশিংদা উই। ওজা তোংত্রাদি সমস্যাগী কোক্লবা উপাইদু লিগন্নি।

**লীলা হায়বন্নি সাহিত্যগী :**

লীলাদা হায়বদি সাহিত্যদা সাহিত্য মশাগী সমস্যা পুথোক্লনা নৈনবসি সাহিত্য তাইবঙদা থন্না তাঙনা থোকই—তোঙাম্না নৈনবা সাহিত্যনা রাকম অমনি। ওজা তোংত্রা নহা ওইদ ওইন্নিডৈদগী হৌনা সাহিত্যগী মীওই ওইরকপনি। অনৌবা সাহিত্যগী হায়বদি লীলাগী লম অসি ময়েক শেংনা মতম কুইনদগী শম্নরকই মশক থুঙলকই। লীলা হায়বসি সমাজদা য়াম্না কান্নবা কন্না অমনি হায়বা তত্তনা পল্লি। লীলা য়াওবীবু ওহোকপা মীৎয়েং অমদা য়েংবগী ময়ামগী লীচংপু শেংদোক্লবা তোয়না লাক্লে। লীলাগী মকাম্নগী মতাংদা ওজা তোংত্রাগী অশম্বা মমল য়াম্মবা লাইখায়নি—

"অফবা অচুম্বা লীলা উৎপনা অয়েংবা ভাবোক্তী মথৌ শঙবদি শঙগদবনি ইমা। নমথাক অমস্তুং লৌনমগী পাউজেলনা নোং পুবা লৈচিন ওইদুনা অভিয়া পুখম মল্লবা মতমদা অচুম্বনা মরক মরক্তা নোংথাং কুপ্পা ফত্তবা নত্তে ইমা।" (অনীথোক্পা চিংথাইরে থমোই)

কান্নরবা লীলা অমবু সাহিত্যবু মুম্না ভাব তান্নদনা আলোচনা তৌবা ওজা য়ানীংদে; পনবিরি—

"ভাব মুম্না তাদনা পাক পাক ক্রিটিসাইজ তৌবা লাইরিকী মরাল তাক পীশিনবা অশিংবা ভাবোকী মত্তিক ওক্তে।" (অনী থোক্পা...)

কান্নরবা লীলা অসিগী ময়াক অসি মতম অসিদা য়াম্না হনথরে; সাহিত্য অসি মশা ওমদরে কমশেন্নদুনা লৈরে হায়বসি অইবগী 'রাজকুমারী শোল্লিবী'দা য়াম্না কন্না হায়রি। তম্না হম্না শাফু পীদুনা লাক্লবা শৃংগার, বীর অসিনচিংবনা মতমগী অয়েংবা সমাজদা অনৌবা ঈনোং

পীহনা ফুকৎহনবা য়াবা থোক্কে। নাট্যশাস্ত্রগী ভরত মুনি মীৎয়েঙ্গনবা অচুম্বা অমদি কজববা যুমকম ওইবা লীলাগী মশক অসি মতম অসিদা চয়া চয়ারে হায়না থাজরে। ভরতকী মথমোয়দা লৈখিবা লীলা নত্রগা সাহিত্যগী শক্তম অমু শঙ শঙনা পুখোকপা ঙমদবা সাহিত্য ওইনা তৌরে। লীলাগী কীবমগী মতাংদা ওজা তোংব্রানা ফোঙদোক্লি—

"ঐস্মু ভরত মুনি অশেংবা নত্তে, অশাবনি। ঐনা হৈত্তবদগী লীলা মুংঙাইত্তবনি।"

*            *            *            *            *

"এক্টর এক্ট্রেস ঐখোয়গী দোষস্থ য়ায়া লৈ, মত্তিক চানা উৎপা ঙমগদবনি, হৈত্তবনি। কয়া তয়া তায়. মীয়াম ভিনবা খৈদেন্দা হোটেলদা লম্বীদা যুম যুমদা—জললদা জেলদা মীনা করম্ব' ঙাংবগে থবক তৌবগে য়েংবা তাবনি।" ( রাজকুমার শোল্লিবী )

লীলা ইবা ওজা তোংব্রাগী হৌরমদি সমাজনি। সমাজদা থেংনরিবা অচৌ অচৌবা সমস্যা ময়ামদা পুক্লিং থিংজিল্লি। যুথার্থগী মীৎয়েংদা য়েংলগা সমস্যা ময়ামসি উৎনবা সাধনা তৌরকই, কয়া চথরি; চাউ-থোইবা মহাক্লা কুবিরিবা মখৈদি চত্থখিগনি।

ইম্ফাল ১৯৯৫

## হৌজিক্কী মণিপুরী থিয়েটরদা অনৌবা চাংয়েং স্ক্রিপ্ত (ময়েক)

হৌজিক্কী মনিপুরী চায়েং লীলানা থরায় হকচাংমক য়াওনা খোয়গুওনা মকত্থিমক হেক হৌনা হোৎনরিবসি হান্নগী চৎনবী লীলা (traditional) অসি থুগায়বনি। থুগায়নবা লাক্লরকপগী মরম কয়ামুক লৈরম্বা য়াই—অনৌবা মওং চুম্না পামজবা। হান্নগীদুনা কোওদোকপা ওমদে খল্লকপা হান্নগীদু লেকথোরকপা মওংগী পান্থ ওইরকই হায়না খনবা হান্নগী থিল্লম্মীবা উরোং অদু য়ৌব। অমদি হেনবা ওম্মরোই খনবা... অসিনচিংবা। চাউরবা মরম অমদি হান্নগী অদুদা পেল্লক্লবনি; পেনবা ওম্মক্লবা। করিগী পেল্লক্লবনো? তাইবঙ লীচৎকী ইহৎলগী রানি; পাউথুম থিনবা লাক্লবস্ত কান্নগনি। (মতাংসিদদি থিজত্রে)

চৎনবীদগী থৈদোরক্লবা লীলানা চাউরাক্লা ১৯৭০ গী অসিরায়দগী, হীরম (theme) অমদি খুলাম্থোক হায়বদি উৎপগী মতাংদা অচুম্বা থিনবা লাক্লরি। লীলা মপুম অসিগী তত্থায় অনীথক্তনি—হীরম অমদি খুৎলাম্থোক (Presentation)

হীরমদা থিরিবা অচুম্বা

লীলা থৌমী (রঙ্গকর্মী) না কলম হেক পায়রকপদা কোওদোকপা পাম্মকইবা রাকমসি যথার্থগী য়ুমকমদা হকথেংনরকপা লনাই অমদি অপুনবগী পুন্সি অসিনি। মনিপুরীনা মতমসিদা হকথেংনরিবা পুন্সি অসি মীৎয়েং কয়ামরমদগী পাম্না থোক্লবা, মুংঙাইতবা অমদি পেন্দবা মপান অমদি মন্নুংগী (physical and mental) থৌদোক রাখোক অছুন্নি। চক অসিগী পুন্সি অসি এখাক্তা মরী শামজিল্লকখে। চং কংনা

কীর্ত্তনগুরবা, লায়েং লৈয়রোইদবা লায়নাশিংনা পশ-পুমথহনগুরবা পুমশি শিরবা হায়বত্নমক্তি ওইত্রি । ময়ুংশিবা মিহুংশি ( কাহ্নাইলালদা ) থাজবা (পি, শামুদা) অচুম্বা (ক্ষেত্রী সনাজাউবা অমদি নীলধ্বজ খুমনদা ) খরা খরদা ওইরবস্তু হিংলি । তোংব্রা অমদি এ,সময়েন্দ্রদা মণিপুরী সমাজ অসি লায়েংবো য়ারি । মসিগী অনম্বা মতাংদা নাবোয়ননা থরদি শাফরি হায়বা য়াবগী মওং লৈবা ওইনা তৌই । অদুবু কাহ্নাইলাল, শ্রীবীরেন কামিনী রাই রাজেন্দ্র, ব্রজচান্দ খুম্রাকপমনচিংবদদি মণিপুরী পুন্সি অসি শেমদোক শাদোক্তব, ইয়ামক য়াম্রবা মথোঙ মরম ইখঙ খঙদনা হিংলিবা অমা ওইররে । কমজনকমগী মফম ইবৈমক লৈখিদরে । ধর্মগুরু ঈশ্বরগুরুসি লৈরক্তবদৌনা লৈবমক তারগনা হিংচা য়াইতম্বদৌনা তৌশিল্লক্লে । মীগ মীগগী থোং-নৌরম্বা মরী অসি মপাম্বোংদদি মপোপ ইকায় কায়দবা মাল্লবস্তু মনু'দদি হিংবগী য়থার্থ ময়ামগী চেফু চৈথেং কয়াদগী মুঙগুম য়োংকুম কনশীনখরে । তাইবঙ লীচৎ মপানগা মন্নুংগা য়ান্নরক্তরে পুন্সিগী মমল অপুম অপুন হন্দ্ররক্লে । অইবশিংনা পুন্সিবু মপান্দগী য়েংবগী মহুত্তা মনুংলোমদগী আ-মনুংদগী য়েংবা হৌরকপনি; মপুম ওইনা লাপ্লগা যেংলম্বদু পেল্লক্তবদগী নকশিন্না হক-থেংনরগা থাঙ থা থাদুনা পরীক্ষা তৌবগী লৈথোন অমা চঙবা মতমগী লীলা ময়েক্সি ।

রাজনীতি, অর্থনীতি ধর্মনীত সমাজ-নীতিনচৌংবা কাঙচোন ময়াম অসীগী লমদাংদা অকুৎপদত্তা শেপ্পবা অনেম্বা অমদি ময়ায় ওইবা থাকী মীওইশিংগী রাকৎ কয়া অমা অনৌবা চায়েং লীলাগী ময়েক্তা য়াওরি । শ্রীবীরেননা ইতন তন্নরবা হিংদবা য়াদবগী হিংবগ্রোমন্না হাপোই হাপোইরবা পুন্সি মরেলগীদমক রাকৎলি । কাহ্নাইলালনা নেৎথ-নমথবিরবা মমু ইশৎ শত্তোকপিগ্রবা তোম্বনা হিংলবা পুন্সি অমগীমদক খোয়াশাউননা রাকৎলি; যুম্নাম রাজেন্দ্র, ধারেম্মা নব, কামীনি,যোগেন্দ্র পব্যা রনবীর মঙাংনচিংবনা অওইবা অচুম্বা অশেংবা ইফং-ফংদবা

লেনবা তারক্লবা পুন্সি অমগীদমক য়াকংলি। এ, তোমচৌনা পুন্সি অসিস্থু মমল থোইনা লৈতবা ঙাইহাক্কী অচম্বা পরাউ মচা অমত্তং ওইনা লৌবগী য়াকং লানখংলি। মপানগা মন্নুংগা স্থুন চানৌ ইয়া য়ুন্নবা পুন্সিগী মওং অইবা কয়াগী ময়েক্ত। অহুম থেংনরি। য়থার্থদা অতোপ্পা য়থার্থ অমা থিনীংবগী অপাম্বা লৈবগী মওংনি।

মপান্দা উরিবা পুন্সিগী শক্তম অসংগী মন্নুংদা আ-মথাদা, কীজও ময়োল ময়োল হায়দোক্লগা লৈরম্বা য়াবা শক্তমশিং অহুবু হন হন্দুনা থিজিনবগী মশক অমনা মক ওইথিবনিনা, ফাওবক্লিবা ইন্থুন অহু লাম্থোকপনা মপুঙ ওইথিবনা মতম্‌সিগী ময়েকশিং অসি য়ারী য়াওদবা প্লোট য়াওদবা লমচং য়াওদবা অকক্লবা নাক-যেং য়াওনদবা ওইনা তৌরে। মপুঙ ওইনা অরোইবা পান্দম (Final impression) অয়াবা অচ্চরা নাক-য়েং থবগী মতেংনা (Situation) থবদা হেক্তা পীনবা য়াক্লকপন্নিনা কবিতাদৌনা হেক্তা তৌনবে। তশেংনা চাংয়েং লীলাগী ময়েকী হীরম অসি উংলবা কবিতাদৌনা থম্বরে। য়ারী, থোংদোক পরীং (Plot) অমদি লনাই মীওইগী লমচং অম্নুম অম্নুম চাউথংহনবনা মপুঙ ওইনজে। অতুনা লীলা ময়েক অসি শাংনদ্রে। হায়গদবা থবতু থম্মোয়দা হায়বদগী লৌশিংনা মাথাদা তাক হায়বগা মথা থম্নবা অমদি থম্লবা চৌথ্রাক পীরম্বা ওইনা তৌরবনিনা মফাং মফাংবা রসকী মতাং ক্লায়া থম্নদে অতুগা কুইনা উংদ্রে শাংনা ইনদ্রে। লৌশিংলনা চাং য়াম্না হেন্না য়ৈবসি চাংয়েংগী লোনচং ওইনা তৌরকই অহুনা মনিপুরীদা চাংয়েং লীলাদি থও হৈহন্নবা 'train তৌরবা) অথন্নবা ভাবোক থবদগী ওইনতা তৌরি। চংনবী লীলাগুম্না থাক থুদিংমকী ভাবোক থোন্নবা ওমদ্রি রস মশীং য়াম্ন কোনশিনবগী মতাং থমদবনা চাংয়েং লীলানা পাম্বিবা য়েংলিবা ভাবোক থবা অহুম্নু শাংনা অমদি কুইনা ক্লাবা তৌরি।

তেজিবা অমসুং শাংহজিনবগী মরমশিংগী মনুংদা মরুওইবা অমসুং চাসিং হুন্নবা অমসুং য়াম্লিবমখৈ য়াম্না তৌদবা হায়বসিনি। রাইহে-রাতা, লোল্দা, মীওই মকম মতম পুম্নমক অসিদা চাসিং হৈ। রাইহেরাতা চঙদ য়াদবীগী চাংদা থইন্ন লোয়নননা হকচাং কাম্নাংকী ওইবা লোল্লা চাং য়াম্না শীজিনৈ।

মণিপুরী চায়েং লীলানা ছীরমগী মতাংদা পাওথোক্লিবা অচৌবা থৌদাংশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মরুওইবা অমসুং মতম মতমগী মতাং মতাংগী পুন্সিবু যথার্থগী মীৎয়েংদা য়েক্লিবসিনি। মরেক য়াওদবগুম তৌরবা পুন্সি য়ুম্নাম রাজেন্দ্র, শ্রীবীরেন, নীলধ্বজ খুমন, টিঃঐচ বিরহরি অসিনচিংবনা; মীগা মীগগী মরক্তা লৈবা কোমথরক্লবা মরী কাহ্নাইলাল নীলধ্বজ খুমন, এ, সমরেন্দ্র, ক্ষেত্রী সনাজাওবা শ্রীবীরেন, য়ুম্নাম রাজেন্দ্র কামীনিনচিংবদা; হিংবগী চৈথেং-চৈনাদা তৌফম চাকম খণ্ডবা মহিং এ, তোমচৌ কেঃঐচঃ অম্বিকা, এল ধনঞ্জয়, ব্রজচান্দ, মেঘ চীংসুবা ক্ষেত্রী সনাজাউবা অসিনচীংবদা য়থার্থ ময়ামগী অমম্বা মরক্তা রানা তেংথা নাওইদুনা খাণ্ডবা তারিবা পুন্সিগী মশক— এল, ধনঞ্জয় পিঃ শামু, এল রাজেন্দ্র য়ুয়াম ব্রজেন্দ্র অসিনচিংবদা; মকম মরাং খণ্ডলক্রবা কলা অমসুং সংস্কৃতিগী শরুম জি,সি. তোংব্রা, টি, ঐচ বীরহরি, য়ুম্নাম রাজেন্দ্র, এ, সমরেন্দ্র অসিনচিংবদা; নমহান্নুন শিজিন্ন-বিরবা অনেম্বা নত্রগা মমায় থাকী মীওইগী অনম-অহাগী পুন্সিগী মওং—কাহ্নাইলাল য়ুম্নাম রাজেন্দ্র ক্ষেত্রী সনাজাউবা অসিনচিংবদা উংনবা কয়া লাক্লি। লোইশঙ কাবগী হজিন হজিন অমত্তগী ওইবা মরেক মহাও থোক্রবা লীকলমগী পুন্সিগী মতাং অমসু ক্ষেত্রী সনাজা-উবা নীলধ্বজ খুধননচিংবা অইবশিংনা উংনবা লাক্লি। কহ্নাইলাল রাজেন্দ্র, ব্রজচান্দ, মেঘ চীংসুবা, কে ঐচ অম্বিকা অসিনচিংবা চায়েং পামজবশিংনা হৌখিবা পুয়া পুরান মুক্সারায়নচিংবগী ছীরম লৌখৎ-লগা অনৌবা হৌজিক হৌজিকী মতমগী সমস্যা কয়া অমা পামজবা

অর্থ হন্দুনা য়েক্নবা লাক্লরি। অইবা অয়াম্বদা পেন্দবা মুংঙাইতবা পামজদবগী খোঙ্লাউ অমা শোয়দনা য়াওরি। অদুগা পাম্নদবশিং অদু কোক্নবগী পাম্বৈদি খোইনা থিরমত্রে। খরদদি অওনবা পুরক্লবা রাথলগী ওইবা লালহৌ পুরকপা পাম্বগী রাকমদি নাকোয়ননা য়াওবা খেংনৈ। রতন থিয়ামগী ময়েকতা যথার্থ ময়াম্না চনম্না লৈরবা মতমগী পামত্রবা পুন্সিবু মমুংদা লুথনা কুমথরগা য়েংনবা লাক্লরি।

খুৎলাম্থোক্লা থিরিবা অচুম্বা

চাংয়েং লীলাগী ময়েক পুম্নমক উত্তুনা লাম্থোক্লবা ইবা ডাক্তনি। লীলাগী খরাম্বা রসন ওইরলসু খরায় অসিবু মপুঙ মরৈ ফানবা নাউয়োক্লিবদি লাম্থোকপনি। লাম্থোকপা অসিগী থৌদাং মপুম ওইনা য়াম্না শীল্লিবদি ডাইরেক্তরনি। চংনবী লীলাদদি ডাইরেক্তর অমগী থৌদাং অসি পঙচাউ চাউদে অদুগা চাংয়েংগী মতাংদদি ডাইরেক্তরনা লেমহৌরিবা, লীলাগী থৌদাং তত্মার অমা অপাননা পুরবনি। স্ক্রিপ্তকা ডিরেকশনগা চপ চানা অমদি মায়না পোংলুম পুমিরৈ। কারি করিগুম্বা মতাংদদি মফম মতমগী অকরুবা মওং লোয়ননা পাত্র মশীং থম্বিরমদবনা ডাইরেক্তরনা মশাগী রাথল অমদি কম্পনানা পোথী থিবা তারকপা স্ক্রিপ্ট ইকায়থুম্নবগা লোয়ননা ফনা য়াম্না চাউনা ওস্থোক-ওনশিন তৌবগী থৌদাং ফাওবা লৌরকপা য়াওই। পাপ মত্তে, অচুম্বা অমা ময়েক শেংনা লৈগনি।

চাংয়েং লীলাদি রাগী পরীং অমদি লীলাগী শক্তম পরীং (হায়বদি Dramatis Personae)দা অখন্নবা রাথল থমদেং অপুনবা উৎপা পান্মিবা রাথলদা (idea) মায়পুনবা রাথল থম্মী। অদুনা রাগীবু পিরামিদকী খোঙজেন্দা পুথক্তে অমদি পাত্রশিংবু থেংখাং থেংখাং নাইনা চাউখংত্দ্রে আইদিয়াদা অপাননা মত্রেগা মাকোয়ননা য়ৈনদবা থৌদোক অমা হেক্তা পুশিন্নকই লোয়ননা পাত্র অমনা অমা

হেক্তা ওন্নকই নত্রগা অনৌবা অমা লীলা খোঙহৎনবগী মতাং অমদা হেক্তা পুশিন্নকই হেক্তম্ম পুথোকখি। হৌনীংবা মফমদগী হৌরা রারী-গী মতাং অমা, পীরিবা রাথল নত্রগা পাউজেল অহু ময়েক লেংলে হায়না খল্লবদি মফম অমদা হেক্ত লোইশিন্নি অহুনা রারীগা পাত্র অমদি থৌদোক্ত রাথোক অসি ইলেক্ট্রিক করেণ্ট পুনম্না তিংবা রায়ার ওইনদা তৌই। তোয়না এক্ট অমদি সিন হোংবা, ফীজং তোয়না শীজিন্নবদা অইবনা থাজবা থমদে। মরক্তী ফীজং মচা মচা তোঙান তোঙানবা লাইটকী মওং কোরসকী রারোল অমদি রারী লীবগী (Narrator) খম্পাং শম্পাংপা রায়োলনা রাত্তেবগী থবক তৌরগা লাম্বোক্তপগী মওং অসি চংনরি ফ্লাশ বেককী পাম্বৈ শীজিন্নহুনা ওসিগা ওরাং অমস্যুং হয়েংপা ইরায় লায়না শৌজিন্নবা হোংনৈ।

রারীরাতাইদা রারিবমখৈ হস্থনা চাদিং তৌনবা হোংনরক্তপনিনা খুদমগী ওইবা লোল অমনি হকচাং কায়াংকী ওইবা লোল চাং হেন্না শীজিন্নবা তারকই। অহুনা মথস কয়াগী রেকেট শীজিন্নহুা লমজোং লমতাক্তী ওইবা রারোল য়ান্না শাংনা শাংনা চাউনা চাউনা পীনৈ। করি করিগুম্বা মরেক্তদি লাই য়েক্তুনা তেঞ্জেনচিংবা চিংহুনা পোং থমফম, মী লৈফম্নচিংবা তাক্তুনা অইবগী ময়েকপু অর্থ হনগদৌরিবা (interepret) ডাইরেক্তরদা মহেং চাউনা পাংবা তারকই। রারী রাতাই মরাং কায়না শীজীন্নবা চংনবী মওংগী লীলাদদি পাত্রগী রারী রাতাইদা পোথমফম মীরৈফমগী মওং ময়েকনা তাকপম্ম য়াওই। মসি চায়েংলদি য়াওনরক্তরে। অহুনা ডাইরেক্তরদা লীংতম্বা য়ান্না পীবা তার নত্রপা ব্রেকেট মম্নুংগী রারোল য়ান্না শাংহনবা তারকই। তশেংবদি চাংয়েংগী ময়েক্তদি ডাইরেক্তবগী কল্পনা অমদি লৌশিংগী মফম য়ান্না লৈরকই)

মনিপুরী চাংয়েংবা হৌজিক হৌজিক মতম কনা শীজিন্নরিবা উপায়গী মচম অমনা মনিপুরগী চীংজমগী মশাগী সংস্কৃতিগী ওইবা কায়াংশিং

অসিনি। কোক অহিতাগী ওইবা য়াকী অমদি খৌদোক য়াথোক্কা লোয়নবা কুজারাগী অমদি থুম্মুং/খুমং ঈশৈশগা মরী লৈনবা শাবেক—কাহাইলাল, ব্রজচান্দ য়ুম্নাম রাজেন্দ্র ক্ষেত্রী সনাজাওবনচিংবদা; হিন্দু মণিপুরগী সংকীর্তন খুবাক ইশৈ অমাদ শৈতে কুম্মে কিযোংগী মচল— রতন থিয়াম. সনথ্যা ইবোতোম্বী অ ামক (ডাইরেক্তর),পি; শামু, যোগেন্দ্র পেব্যা অসিনচিংবদা. মৈতৈগী থাঙ-তাগী কাংলোন— এ,তোমচৌ, মেঘ চৌংসুবা ,নীলধ্বজ খুমন; কে, ঐ5 অ'ম্বকা অসিনচিংবদা মরেক শেংনা শেংনা শিজিন্নরকপি। মনিপুবগীতা ওইবা তেম্পোপ তারবা মচল শীজিন্নচুনা লীলা পুথোকপা য়ারত্রা হাযবগী চাংয়েংনি লমদম অসিগী চায়দা মশাগী অমদি অতে মীওগ অমদি লোনগী ময়েক কাওববু থাচুনা যেংবা পামজবা ডাইরেক্তর খরম্ন লৈরি বতন থিযাম, সনথ্যা ইবোতোম্বী, কাহাইলাল শ্যাম শর্মা, এ, লোকেন্দ্র, তোংব্রা, য়ুম্নাম রাজেন্দ্র, নব য়ারেপ্পা অসিনচিংবা।

চাংয়েংগী ময়েকনা থরায় য়াওরিবসি য়ারীদা খৌদোক পরীং লেংশিনবদা পাত্র অমদি নাকয়েং শেম্বদা য়াঙাংদা শাঙাংদা অশেংবা পুন্সিগা (reality) য়ারিবমখৈ থাপ্পরবচ পাউজেল শাম্মোকপগী মতাংদদি ময়ামগী ওইবা অশেংবা পুন্সিগ। য়াম্না নকনা থোক্নবা লাক্নে। মঙঙম চাঙম উৎনবনু ফলদি হকথেংনরিব পীকশিন্না অমুক হায়রবদা, চৈনা থাঙমিন্নরিবা মীৎনা খোঙনা লাম্বা ফংনরিবা হৌজিকী পুন্সি অসি উৎনবা, লোয়নবা মসিগী মরমদা খন্থনবা লম্বেল থীচুনা লাম্মোন্নবা লাক্কনি। ভাবোককা লীলাগা অনীগী মরক্তা য়ারিবমখৈ খেন্নবা থমদবগী থাজবা অমদা অইনা অমদি ডাইরেক্তরনা ফম্বাকী ফীজন্ত অচৌবা খনবা; ভাবোকন্তু লীলাদা শরুক চপ চানা য়াবগী পোথী পাত্রশিংবু ভাবোকলোমদগী চওহল্লকপা; ভাবোক অমদি অপাবগী মফমদা লৈবা য়াক্কা চানবা কয়া নৈনবা অমদি ব্যাখ্যা জোবগী মওংদা ভাবোককী মীহৎকুম্বগী পাত্র হাপ্পুনা মতাং মতাংগী ওইনা নৈনবা

অসি মনিপুরী অনৌবা লৌলাগী মশক অমত্তু ওইরকই। মসিনা ভাবোককী নাকয়েং অমদি কম্বাককী নাকয়েং অনীসি ঈরোয়নবা চংমিন্নহন্নবা লাক্লরকই।

হায়গী চংনরকপী মওংদগী থৈরপ থোকপা মওং থরদং হায়নবা চাংয়েংগীময়েক্কি হেক হায়বা য়াদ্রিঃ লালহৌ অমা য়াওবা তারি। অকক্লবা অপাম্বা লমথুং ঈরোয়ননা ইবগী মওং অমা চঙবা তারি। মফম মতম লোন্দা-পুদা অমদি পাম্বৈ কয়া, শম্মা হায়রবদা সংস্কৃতিগী অনৌবা মচল কয়া মথং মথং লাক্তবা য়াদবা সমাজনিঃ হায়গীগা খেন্নবত্তু তাবনি—কবা খঙদে ফক্তবা খঙদেঃ অওনবদি অতুমক লাকই। ফনেক্কী মহুত্তা জিন খোংগ্রাও শেংহন্নগত্তা ভূং-প্রেংকী মহুত্তা রোবোট শীজিন্নবা ঙাক্তনা অনৌবা মওংগী চাংয়েংনি হায়বা য়ারোই। মসিদি মপান্থোংগী ওইবা অওনবনি, মশানা অতুম লৈজরক্লবা অনৌবা মচলনি। চাংযেংদদি মুংগী ওইবা ঈহৌ, আন্দোলন—লালহৌ অমা শোয়দনা চঙই। লালহৌগী রাখল অমা মনিপুরী ময়েকত্তু উই। হোৎনরি তোং-ব্রানচিংবনা ফাগী ‥ভ্রগ নোক-রাগী মথেংনা করেম্নহুনা লক্লরগা মণিপুরীগী যুম্বাল্লোন, লৈঙাকলোন, শেল্লোন (অর্থনীতি) শিন্দমলোননচিংবা লোন কয়াগী লমদা লৈরিবা মতা চান্নদ্রবা মওং শেংদোকপা পাম্মী। তোংব্রাগী ফাগি ইচম চম্বা ফাগি ফারাং নত্তেঃ য়াম্মা চীং লেপ্পবা লায়েং অমনি। কাঙ্গাইলালনচিংবনা হকচাং কায়াৎ অমদি কায়াৎকী লোন্দাগী পাম্বৈনা নম্মা শীজিন্নহুনা মীওই কাঙলুপকী মুংগী ওইবা ঈথিল-ইথিল ফোঙদোক্লবা লাক্লরি। রাহৈশিংগী লোন্দা পেনবা ঙমমক্তবগী মশি অমা উরি। অসিগুম্বা মওংগী ময়েকশিংদা রাহৈগী ওইবা রাগী রাম্ভাইদি ইয়াও য়াওদবনিনা ব্রেকেট মচুংগী ডাইরেক্তরদা শীবা রারোলনা য়াম্মা হেন্না শাংনা মপুঙ ওইনা য়াওবা তারকই।

মতাং অসিদা পনহৌবা য়াবা রাকম অমা খৃষ্টাব্দ ১৯৮৫ গী অহুরাইদা লৌনা মীওই থরনা হায়না ময়েক ইংথোকপা নক্তবা থুদক্তা

অচাবা অয়াবা হীরম অমা লেপ্পরগা লোম্মনবা উংকদবা লমথুং লেপ্পরগা এক্সটেম্পোরগী মওংদা পাওখোকপা য়াত্রা হায়না চাং য়েংনবা হোৎনজনি হায়বগী রাকম তাথি। য়ারোইংদবদি নত্তবা অঙ্গুগা ওথোকপা মওংগী লীলা অমদি ওইগদবা মশক অসি হৌজিক ফাওবদি উবা ফংঙ্গি। ফংলকপস্থু য়ারি। মতাং অসিদসু, হায়জনীংবদি ময়েক অতুম য়াওরি; হান্নবা ইথোকপা ইথোক্তবগী রাকমদ ন লীলা মওং অসিমক্তি থম থেংনা ট্রেন তৌরবা মীওই থরগী কাওলুপ অমা শেমগ্রবদি মতা পওচা চারোই। চাং য়েংবদি কান্নগনি।

চথরকপা হীরমগী পরীংদা অমুক হঙ্জিল্লক্লবদা, শ্রীবীরেন অমদি মাগা মায়ওন মান্নবা ময়েক ইবশিংনা এবসর্ড লীলাগী মওংদা ইবা ময়েক পুথোক্লরকখি। হৌজিকমক্তদি ঈচেল অসিমা থকখিবদৌরা তৌরে। য়ুম্নাম রাজেন্দ্র, দবল্যু কামীনি নীলধ্বজ খুমননচৌবনা মতমগী মনিপুরীগী পুন্সি মরেল অসিবু জাতি অসিগী হৌখিবা সংস্কৃতিগী মতেংনা নৌহোননা মনল লেপ্পবা লাক্লরি। রাইহৈগী ওইবা লোন্দা অমদি হকচাং কায়াংকী ওইবা লোন্দা অনী অসি চাং মান্ননা শীজিন্নৈ। ডাইরেক্তরদা চাং য়ান্না হেন্না নীংতম্বা পীদবা ময়েক্কি। ময়েক ইবা খুদিংমক ডাইরেক্তরনি। অদুবু চাংয়েং লীলাদদি মায়পুনরবা ডাইরেক্তর (professonal) দা নীংতম্বা চপ চানা পীবা চুম্মী; খুৎশন্নবা চৎপা য়াননবা খোঙলম পীবা তাই; মরমদি ময়েকপু অর্থ হনগদৌরিবসি (Interpret) ডাইরেক্তরনি ত্রেকেটতা মফম মরাং কায়না পীবা চুম্মী। তোংবানচিংবা অইবা কয়াগী ময়েক্তা লমদম অসিগী নৈওাক পথাপকী ফীবমগী আলোচনা, মীৎনা উবা য়াবা খুদম প্রমান কয়াগী পাথৈ শীজিন্নহনা লাপ্পোক্লবা লাক্লরি। রতন. তোংবানচিংবগী ময়েক্তা মুংওাইহনবগী মতাং মতিক চানা হায়া থেংনৈ।

চাংয়েং লীলাগী ময়েক্লা থরায় য়াওনা লাক্লরিবসি শন্নগা লম অমাদি জাতি অসিগী তোঙ্গোপ্পা মশক অমা তাক্লবনি হায়বা চুম্মী।

মশাগী লৈজরিবা মচলনা অওবা অমদি অয়াম্বা মওংদা শৈমজীন শাজিন্দুনা লীলাদা অনৌবা মশক অমা পুথোকে হায়রবগী বাখল অমা ঈরোয়নরি। হেন্না পাক চাউখ্রবা লোনগী লীলা ময়েকশিংগী মমি ওয়াক্কা তাবা থেংনরি। কলাদা য়েংথোক:য়ংশিন লৌথোক লৌশিন তৌবা চংনৈ; চংনবন্থু কৈ।

ঈমন অমদি লাম্থোকপগী লমদা হাপ্পী মওং য়েথায়নুনা অনৌবা পুমনৌ নৌবা মওংগী মশক অমা পুথোক্লবা লাক্লবগী থোঙজেন অসি ১৯৮৯ কাওবদা য়াম্না য়াওঙম্মী থোঙজেলগী থোঙয়াঙলগী হেন্না য়াওবা জেটকী অয়াঙবনি হায়রবমক য়াই। থৌদাং কন্না কন্না য়াবা মনিপুরগী থিয়েটর কয়ানা ময়েক মশীং য়াম্না য়াম্না পুথোকখি। স্থমীং থম্ন থম্ননিদ থম্নরগা মওং মওংগী চাংয়েং পুথোকপা থেংনরম্মী। অহুবু তৌখিবা চহী অনী অহুম অসিদদি থোঙজেন অসি থংহন হন্নরকই। ময়েক অনৌবা ইপু পুথোক্লরক্রে। তৌবগীদি ময়েকশিং নমথোক থোঙ্ঙোক্নুনা ঙোওনবগী থোঙয়াং অসিমদি কবিতা য়ান্নী মচা, উপান্যাসনচৌংবা মচল কয়াদৌনা মরাঙ কায়না পুথোকপদি তৌন-রক্তে-হৌজিকস্থু মতৌনদ্রি। মরম কয়ামুক লৈগনি। অদুগা চাংয়েংগী থোঙ য়াঙ থংহন হনখ্রিবসিমদি থরায় তাজবা মীওইশিংদি পেনবা ঙম্মোই।

তৌনবীদি সিনেমা স্থুমাঙলীলা অমদি টি,বি,না স্থুদক্নুনা থম্মবা কনাক লীলানি। অসিগীস্থু মথক্তা অদুকা চাংয়েংগী মশক অমিদি হৌ হৌ তোংবা পামজবা অথম্নবা মীওই থম্মদগী লাইনা লৈদি। মসি মনিপুরদত্তা নত্তে। অদুগা চাংয়েং লীলানা তাবোক শাক শম্না কাবস্থু শুমথিরোই চিলহাও থিগমগ্রবা তাবোক্তি। তাবোকশিং মীহুৎনা শাগিবা লৈতাক থৌদাংগী মীওইনস্থু উবা নত্তে য়েংবা শংদ্রি।

অহুমদি নেশা তিন্নবা মশেন চিন্নবা মতমমদগী থন্না হূরগা ওনশিন্নহুনা মরক মরক্তা ভাওথোকমিন্নবা নত্তনা উপায় কৈম্ম লৈতে। অহুগা ভাওথোক্তুবদি অকৈবা হুংশিং অমা য়াওব্রবস্মু মী ওইবা পাক য়াদে। চাংয়েংবু মী ওইহনসি হায়রবদি নেশা অমা চঙই।

ইম্ফাল—১৯৯১

# পাচা মীতৈগী রোমাণ্টিক নোভেল

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা নোভেল অসিমক রোমান্টিক ঈহৌ ( মুভমেন্ট ) গী চাউরবা লোয়ননা অমত্তা ঙাযরবা মচল অমা ওইনা লৌশিনখিবনি। অঙাংহল-কমল চাউবা মতমদগী ঙসি ফাওবা মচল অসিগী ঈচেল লেপ্তুনা চেন্থরক্লি।

পাচাগী ঙল্লিঙৈগী ফোঙলবা উপন্যাস অহুম 'হুজ্জে' ( ইবা ১৯৬০) 'থানিল' ( ইবা-১৯৬৫-৬৬ ) অমদি 'হয়াদ বেগম' ( ইবা ১৯৬৭ ) রোমান্টিক উপন্যাস ঙাক্লি। মাধবী ( ১৯৩০ ) দগী চহী ৩০ মুক চথরক-লবসু রোমান্টিক ওইবগী মহাও মণিপুরীদা মাঙখিদ্রি। লম অসিগী য়াম্নমক পক্নবা মহাওনি।

সাহিত্যদা রোমান্টিক অমা ওইবগী মচল কয়ামরুম শীংথানৈ। পাচাদা ময়েক শেংনা যাওবা মরূওইবা খন্না, হীরম মফোঙদোক (কন্টেন্ট এণ্ড ফোর্ম ) কী লমদাংদা মশাগী অসুম্না য়েংবা যাগনি; য়েংজরি।

নুংশিবা- পাচাগী যাম্না লুনা তৌজবা মচল অমনি। নুংশিবগী মশক য়াম্না য়াম্মী। ইজম অসিগী মীৎয়েংদগী য়েংবদা পাচানা পাক শন্না শীংথাখিবসি নুপা নুপীগী হক্লবা নুংশিবগী মরী অহুনি। চান্নবা অমদি কায়নবগী লমদাং অসিদা অইবনা উপন্যাস শাগৎলি। উপন্যাস অহুমমক্তা চান্নবা চান্নবী অনীগী মরক্তা অহুমশুবা মীওই অমমম পুশিল্লক্লুনা ত্রিভুজগী খোঙকম অহুমদা নুংশিবা লৈহুনা লৈ। 'হুজ্জ'দা মুক্তা অমদি সলমাগী মরক্তা খদিক্তা চঙলকই। 'থানিল'দা থানিল অমদি

মপুরোইবা অচৌবগী মরক্তা মজাইবুংতো পুশিল্লকই। 'হয়াদ বেগম'দগী হয়াদ অমদি ঈকবালগী মরক্তা অহুমগুবা মীওই আসরক চঙহল্লকই। কায়নবগী পোল্লোই ওইনবা উপন্যাস ভাক্কি। মসিমদি অহুমকী মাম্বা লৈমী (সাঁচা) অমনি। মুংশিববু শীংথাহনা পুথংলকপদদি অমমমগী তোপ্তোপ ভাজবা মওং অমমম লৈরি। ছজদা খদিজানা মুস্তফাবু থমোয় শেংনা মুংশিরুই। মুস্তফানদি হাম্নগী সলমাবু মুংশিরকই। মীথুং চল্লুরবী সলমাবু নিকাহ শোল্দুনা লৌই। খদিজানা কন্নিগুম্বা অপনবা পীখিদে। মুস্তফাবুদি মথমোয়দগী থাদোকপ। ঙমদে। ময়ুমংমকৈ অমদি মরৈবাক থাদোকলম্মগা হজ্জ চৎখি। অমুক হল্লকখিদ্রে। নীংজরুবা মাগী য়াইফনবা তোগে লেপখি। থাদোকপগী মঙ্গরবা মওংনি। অহুমগুবা মীওইদা পানবা থমোয়গী ইথিল ইরোয়নবা চৈথেং উৎলি। পাচাগী কল্পনানা পাগজবা মুংশিবগী মশক অমনি। কায়রবা থমোয়বু অল্লাহদা শিল্লজগে থৌরাংবনি। কঞ্জরিবদি পুম্নমক থাদোকপদি ঙম্মগা লাংচরিবা মুস্তফাগী শক্তমবুদি অল্লাহ অমদি জন্নতকী দর্শন অমনা থাদোকহনবা ঙমহল্দুবসিনি।

'থানিজ'দা থানিল, মপুরোইবা অমদি অহুমগুবা ওইনা চঙলকপা মজাইবুংতোগী মরী পনবা য়াই। মো ওইরবী থানিলবু মজাইবুংতোনা মুংশিরুই। ফংননবস্তু লাক্কে। মুপা অসিগী মুংশিবদা মপাম্হোংগী অপাবগী চাং য়াম্না য়াওদে। য়াম্নবদা কোঙদোকপগী ওইনা মো নহা মাগী মশমদা লৈ অমা থেংনুবা থুদাং খজিক থেংনুবা মঙাই। মপানগী মীংয়েংদা থানিলবু মশাগী ওইবদা অপনবা লৈত্রবনি। পল্লিবদি থানিল মাগী থমোয়নি। পাজল শোল্লবী মতু ইপোন পোপ্পনা ছিংলবী থানিলগী থমোয়বু মজাইবুংতোনা ময়ুল মথুম অমদি মশক-মতৌ অমদি পুন্সিদা মুঙাইনা ছিংবা য়াবগী থুদোংচাবা কয়াগী মতেংনা থুহুম চনবা ঙমখিদে। মজাইবুংতোনস্তু পানিজগী থমোয় থোনবা পাম্মী। ঙাম্মিদে। মমৈথংদা মুংশিরুবী থানিলবু মশানা পামজবা লম্বেনদা

"মৌলানা ঈকবাল কুরেসি -মতম কুইনা শোকলু পাম্নজবা কুর-আন শরিকতু লৌখোকলুরগা লৈখিদ্রবা থরায়শিংবা তাকবা পাক্কবা য়াশিন স্নুরবু হাইদোক্নুনা আসরককী থরায়বু অল্লাহনা তরাম্নবীনবগী-দমক্তা শোম্নবা হৌরকই ।" ( হয়াদ বেগম—১২ বা তাক্লাক )

অল্লাহদা চঙজরকপগী মওংনি । চুম্না চঙজরকপা নত্তে থমোয়গী চৈনা অমগা লোয়ননা চৈনা অসংগী থৌইনশিনদগী চঙজরকপনি । য়েৎশিন্নবা মওংগী ( কমপ্লেক্স ) নুংশিবা অমা শাগৎলকই । হায়াদকী থমোয়দা মপুম্নোইবগী নুংশিবা লৈরকপা লোয়ননা নীংঙম্মক্তবগী ঈন্নাং অমা ফুকৎলকই ।

উপন্যাসশিংগী পোল্লোই অসি থমোয়গী চৈনা অমমমগা লোয়ননা লোইরকই । মসিদগী চাম্নবা-চাম্নবা অনীগী নত্রগনা মীওই অছমগী মল্লুংদা অছমশুবা মীওই য়াওনা, অনী অনীগী থমোয়দা নুংস্নুক নুংজানবগী মওং অমা লৈরকই । নুংস্নুক-নুংজানবা ( মেলাঙ্কোলী ) পুন্সি য়েকপসিস্নু রোমান্টিক ওইবা মচলগী পোৎচঙ অমা ওইনা লৈ । পাচাগী উপন্যাসতা পুক্নিংগী ইহুল ( ইমোশন ) লোয়নবা, ইহৈ হৈনীংদবা মওং অমা ( পেসিভিজম ) থেংনরি । রোমান্টিসিজমগী মীৎয়েংনি ।

নুংশিবগী লম অসিদা মশক কয়াম্রুম অমস্তু হায়বদি মমা-মপা ওইবশিংগা মচাগা নুংশিনবা; মরূপকী নুংশিবা মরমদম নুংশিবা অসিন-চিংবা উই । পাক শন্না শীংথাবস্নু থেংনৈ । উপন্যাসকী বারী পরীংদা মপুঙ ওইবদি নত্তে, তেংবাংবা ওইনা লৈবনি । নুংশিজবা পামজবগী মতাংদা প্রকৃতিবু লুনা চান্না তৌজবগী মওং অসিদি পনবা য়াই । মথল মথলগী কল্পনা অমদি মীৎয়েংদা প্রকৃতিবু হায়বদি মহৌশাগী পোৎলমবু নুংশিজবগী লৈখোন পাচাদা য়াওরি । শীংথা-শৈথাবদা প্রকৃতি আসদা তাইবঙগী ঈথিল ফাওবা শুম্বা অমদি কোক্তদোকপা থমোয় অমা য়াওবগুম উম্নি । প্রকৃতিগা পুন্সিগা য়াম্না মরুমা লৈবগী

মওং উঁংলি। ভাইবন্ত থমোয়গী মমি প্রকৃতিদা তারি। প্রকৃতিবু পামজবসিন্থ রোমান্টিক ওইবা অইবগী মশিল অমা ওইনা লৈবনি।

পাচাগী উপন্যাস কল্পনাগী চাইগোইন্নুং অমদা শাগংচবনি। অশেংবা পুন্সিদগী য়াম্নমক থাপতোকখিবা হায়বন্থমক্তি নত্তে। অন্থগা থোৱোক য়াথোকশিং, ম.গী পাত্রশিং শেম্মিবা নাক-য়েংশিং পুম্নমক অসি কল্পনাগী লায়ুম অমদা য়েক্তুনা লৈ। থোদোক থোকহনবা, মন্থগী মরম পীবা মতুংদা নত্রগা মরক্তা ফঙ্গ পীরকপা অসিদা নীংখা তম্না মশাগী কল্পনা শীজিন্নৈ। অইবনা ওইহন্নীংবা মওংদা ওইহনবা থোকহনবগী মওং লৈ। মশাগী 'ওইবা মীৎয়েংনা (সবজেকটিভিটী) চাং হেন্না লৈবা পরীংনি।

পাচাগী রারী পরীংদা ভাইবঙগী মন্নুং অনদি মপানগী অশোনবা মওং, অচেংবা শরুক নত্রগমু ভঙায়ফদবগী তৌদবা য়ারক্তন্থনা তৌরকপা থবক্তী মওং অমগী নাক-য়েং উই। অচেংবা লৈতবা ভাইবঙ নত্তে। অশোনবা লৈবদগী চৈথেং-চৈনা ফংলবা ভাইবঙ পুন্সিবু, মিন্নুংশিগা লোয়ননা য়েংবগী মীৎয়েং অইবদা য়াওর। মপুরোইবা কায়নরবী থানিলবু হনবা লৈতনা মুশিরুবা মজাইবুংওদা, হজ্জ চৎখ্রবী অহুমগুবা মীওই ওইনা পুশিল্লকপা খদিজাদা, লোয়ননা শোম্বকখ্রবা থমোয়গী ঈহৌ অমদগী লীচৎ থৈখ্রবী হয়াদ বেগমদা, অশাউবদগী শৈতানগী মুংশিংনা হুমদ্থনা পুখ্রবা ঈকবাল কুরেসী ফাওবদা মিন্নুংশি অন্থম থম্লি। চৈনা থাওলিবা মীওইববু মুংশিজবনি। লোইশিল্লকপদা অশাউবা অমদি রাকংকী মমি লৈত্তে।

রারী পরীং শেম্বা অমদি লান্থোকপগী মতাংদা, উপন্যাসশিং অসিদা হারগী নত্তবা অকৌবা মওংগী অমা থিবা হৌরকই হায়রসি শেংলবা রাকমনি; ফল হান্না পীবা, মতুংদা য়াম্না তপা থেংথাগু নাইনা নাইনা মরম পীরকপা; অরোনবা কয়া ফুম-ফুমদ্থনা পুরগা মতাং মতাংগী ওইনা কিন্শি থোকলম্বা; হৌথিবা থোদোকপু হৌজিক্তা পুশিল্লকপা

( ক্লাস বেক ) মতম অমদি মকমগী অয়াপ্পা শীংথাবদা অমদি শমজিন্নবদা নীংতম্মা তাপ-তাপ হেক্তা শমজিন্নহনবা অসিনচিংবসি মশাগী লনাইগী তোপ্তোপ্পা পাম্বৈ অমা ওইনা শীজিন্নবা হৌরকই । অতুনা পাক্কন্না মচা খায়বা তোনে চঙনা পাত্রবদি, চেকশিলহৌদবা মীংকুপ অমদা য়ারী পরীং হেক হেক নাম্বোকখিগে তৌবা মতাং য়াম্না কুঙনা লৈ ।

লোন্দা পুদা অমদি রাহৈ-রাতাদা পাচাগী তোপ্তোপ তাবা মশক অমা লৈ । হুজ্জ অমদি হয়াদ বেগমগী লোন্দাদি অশেম্বা মশক্কা নমহৎখিদবা ময়ামগী ওইনা লৈবা থাক অমদা লৈবনি । থানিলগী অসিমদি লনাইগী ওইবনা নমহৎখরে । চৎনবী থাক্তগী কৈদোকখরে । লোন্দাদা ফাওবা লনাইগী ওইবা মওং অমা লাকখরে । খরা শেম্বা লোনশেমদি, য়াবা য়াদবনা রাকম অমনি, পোথানবা য়াই । চাং হেন্না হেক্তা শেমজকপা লোয়ননা চৎনরিবা লোন্দাগা ফনা য়াম্না হেক থাপতোকখিবসিমক্তি অকবা থুংশেম নত্তে । রারী ময়েক শেংনা ফজবা থানিলগী লোন্দাসি, সাহিত্যগী ওইবা মীয়ামগী লোন্দাগী মীৎয়েংদগী মতা চাত্রে । মতুং ইন্নরকদবা মান্দে । রোমান্টিকসিজমনা থরাই য়াওজবদি মীয়ামগী পুন্সিগা নকাশন্নবা, য়ারগনা অমত্তা ওইখিবা লোন্দাদানি । মুংঙাইবা ফজবা রাহৈ রাতাগী মিত্রংদা কল্পনাগী নাক-য়েং অমা শাগৎপদা লেমহৌরিবা উপন্যাস অনীসিমদি, লোনগী মীৎয়েং-দগীসু, মায় পাকই ।

অরোইবদা, সূপচিননা হায়জরবদা পাচাদা নীংতমজবা, আশা অমদি কল্পনাদা মুংঙাইরগী ঈচেল অমা য়াওরি । ঈচেল অসিনা পুক্নিংগী ইন্থলদা ( সেন্টিমেন্ট নত্রগা ভাবনা ) হৈয়হনবা ঙম্মি । মসোমদগী য়েংবা তারবদি পাচাগী উপন্যাস অহুমসি ইন্থলগী ওইবা হায়বদি সেন্টিমেন্টেল রোমান্টিসিজম হায়বা অমগী মন্থুংদা থম্বা য়াই ।

ইম্ফাল ১৯৯৪

# হৌজিক্কী মণিপুরী উপন্যাস

মণিপুরী সাহিত্য ঈপাক অসিদা নৌন্দুং অমদি নৌম্মাংগী মারদা ঈথক ঈপোমগা লোয়নননা ঈহৌরক্লিবা বিধা অসি উপন্যাসনি। ইনরক্লি, কোঙনরক্লি। অতৎপা লৈতনা হেনগৎলক্লিবা চাং অসি উরুবদা ডবলুউ, এচ, হড্‌সননা হায়রম্বা বাকম অমা নৌংশিংলকই—

"মুক, চে, কলমবু লৈরগা, অহংবা মতম থরবু কওলবা অহুগা খাওবর্দু খজিক্তং কন্নবদি উপন্যাস হেক্তা ইবা য়াই।"

অসুম্না হেক্তা ইথিবা উপন্যাস অসি লুম-লুম লাউনা থোকনি হায়বসি, লাইপোক্কী বাকম্না অমা ওইথ্রে অহুগা মীচমগীদি থাজদে। মণিপুরীগী উপন্যাস অসিসু মশীং য়াম্বগুম মগুনসু লৈরম্ববদি য়েন্না পাক-চাউথ্রবা লোলশিংগা শীংনরুবদা কিরম্মোই।

মণিপুরীদা উপন্যাস অসি মবুক তপ্পবা ঈচেলগুম শিরী-খোইরী হৌরকখি। চীক্লা চীংলেম্লবা পুন্সি অমা, চৎনরকপা থাক অমদা উংনরম্মী। পাবা অমদি তাবদা পুক্লিং মকা লামনীংঙাইনি। অহুবু লাঞ্জাও নংলুরব সাহিত্যনা—লাঞ্জেলুবা হল্লকপদগীদি মশক অমা ওনবা হৌরে। পাক্লা চাউনা শন্দোকলকপা নোংচুপ্লোমগী মহৈ-মশিংগী প্রভাব তারকপগা লোয়ন লোয়নবা অমরোমদা পুন্সিগী লম্বেলদা লৈঙাক্লোনগী, শেলথুম অমদি অতৈ হীরম কয়ামুক্কী থুনীংথেক কয়া মথং মথং থোকন-রকপনা নর্বেদদি, হুসি, তোপ্তোপ্পা শক্তম অমা উরে। পুন্সিনি;

মীওইবগী পুন্সি। তৌবতবু অহুৎৈগী লিরী থোইরীরম্বা চীংলেম্লবা সমাজগী পুন্সি অহু নত্রে; কাঙলুপ অমদি কাঙলুপ অহুগী মনুংদা লনাইগী চরাঙনরবা অমদি চমন্নরবা থৌদোক-রাথোক্না পোৎলুম ওইরবা পুন্সিনি। পুন্সিগী অচম্বা লানকম নত্তে, পুন্সিমক্না থোংত্রেন হায়রিবা লাল্লোক্ক ওইরে। চয়েৎনবা চেপ্পক্রিবা ভাইবঙ পুন্সি ওইররে। তশেংবনি।

অসিগুম্লবা পুন্সি অসিদা থৌদোক কয়া কয়া চগুংননা থোক্লি; মতমগী মমানি। অপাম্বসু ময়াওই অহুগা পামদবা থোকহন্নীংদবা কয়া অমসু লোম্না নত্রগা ফোংলো থোক্লি। থোকন্নু হায়বা য়াদে। থাজবদা বারবা কযাসু ইরাই-ইরাই লায়না থোক্লি; অঙকপনি, মহৌশাগী মান্দে হায়নবা মাবা জাৎসু য়াওরি। অশেংবা থৌদোক্লি অহুগা অশেংবক্লিদি করি করিগুম্বা মতাংদা কল্পনাদগীসু হেন্না ঙকপা য়াওরকই। কল্পনাদদি মানখিরোইদ্রা হায়বগী চিংনবনা থরমংদা ওইরবসু পল্লি অহুগা অশেংবদি থাজখিনি নত্রগা থাজখিদবা য়াই হায়বগী বাখল লৈতে। ওসিগী সমাজদা থোক্লিবা অশেংবা কয়া মীংনা টার, নাকোংনা তারি। সাহিত্য হায়বধু করিনো; পুন্সিনি পুন্সিগী অসিগুম্বা মশক অসি য়েকলজবা হৌনদে। ওসিগী উপন্যাসক রশিংগী খুৎইদা য়থার্থ হায়বদি অশেংবা হায়বসি তশেং তশেংনা য়েক্লরক্লি। উপন্যাসকার হিজম অনগী 'ঐথোয়' আদ'দা আইরবা লাইগী খুদুমদা লৈপ্রবা, লৌরাংগী লোংমদোল মখাদা চাবা মচেৎ শেৎপা মচেৎ, বান্না মতম আইজরিবা লৌমী মচিন মনাওদগী ইনাক খুনবা শেজাও পাম্নবা মহাজনদা ঐরম-চংকী মমিংদা আইননা লাং থাক্লনা পুন্নক মুনবিখিরগী বারী অমা য়াওরি। লৌমী-শিনমী কাঙলুপকী অরোনদা লুংশায়গী মওংনি; আইজনা তোমজা-তারবা কাঙলুপকী অরাবা বারীনি। অমরোমদা অমুক সমাজগী কাচিন অয়াম্বদা লোমা থোক্লিবা অঙ্কোংবা লনাইগী থৌদোক কয়াসু য়েক্লরক্লি; য়েকখা লাক্লরক্লি। পাচামি 'হুয়াপ থোনম'দা

মপুরোইবা আসরককী ময়ুমদা তুংঙাই য়াইকনা য়ুম্বানজবীগুম লৈরিবী হয়াদনা মপুরোইবগী তুম্ফম কা মতুদা মমাংদৈ, লৈশাবিদৈগী পুন্সিদা চান্নখিবা ঈকবাল কুরেসিপ্পা, পান্নরোইদবা লমচৎ চৎমিন্নরম্মগা মপুরোইবগী মমাঙমক্তদা মীত্তোপ ওইপ্রবা মহাক্কা পুন্সিগী খোঙলোই ওইনা চৎমিন্নখি। তমথীরবা মরো চাউরব। অহীং অতুগী থোদোক অহু য়থার্থনি। পাচাগী খুৎইদা অশেংবা উংনীংবগী মওং লৈ। মঙ্গীসম্নাগী 'কনাগী মরাললো' হায়বা পীক্লবা উপন্যাস অমদা বাঙ্গলাদেশকী লাললা অয়েননা তাহৎপিরম্লবা মুপামচা অমগা মুপীমচা অমগা, মণিপুরদা মপুংমরৈ ফারবা মতাংদা চান্নরে, মুংশিনরে, লুহোংখোংদোংজ্রিদৈদা লৌনসি লৈনসি লেপ্পরে। মচা অমত্থ পোকলে। অতুগা মথৈদি নখোয় অনী হেক লোকমিন্নবা মচিন্ন মৌপা ওইরমে। তাবদা তুজুংবা য়াবা য়থার্থনি। অশেংবা শক্তম য়েক্লবা লাক্লমদা জয়কুমার শর্মানা মাগী 'লৈকং থম্বাল' হায়বা উপন্যাসতা মীমচংকী কুরাংবান্না কুপ্পুনা লৈরিবা শারমচংকী শক্তম কয়া রেল থাকমদা, কৈমেন্দা লৈকাইদা উরকই। মাসকগী হেন্দোকখিহনা আশ্রমদা, লুখ্রাশঙদা, অমদি অক-মুংঙাইনি খন্নবা মকম কয়াদা লৈথা জাররা লমচৎ কয়া য়েৎনবা লাক্লে। অশেংবা শকফম য়েকনবগী থুদম্মি।

অশেং অশেংবা শকফম য়েক্লবা মরক অসিদা চান্নগী লিরীখোইরীবা পুন্সি অতুমক্তদা তমজনফমগী মশক ওইরবা মওং কয়া হান্নদগী চংনরকপা খুৎইদা ইরা উপন্যাস রাস্তে। খোইবী দেবীগী 'রাধা' উপন্যাসনি। মতুংদা চৌজিকফাওবদা ইকোন কোনবা ওইনা 'চীংদা শাংলগী কংদৈরৈ' লৌনা উরকই। উপন্যাস অসিদা বিচারপতি ওইরিবা শ্যাক রাংনা লৈরিবা ইমোবা, ডাক্তর ওইরিবী প্রভিভা অনীনা খুদিংমক্তা কনহুনা লৈরা খুজং অমা শেমগত্তুন চাওখৎপগী চৎনবা য়াবা থাক্তা থম্মহুনা ওইজবা থাদোকপা অমদি সোরাগী পাউজেলবা পাউথাং ঐরি। আদর্শ পুন্সি অমা রেকপনি ইন্দ্রকুমারগী 'রাধাকিশন' হায়বা উপন্যাস

অসি তশেংনমক তমজনকমগী থাক্তা থবগে থনবা পুন্সিগী শক্তমনি। পিক্তং-পাক্তংপগী মওংদা য়ুমদাংহুনা মহৈ তমজবা য়াধাকিশরনা তম্না-তম্না শেন্দান্দুনা অমদি শেন্দান শেন্দান্না মহৈ তমহুনা মমৈদা লাইরিক হৈবা ইনাকথুনবা অকাওবা অমা ওইরকপগী য়ারীনি। আদর্শ শেংই। কামিনী কান্তনা মশাগী 'ইরৈবাক্কীদমক্তা' হায়না কৌবা উপন্যাস মচা অহুদা লৈবাকপু লুনা চান্না তৌবা, মরৈবাক্কীদমক্তা থরাই লায়না কংথিবা নহা অমগী লমচং য়েক্লবা লাক্লরি। অসুম্না উপন্যাসতা আদর্শগী মফম চাউনা লৈবা উরি।

অমরোমদা, অশেংবা থৌদোক-য়াথোক্না য়ুক্ফম ওইরগা তমজনকমগী মাইকৈরোমদা লৈশিল্লপ ইবা উপন্যাস মণিপুরীদা উহ। হিজম গুনোগী 'খুদোল' উপন্যাসতা মওং অসি তক্ল তক্ল য়েক্লবা লাক্লরি। গোকুলবিহারী, থম্বাল, পূর্নিমানচিংবা লমচং অয়াম্বা মীয়মলেনগী লোনচন্তা তাউথিহুনা অহানবা মতাংদা মিহৌরুই, কল্লকউই, মশাগী ওইজ-থিবদা তথক তথকপা থমোয়দগী পুকচেল ফনা পীক্লুই। নায়ক ওইরিবা গোকুলবিহারীনা ইয়াং য়াংবা থমোয়গী থৌইনশিন্দগী ভাব-মেন ইতা তারুদনা লান্না লৌরুহুনা মাগী সুংশিবনা মরূপ য়ত্তনদা খুং থৌক্লুই। অহুবু মমৈথংদা মিগুংশি; সেবা অমসুং থাদোকপনচিংবা মীওইবগী ধর্মনা হিনাউ শারকথি। মশাবু মশানা, খুহুম চনজনবা লাক্লবা অমদি কর্মগীদমক্তা কর্ম তৌবগী য়াকম নীংশিংহল্লি। কার্ট পারসন হায়বদি 'ঐ' 'ঐ' না পাউদম্বগী নীংথিজরবা। খুদোলনি। পাউদমগী থোঙচং তম্লী। পাচার্নী 'হুজ' হায়বা উপন্যাসতা উংলিবা মুস্তাকা আদি সনমাগী সুংশিবা অমসুং য়ুম্বানবগী লম্বৈলদা বরকতুল্লাহ হায়রবা ওক্তবা দাকু অমনা চঙলক্লুনা সনমাগী ইজ্জৎপু কাবো-কদোম অয়া-কলোমগী মত্তা লৈহুনা শান্নথিবা থাঙঙমত্রবী সলমাক্সা মুপীগী অয়োইবা থৌদাংদা লাকুহুবু হৈক্লাংনা থিলহহুনা লোইশিনবগা লোইন লোইননা

মপাবুসু লায়জখিবা ; অদুগা মরাল ইরৈ লৈজদবা মুস্তাফানা দন্ডিগী অরাফম তাবা পুন্নমক মথার্থনি। মরক অসিদা মুস্তাফাবু থমোইনুংদা লোয়না মুংশিজবী খঙিজা, খঙিজাগী মুংশিবা-মুংশিবদগী থাদোকপা ফাওবগী লম্বেলদা ঈথোগী খোঙচৎ ওইনা লৈখি। মিচৌবনা কৈস্তু তৌরা য়াখিদে। কায়রবা মথমোয় পুরত্তুনা হজ্জ চৎখিবদগী হল্লকখিত্রে। মাগী মুংশিবনা অত্তোপ্পবু ওৎহনবা পামজখিদবগী মওংনি। মুস্তাফানসু মাবু থৌওইখিদবা নত্তে। অওন অওন চাবগী রাখল মঙোন্দা লৈতে। আদর্শরোমদা লৈশিল্লকই। আদর্শ হায়বসিমসু মায়ওন অমা ওইনা লৈরি।

মুংশি-মুংওনগী মফম চাউনা উপন্যাসতা লৈ। হায়দগী চৎনরকপা লম্বেলনি। রসরাজ হায়ত্তুনা বিধা খুদিংমক্তা চঙলকই। মুংশিবগী কায়নবা অমদি থুংনবা অনীমকী নীংথিজরবা মুর্ত্তি য়েক্লরকপা তোক্ত্রি। মুংশিবগী তোঙান তোঙানবা শক্তম লৈ। নায়ক নায়িকা মুংশিনব-দগীনা মমাগী মুংশিবা মমতা, মচেন মনাও মুংশিনবা, দেশ মুংশিবা মজাত্তি মুংশিবা অসিনচিংবা মওং কয়ামুক ওসিগী উপন্যাসতা য়েক্লরি। কায়নবগী মতাংদা পিরাংলক্তা পুন্সি কেম্বগী মহুত্তা পাকথোকখিবা মীৎয়েংদা থাদোকপা অমদি সেবারোমদা ঈথৈ পীনরকপা য়াওই।

মুংশি-মুংওনগী মতাং অসিদা নৌহৌনা ইথৎলক্লিবা উপন্যাস কয়া-মুক্তা অপাম্বা অমদি কামগী ঈরাংনা নম্না থোকপা মওং অমা পাক্লা চাউনা উরকই। ঈরাংনা মপুঙ ওইবা, মুপী মুপাগী ফোঙদোক্লত্রবা থুপ্পা লৈবা লোনচৎ কয়া কয়া কাচিন কোয়া য়ৌনা, ময়েক শেংনা শেংনা উৎনবা লাক্লরি। হামচৎনরক্লবা সমাজগী পুক্সি অসিদা অরোন অথুপকী রা থোইদোকপা লৈত্রে হায়বা মত্তানি। অশেংবনি, মীওইবা খুদিংমকী ওইবা মাল্লবা প্রবৃত্তি শোক্লা ইবনি। সাহিত্যদা পুননৌ নৌবা হীরম অমদি খুৎলাম্বোক নত্তে। ললিতকলাগী মুগ খুদিংদা

ঈথৌ অসিগী শকম অদুম্বক লোয়মরকপনি। অদুগা কোক্তদোকপদা অরোইবা থাকা থাবা থাকপা থাকবগী রাকমদনি থোরকইবা। হায়রিবা ঈথৌ অসিগী কয়াং খুদিং শেংনা শেংনা অমদি চাউথোক চাউথোক্না বর্ণন তৌবসি অয়াম্বা মতাংদা কয়া চংথরকপা ওইবা তৌরি। ঈশানবা থল্লবা উপন্যাস কয়া অথীংবা লৈতনা থোরক্লি। খুমস্নেম ইবোহলগী উপন্যাসশিংদগীনা রনেনগী 'শরীক মথোল,' রত্নকুমারগী 'উনশাখা সুংশিবা,' জয়কুমার শর্মাগী 'লৈকং ৎস্বাল' অসিনচিংবাসি হায়রিবা মখল অসিগী খুৎইদা ইবনি। থারোইদা, রারী-হাতাইদা, ফিবম য়েকপদা, শাক-য়েং শেম্বদা অমদি পাত্রশিংগী কায়াং শীংথাবদা ফাওবা কামগী ঈরাং শাগোরে। কোক্তদোকখনখিবা হায়বসিমক্তম্বু ইহো হোরকপা শোয়দবনি; অদুগা করিগুম্বা থরদি থুখুনা থম্বা হায়বসিমক সাহিত্যগী চাউরবা গুননি। মরেক শেংনা উৎনবা লাক্লবদা কাসনী মলুং হকচিল হকচিল্লবা মতাং য়াম্না থেংনৈ সমাজগী লোম্বুপলোনজানবা কাচিন কয়াগী মমি য়েকরবা ওইবা তাই। ঈ থেগৎনক্লিবা মশাবু মশাগী খুত্তুমদা থম্বা তমজিবা নহারোলশিংদা করি করম্বা রাখল শীরমগনি—ফরিত্রা করি-রোইজ্রা, কাক্লবা তারগনা করম্বা মওংদা কায়রবা য়াই হায়বসি ময়াম পূম্না খম্নকম থোকই।

ইতিহাসকী অশেংবা থৌদোক রাথোক্না য়ুমকম ওইবা কল্পনাগী শরুক্র সুংস্তাইহনগে লাক্লবা খুৎইগী উপন্যাস মণিপুরীদা থরা থেংনৈ। ঐতিহাসিক উপন্যাস হায়বা মখল অদুগী মীয়েংদা নৈনবা য়াবা উপন্যাসশিংগী মন্থুংদা নদীয়াচাঁদকী 'অমরকীর্ত্তি' 'দেওদান,' 'ময়াম্বা গরীবনিরাজ'নটিংবা থরসিনি। মওংদি ঐতিহাসিক উপন্যাসকী মওংনি। সনালৈবাকী ইতিহাসতা লোম্না থুপ্না লৈত্রবা থৌদোক কয়া কয়া থি থিত্নুনা নৈনয়গা লৈবাক অসিগী হৌখ্রবা মিংথৈ নৌহৌনা শকপসিনা খুৎই অসিগী মরু ওইবা লমথুং ওইবা তাই। হৌখিবগী মমল নৌনা লেখ্রবা সাহিত্যগী থৌরাংনি। উপন্যাসকী খুৎইসিদা পণ্ডিত ওইবনী মওং মীংখিনা চঙখিবমা

উপন্যাস ওইবদগী ইতিহাস ওইবনা লৈরম্না থোকই। থম্‌জিনহৌরবা থেংনবা রেকোর্ড কয়া মথং মথং লাম্হোরকপনা পুক্নিং লৌশিংগী মচাক য়াম্না য়াওবা অইবগী মনানি। ইতিহাসকী অমদি ভাবনা থোন্না থৌদোকশিং ভাইশিন্নবদা থোইদোক হেন্দোক্লা রাথল তৌথিবা য়াদ্রি। ইতিহাসকা কাব্যগা পূর্নশিল্পগা সাহিত্যগী শুংঙাইবা কংহন্নবা হোৎনবা অয়াইবা থৌরাং নত্তে। মাঙৈকে অসোমদা মণিপুরী উপন্যাস চঙ্ঙদ্রবা নত্তে।

বর্নন তৌবা উপন্যাসকা পোৎচঙ অমনি। অইবা মশাগী মীৎয়েং, মশাগী রাথল মাগী বর্ননগী মওংদা উবা ফংই। নীংথিজবা য়াওই। বর্নন তৌহনা উৎলিবা মফম মতমগী থৌদোক-রাথোক নত্রগা মহৌশাগী দৃশ্য অহুগা পাত্রশিংদা ফোঙদোক্কে লাক্লিরবা মীরমচৎকী মুঙং অহুগা থল তম্বদা চপ মান্নহল্লবতদা উপন্যাসকা চাংলেম্বা মওং হেন্নংলি। পঙই ইবা চৎনরক্তে, অনাদং ইবদা অর্থ চপ চানা পুবা ওম্বনা থ্বাইদে ফে। শীংথানীংবগী অপাম্বহু কোক্লবা নত্রগা ইচম ইচম চম্বা, মশানা ভাবা, হায়রুত্রবস্থ য়ারবা মতাংদা, হায়বদি রা ভাংবদা চিনবান লেংবা, খোংথাং কানবা, চাবা থকপা অসিনাচংবা মওং মতৌ কান্নদবদা শাংনা ইবদি অয়েম্বদা লাহরিক চাউথিনবান অপাবগী মতম মাঙননবনি। পীক্তক চেংতক হনরক্লবা মতম্নি। অয়ুক্কী নুমিদাংগী নুতিগী ময়ামগী ওহবা, লমচং শাক্তং হৌন পোনচং পাক্তক্লনা য়েকপা তৌনরক্লরে। অহুমকপু থরদং ইরগা য়াম্না ফোঙদোকপগী মায়োক্তা ইংনরকপা অচৌবা উপন্যাস থম্না ফোঙনরকপা থেংনৈ। হায়রিবা থার-থারবা উপন্যাসশিং অসি অহৈবা অমনা তৌরবদি ফোঙদোক্লবা পুম্নমক মপোপ ইকায় হেক কায়হন্দনা ফনা য়াম্না পীকশিন্না শেমদোকপা ওম্বা য়াই। বর্নন অমদি রারী রাতাহদা রাহৈ অমা হেন্দ অমা, রাত্ত ফোঙদোকপা মতাং থেংনদবদি নত্তে। (হিজম গুনোগী 'লমনগী অহৌবা মতাংনি।) শক্তি পায়বা, নিংথৌ ওম্বা অওম্বা শেলুংবগী কলক মীৎয়েং চঙলবী,

মপুন্নৌইবা চাউবগা থুদক্তা কাম্নরগদবী, অবলা হায়রবসিদা লৈতেং খুইরিবী, খোমজ্জকনৌজক্তিরী শক্তুবীগী কোকমক্তা নোংমদোক নীংখায়ন্নুনা লনবগুমখোক্ক- ।খনরা তিনন-অসি বর্নন তৌরকপদা প্রকৃতিগী শক্তমসু-অচুম্বা য়েকলকই—

""কাইয়েন থাদনি-থাশি ন্নুমিংকী অহৌংনি, মপুমা শুক-শুথ্রে । মোংসু থিংলি থিংলি চুরি, থোইনদি কন্দে, মুংশিংনা কম্মা শিংপনা মী পুন্নমক্কী পুক্লিংদা মতম চাদনা অকনবা নোং-মুংশিং লাক্কুনা মালেম অসি মথকমথা ওনগদৌবগুম চিংনহল্লি অহৌংগী শরুক অম্মাম্বা হৌথ্রে; কনা অমত্তসু মপান থোক্কখিদরে"--আসনচিংবা । তাইবংগী থোদোক রাথোক্তা পুশিন্নক্লিবা মহৌশাগী শক্তমগা পকশিন্নৈ চুশিন্নৈ হায়বা য়াই । পাচাগী উপন্যাসশিংদা অসিগুম্বা মতাংগী বর্নন অমদি রায়ী রাত'ই কনা য়াম্না উই । ওসি ওরাং কোংওনরকপা উপন্যাসশিংদা চাম্ন চুনবা মতাং উই অদুবু উপন্যাস মপুমগী ওইনা তৌরম্মবদি য়াম্না হেন্না ফগদবনি নীংই

উপন্যাসনা উংলিবসি পুম্নমনি । পুন্সি অসিবু মপাম্নোংগী শক্তমদা য়েক্করম্বা থেংনৈ । অয়াম্বদা নীংথিজে কজে হায়না থনবা নত্রগা, পাম্না থোক্কুবা থোদোক থর। লেংশিন্নগা থম্নরম্মী, থোদোক মরুওইবা উপ- ন্যাসনি । মতমগী উপন্যাসশিংনা সমাজগী অমদি লনাইগী মীয়মচৎপু পুন্সিসিবু মপানলোমদগী য়েংলকপগা লোয়ন লোয়নন মমুংলোমদগী য়ারিমথৈ হকচিন্না উশিন্নবা লাক্করক্লি । ময়ামগী ওইবা মুক্কবা চিংনবগী মথক্তা লনাইগী থমোয় অমত্তদা মুক্কবা চিংনরকপা, কুমতি সুমতিগী রাকম অমদি টু বী ওর নোট টু বীগী তুং মাঙ চিন্থায়নবগী ক্রিবম উংনরক্লে । পুক্লিংগী নত্রগা থমোয়গী থুপ্পবা কাচিন অমদা ঈহৌরকপা লোনচৎ কয়া কয়া মনোবিজ্ঞানগী মীৎয়েংদা য়েং-য়েংহুনা উৎপা হৌনরক্লে । 'হুয়াদ বেগম'গী পাত্রশিং মপান্দদি ঈনা তপ্পা উই ; অদুগা মমুংদদি প্রলয়গী মৈবা চিংলি ; মৈশা থাওনবা শেম-শাহৌত্রবা আসরফ আলিগী দি ভুম্ফমদা মোংফম ওইথি । 'খুদোল' 'লমন' রাধা'কায়ন ঈহৌ'নচিংবা উপন্যাস- শিংগী মরু ওইবা পাত্রশিংদা ক্রিবম অসি উই । অসুম্না নৌনা থোকলকপা

উপন্যাস ময়ামদম্থ মনোবিজ্ঞানগী মরুদা তাইবঙগী লোনচৎ য়েক্লবা কন্না লাক্লরক্রি। মুংশিবগী লমদা কোক শারবা ইনথংলকপা থমোয়গী লাইরানা নম্না থোকই।

চনন্নরবা পুন্সিগী মগ্নি উপন্যাসতা তাম্নি। থৌদোক মথং মথং লাক্লোকপদা অপাবা অমদি অতাংগী পুন্সিং চিংশিনলে হোৎনবগা লোন্নরা চনন্নরবা প্লোট কন্না চৎনরক্রি। ফোঙদোকপা অমদি লাক্লোকপগী মতাংদা হান্নদগী চৎনরকপা মওং (ট্রেডিসনেল টাইপ) অদু হৌজিক ফাওবা উরি। অহৌবা ময়াই, পোল্লোই পোল্লোইদা অরাপোল্লোই নত্রগা মুংঙাই পোল্লোই; নত্ত নত্রগা রারী লীথবদা রাহৌদোকী থাক, হোৎনবগী থাক লময়োবা ময়াইগী থাক হায়বনচিংবা পোল্লোই ফাওবগী থাক মন্নাম শিংসি উপন্যাস অপুম্বদা থেংনরি। রারা মান্নদবা পাত্র থেন্নবা নত্তনা লাক্লোকপগী মওংদি উপন্যাস মপুম ওইনা য়েংবদা হান্নগীগা মান্নরা লৈরি। অদুগা মতাং অসিদা থন্না থেন্নবা মওং অমনা পাচাগী 'না তাথীবা অহল অমা' হায়বা অমা লৈ। মওংদি উপন্যাসনি হায়বা য়াই; অদুগা চৎনরকপা ময়াম অমা য়েংলুবদদি মসিদা রারী য়াওদে, থৌদোক মথং-মনাওগী রাকম য়াওদে, মপুঙ ওইবা রস, তেংবাংবা কন্না থোইনা য়াওদে। অরা পোল্লোই নত্রগা মুংঙাই পোল্লোই নত্তে। রারী মন্নুংগী ওইনা পাত্রগী তাংদাংব লমচৎ য়াওদবগুম উই। অদুগা থৌবি মক্তি হৌজিক মতমগী চনন্নরবা চৈন-থনৈরব পুন্সিগী মওং অমা পুম্নুম্না উৎকে তৌই। মরুওইনা পাত্র অনীথক্না তোঙান তোঙানবা মরুম অমনীদা মতম মান্নদনা রারী শাবসিনা রারী মপুঙনি। রারী রাঙাই অসিদা অপুনবগী অমদি লনাইগী পুন্সিবু থরদংদগী ওইবা মতাং মতাংদা চোম্নপ চোম্নপ উৎকে লাক্লরি। অদুগা বর্নন নত্রগা তমথবগী মতাংদা ব্রেকেট য়াম্না শীজিন্নৈ। অইবা মশানা থোক্লীংবা মতাংদা চোংথোক্লুনা হায়নীংবা হায়বা য়াবগী থুদোংচাবা চপ্ চানা ফংলবা উপন্যাস হায়বা

খুৎইদা ত্রেকেট অসিন্না করি অথুপ্পা অরোনবা অমা ফোঙদোকে লাক্লরিবনো—হংবা য়াবা রাঙংনি। উপন্যাস মপূম ওইনা য়েংবদদি নোংচুপ্লোমগী উপন্যাস খোঙচত্তা শোক ১৯১৫ দগী ৯৪১ ফাওবদা থমথেংনা মপুং মরৈ ফাখি থম্নবা ষ্টিম ওফ কনসসনেসকী উপন্যাসকী শকক্কম থম্না নীংশিংলকই। না তাথীবা অহল অম'গী খুৎই পাঙউ উত্রি।

পাউদম শৈলীগী মতাংদা চৎনরকপা অয়াম্বা, হায়বদি ফার্ষ্ট পারসনদা ঐ ঐ হায়দনা পাউদম্বা, থার্ড পারসনদা অইবা মশা তোঙাম্না লৈরগা অটবা অমনা কম্সগুম কেম্না অসি মশীং যাম্না উই। ঐ ঐগী পাউদমদা ফজ ফজরবা যাওরকই, মতা চাদবম্ন লৈতবা নাত্র। পুম্নিগী রারী, আত্মকথা লীবগুম ইনবকপা যাওই—'খুদোল'নচিংবা। নীংশিং নীংশিংদুনা তম্নগী মওংশু লৈ। চিঠী মথং মথং ইনদুনা লীবগী মওংনচিংবা, ডাইরীগী লামায ফাংদুনা তম্নগী মওংদি উত্রি। পাউদম্নগী ঈচেল তম্নলা পাবদা ওাইঙম শীংঙমদবম্ন য়াওরকই।

হায়দগী হৌনা অতোপ্পদগী ৱাহৈ কৌবা, রাহৈ কয়া শেম্বা চৎনরকই। অম্নুমা উপন্যাসকার অমমমনা রাহৈ কয়ামুক পুশিল্লকই অমদি অনৌবা শেম্মী। পাকথোকপগী খুদম্নি। তাবদা, মুংঙাইবা, চপ চাই হায়না থনবম্ন য়াওই; অদুগা, হেক থেংনবদা ওযওয়ননা থোকপম্ন কনা য়ায়া থেংনরি। কলমগুম্নবু 'মুকচৈ', উম্নববু 'শকথেংনব,' জগহ নত্রগা জাগাবু 'জায়গা' হায়না শীঙ্গিন্নরকপদি, য়াদে হায়বগী রাদি লেতে হায়বম্ন ওয়না চায়। রাহৈদা অমদি রাহৈ পরেংদা নকরুবা লোলশিংগী মমি চঙলকই হৌনবনি। লোলগা রাখলগা অয়াম্বা মতমদা পুম্না চৎমিন্নবনিনা মরক্তা রাখল ফাওবা, চৎনবী ফাওবা পুম্না চঙলকপা য়াওরকই। 'খুদোল'গী করিগুম্বা পরেংশিংদা মখোয়গী থোজাল ফংলবদা ' হায়না ইদুনা মৈতৈলোলগী 'য়ৌবা' নত্রগা 'থেংবা' হায়বগী

অর্থদা 'কংবা' হায়বা ক্রিয়া অসি শীজিন্নৈ। 'মরৈবাকীদমক্তা' হায়বা কামিনী কান্তগী উপন্যাস অমদা—'তপ্না শিংলকপা অতেকপা মুংশিং. .' হায়না শীংথাহনা অতোপ্পা লোলগী মমি উইহল্লি; 'খোঞ্জেল' হায়বা বী, খেলচন্দ্রনা ইবা অমদা—'অমুকী মত্তিক মীওইবগী খোঙথাং অসি লুপ্ত্রে অহুদি চুম্না অফবা লম্বী...' হায়না ইরকই। মসিমক্তি অতোপ্পা লোলগী খুৎইনি। অয়াম্বা উপন্যাসতা থেংনৈ। লোল অমগা লাম-শিন্নবা হৌনবনি।

ওসিগী পাত্রশিং অসি পুন্সিগী লেংলি পাল্লিবা পা'ত্র'শিংগুম মথল মখা য়াম্মী, শক্লোন কযামুক পুতনা লাকপনি। থরা অমনা লনাইনা ময়ামগী মহুৎ শিল্লি। খোইবী দেবী, গুনো, ইন্দ্রকুমারনচিংবা উপ-ন্যাসকারশিংগী পাত্র অয়াম্বনা কাঙলুপকী মহুৎ শিল্লকপা মতমদা কামগী ঈরাংদা মপুঙ ওইবা উপন্যাসশিংগী পাত্রশিংনা, মীরমচংকী লনাইগী ওইবা কয়া য়েক্লরকই। নদীচাঁদগী ঐতিহাসিক উপন্যাসশিংদা শুমজনক্লমগী থাক্তা লৈবা পাত্র য়াম্না যাওই। অহুগা মরক অসিদা 'হৃদ্জ' অমস্তুং 'হযাদ বেগম'নচি'বা উপন্যাসশিংদা পাত্রশিংবু মথল মখাগী ওইবা ফিবমদা ইক্তুনা য়েংলকপা য়াওরকই।

সমস্যা অমা নত্রগা করিগুম্বা 'থৌদোক রাথোক অমা হান্নবা লাম্ভোক্লগা রাথোক অহুগী অশেংবা মরী মখোঙ খীহনা পুথোকপনা মপুঙ ওইবা উপন্যাস অনী মরি উই। ক্রাইম অমস্তুং দিতেক্তিবগী শৈলীগী শক্তমদা ইগে লাক্লবনি। যাম্নমক পান্না তুং তারকপদি থেংনল্লি। লৈবাক অসিগী সমাজদা চানরম্নবনা ওইবস্ত য়াই।

অমরোমদা অমনা-বিজ্ঞানগী ওইবা থৌরম থৌদোক্লা মপুঙ ওইবা মচা অমা থেংনৈ—'থাদা জাতি অনী'; অইবা ইবোপীশক। অহুবু খুৎই অসোমদস্ত শীংথাবা য়ানা চঙশিনবা তৌনরক্লি।

খোঙথাংমিন্নরিবা মতম অসিদা সাহিত্যগী করিগুম্বা বিধা অমগী তাংদাংবা মায়ওন লেপ্পা ছায়বসি পওচম চদ্বা নত্তে। মরু ওইবা খরা নত্তনা খোখোংপা লেপ্লুবা ওইখোক্তে। অসিগীসু মথক্তা ওন্নীং ওন্নীংবা মায়ওন্দা চংলিবা মতমগী সাহিত্যনি। থুদিংমক মাগী মাগী মায়ওন অমমম লৈজবনি হায়বা য়াই। চংনরকপগী মতুংইন্না মান্নবা নত্তগা মান্নগে তৌনা অপূনবগী ওইবা খরসু শোয়দনা লৈকমদি থোকই।

ইম্ফাল/১৯৭৩

# কবি চাওবগী রারেংদা ধর্মগী মমি

রারেং (রচনা/নিবন্ধ) গী লমদা মনিপুরীগী অপোকপা ওইরিবা কবি চাওবনা (১৮৯৬-১৯৫০) রারেং (গদ্য/প্রোজ) ১০৩ লোয়ম থম্মিরম্মে। রারেংশিং অসি থরনা রা লেংশিনবনি (কম্পোজিশন) থরনা অনেম্বা রচনানি (এসে) মহুগা থরা অমনা য়াম্না রাংবা থাকী রচনা। মথক কয়াগী মণ্ডল (মণ্ডন) পুরবা রারেং ওাক্রনি।

রারেং তায়বসিনা অইবা মী অহুগী মীওং (পার্সনেলিটী) অসি হেক্তা হৈজিনবনি। হীবম থনবা অমদি হীরম অহু শেল্লবগী মশেল্লা (হায়বদি ট্রিটমেন্ট) অসিদা ইরিবা মী অহুগী মুংগী শক্তম হায়বদি মাগী অপাম্বা অনীংবা, মাগী রাথল্লোন, মাগী মীৎয়েং, মাগী থমোয়গী ইচ্ছল, মাগী মচু, মাগী নাৎ শম্না হায়রবদা মা মশামকী মশক শোয়দনা য়াওরকই। মশা থওবা য়াহ থওদবসু কোল্লাইনি। চাওবগী রারেংদা মশাগী মশক ময়েক শেংনা য়াওরি।

ধর্ম হায়রিবসি মীওইবগী মুংগী হায়বদি থমোয়গী লৌচৎনি। ধর্মগী চেৎলবা য়ুম্ফম অমদি থাজবা হায়বসিনি। থাজজবদা লাম্নরিবা তাইবওনি। থাজজবা হায়বসিদা মাথাগী থাকম থোহনা ইলেত্তে অহুনা মরেগী মক্কম শুওচাউ চাওনা লৈত্তে। মরেবুদি পুক্নিং নত্রগা থমোয়গী ইচ্ছলনা থুহ্নম চন্দুনা থম্মী।

চাওবা য়ুগকী মনিপুর হিন্দু মনিপুরনি। মৈদিংঙু গরীবনিবাজ (পোনশিবা মতম ১৭০৯-১৭৪৮) অমদি মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা (১৭৬৩-১৭৯৮)

লোয়ননা অথৈ মৈদিংগু শিংনা পেংখাও নাইনা লাইমিং লৌরকপ্রবা মনিপুরনি। মহারাজ চুরাচাঁদ (১৮৯১—১৯৪১) অমদি মহারাজ বোধচন্দ্র (১৯৪১—১৯৫৫) গী মতম অসিদদি মনিপুরগা হিন্দুগা খায়দোকপা য়াত্রবা মচল ওইনা লৈররবনি। নিংথৌ অনীগী হাকক অসিদনি কবি চাউবনু য়োকখিবা লোয়ননা কলম মক লাউবীদা পায়হনখিবা। চাউবা হিন্দুনি। হিন্দু ওইনা পোক্লগা হিন্দু ওইনা লৈ-খিদবনি। হিন্দু অসি মা মশাগা অমত্তা ওইখিবনি। মসিগীদমক্তম্ চাউবনা চাউখোকচখি—

. গাতুদগী হেম্না হুগাইবা অমসুং হেম্না অইংবা খুভমদি ঐখোই হিন্দুগীদি লাইরৈবাকনি। খুম্বা নোংবানগী রাতস্থ নত্তে, কৌরব পাণ্ডবতস্থ নত্তে, ঐখোই হিন্দু পুন্নমকনা অমুক হেন্না হুংঙাইবা রাখন তৌহনা তেংবানবগী ঈপাক অসি লাম্হোকপা। ওম্মরি, মসিগী নীংখিবা ফজবা, হুঙাইবা, অইংবা পুন্নমক স্বর্গগী থাকুনা থমলি—যথা ধর্ম্ম তথা জয়। ধর্ম্মগী মরীদা হিন্দুনা রাংপা লৈবরা?" (ফিদম- খুম্বা অমসুং নোংবানগী পাউত্তাক; লাঃ ৩৬)

হিন্দু হায়রিবসি চাউরবা কাণ্ডলুপ অমগী য়ায়নক পাক-চাউনা শন্দোকপা লীচং অমনি। কাণ্ডলুপকী পুন্সি মরেল অমনি। কবি চাউবদা পুন্সি মরেল 'রে অফ লাইফ, অসিগী মমি মাগী য়ারেংগী থুংইদা ময়েক শেংনা শেংনা উই। ঈশ্বর ভক্তি হায়বা য়ারেংদা তাইবঙ পানবা মপুম অসিবু ঈশ্বরগী লীলানি হায়না তশেংনা থাজৈ; লেওনি-পান্নিবা পুন্নমক অসি ঈশ্বর মহাক্কা লীলাগীদমক্তা শেম্বনি হায়না মত্তাংগী ওইনা পন্নি—

"ঐখোয় মীওইবনা তেংবানবা মপুনা মহাক্কী লীলাগী মরম ওইনবা (লীলা কারনগীদমক্তা) শেম্বিরম্ববা মীওইবা নত্তনা জীব অথৈগী মরমদা থোইনা থংঙবা লৈরবস্থ ঐখোয়না জীব অথৈবু তোক্লবা জীবনি হায়রকপগী মরম করি লৈবগে! (বাঙলগী ঈচেল; লাঃ ৩৮ ৩৯)

হিন্দুগী শকপানবা (সাকার) লাইদা থাজবা কাওলুপকী মফমদদি লাই কয়ামুক, কোটি কুনথ্রাহুমদোই লৈ। মতাং-মতাংগী অমদি মফম-মফমগী ওইনা মথল মথা কয়াগী লাইগী শকলম, মূর্তি লৈ। দেব কয়া কয়া অমদি দেবী কয়া কয়ানি। মমিং কয়া মশক কয়া কয়ানি। ময়াম অসিদা থাজবা নত্রগা মুংশিজবগী মমি চাউবদা লৈ। লাই ময়ামগী মিং তোয়না পাম্লি মতাং মতাংগী ওইনা ঈখাংচবগী মওংনি। অদুবু ময়াম অসিগী মনুংদগী থ্বায়দগী চাউবা মঙ্গল মশক ওইরিবা হরি নত্রগা বিষ্ণু অমদি মহাকী শাইওন ওইরিবা কৃষ্ণবু চাউথোকইবদ্রি হায়না লৌহ। কৃষ্ণগী মশক অহুম বৈষ্ণব সাহিত্যদা ফাওরি -অওাং ওইরিবা কৃষ্ণ; নহা ওইরকপা ইনথঙলকপা মতাংগী হায়বদি মধুর রসকী কৃষ্ণ অমদা তাইবঙ লৌশিনবা মমুদ তানা হৈশিংলবা দার্শনিক কৃষ্ণ; অমম্বদা গীতাগী কৃষ্ণ। অমানবা অমদি অনীশুবা কৃষ্ণগী মমি চাউবগী রাবেংদা থোইনা তারে। ভাগ্য-চন্দ্র রাবেংদা অনীশুবগী মশক থরদি উই। অদুৈত মচলশিংঙদি তাই। যারমক পাক শন্না তারিবদি গীতাগী শিন্দা পাওবদা মাম্ব ওনশি-নবা দার্শনিক কৃষ্ণ অসিগীনি। কবি চাউবদি পুন্সি অসি শিনশগনি অদুগা অওমা শিন্থা পাওবনা তাইবঙগী মীচৎনি হায়না চেৎনা থাজবা কলাকারনি। অদুনা শিন্থা পাওবগী রাখল্লোন্দা লেওদনা লৈবা কৃষ্ণগী মশক অসিদা লুপচবনি। অসিগুম্বা দার্শনিক কৃষ্ণগী দর্শন ওইরিবা গীতা অসিনা রাবেং ইবা চাউবগী লমজিং মৈরা ওইনা লৈ। পুন্নমক থাদোক্লগা চাউথোকইবা কর্মযোগী কৃষ্ণদা চঙজরবগী রাথল কোক-লোকপদা অপেনবা পোকচৈ। ঈশ্বর ভক্তি দা পন্নিঃ—

সর্বধর্মানপরিত্যজ মামেকং শরনং ব্রজ।

অহংত্বাং সর্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মাশুচঃ।। (গীতা ১৮/৬৬)

(ধর্ম পুন্নমক লীচংকী থোদাং পুন্নমক থাদোক্লগা লেওদনা হুংঙাইবগী

মশক ওইরবা ঐঙোন্দা চঙজৌ ঐনা নওগী পাপ পুম্নমক কোকপিগনি রাগনু)
হিন্দু লিচংকী বেদশিংগী মচি (বদান্ত) গী রাথল্লোনবু য়াম্নমক লুনা তৌজবগী মওাল চাউবদা উবনি।

অস্নুম্না হিন্দু লীচংকী নাক মেংতা নাউয়োক নাউকোম্নকথিবা মীওইনিনা লীচং অসিগী পুন্সি মরেল অসিগী নাং মসিদা লৈবা চংনবী থাজনবী হায়বদি মপূম ওইনা হায়বা তারবদা মসিদা ফংলিবা পুন্সিগী মীংযেংগী মওাল চাউবদা লাই। সাকার ব্রহ্মদা থাজবগা ঈরোয়ননা বিধি-ব্রহ্মা নোংদম্বদা থাজবা, (মীওইবগী থবক অমম্নুং অতনবনা রাকাইবা রাথলগী ঈচেল) ধর্মনা লাকচরকই হায়বা (থম্বা অমম্নুং নোংবানগী পাউতাক ফিদম) শিরবা মতুংগী পুন্সি অমদা থাজবা (থম্বা অমম্নুং নোংবানগী পাউতাক —ফিদম) ভক্তিনা লননি থনবা (তম্বা-ছাত্রমচা) অসিনচিংবা হিন্দুগী রাথল্লোন অসিগী মমি তাবা থেংনৈ।

থরগা অমুক চপশিন্না হায়বা তারবদা কবি চাউবদি বৈষ্ণব নাংকী থরগা অমুক শূপচিন্না হাযবা তারবদি রারেং ইবা চাউবসি গৌরীয় কাওলুপকী মীওইনি। অমুক্তা খংচাউ চাউথোক্না হায়জনীংবদি চাউবগী গৌরীয় লীচং অসি মনিপুরীগী তোপ্তোপ তারবা মশক্তি। ধর্মগী মতাংদা জাং পাং থায়দবা তোঙানবা মওংগী চন্দোল মথিন (মতৈগী কেথোক মৌথোকপা থায়না অমম্নুং হৌজিক:— হরি বোল য়াউশঙ মৈথাবা অমদি অতৈ কুম্মৈশিংবু শীংথাবা পুং ঈশৈ লাইরিকনচিংবনা কোনশিনবা হরি সংকীর্ত্তনগী মওং (ছাত্র-ছাত্রমচা) অসিনচিংবা কয়া অসি মনিপুরীগীতা ওইবা তোপ্তোপ তাবা গৌরীয় কাওলুপকী লীচংকী মশক্তি। হায়জনীংবদি মনিপুরগী মশাগী লৈহাওদা হৌজরবা গৌরীয়া বৈষ্ণবগী লীচং লৈজৈ। ব্রজ নাং অমদি

নবদ্বীপ নাংকী পোংলম ওইজরবস্মু চাউবগী বৈষ্ণব লৈচংত্তি মৈত্তৈগী মচল য়াম্না য়াওপ্রবা মৈতৈ বৈষ্ণবনি। চাউবগী রারেংদা য়েক্লিবা নাক য়েংনা সাখীনি।

চাউবগী হীরম খনবদা হিন্দু নাক য়েংকী ওইবা নত্রগা মসিগা অপানবমক নত্রবস্মু নাকোযননা মরী লৈনবা হীরম অয়াম্বা মতাংদা খল্লি হায়বা য়াই। খল্লিবা হীরমশিং অসি লাম্হোয়রকপা মতাংদা চাউবগী মাথাদা মপান মরা তাপ্রবা হিন্দু-বৈষ্ণবকী নাক য়েং উরকই। খুদমমক্তা পীরকপদা চাং দম্লনদা নত্রগ। প্রমান তৌরকপদা হিন্দু নাক-য়েংকী রাহে-রাত। থোংদোক রাথোক নত্রগস্মু পোংকী শক্তম (কনসেপ্ত) লৌশিল্লকই অত্তুগা ফোঙদোকলকই। ধর্মগা মরী লৈনবগী রা ওাকস্মু নত্তে। করিগুম্বা রাকম অমা ফোঙদোকপদা মুম্না খল্লুবা তৌদনা খুদম অমা তাপ পীরকপদা খত্তনবু ওইরবস্মু খওদনবু ওইরবস্মু হিন্দু নাকয়েংকী চাইগোইশুংদা শং হেক্তা চঙলকই। অফবা 'সঙ্গতিল্ল' রারেংদা ময়ামগী ওইনা অচম্বা হীরম অমা লৌশিল্লি—অফবগা তিল্লবগী কাম্লবা, ধর্ম, লাই, ভক্তি ঈশ্বরগুম্বশিংগা মরী লৈনবা রাকম নত্তে। অদুবু অম্মুম শীংথারকপদা প্রমান অমা খুদম অমা তাপ লাম্মকই—

"অওইবমক অফব সঙ্গগা পান্দমনিঙাই তেংবানবদা অমা লৈত্তে, তীলনা লৈগা তিল্লজবনা শ্রীগোবিন্দগী কোক্তা থোগন তৌবা গুম্মী..." (ছাত্রমচা;লাঃ ২৯)

ফাখিবা ঈশৈ ঙংথোরকপগুম্বনি; খংরুবা নত্রগা মসিমদি অত্তম্বনা তৌরগে হায়বগী অপানবা থোইনশিন থোইনা য়াওদনা মথল্লতা ফুদোকচরকপা হিন্দু বৈষ্ণবকী নাক যেংনি। অসিগুম্বসি মঙাম্বক তম্না-রকতা নত্তে মশীং য়ামপ্রবা জাংনি অম্মুম্না শীংথা শৈথাবদা, ঈরোয়মনা পোং অমা রাকম অমা য়েংলকপা য়েকলকপদা হিন্দুগী ওইবা কাচিন (এঙ্গল) অমা অয়াম্বা মতাংদা ইয়াওদা য়াওই। হিন্দুগী লৈচংকী চাউরবা মশিনি।

চাউবা য়াম্না পাক শন্না পাবা তম্বা অমদি খঙবা অশেংবা য়ায়চৌ অমনি। য়ারেং শুবসি যায়চৌ ওইগল্লি হীরম কয়া কয়াগী লৌশিং চাউবনা কানশিনখি অতেক ধর্মশিংগী মরমদস্থু চাউবা নৈনখি নৈবাকল্লিদা পাক শন্না চংনরিবা ধর্মশিং, মরুওইনা খৃষ্টান, ইসলাম, বৌদ্ধ অমিনচিংবগী লৌশিংস্থু চাউবদা শোয়দনমক নৈ। মতাক মখাদা চংলুবা ধর্ম নত্রবস্থু হায়রিবা ধর্মশিং অসি য়াম্নমক লুনা তৌজেং ইকায় খুম্নজে। ধর্ম পূম্নমক মওং তোঙানজরবস্থু লমথুংদি অমত্তনি হায়রবগী মওংনি। করবা অয়াংবা রাখলনি হায়বা তাই। ধর্মশিং অসিগী মরু মরুওইবা লৌচং নত্রবা রাকম তোয়না পনবা থেংনৈ। ঈশ্বর ভক্তি য়ারেংদা লাইগী মফমদা নৈবা নত্রগা থম্বা মুংশি থাজবা অমদি চত্তবগী রাকম শৌংথারকপা মতাংদ চাউবনা লুরবা অমদি লূরবা রাখলদা লোয়ননা পল্লকই—

..."মসি ধর্ম চেল্লবা হিন্দুদা নত্তে; কায়রবা খৃষ্টানতনি হায়নস্থু নীংগস্থু; নিযম চেংলবা মুসলমানবুত্তস্থু হায়বা নত্তে, পৃথিবীগী মফম পূম্নমক্তা লৈরম্বা মী ওইরিবা ইচিন ইনাও পূম্নমক উরুবগা অওইবমক পুক্নিংদা মুংঙাইবা পোক্কনি।"(রাখলগী ঈচেল—লাঃ৪০)

মতাং অমদা অমুক পল্লি—

"খক্কুনা রেংলুরবদি পৃথিবীগী ধর্ম অপুম্বগী মরু ওইবা মত্রস্থু থৌজানদি খুত্ত ধর্মগী অচৌবা গুরু পূম্নমকনা অতেক অমমক মাত্রবস্থু থৌজানগী অমুক খক্কুনা মীগীদমক কপ্পিবা মীগীদমক নোকপিবা অমি মীওইবগী মপোক অমিদা মীৎনা উবা স্বর্গনি তায়ব্রি"

অমুকস্থু মথা তারি -

"অসিগুমহৌনা পৃথিদা মখিং চংলবা বৌদ্ধ ধর্মস্থু থৌজানগী মথক্তা শাক্কনি।" (থৌজান—ফিদম, লাঃ৪৮)

মতৌ অদুগুম্বা মতাং চারক চারকপা মতমদা ধর্মশিংগী রাকপ শীংথারকই। চুমতগী ইচম ইচম চম্বা অমদি মশিংতগী ওইবা পল্লবা নত্তে ধর্মশিং অসিগী মচিমক ওইবা নতত্তগনা থ্ৱাবা রাকপ ত্তাক্তুনি। ‘মীওইবা’ (ফিদম) ‘অহল লমম্বা হায়বা ইশ্ব,’ (ছাত্রমচা) অসিনচিংবা রারেংশিংদা বাইবলগী মওল লৈরবা রাকপ পল্লি। ‘পুকচেল ত্তিংবা’ (ছাত্রমচা), ‘হজরত মহম্মদ’ (ফিদম) নচিংবদা ইসলাম ধর্মগী মচং ওইবা রাকম কপা মরী লৈনবা থৌদোক-রাথোক কয়াগা লোয়ননা শীংথারি। শিনক্কম ওন্নবা (রাথলগী ঈচেল) ‘নৌংবা কায়গনু হম্না-হম্না হোৎনৌ’ (ছাত্রমচা) অসিনচিংবদা বুদ্ধ অমদি বৌদ্ধ ধর্মগা মরী লৈনবা রা কয়ামক্কম থোমজিল্লি। মথাক লৈরবা রাকম ত্তাক্তুনি। ত্তানশিল্লবা ধর্মগী লৌশিংনি। পুন্সিগী অরাবা মতাং নত্তগা শক্লক উগনবগী মীৎয়েং অমা চাউবদা লৈ। মসিদসু বৌদ্ধ ধর্মগী মশি উবা ফংবা য়াই।

পানগদবা রাকম অমনা, চাউবা মপাগী লোন অমদি নাৎপু থরায় হকচাংমক থাওশা ফুংশিজবনি। (লাম্নরবী ইরোমনি না সাখীমি) মরৈবাক মশাঙ্গিগী ভক্ত অমগুনি। অত্তুবু মৈতৈগী ওইবা লাইনীং লশীরোমদদি য়াম্না হেন্না পুক্লিং চঙবা উদে। মতমগী লৈবাক নিংথৌগী অমদি সমাজগী ইথিল্লনি হায়বা তাই। অত্তুবু চাউবা মৈতৈগী নাৎ ময়ামগা লোয়ননা লাইনীং লীচৎকী মতাংদসু থওদবা উদবা লোয়ননা মীরায়বদি তৌখিদে; অপোয়নত্তুম খিনিংবা খিজিল্লিংবগী রাখল অমা কাওখি। হায়না চপ চানা থওত্তুনা লৈরবনি। অত্তুমকপু অশেংবা মৈতৈগী শক্তম থওনীংখি—

" থাইনগী মৈতৈশিংনা করমনা পাল্লখা, ইপা ইপুশিং অত্তুন' কনানো অসিনচিংবা অসি ঐংোয়না মহৌশানা থওনীংজি, অত্তুগা

খণ্ডদবসু য়াদে ..মরমদি থিয়ূ থিরবদি মনিপুরগী ইতিহাস লেংনবা মচাক লোইনমক মন্ত্রবসু খরদি শোয়দনা কংগনি ।"

থিগদবা মায়কৈদি—

"অপোকপা লোনসু পাও—চুমনা পাবনদি কান্নদে, অর্থ খণ্ডনা পাও। থানা নিংথেম পোকএ লৈকক লৈয়াঙ্লোল চমুনা ছুমিং কোন্নে, পাখংবা পোকএ কালেন যুমশকৈশনে নাউরোইবীদি য়াপিলোকনে। লিংতুর্দি অঙাংপানে মচু লংএ। অসিনচিংবা (মণিপুরগী ইতিহাস' —ফিদম; লাঃ ৬৬—৬৭)

মসিগা লোয়ননা মৈতৈ পুয়া-পুরানগী রাকম কয়া, থৌদোক রাথোক কয়া মতাংগী ওইনা পল্লম্মী। 'গুরুগী ফানথোঙ' গী রা (মীগী মপান তাংবা তমগন্নু-ছাত্রমচা লাঃ ২৫) খমমুং মরমদম নত্রগা লাইরৈপাক কী রা অমদি খমমুং লাকপা যমনিংথৌ গী রাকম (শিবা কিবা—রাখলগী ঈচেল) অসিনচিংবগী রাকম শয়া শয়া শীংথারম্মী। চপ চাবা লাইনীং লাইশোনগী লম্বীগা অপাননা মরী লৈনত্রবসু নাংকী মরী থোক্লবা ঙাক্লি। গোবিন্দ, হরি, কৃষ্ণ চৈতন্যগা লোয়ন লোয়ননা পাখংবা; সনামহি, লৈমরেল অমদি উমংলাইশিং লাংলিবা মৈতৈ বৈষ্ণবকী নাক য়েংতা লৈবিবা সাহিত্যকার চাউবনি। মসিগী মমিগা লোয়ননা পুয়া পুরানগী মৈতৈ নাক-য়েংপুসু মখেক শোংনা ইকায়খুম্নরি। নাং তায়ববু অসিনি। ধর্ম অসিসু নাংকী কায়াং অমনি।

ইম্ফাল/১৯৯৫

# মণিপুরী অপাবা সামাজ

চেনা থরা লংনা ফাঞ্জিল্লগা মথুম অমা পানশিল্লগা মেজদা কোক থম্মিবা লাইরিক হায়রিবা পোং অসি ইচম চম্বা ইয়াং য়াংবা পোং অমা নত্রি মালেম কাঙ্ক্রুম অসিগী অহুমশুবা খোঙচংকুম্বা থক্তোরকপা খুৎচং অমম্ভু ওইরি। তঙাং তঙাংলবা উনহুমশুম্মবা লাইরিক অমা হেক ফাক্তোকলুবদা পূমহাঁত্ত মরক্ত মফম মতম তিন্নকবা গ্রহ অমী পাই-শিন্নহ্না থেংজিন্নবদা থোকপা য়াবা মৈশাগী দিগ্রীদগী তারোইদবা পরেং কয়ামুক থেঙনগনি। অমুকস্তু থরানমিচাক মৈপানবী অমনা গ্রহ অমদা থেংজিনবদা হৌবা মৈহৌগুন শারবা নাক য়েৎতা মেঙনা ঈংলবা মুংশিংস্তু থেংনগনি। ফীবম অনীমক্তা চেন্নরিবসি অইবা অমদি অপাবনি; মরমদি লাইরিক হায়রিবসি তাইবঙ মীওইবগী লাচনশিল্লবা লৌশিংনি; লৌশিংদগী ওইরিবা তাইবঙনি। লাইরিক লৌশিংগী লনগৈনি। লাইরিক তাইবঙগী লনগৈনি।

সাহিত্যগী লাইরিক অসি লনগৈগী কাথল মচা অমদা লৈবা চাউরবা লন অমনি হায়বা তাই। লনগৈ মপূমগী ওইনা য়েংলুরবদি পীক্কা থোকই হায়না য়াই। অহুবু লনগী মঙলগী মমল য়েংলুরবদি তশেংনমক হক্লবা পোংনি। মমল খঙবা চুম্মী। খঙনরিবা ঙাক্তনি, সাহিত্যদা মথল কয়াগী, থম্না চাউরপনা হায়রবদা পূমমক্কী লৌশিং চঙই; অহুনা য়াওরি। সাহিত্যস্তু লৌশিংগী মচাক্নি। অতৈদগী মসিনা হেঞ্জিল্লিবসি শক্লাইদবা ফজবা উবনি লোয়ননা তাইবঙ মপোক অসিগী নত্তবা শকপান্দবা মুংঙাইবা অমা ফংবনি। মুংঙাইবা

হায়বসিদি লৌশিংগী কাখন খুদিংমক্তা নৈ। হায়রিবা মনুংঙাই অসিদি অথুবা অপানবা মীওইদনা হায়বদি অপাননা হৈনরুবা মীওইদনা পারগা মুংঙাইবা কংনৈ। দাক্তর নত্রগা মাইবনা হিদাক লাংথককী মরমদা ইবা লাইরিক পাবদা মুংঙাইজে। বিজ্ঞানগী মীওইশিংনা বিজ্ঞানগী ওইবা লাইরিক পাবদা মুংঙাইজে। অমুম্না উকিল, ওঝা ইঞ্জিনিয়ার, খুৎ শাগী শিনমী নৈঙাক থৌরম পায়বশিং পুম্নমক অসি মাগী মাগী শিনফমগা মরী অপাননা লৈনবা লাইরিক পাবদা মুংঙাইজে। মুংঙাইবা মথল অমনি। মসিগী মুংঙাইবা অসিগা সাহিত্য পাবদা ফংলিবা মুংঙাইবা অসিগা যাম্না থেন্নৈ। সাহিত্যগী ওইবা মুংঙাইবদদি কোক্কী ওইবা হায়বদি লৌশিংগী ওইবা মনুংঙাইদগী তেঞ্জিনবা থমোয়গী ওইবা মনুংঙাই অমা ফাওরক্লি। মনুংঙাই মসিগীদি অকক্নবা মী নত্রগা মীওই কাওলুপ্তা নৈশিন্দুনা লৈতে। মসিদি পুম্নমকী ওইনা লৈ। খন্ন থোইবীগী বারী পাবা নত্রগা তাবদা মথল খুদিংমকী মীওই পুম্নমক মুংঙাই; মুহম্মদকী পুন্সিগী বারী পাবদা নত্রগা খ্রাইষ্টকী বিচার তৌবগী বারী তাবদা নত্রগা মাধবী পাবা তাবা অমদি যেংবদা মুংঙাই। সাহিত্যদদি মথল খুদিংমকী মীওইশিংদা শারবা লমশাং চৎনকপনা হকচীক লাংবা উরুম অমদা ঙাইহাক্কং পোথাবগুম অমদি লৌরাং শুবা মরক্তা পোথা হৈথাপোৎ ঙাইহাক চাম্নিবগুম পুম্নমক কাউথোক্নগা পোথাবা মনুংঙাই অমা য়াওরি। কম্বানবা লৌশিংগী ওইবা ঝোএলিগী নিয়ম অসুম পুক্লিং চঙনা পাবদা অর্কেমেদিসকী বারী মঙেক অমা থেংনবা লোয়ননা ঈরুজ্জরম্বদগী 'য়ুরেকা য়ুরেকা' হায়না লাউহুনা লোয়োক্না ইকোক কোক্তা চেল্লকপগী বাকম থেংনবদা ইমশিন্নুবা হায়নজবা নৈজনা খজিক ঝোয়োম তৌরকপা—পুম্নমকী ওইবা মুংঙাইবনি।

রাহে রাজা ফজবা, রাজা মুংঙাইবা লোয়ননা রাঙাং হৈবা হায়বসি সাহিত্যগী মঙল অমনি। ঙাংবা ঙম্বা মীওইবনিনা তাবম্ন হৈ; খঙনা মুংঙাইবা ঙমৈ। লাম্মী পুক্নুনা মখুত্তা খুংকু-খুংলাই পায়দুনা

লাক্লগা সুবেদার খেলেন্দ্রনা কামজাও হুন্দুনা ভাংলকপা মতাংদা মথ্ত্তা করিস্থ পায়জবা মশাস্থ ওমদহনা শোস্থনা লৈবা টিকেন্দ্রজীৎনা—"হুই নঙবস্থ নোংশা ফাগে লাকপা শাহ' হায়রকপা মতমদা পুম্নমক্কী থমোয়দা তীং পাম্লি। লানফা ওইরবা পুরুগী নিংথৌ অমদা নিংথৌ অমনা চৎকদবা লৌচৎ' হায়বা পাউথুম তাবদা ফজবা মশক মুন্না খঙবা নিংথৌরেল আলেকজেন্দরনা পেনখিবা হৃতিহাস ওইবদগী সাহিত্য ওইবনা হেনবনি। লৈবাক পুম্বনা য়ানরিবা জুলিয়শ শিজরবু হাৎলুরবা মতুংদা ব্রুটশনা ঈ হাইগৎলিবা মীয়ামদা হাংপগী মরম ইচং থৌনা পীখি—

Not that I love Caesar less
But that I love Rome more

হায়রিবা শিজর অসিবু মাগী মরুপ মপাওশিংনা থাওনা মথং মথং খিন্দুনা হাংলি। মথং মথং খিন্নকপন শিজরনা খুাইদগী য়াজবা নুনা তৌজবা মরুপ ব্রুটশন, হকোন কোম্না থাওকমগী চৈনা কোয়লৈ লৈহনা খাওলিবা শিজরদা ঈ'না তপ্পা চক খিল্লি। শিজরনা উই। উবমক্তা য়াথল কয়ামরুম লোৎলগা পাক শন্না ফোঙদোকপা শিজরগী লোটিন য়াহৈনি- য়ুট টে ব্রুটে। সাহিত্যনি। 'মাধবী'গী 'হুরানবনা হুরানববু ফারগা কনানা বিচার তৌগনি' শেংলবা য়াহৈগী মীত্রংনি। অসিগুম্বা য়াহৈগী মিত্রংসি সাহিত্যগী মরলনি।

সাহিত্যবু সাহিত্যগী ওইনা পাবা হায়বসি পেনামুক লায়বা থবক নত্তে। লাইরিক পাবগী খুৎপা মখল কয়ামুক লৈ নত্রগস্থ লৈবা য়াই। কনাগুম্বনা য়াহৈ-য়াহৈদা পাই, কনাগুম্বনা পরেং পরেং। খরনা পেরা-পেরা পাহ খরা অমদি পন্দুপ-পন্দুপ 'পানৈ। তঙকদবা অমনা অথম্বা খরদি লাইরিক লাইরিক ওইনা পাবস্থ য়াওদবা নত্তে। অঙকপা পুম্নমক ওইথোক্কবদি ওইরোই! ওম্মোকপা তাইবগুনি হায়রিবা। খুৎপাশিং অসি সাহিত্যপদি পরুদে। য়াহৈ-য়াহৈ অমদি পরেং পরেংগী

খুংপাদা য়াম্না চেকশিন্না তুকা থি-থিহুনা পারুবসু কায়রোই। মহাও মাওথিনি। সাহিত্যগী ওইবা অহানবা খুংপাদি রস চুপ্পা অহুগা মহুগী মুংঙাইবহু হেক ওন্দিব, মথৈ লৌবনি তুকা থি-থিহুনা পাবসি থম খেংনা মুংঙাইব ওমদে থিবা তারবসু মসিদি নৈনবগী থাক্তা থম্বা ফৈ। মহাও চুপ্পবা মতুংদা তপ্পা নৈনবা পাযবা ফৈ। সাহিত্যগী লাইরিক্তা য়াম্না চাউনা চওলিবসি থমোয়নি থমোয় লুপশিনহনবা তাবদা য়াম্না কুপথবসু য়াদে য়াম্না পৌথোকপসু পরুদে। মাদি ঈংনা তপ্পা, মতম চপ চানা লৌহুনা, অইবগী কল্পনাদা ঈরোয়ননা তোংহুনা চংলগা ইশাগী কল্পনানা মেন মেন্দুনা চৎপগী মওংদা পাবা চুমগনি। অইবা কবিদনা কবি নত্তে পারিভৈদদি অপাবসু কবি অমা চপ চানা ওই। অপাবা অমদসু কল্পনা চপ চানা লৌরি মসি নীংথিনা ফজনা শীজিন্নবা তাবনিনা ঈংনা তপ্প' পাবা চঙই। থমোয়দা পানবা ময়াকসি তপকল্লি রিরি খোইরিগল্লি। সাহিত্য থমোয়গী পোৎলমনি। তুকা অহুক হাক্কা থিরুবা তৌদনা তোইনা শায়হুনা পাবসিনা সাহিত্যগী ওইনম্বা মহাও যংগনি। রস চুপ্পা তাম্নবদি তহা তহাবা য়াত্রি।

মণিপুরীদা অপাবা সমাজ লৈরে; শোয়রবনি ফোঙনরিবা মথল অমদি মশীং য়াম্নবা সাহিত্যগী মচলশিংনা সাখীনি। অশেংবা সাহিত্যগী নত্তবা লাইরিক কয়া অমসু ফোঙনরি। তম্ন-লাইরিক নত্রবা ময়াম অসি য়েংলুবদা পীকথুবা মণিপুরী সমাজ অসিগী ওইনা হায়রুবদি লাইরিক্তা মশীং অসি ওখাক য়াম্নবনি। মসিগী মমুংদা সাহিত্যগী ওইবনা মশীং "হেন্না লৈ'। ময়ম লৈ সাহিত্যদি মথল খুন্নিথকী মীওইনা পাবা য়াবা ওইনা লৈ। পোথাবা অমদি মুংঙাইবগী ওইনা পাবা য়াবনিনা সাহিত্যগী অপাবা সমাজ অসি চাউকম থোক্কই। চাউহু চাউরি; অতৈগীগা পা-নবদা।

মতাং অসিদা হংবা তারিবা রাকম অমদি লাইরিক অসি সমাজনা কয়া য়াম্না পানরিবগে হায়বসিনি। হৌজিক্তা য়াম্না কন্না পান্নিবসি মহৈ-রোইনি। অদুবু মহৈরোইনা পাবদি পরীক্ষাগীনা অনম্বনি। ফত্তবা চুমদবা নত্তে; কান্নরিবনি। অদুবু কান্নরিবা অসিদি সাহিত্য লৌবা নত্রগা অপাননা মরী লৈনবা মহৈরোইশিং নত্তনা অতৈদি নৈনবা তৌদে। নৈনবদি লায়রদনা পুক্নিং চঙনা পানীংবা অমগা লোয়ননা পাবা ইরৈ লৈতে। মহৈরোইদি লায়বু লাযরি হুকথেংননা সাহিত্য তম্বীরিবা ওজাশিং ফাওবা তম্ন লাইরিক (টেক্সবুক) খরা নত্তনা অতৈ ইপা পাদে। অইবগী মাযকৈদগী খুদোল তৌরকপা লাইরিক কয়া শংদবদগী নত্রগা অতৈ মরম কয়ামুক্তগী কাকপা শংদবা ওজাগী মশীং পঙযাম যামদ-লাক্তবা নত্তে। পারগে হাযনা লেপ্পবা মীগীদি অশংবা মতম শোযদনা লৈগনি। পান্দ্রবা মীগীদি চিন্দুনত্তা লৈগনি; শংলোই। মরমদি লাইরিক অসি পাদবা সুকযামক যাত্রবা হিংবগী কায়াং অমা মত্তে হায়না লৌথোকপা য়াই। লৌসু লৌনৈ। সিটিজন অমা ওইনা পাকম থোকপা খবর ফাওবা পাদবা মীগী মশীং পঙয়াম য়াম্নদবা নত্তে। মথোয় অদুবুদি পাদবগী পাদবা অদুম কায়ত্রে। কায়রিবদি তম্লিবা তম্বীরিবা মহৈরোয অমদি ওজাশিংনা তম্ন-লাইরিক্তগী হেন্না পাদবসিনি। অনৌবা থোক্লকপা অফবা লাইরিক পাদবসিনি।

লাইরিক অমা সমাজদা থোকলকপা হায়বসি ইচম চম্না তরাই তরাইনা থোকলকপা নত্তে। মণিগী মাঙ-তুং নাক-য়েং অকোয়বদা ইতিহাস অমমম লৈ মণিপুরদদি ইতিহাস অসি খুৎ য়াংপা য়াবা নত্রগা য়োং মমৈ চপখিবা য়াবগী রারী শাগোম্নবা য়ানা লৈ। অমুম্না য়ানা মতম, মাথা অমদি শেল চঙনা পুথোরক্লিবা লাইরিক অসি ময়ামগীদমক্তা হায়বদি পাবিনবা পুথোরকপনি অখঙ অহৈশিংনা পাদুনা য়েংবিকম থোকই। মমল লেপ্লিফম থোকই। নৈনবিকম থোকই। লৌশিনবিকম থোকই মমাল্ল চুপ্লিকমনু থোকই।

হৌখিবা চহী তরামুক অসিদা মণিপুরদা মণিপুরী লাইরিক কক্সনা পানরে হায়রবা য়ারে। অতৈ অচৌবা লম অমদি লোনগী চাং অহু য়োম্রবসু পারে হায়না লৌবদি চুপ্পে। লাইব্রেরীশিং ক্লবশিং অমদি লাইরিক য়োনকমশিংনা সাখী ওইরি। পেঙ্ঘোকপা য়াবদি নত্রি। অহুবু নীংবা কায়দবদি য়ারে। তৌবতবু লাইরিক লৈহুনা পাবগী হৈনবী অমা লৈত্রিবসিমদি কপকন্দবা অইবা অমদি অফোঙবা ফাওবা মক্তম থরদি কপখিবা তারিমাল্লে।

অফবা কক্সবা লাইরিক লৈবা অহুগা মী কমকম কাদা থেন্নুনা থম্বদা চাউথোকচবা পোকপা ঙম্বগী লীচৎ অসিদি মণিপুরদা য়াংলি। থরগসু য়াংখিবা যানা কৈবি। কৈথেন চৎলগা চানীংবা শেংনীংবা অপাম্বা পোং লৈরুবা হায়বসিদি মীনসু লাইনসু যারগদবা মহৌশাগী লীচৎ অমনি। অহুগা লুশিল্লক্লিবনা মশাগী দমক, অঙাংশিংগী দমক নত্রগসু মরূপ মপাঙদা থুদোল তৌনবা লাইরিক কক্সবা অমা লৈনীংবগী লীচৎ অসিমদি লৈতবগুম তৌরি। বর্থদে পালন তৌনরে; কম্না চৎনরক্লি। পালন অসিগী চৎপদা ডাক্তর কমলগী 'মাধবী'সিদং কক্সবা চেযোমনা য়োম্মগা মীৎথকপা রিবোননা খুপকীদা কিরগা যাম্না চাউথোক্না পীবসি-দংদগা চৎনরবদি 'ফক্সরেদনা' হায়বা যারগদব'ন। অমুক্সু লুরিবদি লৈরুবা মীনসু মহুদা তৌবা থরচ অসি উত্তা থী হৈখ্রবনি হায়নসু থম্মরি; ঈরোয়নবদা ফংলিবা মীনসু ,ওন্থোক ওন্থোকপা; অসিবু কৰি থোকই হায়দনা—,' হায়বগী ফি লাইকোহ অমসু কম্না হোংলি। করম্বা কানদা ফরকপা ঙাইথিবা তারি—পাম্বৈ লৈতবনা।

কাক্চিপুর/১৯৯২

# অহৈবা অমদি সমাজঃ ঙসিগী মীৎয়েংদা

'সাহিত্য সমাজগী মিংশেলনি' কয়া হায়নরক্লিবা য়াফমনি। অহৈবনা খানবা মিংশেলনি। ফজবা শক উরবদা হয়াওনা পেনথোকপা য়াবা মশম অমা লৈরম্বা তারগম্ব ইতিহাসকী লামায়দা লাচন্দুনা লৈগ্রে। পামজবনা ফাকলুবগা থেংনবা মঙাইরে লুশিল্লক্লিনদি থাল্লিবা মিংশেলদা উরকপা কামুক অসিবু মিংশেলদা হয়া হয়া ঙকপঙনা কোকপা ঙমগদ্রা? অপুনবগী কান্নবদা থাজবা বিজ্ঞানগী চক ঙাংকক অসিগী চাউরবা য়াহং ওইরি।

সাহিত্য সমাজগী কোক্লি—কয়া থাজনরিবা থৌদাংনি। সাহিত্য-কায়দি শাফোঙদবা পথাপ ঈংপা ইপ ঙাক্লি। মখোয়না পীবা কোক্লা য়াথল অমদি লৌশিংগী লমজেনগী লাম্বল শেম্মি। সমাজ কয়া চেল্লি। লমজেননি, ঐনা করিদা নঙনা কদাইদা হায়দনা কয়া চেন্নরিবা। অথোইঅহেন তান্নবগী লমদাংদি তাইবঙ লৌচংনি। তান্নবা থুদিংদা থোইনীংবা চেন্নৌংবা ঙাক্লি। শান্ন-পোৎনবগী লৌচংকী মথক থংবা লৈরোনগী লৈকন ফংলবা মরুদদি মুক্লবগী কনথি অমা অত্তুম লৈরি। লৈতবম্ভ য়ারোই। থুমাঙ চাওশিনবগী মতাংদদি য়াথল অমদি লৌশিং তান্নবা তত্তায ফদে। লুশিল্লক্লিবা অমত্তংবু লমক্লেন অসিদগী ঐগী ঐগী, মীগী মীগী হায়বা ইশ্বরনা থুদিংমক্তা পীনরম্লিবা পুক্নিংগী ইহুল অসি অমুকক্তা নৌহৌননা কৈনা কৈনা ফুক্কংহল্লক্লিবা আসিনি। মাঙজিল থারক থারকপা লৌশিং ময়াম চুংশিন্নরগা থা কামিন্নবা কৈ; মঙ্গল গ্রহদা থবায়পানবা লৈ-লৈত্তে খিজিনমিন্নবা য়ান্না চুহবা থোঙথাংনি, ঈরোয়নবদা, খৃষ্ট কুম ২১২৬ কী

আগই থাদা ঐখোয়গী মালেম কাংক্রুম মচা অসিদা পাইশিল্লক্লনা থেংজিল্লবা য়ারিবা চাউরবা থরানমিচাক মৈপানবী (কোমেট—স্বিফট টত্তল) অহুবু করি পাম্বৈনা লম্বেল থৈদোকসিগে নক্রগা মরক্তা কয়া থুগাইসিগে হায়না থবক চংথমিল্লবদি মতম চপ চারবনি। ইকুই কুইদবগী তুংদা রোক্সা নক্রগা নোংমেদি ইশোয় শোয়দনা লোইথোকখিগদবা চাউ-থংপা অমদি চাউথংপগী ঈ ওইরিবা পেট্রোল থাউ অসিগী মহুং করিনা শিনবা য়াবগে হায়না থিবদা কোকপী ময়াম চুংশিল্লবা কান য়ৌবদা নত্তনা মৈরো হেনজিনবা চৌরবনি অহুবু ইখণ্ড খণ্ডনবা ওইরবস্নু তৌনদে। হৌজিক হৌজিক্কীনা কনখিবনা ওইবা তাই।

হৌজিক্কী ওসি অসিদা তৌনরিবদি লান তৌনদবা মফম লৈশিল্লক্রে; লান হৌদবা লম তাওশিল্লক্রে, ওমথৈগী উংথংনদবা য়ুম, লৈকায়, মায়পৈ, লৈবাক, অচৌবা লৈবাক অমদি লৈমায় লৈরক্করে। চীং মশেল, তমগা তমগা, চীংগা তমগা, কংকালগা ঈশিংগা, ঈশিংগা মুংশিং—কা লোইনা শেংতংনরে। অমগা অমগা কাপথায়নরে, ধর্মগী লাইশঙ লাইশঙদা থুংলাই পৈনরে, গীতা কোবান বাইবলনচিংবদা বোম য়েন্নরে, পুয়া-পুদিনদা থাঙ ময়া ফোংনরে। নোংদোলদগী চুরকপা নোংগী ঈশিংনা অমদগী হৌরগা অমা ফাওহুনা অমদা তাওবা মহৌশাগী ইরম-ঈচেল অমগী য়াহৌদগী কোকায় লুকায়নরে, য়োপাক থাঙজোনা কম-থংনরে। হৌখিবা ওয়াংগীদি তেঙ্গোল অহুমদনি মৈতৈনা শাখিরে হায়না লোনরম্বা। ওসিদি তেঙ্গোল অহুম নত্তে চহুম ওরে, থায়নদি নিংথৌ অনীদনি—অহানবা অমা চুংথিলদা অমা শিল্লোন-শিজিন পাল্লবা। নকমহুদা লাউখিরা তুমত্রবা মীয়ামগী অরা খোল্লাউ ওশিল্লা পাল্লরবনি লাইবৈরেপাক ওইরে। ওসিদি নিংথৌ চাত্তারেংনি, মীশিং তরেংনি, লাখ কাল্লার তরেংনি। কনানা কনম্বশিং কাপথেকশিগনি? খুমাং খুদিংমক থ্রাই নোংজেং শিবানি। থুংলাই খুদিংমক চাথাহুনা লোকবা য়ানা শাবা তাকনি। চায়বরোল হৃদিলকপা অবনি। চ[illegible]

অাপোম মতুংদা নি ওসিগী মালেমনা উংজা পুরিবসি, ওসিগী মৈত্রবাক্তা লেপখ্রে হায়রিবসি। কোকপী কোকপী লৌতারবগী মহৈনি। ওসিগী অইথনা উরি য়েংলি য়েক্লি। মমি নত্তে পোৎ মশামক্তি। মরমদি অইবা মশামক ছি অসিদা য়াওরি, ভোংলি, হোমবসু য়াওরি। য়াওবসু ভাবনি। ঋষি চর্বাককুমনা তোর্ব্বান্দা ফম চোংথংলগা মুংশা অাই য়াইদনা হৈগুান শোৎ শোৎতুনা চাত্তুনা লৈথ্রগা লৈথ্রে নত্রগদি ঋষি বংকিমগুম্না, সম্রাট প্রেমচন্দগুম্না, ও হেনরীদৌনা, সোলোকোভ, জেকো-ভকুম্না য়াওশিনবা ভাই, করিগুম্বা মতাংদদি ঈনশিনবসু ভাই।

সাহিত্যদি সমাজগী থমোয়নি—পঞ্জগদবা রাফমনি। চুম্মী লৌশিং চঙই, কোক্কী শকক চাউথংহন্দবা যাদ। কোক্কা চৎপা মীওইবনি। কোক্কুগী পুম্নমক থোকপান। অকুবা রাকম অমদি চাউথোইবা মানা পীনরিবা কোক অসিদনা যাজি। কোক অসিগা চপ মান্নুনা মঙল লৈবা থমোয় হাযবা কায়াৎ অমসু তঙায়মক ফদনা পীনবিরম্মি। খুদিং-মক্তা অচান-মীরায় নাইদনা থুংবিরম্বনি। চাংদা হেন্দোক-হেঞ্জিন থরদি লৈ। চাউথোইবা মঙল মাগী কুম্মৈনি। তুকা থিকবা য়াররোই। হাইজনীংবদি কোক তুম্বা অসিদনা পুন্সি অসি পুবা যারোই থমোয়গী মালং অমসু শাজেল তৌত্তুনা চাউথংহনবা ভারি কোক হায়বসিদি মচীম থৌগ্রবা লোওবসু লোওথুবা লৈশেম্লিবা মপু মাগুম্না নীংতম্বা খুত্তুম পুম্নমক মুওদা ঈশিং চাইবগুম থোককদবা পাজল অমনি। মসিবু লমজিংবিবা মমায় চুম্বিবা তঙায় ফদে। মসিদি ঈ থেগংলক্লিবা নহানি—পাখং লৈশানি, মৈ—ঈশিং চঙবা নত্তে। মসিবু মমায চুম্মনবা সংস্থান মশিং থওদবা মথৈ লিংথংনরি। লেপত্রি সরকারশিং, অমত্তা ভাইরবা য়ু, এন ও,দগী হৌরগা লৈকাইগী ক্লব নত্রগা মরুপ ফাওবনা ভাক্লিবা লমথুংসি অপুনবগী য়াইফবা পুরক্লবা কোক মমায় চুম্মিরবনি। ওসিগী অইবসু সংস্থান অমরি, মফম চাউনা কোনবা ইনষ্টিটুসন অমনি।

ঙসিগী অইবনা য়াম্না থরায় য়াওনা য়েংনবা অমদি য়েক্নবা লাক্করিবসি লোশিংগী লমদাংনি। থমোয়দা ফাওরকপা নিংথিবা ফজবগী বাকম সুকয়াশ্নমক য়াওদবদি নত্তে, অদুবু অয়াম্বনা, অয়াম্বা মতাংদা মথান্দা ফাওরকপা কান্নবা কয়া মাথাদা ফাওহন্নবা ফোঙদোকপনা চাং হেন্না লৈরে। ঙসিগী অইবগী পোৎথোক হীরম পুম্নমক্কা মমল চংফংনা হুনথখিবদগী হামচংনগ্রবা পুন্সিগী মরম অমদি মতুগী ফল মরুওইনা পামদবা ফল কয়া থিবা অমদি উৎপদা কলাগী নীংথিবা কয়া তান-বয়োমদা খল অসি লৈমায় শোকনীংঙৎ য়ৌনা লুমথখরে। কোক্তা থৈরকপা চৈনাগী সুংঙাইবা ফোঙদোকপনা মতমসিগী সাহিত্য কলাগী থৌদাং ওইনা তৌরে। বাকৎ খোল্লাউ, নাহে-চৈনাথোল, খোয়-শাউনবা নীংবা থুংদবা, নীংঙমদবা, নীংহন্নবা—পোত্থাকম থগুক্রবা নাক য়েং অমগী ফজবনা হুমহুনা পূখবনা মতমগী সাহিত্যনা মাথাদা কল্লবা শাফু পীরে। থমোয়দা পীবা শাফুদি ময়াক ইয়াও য়াওখিদ্রে। লৌলা রারী শৈরেং উপন্যাস বারে'—পুম্নমক্কা খোজৈ শুবশিংনা তান্নরিবা শাফু অসি কোক্কী শাফু ওইনা তৌখ্রে। অয়েঁনরবা সমাজগী মহুৎ শিনবা খোঞ্জেল্লি। লালহৌনি হায়বা তাই।

হায়জনীংবদি লম অসিদদি থমোয়গী লমদাং অসি, লৈরগনু য়ুমদাংবা ওইনা লৈরে। পেনথোকপা য়ারোই। থমোয় কোন-শিন্দবা অতুগা খোনজিন্দবা য়ারোই। থমোয় অসিননি অশোকপা সেবা তৌহুনা লায়েংগদৌরিবা থমোয়গী পাউদম্নি কুচু খেন্নজররবস্থ মীওইবগী ঈদি অমতুনি, মচু চপ মান্নে হায়বা উৎকদৌরিবা। থমোয়গী ওইবা শাফুনা খোল্লগনি চীং মশেল তম মশেল ধর্ম মশেল ঈমু-নাইমু তান্নরিবসি লেপখিগদবা। ঈরাং অসিদি খিংগদবা নত্তে লেপহনগদবনি। চৈনা নোংমৈনা নমহুনা অমত্তনি হায়বগী বাখল পীবদি ঙম্বা য়াই লৌশিংনসু চুম্মী কৈ হায়না য়াবা য়াই। অদুবু চাউথোকপা থমোয়না

কোনশিল্লগদি য়ামুং-য়ামুংগী থাঙহাই থাঙকক অতুম লৈগনি। লৌশিংনা, হায়বদি কোক্লা নকশিল্লবসিদি কোকতা লাপথোক্লখিবা খঙহৌবে, নক্ল-নক্লনা তুং হেক্তা ওন্থোক্লগনি। থমোয়গী ওইবা শাফুনা নকশিল্লহল্লবা ঙমগদি মুংশিনবনা হৌরগা শ্রদ্ধা (মুংশিবা) অমদি অয়োইবদা ভক্তি হায়বদি কংলবা য়েনা মুংশিজবা হায়বসি কাওবগী কীবম কংলকপা য়াই। ভক্তিমক্তী থাক্তি কংবা য়ায়মক মাগনি, ওইথোক্তবা হায়বগা থংমু নাউমু ওইনা লৈ। অদুবু শ্রদ্ধা কাওবগী থাক্তদি য়োবা ঙমগনি। থমোয় অমমম য়াওনবা মীওইবনি। মওং চুম্না হান্নবা মহৌশানা নক্লগা চাউথোইবা মঙল (মহাশক্তি) মানা পীনবিন্নুনা য়াওজনবা থমোয় অসিবুস্তু শাজেন তৌদুনা চাউখৎহন্নবদি (দিভলপ) অমগা অমগা নকশিল্লহল্লবা, হেক য়ারিবগৈথে নকশিল্লনবা, থনা থনা হন্দোকহনবা ঙমগনি। অইবগী পোৎথোক্লা নকশিল্লনবগী থৌইনশিন পীবা ঙমগনি সাহিত্যদি সমাজগী থমোয়স্তু ওইবা জাই। ঙসিগী অইবনা ওইহন্নবা সাধনা তৌদে হায়বদি য়ারোই। অদুবু চাংদি য়াম্না হনথে।

অইবদি মানা লৈরিবা সমাজগী নক্লগনা মানা শেন্নরিবা (মিল তৌরিবা) সমাজগী, অমুক্তা পাকথোক্লা হায়রবদা মীওইবা কাঙলুপকী শেপাকসন্নেননি শাকোংদবা, শকপান্দবা মীহুৎনি। মতমসিগী অইবা ঙশোংনমক সমাজগী মীহুৎ ওইরি। মতম মতমগী থৌদোক বাথোক উৎপগা লোয়ননা অচুম অরানগী মতাংদা বাথল খনথনবা পাউজেলস্তু পীরি। সমাজগী বাথোক্লি, সমাজদা শিল্লরম্মী। পামজবা মুংঙাইজবা থৌদোক বাথোকপু কাচিন কয়ামুক্তগী য়েংনবা হোৎনরক্লি। মাথান্না লৈরবা পাউজেলনি। মোদর্নিজমগী খেথোং অমনি। অইবনা উৎলক-পদগী কাচিন কয়াদা থোক্লিবা থৌদোক বাথোক কয়া খঙনহল্লদনা খঙনরকই। ইশাবু ইশানা শক খঙবা ঙমজরকই। ঙসিগী অইবনা সমাজগী লৈরোল্লংগী অন্না-মুংঙাই কয়া উৎলি।

পেনখাংলবা কোঙদোকুবা অমনা ওসিগী চয়াংনরবা চনম্নরবা তং তাত্রবা মণিপুরগী নাক-য়েংৎ অসিগী মতাংদা অইবশিং তুমিন্না লৈনৈ হায়বসিমি। শন্না হায়রবদা ওসিগী সাহিত্যদা নোংমৈ মখোল তাদে, চীংদা তমদা ঈখেঙ হাধহন্নরিবা অসি য়াওদে হায়বগী য়ানি। পাউ-দমজনীংবদি ঈয়াংসিগী নাক য়েংৎ য়াওরি.—শৈরেং য়ারী লীলা উপন্যাস-নচিংবা কয়াদা ময়েক শেংনা অহুম্মক পন্নরি উংনরি, অন্না-অনাগী ফল কয়া পাউদম্নরি। চুম্মী, উরিরৈ মাধবীগী, জহেরাগী মুংশি-মুংওনগী মতাং (শৃঙ্গার রস) গুম্না মচল থুদিংমক্তা পাক শন্না য়াওবদি নত্তে। মসি ওাক্কনা সাহিত্যগী লামায় থুদিং পীক থনগনি হায়বগী অপুনবা অমম্ব থম্বা যাগনি মীংদে অইবদি মশাদা ফাওরকপা য়াকম অহু কোঙদোকপগী মতাংদদি মশানা নীং তমজে। ইহনবম্ভ য়াদে ইদহনবম্ভ ওমদে। অহুগা অমুকম্ভ লাল, লালহৌ থৎনবা মুক্রবা লোয়ননা শান্তি ময়ামসিদি মীওইবা সমাজনা লৈরিবমথৈ লৈরবা পোৎনি। লাল তৌথিদবা মকম লৈত্তে লালহৌবা লৈতবা চহী চা অমত্তা লৈতে। মকম অগদা নত্রগা অমদা মতম অমদা নত্রগা অমদা মুক্ররবা চিংনরবা পোৎনি। থুবা তপ্পগী য়াদনি নোংমা লোইরকখিগনি। লোইবা মতাংহুদা অনৌবা মমল অমম্ব লাকখিনি। অওনবক্তনা মশিনশাং ওইবা তাইবওনি অনৌবা মীৎয়েং কয়া লৈরি। লোযনবদা তুংদম্ভ লৈরকখিগনি। ওসিগী অসিন্না পুমলোই লোইরবা লৈখাই ওইরক্লোই। মতম অমদা কোয়তান তান্নহুনা কারগা হাংখিবা কোয়রেং যুবরাজ ওসি ইয়াংনরি, মতম অমদা লাংনরম্বা লেনিনগী মূর্তি লোথোকুরক্লি। অওনবা হায়বসিদি অহুম লাকপা তাবনি। লমদাং পুম্নমক্তা অওনবা লৈ। অওনবগী মমি অইবদা তাই। ওসিগী মনিপুরগী অইবনম্ভ কোংদোক্লি। হেমম্ভ কোঙদোক্নরকখিনি হায়না থক্লি।

অইবগী সমাজনা অপাবা সমাজদা পাঙথোকপা খ্বাইদগী চাউবা থোদাংদি হুংঙাইহনবা (রস চুপহনবা) অমদি প্যাইজেল পীবনি।

মেনিকেন্তো নত্তে। সাহিত্যগী চাউরবা লমথুংশু মসিনি। খুৎশেমগী ওইবা কলাগী ফজবগা শাগোন্নবা পাউজেল পীবা থল্লাইবা থবক নত্তে। চাউখ্রবা পরীক্ষানি। চাংয়েং অসি লাল্লবা মতুংদনি সাহিত্যগী থাক মরোল মরোল লেপল্লিবা। থাক মরোল মরোল্লি, য়াম্না ল্লাংবা, ল্লাংবা, নেম্বা, য়াম্না নেম্বা অসিনচিংবা। চাংয়েংগী পান্বৈশু মথল মথা য়াম্মী অমা অনী থক্তা নৎতে - তীরম, রাখল কোঙদোকপগী মওং লোন্দা পুদা অসিনচিংবা। অহাউবা মতাও অমদি পাউজেল অসিনা সাহিত্যগী খৌদাংগী অশুম্বা মকোঙদোক্লি। রাশুপনি। ঙসিগী অইবনা হৌজিক্কী ওইবা মকজদা সমাজবু মুংঙাইহল্লি। মসিমা শোয়দ্রে। মীৎয়েং অশোমদা ঙসিগী সাহিত্য ল্লাংলে অইবগী চাউরবা সাধনা অমনি। পাউজেলগী মতাংসিদদি, য়াওদবশু নৎতবা, মহাও লৈত্তবশু ইনৎ নত্তবদা করিনো ময়াল অমা ল্লাংপদোনা, মচল অমা কনতক তৌবদোনা চীন লৈসি থৈরপ তৌবদোনা তৌরি হকচাংসি ইচাং চাংবগুম, হাপোই হাপোই তৌবা অমগুম্বা অমা কাওরি। মরম থল্লা লৈরমখিগনি। খিবা কান্নগনি। পান্বৈনা হেন্না লুমখিবসিশু অমা ওইবা য়াই।

সাহিত্য হায়বসিদি সমাজগী ময়ামগী ওইবা চিঙ্গাক্লি লায়েংবদা শীজিন্নগদবা হিদাক নৎতে, পুম্নমক্তা মৈশা মঙাল ওইগদবা মুংশানি অকক্লবা মতাং থরদতা শীজিন্নগদবা এক্স-রে গুম্বা ওইহনবা ফরোই। চিঙ্গাকশু হিদাকশু ওইহনগে হায়ববদি মতমগী অইবদা ˊলরে। অইবগী খুৎতি শেম্না হৈবা খুৎনি। কলা হায়বসিমক্তবু খুৎশেমনি নীংখিবা খুৎশেম।

হায়জনীংবদি মতমগী অইবনা মতমগী সমাজবু কুপথনা পাবা চুম্মী। টগে হায়ববদি পাবা তাই—লাইরিকপু ওইরবশু সমাজবু ওইরবশু; ইরোয়নবদা মীওইববু ওইরবশু। মীওইবা খুদিংমক ইথোক্লিবা

হায়রিবী পরেংশিং, পরেং কয়ামা শাবা লেইরগ্রাকনি, তাংকক্কনি লোয়ননা লাইরিক্কি। সাহিত্যনি। মসিনি অইবনা পান্নিবনি। অইবগী মীৎয়েংশিং মালেম অসি চাউরবা লাইরিক্কি অহুগা লাইব্রেরীনা লাই-রিক্কী শক্তলেদ্রি।

ইম্ফাল ১৯৯৫

লোইরবা

## এলাংবম দীনমনিগী লাইরিকশিং

রাস্নীমচা— ১। থরুবী ( ১৯৭০ ) ২। মোরাম্বী অঙাওবী ( ১৯৭৪ ) ৩। তিংথংলৈ ('৭৭) ৪। পিস্তোল অমা কুন্দাইরে অমা ('৮১) ৫। ইমৈস্থুনি তৌরাম্বুনি হঙ হঙ ('৮৩) ৬। মন্ত্র জন্ত্র তন্ত্র ('৮৬) ৭। লাইরেল মরীম্বোং ( '৯১ ) ৮। কেগে মখোঙদা সার্টিফিকেট ( '৯৫ )

লৈরবা— ১। মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার ( '৬৬) ২। খাইরাকপম চাউবা ( '৭২ ) ৩। ডাঃ কমল ( '৭৬ ) ৪। ডাঃ কমল : পুন্সি অমসুং সাহিত্য ( '৮২ ) ৫। অঙাংহল : সাহিত্য, সমাজ অমসুং সংস্কৃতি ( '৯২ )

শৈরেং— ১। চোইজাইনরবা ('৭২), ২। লুরিবদি ( '৮৭ ) ৩। কুম্বং শারবা পরেং ( '৯৫ )

লীলা— ১। তরঙ খোংনাং চাউথোক্ৰবা ( খোঞ্জেল—'৯৩ ) ২। খোঙসনা ( ফম্বাক—৯৪ ) ৩। কাপথায়রমদাই ( শৈরেং লীলা-৯৪ ) ৪। বন্দ কৈথেল ( খোঞ্জেল-'৯৫ )

হন্দোকপা—১। ত্যাগপত্র ('৯০ ) ২। অমম্বা যুগ ( '৮৫ ) ৩। হায়বদন ( '৯২ ) ৪। ঊঙাগী নোংমা ( '৯৩ ) ৫। নাগমণ্ডল ('৯৪)

রারেং — মণিপুরী অমদি মণিপুরী : রাথল মতেক মচেক (১৯৯৬ )

বোবী পব্লিকেসন্স
শীংজমৈ লৈশাংখেম লৈকাই
ইম্ফাল—৭৯৫০০৮